শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউবু খুরুমজরি

# মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত

## (ভীষ্ম পৰ্ব্ব)



*ফোঙদোকপাঃ*

মণিপুর পৌরানিক পরিষদ
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড কমপ্লেক্স, ইম্ফাল

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউবু খুরুমজরি

# মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত

## (ভীষ্ম পৰ্ব্ব)

ফোঙদোকপাঃ

মণিপুর পৌরানিক পরিষদ

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড কমপ্লেক্স, ইম্ফাল

স্বত্ত্ব পুন্না পরিষদকীনি



গনেশাবু খুরুমজরী

# মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত

## (ভীষ্ম পর্ব্ব)


*সম্পাদক*

অহৈবম ধনঞ্জোয় সিংহ, *হৈরাঙ্গোইথোং*

তখেল্লম্বম ইবুংঙো সিংহ, *থৌবাল*


*ইথোকচবা*

য়ুম্নাম বাবুধন সিংহ, থৌবাল অথোকপম


*ফোঙদোকচবা*

মণিপুর পৌরানিক পরিষদ,

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড কমপ্লেক্স,

ইম্ফাল

**Manipur Pouranik Parishad**
(Shree Shree Govindaji Temple Board, Complex, Imphal

৬ শুবা ফোঙবা ঃ ভীষ্ম পর্ব্ব

ফোঙবাঃ ১০-০৭-২০১০

*অইবা ঃ* ১) অহৈবম ধনঞ্জয় সিংহ
২) তখেল্লম্বম ইবুংঙো সিংহ
৩) য়ুম্নাম বাবুধোন সিংহ

*কোপী মশীং ঃ* ৬০০

*মমল ঃ* লুপা ১০০/-

*নম্ফম ঃ* পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১

ওঁ শান্তি

নুংশিনা ঙাং

তপনা ঙাংঙু

খিত্তং ঙাংঙু

ফত্তবা য়েংগনু

ফত্তবা তাগনু

ফত্তবা ঙাংগনু

ফত্তবা খনগনু,

মণিপুর পৌরানিক পরিষদকী প্রসিদেন্ট য়ুম্নাম বাবুধন সিংহ থৌবাল অথোকপম ৱারী লীবনা মহাভাবত বেঙ্গোলি ময়েক লোন্দগী মণিপুরী ইমালোন্দা ইথোকচবা মহাভারত ভীষ্ম পর্ব্ব ফংফম্না শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড কমপ্লেক্স, ইম্ফাল মণিপুর পৌবানিক পরিষদ ৱাবী লোইশঙদা ফংবীগনি।

য়ুম্নাম বাবুধোন সিংহ
প্রসিদেন্ট,

# সেক্রেটরিগী ৱাহৈ খরদং

মণিপুরদা লীনরিবা ৱাবীগী মহাভাবত "ভীষ্ম পর্ব্ব" গী চেফোং অসি পবিষদকী গুরুজনশিং য়াওনা মিতিং অনীরক ফম্লবা মতুংদা অবাল অহুই কযা শেমদোক শাদোক্লগা যানবা অমগী মখাদা "ভীষ্ম পর্ব্ব" অসি ফোঙজবনি।

পাবিরিবশিংদা নোল্লক্লা খঙহঞ্জনিংবা ৱারোল অমদি -ঙসি মণিপুবদা লীনবিবা মহাভাবত অমসুং বামায়ণগী ৱারী অসি তোঙান-তোঙানবা ওজাশিংগী মত মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা পবিংদা লীবগী চৎনবীসু অমা লৈবনা যেৎনবা খবা লৈবদগী ফোঙলমদাইদা অহল ওইববা গুরুজনশিংগী পাউতাক লৌনবা হোৎনজবদা মতম খবা লৌখিবনা ফোঙবদা থেঙথখিবা অসিগীদমক ঙাকপিগনি নীংজৈ।

মতুংদসু অচুম অবান খুদিংমক তাকপীবকপা পূম্বা হরাওনা লৌজগনি।

শ্রীমৈতানকৈশংবম কমল সিংহ
*জেনরেল সেক্রেটবি*
মণিপুর পৌরানি, পবিষদ, ইম্ফাল।

# সুচি পত্রা

| অধ্যায় | হীরম | লমায় |
| --- | --- | --- |

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউবু খুরুমজরি।
# মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত,

## ভীষ্ম পর্ব্ব।

**নরায় নং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব ণরোত্তমং।**
**দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং তত্তো জয় মুদিরয়েৎ।**

### প্রথম অধ্যায় ঃ- ১
### শ্রীকৃষ্ণবু খূৎলাই থোলহনগে হায়না ভীষ্মনা ৱাশকপা

শ্রীবৈশমপায়ন মুনিদেবনা হায় তাবিরো পরিক্ষিত্তানন্দন। জন্মেজয় মহারাজা পুক্নিং চংনা তাবিরো, রনগঙ্গা কুরুক্ষেত্রদা নবুধৌ চামা মাঙাগী লাল হৌবা। চামাগী তেঙ্গোলসু অযুক্কী চাবা থকপা লোয়নদুনা তেঙ্গোল সাজন তৌদুনা যাত্রা তৌরক্লে। মঙাগী তেঙ্গোলসু অযুক্কী চাবা থকপা লোয়নরদুনা লালগী সাজন লোয়রদুনা অযুক্কী পূং ৮ গী মতমদা (দুইদল্লে) তেঙ্গোল অনীমক চপ মান্ননা যাত্রা তৌরক্লে।

তেঙ্গোল অনী মাইয়োক্নরবদা চামগী তেঙ্গোল পন্মাংদা গঙ্গাগী মচা বড় সেনাপতিগী দোলাইনা মাঙ থাই। মঙাগী তেঙ্গোলদনা শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জুন মপু মনাই অনীগী দোলাইনা মাঙ থারকই। ভীষ্মনা তেঙ্গোল ময়াইদা ফীরান হায়দুনা খামলে দোলাইদগী কুথরগা ওক্তা ফি য়েত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা চংশিনজরক্তুনা মবুংঙোগী চরন্দা ভক্তি দণ্ডবৎ তাদুনা খুরুমজরকই । (মধুর গম নং সান্তং সর্ব্ব যোগেন্দ্র কান্তং নব নব শিশু মধ্য দেব দেব মুকুন্দং বিলা সত্তি কতিৎ দেস কীংকিনি জাল রুপং জয় জয় জগা নাথা কৃষ্ণচন্দ্রা নত্তো সিমিন।) হন্না হন্না খুরুমজরি হে: জগৎপতি প্রভু, মনাইগী ভক্তিদু উবদা ভগবান শ্রীহরিনা পেনবীদুনা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিদুনা। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা হায়রকই চান্মা মঙাগী মবুধৌ গঙ্গা নন্দন হৌগৎলো করি হায়নিংবা লৈবগে হায়য়ু তাসি। বড় সেনাপতি ভীষ্মনা হায়জৈ প্রভু মহাভারত লান হৌদ্রিঙৈদা

ইবুংঙোগী চরন্দা ৱাশক অহুমদং কৎচগে হায়না লাকচবনি দয়ানিধি লৌবিয়ুকো ইবুংঙো! তাবদা, শ্রীকৃষ্ণনা করি ৱানো হাইয়ু তাসি। প্রভু! ননাই ভীষ্মনা তরানি সেনাপতি লৌজরি, মনুংসিদা চৎনগদবা লাল্লোং। অহানবদা ৱাশক অমা, নোংঙানবা অয়ুক নিতিগী কর্ম্ম, চাবা থকপা লোয়রগা অয়ুক্কী পুং নিপান্দগীনা লান হৌবনা নুমিৎ তাবদা লাল লোয়বা, মমায় ওন্দুনা চেনখ্রবা মী তান্নদুনা হাৎপা য়াদবা। মশম নানথোকখ্রবা বেশ ভঙ্গা ওইখ্রবা মী হাৎপা য়াদে। মী অমদা, মী অনী চংদুনা হাৎপা য়াদে অমসুং খূৎলাই কাপ্পা য়াদে, হায়রিবা নিয়ম অসিবু কাইনা চৎলবা মী, মহাক্তু লানফমদা য়াওহন্দবা। অনীশুবা ৱাশক, নুংদাং ৱাইরম শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জুন নপু ননাই অনীগা ভীষ্ম ঐগা লানফমদা অকনবা লানথেংনরকপদা জয় পত্রা ফংলবা ইশু আর্জ্জুনগা ভীষ্ম ঐগা লান কন্না পানবা মতমদা নুমিৎ তংখাই অমনা অস্তাচল গীরিদা. চংখ্রবা। তংখাই অমনা ভারত ভুমিদা লৈরিঙৈ মতমদুদা দোলাই তোংবা রথি (দশ, সহস্র) লিশিং তরাগী মকোক কিরিতিগা লোয়ননা মঙক ককপগা নুমিৎ তাবগা চপ মান্ননা হাৎকনি নুমিৎ তাবগা মান্নহনগে। নুমিৎ খুদিং দোলাই তোংবা রথি লিশিং তরা তরা মঙক ককপগা নুমিৎনা তাবগা মান্নহনগে, ভীষ্ম ঐনা নুমিৎ তরানি সেনাপতি ওইরিঙৈ মনুংসিদা। মসিদা হেক, ঙমদবদা ইখুত্তা পায়বা লিরুংতেন থাদোক্তুনা নোংমতং হেক শোইবদা খূৎলাই থাদোক্তুনা মায়থীবা ফংজগে সত্যনা শাক্ষি। (অহুম শুবা ৱারেপ) ৱাশক অসিমদি প্রভুগী শ্রীমুখবানি অশেংবা খংজরগা শ্রীচরন্দা হঙ্গৎচরগে। ৱাদো তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায় করি ৱানো হাইয়ু তাসি, গঙ্গাগী মচা বড় ভীষ্মনা হাইজৈ ননাই ইশু দুর্য্যোধন্না মহাভারতকীদমক কৃষ্ণগী বার্ত্তোন চৎখিবদা হল্লক্তুনা তম্বা পাওনিকো, ইবুংঙোগী মনি মন্দির য়ৌবদি দুর্য্যোধন্না হাল্লি অদুগা, দ্বারিকাদা, কোন্না লাকপা ইশু আর্জ্জুনগী বার্ত্তোন্না হান্না লৌবি হায়বসিবু অচুম্বরা প্রভু ননাই ঐঙোন্দা অশেংবরা অমুক্তা তাকপিয়ু। গঙ্গা নন্দন ভীষ্মনা তল্লিবা পাওদু অশেংবনি, বার্ত্তোগী ন্যায় তৌনবদা কৃষ্ণ ঐদি চাম্মগীদা য়াওরবসু মঙাদা য়াওরবসু লানফমদা খূৎলাই পায়রোই হেক খূৎলাই পায়বদা যদু শাগৈ ফাওবা লোয়নদুনা পুরোন তরেৎ মায়থীবা হায়না ৱাশকই হায়না পাউ তমলৈ। দুর্য্যোধন্না অসিবু অচুম্বা তাকপিয়ু হে: দেবগিরিধারি শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মনাইগী ৱা তারগা। অচুম্বনি গঙ্গা নন্দন ভীষ্ম শ্রীমুখাবানি তারবদা ভীষ্মনা হায় প্রভু ননাইনা ব্রতমান খঙজরে। ইমিৎনা হেক উরবা ইনানা হেক তারবা অশেংবনি খংজরে ইতি। মহাভারতেব কথা অমৃত সমান, কাশিরামদাস কহে শুনে পুন্যবান।

## অধ্যায় ঃ- ২

# যুধিষ্ঠিরনা মবুধৌ ভীষ্ম খুরুম্বা লাকপা

ননাই ঐনা তরানি সেনাপতি ওইজবা অসিগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা খূৎলাই থোলহনজগে। খূৎলাই অমত্তং থোলহনবা অদু হেক ঙমদ্রবদি, চন্দ্রবংশগী ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ ইমারোমদগী পুরোন তরেৎ পুরোন তরামরিনা শাক্ষি ওইসনু, চন্দ্রা সূর্য্যনা শাক্ষিনি। ঙমহনবিগে তাবা ইশানি ৱাশক অহুমনি প্রভু, ভীষ্মগী ৱাশক তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা বিষ্ণু বিষ্ণু ঙম্মীদা। ভীষ্মনা কৃষ্ণ ঐবু লান্দা খূৎলাই পায়হনগে হায়না ৱাশকপা ঙম্মীকো। ইতাও আর্জ্জুন তারেদনা নবুধৌনা কৃষ্ণ ঐবু খূৎলাই পায়হনগে পায়হনলোই প্রান সখে নংঙোন্দা লৈরে, নংনা লানফমদা তুখ্রবদা কৃষ্ণ ঐ খূৎলাই পায়রক্কনিকো ঐগী ৱাশক কাইহনগনুকো ইতাও। গঙ্গাগী মচা ভীষ্ম নবুধৌগী হায়রিবা নিয়ম য়াম্না ফজৈ, তরানির্দি জগৎনা ভীষ্ম পৰ্ব্বা হায়না খংনরসনু। শ্রী মুখানা কৃপা পীবিরবদা গঙ্গাগী মচা ভীষ্মনা য়াম্না হারাওজৈ, শ্রীকৃষ্ণনা হায় ভীষ্মদা নংগী নিয়মদু য়াম্না ফজৈ। তেঙ্গোল অনীমক তানবা লাউথোকউরো লেংঙো লেংঙো চৎলো। শ্রীমুখবানি তারবদা ভীষ্ম অমসুং কৃষ্ণ মপু মনাই অনীনা মহাভারতকী লানগী নিয়ম লেপ্লবা লোয়রে।

মহারাজা জন্মেজয় (এথাতে) অসোমদা হস্তিনা কোনুংদা বেদ ব্যাস মুনিদেবনা সঞ্জয়দা দিব্যাচক্ষু পীরম্মী। ধৃতরাষ্ট্রানা মহাভারতকী লান কুরুক্ষেত্রদা শোক্লরিবদু তাননবগীদমক সঞ্জয়না দিব্যাচক্ষুদা য়েংলগা ধৃতরাষ্ট্রাদা লীরি। মহারাজা চাম্মা মঙাগী তেঙ্গোল অনী মাইয়োক্লরে। রন গঙ্গা কুরুক্ষেত্রদা মতাং অদুদা ধৰ্ম্ম নৃপমনি যুধিষ্ঠিরনা দোলাইদগী কুমথরগা মনাই মষণ অমত্তা য়াওদনা ভরদ্বাজগী মচা দ্রোন গুরু খুরুমজরুখিগে হায়না দ্রোনগী অমসুং ভীষ্মগী মাঙদা চংঙকই। মবুধৌ ভীষ্মবু হান্না খুরুমজরকই। মসি উবদা আর্জ্জুন্না নুংশাথি, আর্জ্জুন্না শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎচরকই। মাঙঙে মাঙঙে প্রভু মহাভারতকী লান থেংনদ্রিঙৈদা দাদা মহারাজাবু দাদা দুর্য্যোধন্না ফাখ্রবদি লান জয় লৌখ্রনি অমুক্তা খান্বীয়ু। প্রভু ননাই ঐমক্লা হায়বদি হাইজনিংদ্রে। মনাইগী ৱা তাবদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা হায়রকই, করি ৱানো প্রান সখে ইতাও। দাদা মহারাজনা য়েক্লবগী পনমাংদা চংখ্রিবসি খূৎলাই পায়দুনা চংখিবা নত্তে। গুরুদেব অমসুং মবুধৌ খুরুমগে চংখিবনিনা ভক্তিগীদমক ধৰ্ম্ম কাইদবা দাদা মহারাজবু ধৰ্ম্ম মশক খঙদবা ফত্রবা দুর্য্যোধন্না ফাখিবা থোক্লবদি মহারাভরতকী লান লোইরে। খূৎলাই অমতা তিংদনা চানবা চেং হৱাই তিংঙরোই ঙসিমক মিৎনা কুপ্পদা লান লোইগে চক্রনা কৌরপ তেঙ্গোল তুম্নবা হাৎকে। ৱারুরনু ইতাও আর্জ্জুন, কৃষ্ণ ঐনা যুগ খুদিংদা কনাগীদমকনো ঐবু নিংবা নুংশিবীবা ইনাই ভক্তগীদমকনি। খূৎলাই মরি শঙ্খ, চক্র, গদা,

পদ্ম, পায়ববু করিগীদমক পায়গদগেনে ইতাও প্রান সখে। (পরিদ্রায় সাধুনাং বিনাসয়চ দু: স্কৃতং ধর্ম্ম সংস্থাপনং যুগে যুগে) ইনাই ভক্তা বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী সাধুশিংবু কনগে, ফৎত্রবশিংবু মাঙহনগে, ধর্ম্মবু যোকখৎকে হায়বগীদমক অবাতার তৌবনিনে। হে: ইতাও ধনঞ্জয় দাদা মহারাজা ধর্ম্ম নৃপমনিবু ফাবা ঙম্বা লৈরোই। চিংনরুনু মপু মনাই অনীনা ঙাংনরি; (এথা) অসোমদা যুধিষ্ঠিরনা মবুধৌ ভীষ্মগী মমাং তম্না চংশিলক্লুনা য়ৌগদবা লম অহুম ব্রাৎলিঙৈদা দণ্ডবৎ তাদুনা খুরুমজরকই। নমো: নমো: পিতা মহো: হায়দুনা যুধিষ্ঠিরনা খুরুমজরকই। মবুধৌনা, মশুগী ভক্তিদু উবদা বর ভীষ্ম দোলাইদগী কুমথরক্লুনা ওঁ সস্তি সস্তি মঙ্গোল ওইজরো হে: প্রাননা নাতি, যুধিষ্ঠির নুংশিখ্রেদা ইপুনা অমুক্তা কোনগে লাও হায়দুনা মশুবু চেৎনা কোনবি।

ইবুংঙো ধর্ম্ম নৃপামনি লান হৌরমদাইদা নংনা য়েক্লবগী তেঙ্গোল ময়াইদা নতোমদা ননাই নসন অমত্তসু য়াওদনা লাকপবু করি হায়নিংবা লৈবগে ঐঙোন্দা ভক্তি কৎপবু হায়য়ু; ইবুধৌনা কৃপা তৌবিয়ু। তোল্লবা ননাই মঙাগী পৈক্ষাদা লান য়াওবিরবদি লাইরবী ইমাগী শেবা ফংজগনিদো খঞ্জবনি। অহল ওইরবী পাঙ্গল লৈজদ্রবী ইমাগী শেবা ফংলোইদৌরেদকো ইবুধৌ, ননাই মঙাগী পৈক্ষাদা য়াওরগদি ইমাগী শেবা ফংজগনি ইবুধৌ। যুধিষ্ঠিরনা কপ্পা কপ্পা মবুধৌদা হংগৎচরকই; গঙ্গাগী মচা ভীষ্মনা প্রেমগা লোয়ননা ইবুংঙো (প্রাননা নাতি)। যুধিষ্ঠির হন্দক্কী লানফম অসিদা নপু ঐনা সেনাপতি ওইরগা নোরোক্তগী অমুক্তং লানথোক্কে হায়দুনা সেনাপতি ওইবনি নপুনা; ব্রাদো তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ইবুধৌ ননাই মঙাদি মহাভারত লালদা আয়ু লোইরনি শোইদনা। মঙা পোকপি ইমাগী সেবা ফংদনা নশু মঙা লৈত্রবা তুংদা লাইবক থিরবী ইমা কুন্তিনা পাঙ্গলনদি শোল্লবী ইমানা মচা মঙাবু উদ্রবদা মহাভারত লান্দা শিখরে পাউ হেক তাবদা পাঙ্গল লৈজদ্রবী শোল্লবি ইমানা মচা মঙাবু কৌর-কৌরদুনা তেংথাদুনা কপদুবু হে: (পিতা মহো) ইবুধৌনা য়েংবা ঙম্বীগদরনে। মচা মঙাগী প্রেম্না খাংবা ঙমক্রদুনা ইমানা লৈপাক্তা খূৎনা খোৎ খোত্তু না মচা মঙাবু উদ্রবদা অঙাওবী মতৌগুম্না লৈবদুবু ইবুধৌনা য়েংবীবা ঙমগদরনে ইবুধৌ। মশুগী ব্রাদো তাবদা গঙ্গাগী মচা বড় ভীষ্মনা, প্রেমগা লোয়ননা হায়রকই নুংশিখ্রেদা যুধিষ্ঠির ধর্ম্ম কাইদবা পাণ্ডবনি। তথা ধর্ম্ম, জথা কৃষ্ণ। তথা যোই; জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণনা নচিন-ননাওগী পৈক্ষাদা লেপ্লিরি। পাণ্ডব মঙা শিরোই মহাভারতকী লান্দা ইপু ঐনা খংঙি অহল ওইরবি পাঙ্গলসু শোল্লবী নমা ইবেম্মা কুন্তিগী সেবা লেপ্পা ফংগনিকো যুধিষ্ঠির শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মঙাবু কদাইদা শোইখিগদগে হায়না ঙাকপিরি। নপু ঐনা সেনাপতি ওইবদি তংঙাইফদনা ওইবনি চিংনগনুকো যুধিষ্ঠির নখোয় মঙাদি পৃথিবিদা মোংফম লৈতে। নপু ঐনা খংঙি, ধর্ম্ম নৃপমনি যুধিষ্ঠির নংনা অপাম্বা বরদো নিরো ইপুনা পিরগে। হায়য়ু যুধিষ্ঠিরনা (পিতা মহো)

ইবুধৌনা চানবীদুনা মহাভারতকী লানজাও অসি ননাই মঙাদা মঙ্গোল ওইবা পীনবিরো ভিক্ষা ওইনা নিজরি। মবুধৌনা মশুগী ৱাহৈ তাবদা ভীষ্মনা। তথা ধর্ম্ম জথা জয় ধর্ম্ম কাইদবা ইশু মঙানা জয় ওইজরো কৃপা পীনবিরে। মবুধৌগী কৃপা ফংজরবদা। যুধিষ্ঠিরনা মবুধৌবু খুরুমজরগা ঐগী শ্রীগুরুদেবা অমুক্তা খুরুমজরুখিগে। ভীষ্মনা চৎলো চৎলো নংগী গুরুবু খুরুমজরুরো। কৃপা ফংলবদা মবুধৌদগী বিদাই লৌরগা দ্রোনগী মমাংদা চংলক্লে, যুধিষ্ঠিরনা নমো নমো গুরুদেব ননাইনা খুরুমজরি।

চহী তরামরি শুরক্লে গুরুদেবগী শেবা ফগুলক্তবা হায়দুনা ভক্তি কৎলকই। দ্রোন্না নুংশিখ্রেদকো হে: যুধিষ্ঠির, দ্রোন্না অমুক্তা কোনগে হায়না যুধিষ্ঠিরবু চেৎনা কোনবিরে। মঙ্গোল আশির্ব্বাদ পীবিরে। যুধিষ্ঠিরনা থোরক্লগা মবুধৌ ভীষ্মদা ৱারম খরদং হঙ্গৎচরল্লগা তেঙ্গোল অনীগী ময়াইদা লেপ্লগা হায়জরকই। তাবিয়ু কৌরব পাণ্ডব তেঙ্গোল অনীমক্কী ওইনা সর্ব্ব, রাজাধানি পূম্নমক্তা হায়জরি। মরমদি অসিনি, তাবিয়ু কনা কনাগুম্বা নিংথৌশিংনা লানগী বার্ত্তোন হান্না ফংখিবা দুর্য্যোধন ইনাওগী পক্ষাদা য়াওনিংবা লৈরবদি দুর্য্যোধনগী পক্ষাদা অদুম্মক য়াওবিবা য়াই। অকাইবা লৈজদে। অদুগা যুধিষ্ঠির ঐগী পক্ষাদা য়াওনিংবা বার্ত্তোনদি ইনাও দুর্য্যোধন্না হানখিবা মঙাগী পৈক্ষাদা য়াওবিবা য়াগনি। য়াওনিং য়াওনিংবা তেঙ্গোল অনীমক্তা অপাম অপাম্বা য়াওবিবা য়াগনি। পিতা মহো ইবুধৌগী য়াথংনি য়াওনিং য়াওনিংবা য়াওবিয়ু। তেঙ্গোল অনীগী নিংথৌ সভা পূম্নমক লোয়না তানখ্রে। মতাং অসিদা শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিদেবনা হায় তাবিরো মহারাজা পরিক্ষিত নন্দন জন্মেজয়। নিংথৌ সর্ব্ব রাজাধানি পূম্নমক্লা থাগৎনরকই সাধু সাধু ফজৈ; ফজৈদা অসিমক্লা ধর্ম্ম নৃপমনি হায়বনি। যুধিষ্ঠিরবু নিংথৌ ময়াম্না থাগৎনখি। ইকাই খুম্নবা উৎপিখি। মহাভারতেরো কথা অমৃত সমান। কাশিরামদাস কহে শুনে পুন্যবান। ইতি অধ্যায়। হরি হবি হরিবোলো।।

## অধ্যায় ঃ- ৩

# যুযুৎসুনা মাগী নিপা ৫০০ পুরকপা পাণ্ডবতা চংজখিবা

মতাং অসিদা দুর্য্যোধনগী মনাও অতোনবা যুযুৎসুনা তেঙ্গোন লাম্মী চামঙা পুদুনা চগুক্তুনা যুধিষ্ঠিরদা খুরুম্মী। দাদা মহারাজা ননাও যুযুৎসুবু চানবীয়ু। ঐগী তেঙ্গোল নিপা চাম্মগা লোয়ননা চঙজরি নফমদা। যুধিষ্ঠিরনা মনাও যুযুৎসুবু কোনবীরগা হায় নশানা য়াদুনা চংঙক্লবরা, হোই ইশানা পাম্না দাদা মহারাজাগী

সেবাদা নতুং ইনজরগে চংজরবনি। ৱাদো তাবদা যুধিষ্ঠিরগা লোয়নদুনা শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জুন অনীগী মাংদা থুংঙরে। যুধিষ্ঠিরনা মনাও যুযুৎসুবু খুজেং পায়দুনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জৈ, শ্রীচরন্দা কচ্চরি ইনাও সিদদি মহাভারতকী লানজাওদগী কনবীয়ু প্রভু। মবুংঙোদা শিনরগা খুরুম্মী, যুযুৎসুবু যুধিষ্ঠিরনা শিন্নরম্লগা মাগী দোলাইদা ফমখরে। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মনাই ভীম্মু কৌরকই। ওহে: দাদা য়াইমা কৃষ্ণ ঐগী নাক্তা অমুক্তা লেংশিনবিরক্লো। মবুংঙোগী শ্রীমুখাবানি হেক তাবদা ভীম্না চেল্লক্কুনা গোবিন্দাদা খুরুম্মী। প্রভু ননাইবু কৌবিবগী মরমদু তাকপিয়ু। দাদা য়াইমা ননাও যুযুৎসু শিনজগে, হয়েং লান লোইরগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অমুক শিন্নবীয়ুকো দাদা য়াইমা, ভীমদা শিন্নরে। ভীম্না মনাওবু পুদুনা লম লাপ্না পুরগা চৎলি ভীম্না হায়, যুযুৎসু নং নিপা নৎত্রা, নঙনা লান্দা শিবা কিরিবদু মরম করিগীনো হায়য়ু। নিপা ওইবনা লান্দা শিরবদি চংনা স্বর্গ কাবগা মান্নে হায়রিবনি। অমুক পোক্লবদি অমুক শিগনি লৈগী দোলাই তোংদুনা বৈকুন্ঠা ফংগদৌরিবনি করিগী কিরিবনো অপংবা। চুম্মী দাদা য়াইমানা তাকপিরিবদো অদুম্নদি ওইরবদা শিনিংদ্রি হস্তিনাদা হল্লগা পাবুং মহারাজা ইমা মহারানিগী সেবা মতোল লোম্না তৌজনিংঙি। ৱাদো তাবদা ভীম্না ফরে অদু ওইরবদি নং সিদা লৈরনু লান য়াওরনু আ... মসদেশ বিরাট লৈপাক্তা লৈরো। লানগী লানচাক পানবা ওইরুরো নিপা চামসিনা লানগী লান্মী শিংনা চান্নবা চেং হৱাই লানচাক হোলহল্লো চৎলো মশদেশদা। যুযুৎসু মাগী লোয়নবা নিপা চাম্মগা লোয়ননা থুনা চৎখি। বিরাট লৈপাক্তা মাগী মথৌ পাঙথোকখ্রে। ইতি অধ্যায় হরি, হরি, হরিবোলো।

### অধ্যায় ঃ- ৪

## হস্তিনাদা সঞ্জয়না লীবা লানফমদা একলব্য লাকপা

ধৃতরাষ্ট্রানা তারি, সঞ্জয়না মহাভারতকী ৱারী লিরি, দিব্যাচক্ষুদা য়েংলগা সঞ্জয়না হায়রকই, মহারাজা পুন্যভুম রন গঙ্গা কুরুক্ষেত্রাদা (দুইদলে) তেঙ্গোল অনীনা মাইয়োক্লবা কাল অদুমক্তদা মহারথি অমা থুংঙরে। বার্ত্তোন ফংবদি নত্তে, লাল য়াওনিংদুনা লাকপনা যুধিষ্ঠিরগী মমাংদা চংঙক্কুনা ঙক্তা ফি য়েৎলগা খুরুম্মী। মহারাজা হন্দক্কী মহাভারত লানশি, ঐসু য়াওজগে লান অসি জয় লৌবা য়াগনি, মহারাজদা লানগী জয় পত্রা কৎচগে। মসিবু হেক ঙমদ্রবদি পুরোন তরেৎ অনী তরামরি নোরোক তাখ্রগে।

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা উরদুনা শ্রীমুখানা তাকপিরকই দাদা মহারাজা চংঙক্লিবা নিপাদুনা লাল য়াওরবদি কৃষ্ণ ঐ দ্বারিকাদা হনখিগনি লাল য়েংলরোই। দ্বারিকাদা হনখ্রগে, শ্রীহরিগী বাক্যা তারবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই মহাশয় ব্বারৌগনু ঐগী মাইকৈদা য়াওবদি য়ারোইদৌরে ব্বারৌবীগনু লেংবিরো। ব্বাসি তাবদা একলব্য য়াম্না নুংঙাইতনা হনখরে, চাম্মগী মাইকৈদা তেঙ্গোল লোমদা চঙক্লুনা দুর্য্যোধোন্দা হায়জৈ মহারাজ ঐবু লাল য়াওহনবীয়ু হে: সৈত্যা লালঙমফিরান থেৎকে দুর্য্যোধন্দা হায়রকই। চঙকইবা নিপাদুনা য়াওরবদি নপু ঐ লান য়াওররোই মবুধৌগী ব্বাদো তাবদা দুর্য্যোধন্না হায়রকই মহাশয় লানসি য়াওবা য়ারোইদৌরে ব্বারৌগনু লেংবিরো। একলব্যনা শাওখিদুনা ইতোমতনা লান জয় লৌগে ঙমদ্রে ঐ প্রান থাদোক্লগে খল্লগা তেঙ্গোল অনীগী ময়াই তম্না দোলাই থৌজিল্লক্লে।

মতাং অসিদা যুধিষ্ঠিরনা প্রভু ননাই অসিবু তানথোকপিবসিবু করি দোস লৈবননোনে দেবগীরিধারি হংগৎচরবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, দাদা মহারাজ একলব্য অসি তিন্নবা য়াদে পাপ চংঙক্ননি। নিসাদানি বর্ন সংকোরনি য়াওহনগুমসি (এ থাতে) অসোমদসু দুর্য্যোধন্না মবুধৌ ভীষ্মদা হংঙি মবুধৌনা হায়, ব্রহ্মানি কৌশিপ কৌই, অতোনবা জাতিদা পোকপনি। মানা লান য়াওরবদি মাগী মখুত্তা শিরবদি উতম জাতি ওইবা রাজা রিষি কয়া নরক তাগনি। মরম অদুনা মা য়াওবা য়াদে, তেঙ্গোল অনীদা খংনখরে, মতাং অসিদা মুণিনা হায় তাবিরো মহারাজা জন্মেজয় । একলব্যনা অশাওবগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দদা ভক্তি কৎচরকই। হে: প্রভু কৌরব পাণ্ডব অনীগী তেঙ্গোন্না অমত্তা ওইনা পুনশিনবিরো। ঐগা লান পান্নরসি ঐনা ঙম্মে মহা ভারতকী লান জয় পত্রা লৌজরগে। ঙমদ্রে প্রান থাদোকচরগে, শ্রীগোবিন্দনা তাকপিরকই তেংঙ্গোল অনীমক শৰ্ব্বা রাজা ধানি নিংথৌ পূম্নমক মখুত্তা খূৎলাই পায়নদুনা একালব্য তম্না তেন থাজিন্নরকই। মাইকৈ মরিদা থাজিল্লকপা তেন ময়ামদু একলব্যগী তেন অমা খক্তুনা তেন ময়ামদু লোয়না কক্তুনা থাদৈ। একলব্যগী বিদ্যদু উরদুনা তেঙ্গোল পূম্নমক ঙক্লে, শ্রীহরিনা চক্র থোল্লগা মমাংদা দোলাই থৌজিল্লকই। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই একলব্য নংনা নিংগদবা শোনগদবা ভোজান নিংঙো হায়রল্লগা শ্রীহস্তনা চক্রা থোল্লগা নিয়ম শিন্নরে। লংথোরক্লে চক্রদা মহাপ্রলোইগী মৈ হৌদুনা ড্রুং ড্রুং ফৃ ফৃ হৌনা পাইশিল্লক্লে, একলব্যনা তেন্দোংদগী মচিন পার পারবা থৌর থৌরবা তেন্না খুবাম খুবাম্না খুজিং ওইনা ফ্রুং ফ্রুং কাপ্লকই জয় কৃষ্ণ জয় কৃষ্ণ হায়না তানগা লোয়ননা থাজিল্লি। তেনগী জাৎ অখাকপা লৈতনা অমর্থ সমর্থ বিষ্ণুজাল, ইন্দ্রা জাল, ব্রহ্মাজাল সিংহদন্দ ব্রজাদন্ত বান বিরোচন সিবা বান দুর্গা বান, শুচিমুখি তেন মৈগা তেন কোক্কা, কৃক কৃক নুমিৎকী কিরোন চংখিদরে নুংশিৎ ফাওবা নাকোইননা শিংখরে, তেন ময়ামদু বিষ্ণুগী চক্রনা প্রোক প্রোক চাকথেক্তুনা তাঙ্গোই ওইদুনা তাই। একলব্য হনবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্না তান ওইনা

অরৎপা লৈতনা জয় কৃষ্ণ জয় জয় কৃষ্ণ তেন থাজিল্লী। লিরুং চামনি, চাম্মদগী য়াংখৈ, য়াংখৈদগী কুন্নি, কুন্দগী তরানি, তরাদগী মপালদা, নিপালদা, তরেত্তা, তরুক্তা, মঙাদা, মরিদা, অহুমদা, অনীদাগীদি চক্রা শৎতা পাইশিল্লক্তুনা মথা কাতি মঙক থবৎ কক্তুনা মকোক্লা পৃথিদা তাই, একলব্যগী হকচাংগা শম্নদ্রবা মকোক্লা হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ শোল্লকই। শ্রীকৃষ্ণনা প্রান সখে ইতাও ককথৎলবা মকোক্লা শোল্লিবা নুংশিদরা ইতাও শ্রীগোবিন্দনা দোলাইদগী লেংথবিরগা মনাইগী মনাক্তা লেংশিনবিরক্লে।

হে বৈষ্ণব একলব্য নহাক্লা অপাম্বা বর অমা নিয়ু কৃষ্ণ ঐনা পিগে একলব্যনা হায়জরকই। হে: ইবুংঙো জগৎপতি শ্রীমুখাবানি তাজবদা য়াম্না নুংঙাইজরে প্রভু, ননাইনা অপাম্বদি পীবিগদ্রা নিয়ু কৃষ্ণ ঐনা শোইদনা পীগনি। একলব্য কৃষ্ণ ঐগী লাইবকসে নিরো পিরগে শ্রীমুখাবানি তাবদা একলব্যনা প্রভু যষোদা ইমা মহারানিগী ওইখরে পুর্নিমাগী থা কোতিবু ঙমজবা মাইথোং থম্বান্দি, ইমা যষোদাগী মরননি ঙমজরোই প্রভু। কৃষ্ণ ঐগী বৈক্ষস্তনসি নরন ওইজরো অদুসু ভৃগু মুনিগী মরন ওইখরে, কৃষ্ণ ঐগী পদ্মনাভিসি নহাক্কী নরন ওইজরো। সৃতিকর্ত্তা ব্রহ্মাগী মরন ওইখরে, খু-ফৈবোম অনীসি নংগী ওইজরো, মদুসু নরশিংহগী মরল ওইখরে। কৃষ্ণ ঐগী চরন অনীসি নংগী নরন ওইজরো প্রভু ইবুংঙোগী রাঙা চরন্দি ভক্তা বৈষ্ণব বৈষ্ণবী সাধুশিংগী মরননি পুম্নমক্কী চংজফমনি ঙমজরোই। দেবগীরিধারি, ননাইনা পামজবদি দুই অক্ষর মন্ত্রা রাজা ময়েক অনীদা ওইবা হরে কৃষ্ণ হায়বা অদুদা পীনবিয়ু ফিগাও শানা নিজরি প্রভু, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা নংনা নিংজরিবদু লেপ্পা ফংজরো, কৃপা পীবিরে মনাইদা। প্রভু ননাই ঐনা শিরবসু ভারতকী লান্দদি য়েংজখিগে, লান্না লোইবগা ননাই আয়ু লোইজগে। শ্রীহরিনা কৃপা পীনবিরে একলব্যগী মকোক অসিনা অৱাংগী ভাবোক লাল লোইদ্রিফাওবা লৈননবা অৱাংলোম থংবা গঙ্গা মনাক্তা স্তমভা তেন কাপ্লো শ্রীমুখবানি তাবদা মনাই অর্জ্জুন্না গান্দিবা লিরুং পায়দুনা অস্তমভ অস্ত্র কাপ্লে। অৱাংগী গঙ্গা মনাক্তা য়োৎকী যুম্বী অমা যুংখরে অদুগী মথক্তা একলব্যগী মকোক্তো তেন্না পুখিদুনা থমখরে, মথংদা মতাং অদুদা অকনবা মহাবির অমসু থুংঙরে মমিংনা বর্ব্বরিক কৌই। গীরিরাজ ভারতকী মোৎনি অদুসু একলব্যগী মতৌগুম্না চক্রানা মঙক কক্লগা মখাগী গঙ্গা মনাক্তা আর্জ্জুনগী তেন্না লোহার স্তমভা য়োৎকী যুম্বী যুংলগা অৱাংবদা তেন্না মকোক্তু পুখিদুনা থমখি লান লোইদ্রি ফাওবা অদুম হিংদুনা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা লানগী ভাবোক ওইখি। ইতি অধ্যয়। ইতি হরি হরি হরিবোলো।

অধ্যায় ঃ- ৫

## আর্জ্জুন্না অৱাবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা গীতা বিষরুপ পুথোকপা



শ্রীবৈশমপায়ন মুনিনা হায় তাবিরো মহারাজা পরিক্ষিত নন্দন জন্মেজয় (দুইদলে) চামা মণ্ডাগী তেঙ্গোল অনী মাইয়োক্লরবদা কৃষ্ণ আর্জ্জুন মপু মনাই অনী কপি ধ্বজ কর্নরাক্ষা দোলাই তোংদুনা, তেঙ্গোন অনীগী ময়াইদা থুংগরে। কৌরব পাণ্ডব অনীগী তেঙ্গোল মীয়াম পৈরিবদু উরুরগা আর্জ্জুন্না (লোমানচো)

তুচুংখরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ, শোল্লগা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা হংগৎচরকই। হে: ইবুংঙো দেবগীরিধারি, ননাইনা হংগৎচরি, পৃথি অমসুং লন থুম, খরগীদমক ক্ষাতি বোদ্ধা শাগৈ মশেন ওনশিন্নদুনা লান শোক্লবা ননাই আর্জ্জুনদি ঙমজররোই হায়দুনা মিত্তা পিদি মতুম মতুম তারদুনা হঙ্গৎচরকই। আর্জ্জুন্না মখুত্তা পায়রম্বা লিরুং নাম্থখিবা খঙহৌদরে ননাই ঐ লান তোকচরগেনে প্রভু তাবদা শ্রীগোবিন্দনা প্রান সখে ইতাও চিংনরুনু কৃষ্ণ ঐনা শান্নরিবা লীলানি। রনগঙ্গা, কুরুক্ষেত্র ধর্ম্ম ক্ষেত্রা কুরুক্ষেত্রা ধর্ম্ম লৈত্রবা মীওইশিং ফত্তবা পূম্নমক তুম্না শিগদৌরিবনিনে ইতাও। ধর্ম্ম লৈবা মীওইশিংদি হিংহৌগদৌরিবনিনে প্রান্না সখে চিংনগনু ঐগী দিব্যচক্ষু অসিদা অমুক্তা য়েংঙু মনাই আর্জ্জুনদা পীবিরে আর্জ্জুন্না দিব্যচক্ষু মমিত্তা হাপ্লগা য়েংঙকপদা জগৎ মপু ভাগবান্না বিষরুপ মুর্ত্তি পুথোকপিখরে মনাই আর্জ্জুন্না য়েংজরকপদা ইবুংঙোগী নয়ন য়েৎতুনা নুমিৎ ওইরে, নয়ন ওইথংবনা থা ওইরম্মে, শ্বর্গ মর্ত্তা পাটান ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গদা পূন্না লৈরম্লে ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর লাই কোতি কুম্বাহুমদোই তেঙ্গোল কৌরব পাণ্ডব পুন্না শ্রীঅঙ্গদা লোইনা লৈরম্মে শ্রীকৃষ্ণনা হায় প্রানসখে ইতাও আর্জ্জুন অস্থা বৃক্ষা স্না খোংনাংসু কৃষ্ণ ঐগী শক্তিনি ইন্দ্ররাজসু পূম্নমক অসি ঐনা শান্নরিবা লিলানি পৃথিবী ভু: ভার পৃথিবীগী অরুম্বা লৌথোকদৌরিবনি ধনঞ্জয় নংঙোন্দা করিসু পাপ লৈরোই। বৈষ্ণবী ইনেমতোন পাঙ্গল শোল্লবী ইমাগী সেবাগীনি লান জয় তৌরগা পাঙ্গল শোল্লবী ইনেমতোনগী সেবা ফংগদৌরিবনি। নখুত্তা খূৎলাই পায়রো ইমাগী সেবা লেপ্না ফংঙুকো ইতাও, নথৌ পাংথোকউ হায়রগা দিব্যচক্ষুদো শ্রীকৃষ্ণনা মনাইদগী লৌশিনবিখরে ইতাও মহাভারতকী লান শোইদনা মঙ্গল ওইগনি।



## অধ্যায় ঃ- ৬

## কৌরব পাণ্ডব তেঙ্গোল অনীগী লাল হৌবা

**অহানবদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা পঞ্চজৈনং খৃশি কেশ, দেবদত্ত ধনঞ্জয়, পৌরনড্রকা দথৌ মহা শঙ্খং ভীম কর্দম্ম বৃকোদর, অনন্ত বিজয়ং রাজা কুন্তি পুত্র যুধিষ্ঠির নকুলা সহোদেবচ সোঃ ষোশ মণি পুষকৌ।**

কৌরব পাণ্ডব তেঙ্গোল অনী চপ মান্ননা, মোইবুং খোংঙে। মোইবুংগী মখোন্না ড্রুং ড্রুং, নানা যন্ত্র, পুং য়ৈবা, শেল য়ৈবা, বাঁশি, করতাল ধনিনা কুক্ষেত্র পুমনিন নিনখরে। সমান্নে সমান্নে যুদ্ধা দলাই তোংবগা দলাই তোংবগা, শমু তোংবগা শমু তোংবগা গদা পায়বগা গদা পায়বগা পান্নখরে। কুরুক্ষেত্র খাগা ৱাংগা, ফেৎ ফেৎ হায়খরে।

মখারোমদা নরায়নি কোতি তরেৎ কা লান পারুসি হায়দুনা শ্রীগোবিন্দনা দোলাই থৌরক্তুনা নারায়নি কোতি তরেৎকা লান শোক্লখরে। শোমদনা গঙ্গাগী মচা বড় ভীষ্মনা মোইবুং খোংদুনা দোলাই থৌজিল্লকপদা দ্রুপদগী মচা ইবুংঙো যুবরাজ ধৃষ্টদুম্নানা দোলাই থৌজিল্লক্তুনা মবুধৌ গঙ্গা নন্দন ভীষ্মগী মাংদা দোলাই থাররে, দোলাইদগী কুমথরক্তুনা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা নমো নমো ইবুধৌ ননাইনা খুরুমজরি ভক্তি কৎলি। গঙ্গ নন্দন ভীষ্মনা যুবরাজ করি হায়নিংঙি, নমান্নবা নিংথৌগী মচা যুবরাজ কয়া লৈরি, মখোয়গী মমাংদা দোলাই থাদ্রগা নপু ভীষ্ম ঐগী মাংদা দোলাই থারিবদি করিগীনো যুবরাজ, ৱাদো তারবদা ধৃষ্টাদুম্নানা হাইজরকই, ইবুধৌ হন্দক্কী ইসেন মঙাগী চাওরবা মহাভারত লানফমদা শ্রীগোবিন্দগী কৃপানা সেনাপতি হায়বা ফম অমতং ফংজবদগী ইবুধৌগী মাংদা দোলাই তোংদুনা চংজরকপনি। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লগা ভীষ্মনা হায় যুবরাজ, নহাক নত্তবা মঙাগী তেঙ্গোন্দা সেনাপতি ওইবিনবা লৈত্রবরা। ধৃষ্টাদুম্নানা ইবুধৌ নশু মঙাগী তেঙ্গোলদা নিংথৌ লিশিং কুম্বত্র্ব সেনাপতি ওইবিনবা য়াওদ্রে। মরমদি অসিনি ইবুধৌ ভীষ্মনা চাম্মগীদা মীচং সেনাপতি ওইখ্রবনিনা কিনদুনা সেনাপতি ওইবিনবা অমত্তা য়াওদরে ইবুধৌ। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ননাই ঐবু সেনাপতি ওইদবা য়াদ্রে হায়দুনা শ্রীমুখানা তাকপিদুনা ওইজরিবনি তঙাইফদনা ওইজরবনি। ফরে ফরে যুবরাজা, নখুত্তা খূৎলাই পায়রো। অকনবা রথি অনী মোইবুং খোংবা মান্নে লিরি শ্রি শ্রি শিৎলি মখাগী খোংজিদা দুই ঘন্তা শরিক অনী, থক্কী খোংজিদা দুইঃ ঘন্তা শরিক অনী, মৈথে ময়াইদা দুইঃ ঘন্তা শরিক অনী, ষয় ঘন্তা শরিক তরুক (ধনুর দঙ্কার) ঝন, ঝন, খিংঙি লিরুং পায়বা

মাননৈ তেন শৎপা মান্নে। সত্তো ধারা ধারা, থৌর থৌরবা তেন অমরথ সমরথ বিষ্ণু জাল ইন্দ্রা জাল ব্রহ্মা জাল তেনগী মরুপ শুরে।

তেঙ্গোল অনীমক চপ মান্ননা মোইবুং খোংঙে, শামু তোংবগা শামু তোংবগা দোলাই তোংবগা দোলাই তোংবগা থাং পায়বগা থাং পায়বগা তা পায়বগা তা পায়বগা গদা পায়বগা গদা পায়বগা লম্বা লম্বা চপ চপ মান্নে ভীষ্মগী নিয়ম লানগী কাইবা য়াদে, কাইদনা তেঙ্গোল অনী চপ মান্নে। শগোল তোংবগা শগোল তোংবগা শামু তোংবগা শমু তোংবগা পুংশেনগা নগরা ধুলোপ, কংশি করতাল, ঝঝুরি মুঝুরি, তিকয়া তুকার দাম্মা দাগর পুংশেন দ্রং দ্রং থিল্লকপা য়েনরকপদগী ধনিনা কুরুক্ষেত্র অসি থ্রক থ্রক নিকখ্রে, সুন্দা য়ানবা সগাইনা হায়বগী মতৌগুম গঙ্গা মরি অৱাংগী সরস্বতী মখাগী দ্বৈপায়ন নোংপোক্কী ভগীরথি নোংচুপকী নরমদা চারি গঙ্গা ইনোৎ ইপোমনা লৈরাইদা বম বম হায়গৎলকপা ধনিনা পুন্নিল নিনখরে মহারাজ, স্বর্গদা লৈরিবা লাইয়াম সভা পূম্নমক সিলা কম্থা, মথক্তা লাই কোটি ৩৩ পৈখ্রে মতিক মগুণ লৈরবা লাইয়ামশিংগী মনুংদা মনবতি কোনুংদা ব্রহ্মা অৱাংলোমদগী কুবের কৈলাসতগী মহাদেব মখাদগী যম নোংচুপ্তুগী বরুনা নোংপোক্তগী সোরারেন মৈ ঈশিং নুংশিৎ কার্ত্তিক গনেশ নন্দি ভৃঙ্গি দিবা রাত্রি অসিনচিংবা দেবা পূম্নমক মাগী মাগী লোয়নবীশিংগা লৈ চন্দোন পায়দুনা মঙ্গোল লাওগদবগী দন্দভি বাজোন তৌদুনা লাইয়াম সভা পৈখ্রে। মহারাজ অকিবগী মশক ওইবা মশিং থিবা ঙমদ্রবা তেঙ্গোল অসিগী রথিশিংগী দোলাইদা থেৎলিবা ফিরাল মচু কয়াগী লৈনানা সুন্দ থাঙ্গৎনরকপা সিব চিংনবা লৈতনা ক্ষেত্রি মচানা সনাতোন ধর্ম্ম তানগে হায়দুনা মখুত্তা খৃৎলাই পায়দুনা চোংশিন্দুনা মাইয়োক্লখি।

মহারাজ মবুধৌ ভীষ্মগী য়েৎ থংবদা দ্রোন গুরুদেবগী দোলাইনা মাঙওইনৈ কমন্ডলু য়ুবি খুজাই য়েকপা ফিরালনি অদুগী মতুংদা মচা ইবুংঙো অশ্বথমা গুরুকৃপচার্য্যা বালিকি, ভগদত্ত আলম্বুস ভুরিশ্রবা মচিল মনাও ১০০ গী ময়াইদা দুর্য্যোধনগী শমু দায় ৮ গী মথক্তা তোংদুনা ঙসিমক লেপ্লা ভারত জয় লৌগে হায়বগী মতাগুম নিংথৌ লিশিং ৫০ গী তেঙ্গোলশিংনা পুংকোই কোইশিন্দুনা মহা প্রলয়গী লানফম অসিদা অকিবা ফংলবা সিংহনাদগী মখোল তানা পুন্নিল নিল্লকপা অঙকপগী মশকনি মহারাজ। অসোমদসু মঙাগী তেঙ্গোলদসু অকনবা দৃষ্টদুম্না নাক য়েত্তা পৈরিবা নিংথৌ লিশিং ৩০ গী তেঙ্গোলনা যুধিষ্ঠির মহারাজগী অকোইবদা ঙাক্লিবা মহারাজ বিরাট, দ্রুপদ, শিখন্দি, সাইতকী, আভীমন্যু, উত্তর অকনবা রথি মপৈ মপৈনা মখুত্তা খূলাই পায়দুনা নিংথৌ শেনরি কনবা ভীম নকুল সহদেবা মাগী মাগী মতিক চাবা খৃৎলাই পায়দুনা য়েক্লববু লেপ্লা জয় তৌগে হায়দুনা ১০০ গী অকনবা তেঙ্গোলদা মায়য়োক্লখ্রে। মদু তাবদা হ্বারী তাজরিবা মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয় য়েংদুনা হায়। সঞ্জয় হন্দক্কী ইচা ১০০/৫ গী তেঙ্গোল অসি কয়াম

য়ামই। মহারাজ তাবীয়ু নচা ইবুঙোগী মিংচদনা একাদসি আক্ষোহিনি তেঙ্গোল ১১ নিংথৌনা লিশিং ৫০ নি নিংথৌশিংনা পুরকপা তেঙ্গোল মশিং য়াওদে, মঙাগী তেঙ্গোলদনা অক্ষোহিনি ৭ নিংথৌ লিশিং ৩০ নি থা ৬ না কোইবা কুরুক্ষেত্র অসি মীতনা পিক থন্না পৈখ্রে হায়বদি সঙ্খ্যা মশিং থিবদা অসিনি হায়নিংঙাই লৈত্রে। নচা ইবুংঙো ১০০ গী তেঙ্গোল অসি কয়ামুক য়াম্বগে হায়ববু অকনবা নিপা অমনা খোংনা তুবৎ শমদনা চৎপদা নুমিৎ ১২ নিনা ময়ুং কারগা নুমিৎ ৯ নিনা মরাক ওইয়ে নচা ইবুংঙো ৫ গী তেঙ্গোলদা নুমিৎ ৯নিনা ময়ুং ওইরগা নুমিৎ ৭ নিনা মরাক ওইয়ে মহারাজ। অদুদি সঞ্জয় হন্দকী লানফম অসিদি শোয়দনা ইচা ১০০ না মঙ্গোল ওইরেদনা।। মহারাজ মদুদি তম্বা ঙমদ্রি (পরে কিম্বা ভবিছৎ) মদু হায়বা ঙমদ্রি। ইতি! হরি হরি হরিবোল।।

অধ্যায় ঃ- ৭

## যুধিষ্ঠিরগী মগুণ

শ্রীগোবিন্দ নবুংঙোনা শান্নবা ভারতপু ঐনা তথা খংবা ঙমব্রা মহারাজ অদুদি সঞ্জয় ঐগী ইচা ১০০ গী তেঙ্গোন্দা মহাভারত লোয়বা ঙম্বা অকনবা রথি কয়ামদি য়াওরিবগে। তাবিয়ু মহারাজ, নচা ১০০ গী তেঙ্গোন্দা য়াওরিবা রথিশিংগী মনুংদা বড় সেনাপতি ওইরিবা নপু ইবুংঙো ভীষ্ম অয়ুক চাকচামাংদা ভারত লাল লোয়বা ঙমগনি। দ্রোন গুরুদেবনা দোলাই তোংদুনা মতিক চাবা খূৎলাই পায়দুনা চংখিবদা নুমিৎ অনীদা লাল লোয়বা ঙমগনি। কৃপাচায্যনা নুমিৎ ৩ নিদা, কর্ণনা নুমিৎ ৫ নিদা লাল লোয়বা ঙমগনি। গুরুমচা অশ্বথমানা পুংখাই অমগী মনুংদা লাল লোইবা ঙমগনিয়ে। মদু তাবদা সঞ্জয় অদুদি মীচং ঐখোয়না হেল্লে অকনবা রথিসু ঐখোয়না হেল্লে অদুদি শোয়দনা লেপ্পা জয় ওইরেদনা সঞ্জয় অদুগা ইচা ৫ গী তেঙ্গোলদনা ভারত জয় ঙম্বা কনা কনা য়াওরিবগে হায়য়ু। মহারাজ তাবিয়ু নচাইবুংঙো ৫ গী তেঙ্গোলদা আৰ্জ্জুন ৩ য়াওরিয়ে আৰ্জ্জুন ১ ফাওবদা লম্বা ৱারিবা অদুদা আৰ্জ্জুন অহুম শুরে কনা কনানো সঞ্জয়। মহারাজ নচাইবুংঙো ১, মচা ইবুংঙো অভীমন্যু ১ সাত্যকি অমা হায়রিবা অহুমসি চপ মান্নেয়ে মসিগী মনুং য়াওরিবা অশেংবা আৰ্জ্জুন নচা ইবুংঙোনা মখুত্তা গাণ্ডিবা লিরুং মনসিধি তেন্দোং নাকন্দা ইন্দ্র খ্রগ্রা থাং ময়ায়দা দোলাই মথক্তা তোংদুনা শ্রীগোবীন্দ মবুংঙোনা শাগোল চুপলি পায়দুনা ১০০ গী তেঙ্গোল ময়াইদা থারগা মহারাজ মিং

উইশিল্লগা খংপাং পাংথোকরকপদা মহাভারত লোয়রে।

মসিদবু মচা ইবুংঙো ১০০ নাবু জয় ওইনি ওইরোই হায়বা অসি খংবরো মহারাজ ধর্ম্মা কাইদ্রবা যুধিষ্ঠির নচা ইবুংঙোনা রনযজ্ঞ কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা জগৎনা কৎপা ঙমদ্রবা রন যজ্ঞ কৌবা যজ্ঞ মতং কৎচরিয়ে মহাভারতনা হেক লোয়বদা লেপ্পা যজ্ঞ অসি লোয়গদৌরিবনি মহারাজ ধর্ম্মগী অচৌবা ধর্ম্ম যজ্ঞনি। যজ্ঞ অসিনা হেক লোয়বদা লানঙমদ্রবা সমুদ্রবু লায়না পার তৌদুনা শ্রীবৈকুণ্ঠ লেপ্পা ফংগনি মদু তাবদা মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয় করম্না কুরুক্ষেত্রদা সমুদ্র লৈগদৌরিব্রা অদুগা যুধিষ্ঠির ইচানা কৎলিবা রন যজ্ঞ অদুনা করিনা মপোৎ-মচৈ ওইরিবা, সঞ্জয় মিচং মিখাই নাইদনা হায়য়ু। মহারাজ চিংনবীনু, নচা ইবুংঙো দুর্য্যোধনগী তেঙ্গোলবু জগৎনা সমুদ্রগী পান্দমনি হায়নৈনে। মরমদি ভীষ্ম, দ্রোননা দাতা, জয়দর্থজল সৈল্য, সৌকিনি, মিনোৎপল, কর্ণ, বেলার, কুলার, অশ্বথমা, ধুর মকর, সৌতিনো, খল পাণ্ডব, কৈবর্ত্তকী কেশব। ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয় করম্না কুরুক্ষেত্রদা লানগী মতমসিদা মতম চাদনা যজ্ঞ কৎকদৌরিবনো মাবু মিন ধর্ম্ম লৈ মাহা বৈষ্ণবনি হায়। লানফমদবু করম্না যজ্ঞ তৌনি হায়য়ু। সঞ্জয়না হায়জৈ, মহারাজ হন্দক যুধিষ্ঠিরনা লানফমদা কৎকদৌরিবা যজ্ঞসিদি মাহা যজ্ঞনি, মীনা হেক কৎনবা ঙস্না যজ্ঞ নত্তে মহারাজ তাবিয়ু। শ্লোক কৃত্যাকুক ক্ষেত্রং যুপং কৃত্যা জনারদনং পশুকৃত্যা দুর্য্যোধনং দ্রুপদ মবলং কর্ন্ন মহাহবি বন্ধিং কৃত্যা বৃকুদরং গন্ধিব্য সুপ্ম কৃত্ব্যা বিধিয়ং আচার্জং হাতাজ্যং কার্তাজ সোক্ষমানং যুধিষ্ঠির।

অর্থ ঃ কুরুক্ষেত্রনা লৈপুংগী মশক ওইরবা যজ্ঞগী কুণ্ডনি যুম্বীগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ওই। বালি কৎনবা শাগী মশক্রা দুর্য্যোধন নচা ইবুংঙোনা ওইরে দুরপদ অকনবা কর্ণনা ঘীগী মশক ওইরে। মৈগী মশক ওইরবা ভীম নচা ইবুংঙোনি। গণ্ডিবনা হোচাজৈগী মশক ওইরে বিধিনা কৌবা লাইনা অচার্য্য মশক ওইনা নচা ইবুংঙো যুধিষ্ঠির কর্ম্ম অদুগী মপুং ওইরে। মহারাজ! হায়রিবা যজ্ঞ যদু নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্তুনা থোইদোক্লা মপুং ফারবা কান্দা ধর্ম্মা লেপ্পা যজ্ঞ সাংগা ওইগনি। সঞ্জয়না হায় তাবিয়ু মহারাজ! গঙ্গা নন্দোনভীষ্মনা হন্দক্কী লানফমসিদা ইশু মঙা জয় ওইনি ওইরোই লেপ্পা খংলগে হায়দুনা মাগী তেনে দাংদা য়াওরিবা প্রলয় ঙস্না চয়োল খূদিং পূজা কৎতুনা থমখ্রবা জালমুখি হায়বা মগুণ লৈরবা তেল অদু লৌদুনা তেনজিলদা নিয়ম পিদুনা জয়কৃষ্ণ হায়রম্লগা লিরি নাকোং ফংনা চিংদুনা হেক থাদোকরকপদা তেনজিন্দা মৈনা ফ্রি ফ্রি হৌদুনা নুংশিৎ ৪৯ গা লোয়নদুনা অকাস তম্না পাইখৎলকপা স্বর্গ মণ্ডলদা পাইরিবা লৈচিল মপৈ পূম্নমক তেনজিলদগী হৌরকপা মৈদুনা পুংঙাং পুংঙাং জগৎ অসি লোইরগদবগুম নিকখ্রে।

কুম্মৈ য়েংলিবা লাইয়াম সভানা করমনো ঙসি ভারত লাল অসিবু ভীষ্মনা লোইদৌরিবরা দেবতা পূম্নমক নিকখ্রে অউবা ১০০ মঙাগী তেঙ্গোল পূম্নমক ভীষ্মাগী মগুণ লৈরবা জালমুখি তেল অদুবু উবদা

কৃষ্ণ কৃষ্ণ হা ইবুংঙো মঙামক ভারত লানফমদা জয় ওইয়ু হায়বসি তমখিদ্রমালে। নবুধৌ ভীষ্মগী মহাপ্রলয় ঙম্বা তেল অদু উবদা সেনাপতি ওইরিবা যুবরাজ ধৃষ্টদুম্না হরে কৃষ্ণ অহানবা লালহৌ নুমিৎমক্তদা মবুধৌনা কাপ্লিবা তেল অসিদি ঐগী তেনদোংদা য়াওরিবা তেলনা ককপা ঙম্নবসু য়াওদে। অদুবু জন্ম মৃতু কোন্নবা মীওইবগী মপোকনি সিরে ভালো হিংলে ভালো গোবীন্দগী কৃপা য়েংলগে হায়দুনা মাগী তেন্দোংদগী ইচম চম্বা ঐষীকা সর অমা লৌখৎতুনা মবুংঙো লেংখিবা মায়কৈরোম ওল্লগা মখূৎনা পায়রিবা অচম্বা তেল অদু কৎলক্লে হা ইবুংঙো প্রান গীরিধারী তোল্লবা ননাইবু সেনাপতি পীনবীদুনা ইসেল মঙাগী উপায় তৌ হায়দুনা শ্রীমুখানা তাকপীবা অকনবা মবুধৌগী তেল অসিবু অচম্বা ননাইগী তেল অসিনা ককচবা ঙম্লবদি হন্দক মহাভারত লালফম অসিদা পাণ্ডব ইসেল মঙানা লেপ্পা জয় ওইনি খংজগে, ককপা ঙমদ্রগদি লালফমদা মায়থীদুনা মঙানা অমুক হন্না মমা ইবেমগী সেবা ফংলরোই। লেপ্পা শক্তি থমজরগে চরন্দ ননাইগী তেল কৎচরি কৃপা পিনবীয়ু প্রান নাথ। মবুংঙোদা ভক্তি কৎচরম্লগা লিরিদা তেঙ্গা থোংদুনা জয় কৃষ্ণ হায়বা নামনা তেনজিলদা ইশপাৎ থোংলগা ফ্রং হেক থাদোকরকপদা শ্রীগোবীন্দগী কৃপা বারং বারং গুরু কৃপা বারং তেল অদুনা হায়গৎলকপা। ভীষ্মা মবুধৌগী তেলনা যুববাজ মঙক ককলগে হায়দুনা তেনজিলদা মৈগা লোয়ননা হায়থরকপা তেলদু চমলবা যুবরাজগী তেলনা (ওনায়াসে কাতিল্লু) ময়াইদা থবৎ কক্লুনা অনী থোক্লা থাদখ্রে, মহারাজ। মাদু উবদা লাইয়াম সবানা ধৈন্য ধৈন্য যুবরাজ মঙ্গোল ওইয়ু হায়না দেবাতা পুম্নমক্লা মহা মঙ্গোল পীরক্লে।

সঞ্জয়না হায় তাবিয়ু মহারাজ। অদুগী তুংদা অকনবা রথি অনীনা তেল সৎতুনা তম্নরকপা মহা প্রলয়গী মশকনি। ভীষ্মানা কাপ্পা ধৃষ্টদুম্নানা ককই তেল সৎপগা থোংবগা থাবগা কৃক কৃক তেন মৈগা তেনকোক্কা মসিদা থানখিবা তেল অসি মহাপ্রলয়গা মশক ওইখরে, মচিলদা মৈ হৌরবা অককপা তেল ময়াম অদুনা পৃথি মণ্ডলদা অকাস্তগী লৈনা তারকপা করিগা পান্দমজগনি। পোইনু নোংঙালমদাইদা লিকলা মপৈ হাইথরকপা অদুগী মতৌগুম্নি তেঙ্গোল পুম্নমক মখুত্তা খূৎলাই পায়দুনা অকনবা লাম্বা পানখ্রে। ভীষ্মগী নিয়ম কাইদনা শাগোল তোংবগা শগোল তোংবগা শামু তোংবগা শামু তোংবগা দোলাই তোংবগা দোলাই তোংবগা মহারথিগা মহারথিগা উত্তমরথিগা উত্তমরথিগা অৰ্দ্ধরথিগা অৰ্দ্ধরথিগা মাইয়োক্লখ্রে। মায়কৈ অমরোমদা দ্রোনাচার্য্যগা মহারাজ দ্রুপদগা অকনবা লাম্বাদা মিৎচি ফেৎ হায়দোক্লবা য়াদনা মহাপ্রলয় ওইনা লম্বা পাখরে মহারাজ। মখাগী মায়কৈদনা নারায়নী কোতি তরেৎ.কৃত্ত ব্রহ্মগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দগা মপু মনাই অনীগা মাইয়োক্লনা অকনবা লম্বা থেংনরক্লে। অমুক অমুক তেল সৎপদা পাবোম ৪ পানবা কোটি ৭ কী তেন্না মপু মনাই অনীগী মায়কৈদা অমুক্তা তেল কৌতি ৭ পুল্লপ পুল্লপ থাজিলকপা একা

আর্জ্জুন মথক্তনা তেল ময়াম অদু লৈদনা ককথরকপা মহাপ্রলয়গী মশকনি। পাইশিলকপা তেল অদুনা শগোলদা ফিরাল দোলাইগা অম্বারিদা ধজ্বদা বানাদা পানগদবা তেল পূম্নমক আর্জ্জুন্না কক্তুনা থাদরকপা জয় কৃষ্ণ জয় কৃষ্ণ নামতনা তাল ওইনা শোল্লদুনা মসিদা মিৎচি হুৎ লৈনদনা পান্নখ্রে। মহারাজ মায়কৈ অমরোমদা ভীমগী মচা ঘটোৎকচ নবুধৌনা দুরঘুন দোলাই পুশিনদুনা ১০০ গী তেঙ্গোল অকুংবা য়েংদুনা দোলাই থৌজিলকপা মমাংদা লৈরিবা রথি পূম্নমক কাইদুনা ব্রা ব্রা মায়কৈ খংদনা চেন্নরকপা মদু উবদা দৈত্যপতি, আলম্বুস খংহৌদনা দোলাই তৌজিলক্তুনা নবুধৌ ঘটোৎকচগী মাংদা দোলাই থাদুনা মহা ময়াগী লাললোংদা অকনবা অনীগী লম্বা থেংনখরে মহারাজ জন্মেজয়। লালফমদা অকিবা লৈত্রবা নবুধৌ য়াইমানা লৈদুনা য়েংলকপদা মান্ন-মান্নবা লম্বা পান্নরিবদু উবদা ঙসিমক ভারত লোয়রগে হায়দুনা পিশিক দোলাই পুসিল্লকউ দোলাই মথক্তা হাপ্লা য়াবা থাঙ-তা গাদা লিরুং খূলাইসুনা হাপ্তুনা ভীমগী মাংদা দোলাই থাররে ইবুংঙো য়াইমা লেংখৎপিরো। ঙসিমক লেপ্লা ভারত লোইবীয়ু দুর্য্যোধনবু ফাদুনা লেপ্লা জয় ওইরগা ইমাগী সেবা ফংহনবীয়ু ইবুংঙো য়াইমা। ভীম নবুধৌনা দোলাই মথক্তা কাদুনা ১০০ গী তেঙ্গোল অকুংবা শগোল তোংবা শামু তোংবা অকনবা রথিগী ময়াইদা দোলাই থৌজিল্লগা মসিদা ভীম্না থেংনরকপা লাল অসি পেন্দ্রদুনা দোলাই মথক্তগী চোংথদুনা মখুত্তা গাদা পায়দুনা জয় শ্রীগোবিন্দ ঙসি ভারত লোইরগে খন্দুনা মাংদা লৈরম্বা অকুংবা শামু তোংবা তেঙ্গোল মরক্তা চোংশিনখিদুনা গাদানা ধম ধম থাদুনা য়ৈরকপা শামুগী তেঙ্গোলনা কাইরকপা তেঙ্গোল পুল্লপ পুল্লপ তুনরকপা কুরুক্ষেত্র অসি অককপা শগোলদগী শামুদগী মীদগী শিন্থরকপা ঈতনা তুরেলগী মশক্নুম চেনখ্রে মহারাজ।

নুমিৎ অসিগা ভীষ্মাগী অহানবা লালহৌ অসিদা ১০০ মঙাগী তেঙ্গোল অনীমক শিববু কিবা লৈতনা মসিদা থেংনরকপা লাল অসি প্রলয় ওইখ্রে। ভীম নবুধৌ য়াইমানা দোলাই মথক্তা গাদা থল্লগা ভীম্না চেনশিনখিদুনা মাংদা মী অমা লৈরমই মখোংদা পাই সুন্দা লৈ, মী অমাদা থাই মী ২ ইরি ওইনা তাই। শামু অমা লৈরমই মনাতোন্দা পাই সুন্দা লৈ, শামু অমদা থাই শামু অনী পুল্লপ প্রান থাই। শগোল অমা লৈরমই খুমাংদা পাই শগোল ১ দা থাই শগোল অনী পুল্লপ শি অনী অনী কোন্নবা মীহাৎনা মহা প্রলয়দা ভীমনা থেংনরকপা লাল্লেংদা ১০০ গী তেঙ্গোল তাকতক তৌখ্রে। সঞ্জয়না হায়, তাবিয়ু মহারাজ। গঙ্গগী মচা ইবুংঙোনা মহাপ্রলয় ওইনা মিচি নাম্মা ফেৎ হায়দোক্লবা য়াদনা পান্নরকপা সেনাপতি অনীগী লাল অঙকপগী মশক্তি দেহেদা হুমাংনা পুংলুপ পুংলুপ নুংশা মপী ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা কাপ্লরকপা তেন্না পুংমম অকাস অসি তেন্তনা খনখরে। নবুধৌনা তেল খুকাপ হেনজিল্লক্তু না পুংমম থৌরবা ব্লাকচিন শাবা তেন্না হায়জিলক্তুনা দৃষ্টদুম্নাগী থবাক্তা য়ৈদুনা থাবদা হরেকৃষ্ণ হায়রমলগা দোলাই মথক্তা হায়থখ্রে। সারথিনা

দোলাই কাংমাই লৈথোকখিবদা তুংদা লৈরিবা শগোল তোংবা শামু তোংবা পাদতি খোংমী লান্মী পূন্নমক ভীষ্মনা ককতুনা থাদরকপা মহাপ্রলয় ওইখ্রে। সেনাপতিনা হেক তুবা উবদা শ্রীকৃষ্ণগী মতোল ইবুংঙো সাত্যকী দোলাই হেক্তা থৌজিন্দুনা ভীষ্মগী মাংদা দোলাই থাই। ভীষ্মনা সাত্যকী হন্দোকউ নমান্নবা রথি কয়া লৈরি, লাম্বা পারু। করি ৱানো মবুধৌ ঙসি অসি নিংথৌ শেন্নবা কনা লৈত্রে ঐগী ওজানা ঐঙোন্দা নিংথৌ শিনরমই মরম অদুনা ঙাইহাক লাম্বা পাদবা য়াদে। সাত্যকীসু মখৃৎতা লিরুং হেক্তা পায়। ভীষ্মসু লিরুং হেক্তা পায়দুনা অকনবা রথি অনীনা থেংনরকপা পাইথোবকপা তেনতনা মহু পুরা লিলগী মতৌগুমনি তেনজিলদা মৈতনা ফ্রি ফ্রি ফ্রি কামদুনা মতিক মগুণ লৈরবা নানা বান তেন খিবিক থানরকপা দোলাই অনী লৈনরকপা করিগা পান্দমনি ভুজবা চক্রগী মতৌগুম য়েত্তা লৈবা মান্নবা ওইদা লৈবা মান্নবা পাইথোরকপা তেন্না শাগোন্দা সারথিদা ফিরালদা মশাদা পানগদবা তেলদু ককতুনা থাদনরকপা জয় কৃষ্ণ জয় কৃষ্ণ রথি অনীমক্না গর্ভগী হৈজবা তমজরকপা বিদ্যা পুথোক্তুনা থানরকপা তেল পূন্নমক ধারাবান, অগ্নিবান, বায়ুবান, ক্বাকমুখ্য, ভেককামুখ, সুচিমুখ, সিলিমুখ, অমর্থা সর্মথ, ব্রহ্মজাল, ইন্দজাল, বিষ্ণুজাল, অনল্ল, কনল্ল, সিবা বান, জুর্গাবানা, উরনাবান, বিদ্যুৎ তোমর জাঠা জাটি শপ্তা ধরা ধার বান হায়রিবা তেল ময়াম অসি কাপ্পরকপা তেনমৈগা তেনকোক্কা তেনতনা কৃক কৃক, বান বান, কাতা কাতি, ককনরকপা অককপা তেনকক্তনা পৃথি কুরুক্ষেত্র মণ্ডলদা হায়থনরকপা করি হায়নি মহারাজ। ভীষ্মনা খজিক খজিক খুকাপ হেনজিল্লক্তুনা সাত্যকী দেহেদা য়ৈদুনা থারকপা, মতম অদুদা অরাপ্পদা দোলাই থারিবা আর্জ্জুন মচা ইবুংঙো অভীম্যনু মাংলে, ইধৌ সাত্যকী গা ইবুধৌ ভীষ্মগা থেংনরিবা লাল অসিদি শোয়দনা ইবুধৌ ভীষ্মানা জয় লৌখিবা তারে খন্দুনা নারোলদা দোলাই থৌজিল্লক্তুনা ভীষ্মগী তুংদা দোলাই থাদুনা মখূত্তা লিরুং পায়দুনা তেন্দোংদগী সুচিমুখবান কৌবা তেল অহুমদং শৎতুনা নারোন্দা অমুক্তং কাপশিল্লকপা পাইশিল্লকপা তেন্না ভীষ্মগী মনঙ্গন্দা অমুক্তং থাবদা গঙ্গাগী মচা ইবুংঙো হরেকৃষ্ণ হায়রম্লগা উপ্পা দোলাই মথক্তা দং হরেকৃষ্ণ হৈদকো সাত্যকী আর্জ্জুনগী পরৱাননি হায়বদা মতিক চাইদকো।

ভীষ্মা হৌগৎলক্তুনা থবাক্তগী তেন হেক শৎকে তৌবদা তেনজিন্না মাং থংলম্বা ভীষ্মানা তুং ওইনা তেল শৎ হেক্তা সৎতোকই খূত্তা মন্ত্র সোল্লগা সৎ হেক নানবদা ঈ হেক্তা খক্তুনা কোইনা য়েংলকপদা কনাসু উদে। ভীষ্মানা সারথি স্বাইদা কনা কনাগী দোলাই থারম্বগে, মবুধৌ হৌজিক্তা নশু ইবুংঙো অভিমৈন্যুগী দোলাই লৈরম্মী। ভীষ্মানা ও! মা নত্তনা ঐঙোন্দা তেল কাপ্লীনবা কনা অমাতা লৈরোই। মপাগী মতৌগুম্না চৈথা কল্লি হায়বদি সিনানিদনা। ফৈ খংগনি। ঐগী লালগী নিয়ম থুগাইবা ইকাইদবা ঙসিদি অভিমৈন্যু প্রান লৌগে। সারথি দোলাই পুথোকউ। সারথিনা দোলাই মমায় হেক্তা লৈথোকপনি।

ভীষ্মানা লৈদুনা য়েংলকপদা অরাপ্পদা মপুগী নোঙ্গৌবী য়েকপা ফিরাল অদু হেক উবদা ইকাইদবা লালগী নিয়ম থুগাইবা অভিমৈন্যু আদা লৈরে দোলাই থৌজিল্লু। সারথিনা দোলাই হেক্তা থৌবনি। মবুধৌগী গঙ্গা য়েকপা ফিরালনা অভিমৈন্যুগী মাইকৈ তমলকপদা। অভিমৈন্যুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ ইবুধৌ লাক্লে দোলাই মমায় লৈরো। সারথিনা দোলাই অৱাং পাংনা দোলাই হেক্তা থৌবনি। মশুগী দোলাইনা অৱাং লোমদা থৌখিবা অদু হেক উবদা ভীষ্মগী দোলাইসু অৱাংলোমদা দোলাই থৌদুনা তান্নরক্লে। অমুক অভিমৈন্যুগী দোলাইনা মখাদা দোলাই থৌরক্লে, ভীষ্মসু মখারোমদা মায় ওল্লক্লে। নোংচুপতা অভিমৈন্যুগী দোলাই থৌরক্লে। ভীষ্মনা কোইতান তান্নদুনা দোলাই থৌরকপা মায়কৈ ৪ শিনবা থুংনা কোয়চেল চেল্লক্লে। মমৈথংদা ভীষ্মনা কুরুক্ষেত্র ময়াইদা দোলাই থাদুনা লৈদুনা য়েংলকপদা সারথি কান্নররোই। দোলাই ময়াইদা থৌরো অভিমৈন্যু ফারগে ভীষ্মগী দোলাইনা তেঙ্গোল অসিগী ময়ায়দা থৌরকপা উবদা অভিমৈন্যুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ চেলদনা হিংগদবা লৈত্রে ঙসি সোইদনা শিরনি। দোলাই মথক্তা কপ্তুনা লৈরিঙৈদা মবাই ইবুংঙো উত্তর যুবরাজগা থেংনখি।

উত্তরনা অঙাং অভিমৈন্যু করিগী কপ্লি, নমান্নবগা লম্বা পান্নবদা য়েক্লবগী তেন্না খুৎলাইনা নশাদা পাল্লবরা করিগী কপলিবনো। নমঃ নমঃ ইবাই ইবুংঙো, ঙসিদি সোইদনা নসেল শিরগদবনি। য়েংবিয়ু ঐগী ইবুধৌগী দোলাইনা নসেল তম্না থৌজিলকইবা সোইদনা শিরগনিয়ে। মদু তাবদা উত্তর যুবরাজনা কিগনু ইবাই লৈরিঙৈদা ইসেল মতু নামা তৎকদবা লৈতে কপকনু ইবুংঙো মশানা ককচবা লালগী নিয়ম থুগাইবা অচেনবা জিবা তান্নদুনা হাৎপা য়াদে। খুৎলাই য়াওদবা হাৎপা য়াদে হায়বা নিয়ম অদুবু তোক্তুনা অচেনবা ইসেলবু হাৎকনি হায়দুনা তান্নরক্লিবা ভীষ্মা ঙসিদি লেপ্পা জমালয়দা থাগে কিগনু হায়রম্লগা বিরাৎকী মচানা দোলাই থৌদোকখিদুনা ভীষ্মগী মাংদা উত্তরগী দোলাই থুংখরে। হা গঙ্গা নন্দন ভীষ্মা হা গঙ্গানন্দো ভীষ্মা হায়না উত্তরনা কৌরকপদা মবুধৌ ভীষ্মনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কনানো ঐবু ভীষ্মা হায়না কৌরিবা য়েংথোক্লকপদা উত্তর যুবরাজগী দোলাই মাংদা থাদুনা লৈরল্লে। ভীষ্মনা উত্তর নহাক্লা হৌজিক ঐবু গঙ্গানন্দো ভীষ্মা হায়না কৌবদো নমঃ নমঃ মবুধৌ ননাই ঐনা কৌজবনি। ভীষ্মনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ উত্তর নংগুম্বা ঙরাংদগী অঙাং নংবু পোকপা বিরাট নিংথৌবু ঐনা হললিবনি অদুদা নংনা ইমিংদা কৌবদা নত্তনা ইমারোমদগী পেখৎতুনা কৌরিবদুবু করিগীনো ইকাইদবা। উত্তর যুবরাজনা গঙ্গা নন্দোন সাওনিংবরা শাওরুনু ইপাবুসু হল্লবা মবুধৌবু ঐনা কৌজবদি উত্তরগী পাপ কোককদগুম নিংই। মরমদি চহী অহল ওইরবা উ অহল ওইবা পূম্নমক অসি লাইগা চপ মান্নে অদুনা ভীষ্মগী নাম অদু পল্লগা সোল্লবদি পাপ কোকদবগুম নিংই মরম অদুনা ঐনা তোয়না কৌজবনি শাওরুনু মহাবির। অঙাং ওইরিবা উত্তরগী ৱাহৈ

অদু তাবদা ভীষ্মনা অদুদি উত্তর করিগীনো নংনা ঐগী মাংদা দোলাই থারিবা হন্দোকউ। উত্তর যুবরাজনা মহাবির ঙসি ইসেল অঙাং অভিমৈন্যুবু হাৎকে হায়দুনা তান্নে হায়বসিবু অচুম্বরা। চুমই যুবরাজ ঐগী লালগী নিয়ম থুগাইবা অমদা অনী চংবা য়াদে খূৎলাই পায়দবা মীদা খূৎলাই থাবা য়াদে অচেনবা মীদা তান্নদুনা হাৎপা য়াদে হায়বা লালগী নিয়ম অদুবু অভিমৈন্যু নসেলনা থুগাইবগী মাবু হাৎকে তান্নরিবনি। মবুধৌনসু অভিমৈন্যুনা কিদুনা চেনজরবা ইসেলবু হাৎকনি হায়দু নশাগী নিয়ম ককচববু নশানা থুগাইরে পাপ পুরনি। নমাই ওন্দুনা হনখ্রো নৎত্রবদি অরেম্বদা নথ্বাই মাংজনি। ঐগী ইসেনবু হাৎকে লাকঅবদি মবাইনা অকনবা ঐ লৈ হায়বসি খংদ্র। নখুৎত্তা খূৎলাই পায়য়ু ৱাশক কাইবা নংবু মিৎনা কুপ্পদা যমালোইদা থাগে। উত্তরগী ৱাসি হেক তাবদা ভীষ্মনা শাউখিবনা দেহে থক থক নিক্তুনা হায়রকই হাই ইকাইকদবা কপচেৎপা ঙরাংদা মঙাইরি অৱাং ষণশঙদা কপ্তুনা চেনবদু কাওরব্রা নখুত্তা খূৎলাই পায়রো নংনা শোনিংবা শোঞ্জরো নীংনিংবা নীংজহৌরো হাইরম্লগা লিরুং তাপ পায়দুনা ধনু তংঙ্কার তৌই লিরুং পায়বা মান্নে লিরি খিংবা মান্নে তেংঙ্গা থোংবা মান্নে জয় কৃষ্ণ হাইরম্লগা ভীষ্মগী তেন ফরং কাপ্লি উত্তরগী তেন্না ময়াইদা থবৎ কথৎলি কমদৌই ভীষ্মা অদুদগী হেনবা তেন য়াওজদ্রব্রা কাপ্লকখো ককথৎপিগে মসি তাবদা জয় কৃষ্ণ হাইবম্লগা তেন খুবাম খুবাম শৎলগা থারকপসি উবদা ক্ষেত্রি মচানা লান্দা চেনবা হৌনদে। শিরে সনাতন ধর্ম্ম চংলে মিংচৎ থনমগে হায়না মিৎচি ফেৎ লৈদনা লম্বা পানবসি পুংখাই হেক ফারকপদা ভীষ্মগী অর্দ্ধ চন্দ্রবান্না মখুৎ ওইদা পায়বা লিকংদু থবৎ ককখ্রে। ঙক্তক তৌরিঙৈদা শগোল শাবথি দোলাই থবৎ ককখ্রে। হাই ভীষ্ম লৈরমু হায়না জয় সিংহনাদ্দ লাউরমলগা নাকন্দগী থাং চুংঙ্গোই পায়দুনা অরাবা মৈথক্তা নেৎপগুম সিৎসিৎ নেৎতুনা রহ রহ হাইরম্লগা দোলাই তম্না চেনশল্লকপদা ভীষ্মনা মখুত্তা পায়বা থাং চুঙ্গোই ককথৎকে হায়না মচিন পারবা থৌর থৌরবা তেন কয়া কাপশিল্লকপদা উত্তরগী থাংনা ময়াইদা থবৎ থবৎ কক্তুনা চংলকপসি উবদা ভীষ্মগী ক্ষুরসান কৌবা তেন্না থাং চুঙ্গোই অনী পূন্না থবৎ ককখ্রে। উত্তরনা খ্বাংদগী সোরি শৎতুনা চোংশিল্লকপদা ভীষ্মনা বৈষ্ণপ অষ্ট্রনা কিরিতি মাথা কাতে মঙক থবৎ অক্কপা কোক্তুনা হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাইরম্লগা আঃ অদুনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু কৌদুনা ভক্তী তৌজরম্মী। (শ্লোক) (যদি কৃষ্ণ পদের ভক্তো ভক্তী রষ্টু পদ পংঙ্কজ ভীষ্মমে দুর্গমেবো কাচিন্তা মরনে নরো) অসুম্না মবুংঙোদা ভক্তী কৎচরগা আত্মানা কারকপদা বৈকুন্ঠদগী নারানগী/মনাইনা লৈগী দোলাই পুরক্তুনা উত্তরবু ওকখ্রে মথক্তা হেক কাবদা চতুর ভুজ দেব মুর্তি ফংখ্রে।

বৈকুন্ঠ নারানবু খুরুমজরগা থোরক্তুনা বৈকুন্ঠগী থোংজাও লাওনা হাংখ্রে। লালহৌ নুমিৎতা মশক মমিং নাইবা অহানবদা হেক শিবসি উত্তরনা মহানখ্রে। সঞ্জয়না হাই, তাবিয়ু মহারাজ ভীষ্মনা

অভিমৈনুবু হাৎলম্লবদি ভীষ্মগী ব্রাশক কাইরমগনিদা। সারথি দলাই কাংমাই ওল্লো মাবু উরুরবদি ব্রাশক কাইবা তারে হায়না অমুক চংলকপনা যুধিষ্ঠিরগী নাক তম্না চংলকপদা মশুনা অরাপদা দোলাইদা ফম্লগা মখুত্তা নাম মালা পায়রগা মিৎ উইশিন্দুনা মবুংঙোগী নাম শোনবদু উরে। শারথি দলাই খামু ইকাইদা ঐদি অহন্নী ক্ষেত্রি ধর্ম্মনী হায়দুনা ইখুৎতা খূৎলাই পায়দুনা ইমাংদা লৈরম্বা পূম্নমকপু য়েক্লবনি খন্দুনা মঙক কক্তুনা হাৎলুরি। ইশু নাম শোনবা লোইদ্রি ঙাইখো। অসোমদা সারথিনা ভীষ্ম চংলকপদু উবদা মহারাজ নবুধৌ বড় সেনাপতি লেংশিল্লক্লে অসি তাবদা মিৎ পাংদুনা য়েংলকপদা দোলাই নক্না থারম্লে। দোলাইথক্তগী কুম্লগা ইবুধৌ লেংশিল্লকপা উজহৌদ্রে ননাই খুরুমজরি ঙক্তা ফি য়েত্তুনা দন্দবত তানা খুরমজরে, মসি উবদা মবুধৌনা হাই হৌগৎলু মহারাজ। ধর্ম্ম করিগীনো ইশুগী নাক্তা অকনবা ননাও খরদি নিংথৌ শেন্নবা থমগনি লাল হায়বা অসিদি নিংথৌ ফাবা তান্নবনি। তেঙ্গোলনা ফনা য়াম্না লৈসনু নিংথৌবু ফারবদি লাল লোয়রে। অদুবু ইবুধৌনা নমাংদা দোলাই থারবনিনা ঐনা নংবু নুংশিবা ইশুনি হায়দুনা দোলাই হেক থৌদোকখিগদববু শামু নিপালগী মথক্তা দাই লাক্তু না ফম্লগা লাল কুম্মে য়েংদুনা লৈরিবা দুর্য্যোধন্না উরগা করি হায়খিনি। ব্রাঙাং খুদিংদা পাউরোল থাদুনাতা লৈরিবনি। চাক্লা ঐগী চারগা ব্রানা মীগী ঙাংবা ফমফম ব্রাই চিন্নবা লৈরিবনি মতম পূম্নমক্তা পাওরোল থারিবনি। দোলাই মথক্তা কারো ইশু ইপু হাইহাক্তং লাম্বা পান্নসি মঙ্গল ওইয়ু দোলাই তোংজরো যুধিষ্ঠির দোলাই মথক্তা কাদুনা ক্ষেত্রিগী ধর্ম্ম ঙাকনা মখুত্তা খূৎলাই পায়দুনা রথি অনীমক চপ মান্না লিরুং পায়নখ্রে। ভীষ্মনা ধর্ম্ম তেল হৌরো, ইবুধৌ কদাইদগী ইবুধৌনা হান্না হৌবীরকউ য়াররোই খংদুনা ভীষ্মনা তেন্দোংদগী মচিল পারবা তেল অমা লৌদুনা লিরিদা তেনগা থোংদুনা জয় কৃষ্ণ হায়রম্লগা মশুগী মায়কৈ তম্না তেল অদু শৎ হেক থাদোরকপদা তেল অদু উরগা যুধিষ্ঠির প্রেম তাদুনা অহানবগী ইবুধৌগী তেল অসিবু করম্না কক্কদগে। শিরে ভাল্লো হিংলে ভাল্লো থবাক্ল া মর্য্যাদা ঙাক্লম্লগে অসি খন্দুনা স্না হৈরু কুদাম নিপাল লৌথোক্তুনা হরে কৃষ্ণ হায়বা মবুংঙোগী নাম অদুনা য়েৎথংবা খুবাক্তা অহুমলক শোল্লগা থবাক্তা শৎ শৎ নানদুনা দোলাই নোংঙা পায়দুনা মবুধৌগী তেল ঙাইদুনা লৈখরে। মশুগী মতৌ উবদা ভীষ্মনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ মাংলে ধর্ম্ম তেলদু অমুক্তা ককথৎলু। ইবুধৌ তেল অসি ননাই ঐ ককচবা ঙমজরোই করিগুম্বা তেল অসিনা পানদুনা শিজরবদি। মপোক খজিতং হেনগৎতুনা হন্দক্কী মপোক্তা গুরুজনগী সেবা ঙমহৌদ্রবসু মপোক অমদা লেপ্না সেবা ফংজগে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ, ধর্ম্মা ইশুনা দেহেনা মর্য্যাদা ঙাক্লমগনি খংলম্লবদি ইশুগী দেহেদা পানবদা নারোইদবা তেল কাপকদববু অসুম্না খংদবদগী অথৌবা তেল কাপ্লুরেকো অহানবগী তেল অদু ককউ। অনীশুবদা থাবদা নারোইদবা অচম্বা তেন অমা থারক্কে মদু ককউ। অসুম্না হায়নরিঙৈদা পাইশল্লকপা তেলনা যুধিষ্ঠিরগী কুৎতক তৌবা

থবাক্তা অমুক্তং হেক পানবদা তেনজিনময়াইদা থেকগাক তেক্তু না তুরিক তুবুম অমা তৎতনা তেনজিল হিকথদনা তাখরে মদু উবদা ভীষ্মনা হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ ধৰ্ম্ম নংগী থবাক্তা নপু ঐগী অথৌবা তেন্না পানববু তুবুম তুরিক অমা তৎতবা অসিবু করম্না থাং তা চংদবা মন্ত্র লৈবগেনে ধৰ্ম্ম। মদু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা ইবুধৌ কোনো মন্ত্র কুনো মহা ঔসধি কদাইদগী লৈগদগে ইবুধৌ থাং চংদবা তা চংদবা মন্ত্র অসিদি তোল্লবী ননাই মঙাবু য়োকচবদা ৱাজরবী লাইররবী ইমাগী কৃপানা ফংজরকপনি ইবুধৌ।

মদু তাবদা গঙ্গাগী মচানা করম তৌনা কুন্তি ইমৌদগী ফংলিবা মন্ত্রনো ইপুসু বিদ্যা তমজরকপদা মন্ত্র য়াম্না থেংনৈনে। চেক চেকশিল্লকপদা থাং চংগনু য়াদে তা চংগনু য়াদে ধৰ্ম্মা। ইবুধৌ করিবু মন্ত্র ওইগদগে ঐগী ইবুংঙো দুই আক্ষর ময়েক অনীতা ঙাইরবা হরে কৃষ্ণ হায়বা নাম অদুনা চংদবা ওইরিনি ইবুধৌ। মশুগী ৱাহে তাবদা ভীষ্মনা ইবুংঙো ইশুদি নবুংঙোগী কৃপা ফংলেদনা নাম অদুবু হেক কাউদ্রিবা মখৈদি মতম পূম্নমক্তা লেপ্লা মঙ্গল ওইনিকো ধৰ্ম্ম তেল কাপচরো মবুধৌ বাইক্য ফংলবদা যুদিষ্ঠির স্নাগী হৈরুকুদাম পানশল্লে মখুত্তা লিরুং পায়দুনা তেন্দোংদগী সুচিমুখাবানা কৌবা মচিল পারবা থৌরবা তেল অমা কাপ্লি যুধিষ্ঠিরগী তেন্দু উবদা ভীষ্মনা মশুগী তেনঙাক্কে হায়না কপচ ফুরিৎ কুদাম লৌথোক্লগা থবাক্তা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা অহুমলক নানখ্রে। মসি উবদা, মাংলে মাংলে ইবুধৌ তেন্দু ককথৎপিয়ু হাইজে। মশুগী ৱা তাবদা কবি ৱানা অহল ঐগী তেন্দি ঙাক্লগা অঙাং নংগী তেন, ঙাত্রবদি থক্তা লৈবা লাই অমসুং অউবা মী পূম্নমক্লা খুবাক খুদুনা নোক্লখ্রনি ককপা য়াদ্রে। হাইবিঙৈদা তেন্দু পাইশিল্লক্তুনা ভীষ্মগী থবাক্তা থক হেক পানবদা খংপ্রেক খঙই তেনা থিনপেক চংই দেহে থক থক নিকই। নাম্নখ্রদুনা হাইরকই খংলে খংলে, ঐগী তেনবু ঙাকখ্রবনিনা নংগী ঐনা ঙাকপনি খংন খংনা অহানবমক্তদা শিবয়াবা তেন থারকপদি মতুংসিদি নংনা ঙমলে ঐবু হাৎপদা দোস লৈতবা ঐনা নংবু হাৎপদা মশু হাৎপগী পাপ লৈত্রবা হায়রম্লগা মশু মপু মাহা প্রলয়গী খূৎকাপ থানরে জয় কৃষ্ণ জয় কৃষ্ণ সোর ফুইনা ফুইনা হোনদুনা দেহেদা ঘৰ্ম্ম বিন্দু বিন্দু হুমাং মতুম মতুম অলংকারদু ফুরিৎ খাংচেৎ পুমচোৎ চোৎনরে। অসি ফাওবা মিৎচিনাম ফেৎ হায়নদনা থাজন্নবা তেনসি মচিন পারবা থৌর থৌববা মচিন্দা মৈ হৌরবা মন্ত্রগী শক্তি য়াওরবা সুন্দা তেন্না পুংকুপ কুপি, নুংশিৎ নাকোইদা হুমদোকই, তেনগা তেনগা থবৎ থবৎ কক্থৎনৈ তারকপা তেন মতেক্তু ইঙা ইঙেন বরিসাগী নোংখোং ফুইনা চুবগুমী। মমৈদা যুধিষ্ঠিরগী তেন অসুম হেঞ্জিলক্তুনা ভীষ্মগী দেহেদা তেনা য়ৈন-য়ৈনা থারবদা শগোন্দা শারথিদা তেন্না য়ৈনা থারবদা মসিদি বৈষ্ণব খূৎ চুম্বা হাইবদুনিনা মাহা প্রলয় ওইনা থানবদা পুং অনী মখাইগী মতমসিদি যুধিষ্ঠিরগী মমাংদা রথি কনা লেপঙমদে যম মহারাজগী কৃপানা কনা খাংবা ঙমনদে অসিননি। সঞ্জয়না হায়জে, তাবিয়ু মহারাজ

পুংলুপ হেনখ্রবদা অমুক শোন্থরকপদুদি ভীষ্মগী তেন অনী যুধিষ্ঠিরগী অসুম অসুম হন্থরকপা উবদা করিননো হৌজিক্তা কল্লম্মগা অশুক থুনা শোন্থরিবসিবু মাগী মনুংদা করম্বা বিদ্যা লৈরিবগে য়েংগে শরথি দোলাই থৌজিল্লো শারথিনা দোলাই শাজে নমথা থাদুনা দোলাই থৌজিল্লকপা উবদা মাংলে মাংলে শারথি দোলাই তুংদা হললো মবুংঙোগী ব্রা তাবদা দোলাই শগোন চুপলি য়ৈখৎতুনা তুংদা দোলাই গদক গদক হনবদু উরগা মবুধৌ প্রেম তৌরকই হরি হরি নুংশিদা লান্দা পাংজদবা ইশুনিকো কৃষ্ণ ভক্তিদা তাঞ্জবা ইশুনা ক্ষেত্রি ধর্ম্মনি হায়দুনা লেপ্পনিকো মাবু ঐনা হাৎপদি ঙম্লরোই হাৎলুরে ঐগী ব্রাশক কাইখ্রনি অদুনদি লিরুং খোংজিনা কোৎতুনা ফাগে শারথি দলাই থৌজিলো মবুধৌগী দোলাই নকশিল্লকপা উরগা যুধিষ্ঠির মাগীনি হায়বা মি কনা উরক্লবদা মনাও ভীমবু কৌরক্লে ও! হে য়াইম ভীম ইয়াম্ববু ইবুধৌনা ফাখিদৌরে অমুক্তা ইয়াম্ববু কল্লো লাও হায়না অতৎপা লৈতনা কৌরক্লে মতমদু ভীমদি অৱাংদা লান্দু শোইখিনি হায়দুনা দোলাইদা ফম্লগা লাম্থোংশিন্দুনা লৈ, নংগা নংগা পানৌ কন্ন কন্না থেংনৌ হায়দুনা লৈরিঙৈদা অরাপদগী ময়াম্বনা কৌরকপা মিরব খোঞ্জেদু হায়ফেৎতং তাবদা মমাই মখারোমদা থোক ওল্লগা য়েংলকপদা অরাপদা যম য়েকপা ফিরালনা মবুধৌগী গঙ্গা য়েকপা ফিরানগা ফিরান অনী কোৎনবগুম দোলাই অনী থেংনবগুম উরে হায় হায় মাঙলে শারথি পিসিক দলাই কাংমাই ওল্ল দলাই থুনা য়াংনা থৌরো।

রথিগী ব্রা তাবদা দোলাই নুংশিৎ মাংওইননা থৌরক্লে অদুক য়াংনা চেলিবা দলাইদু ময়াম্বগী প্রেমনা চেন্দ্রমালে হায়দুনা পিসিক দোলাই থৌরো থৌরনে মখূৎ অশাংবদুনা চুপলিপাই য়েৎকি অতেনবদুনা শাজে পায়দুনা থৌরিবদুবু থৌরো থৌরো হায়না থৌদাবদুদা থৌরিমক্তদা থৌরো হাইরবদি। থৌররোই হায়না দোলাই চপ লেপি, নংনা থৌদ্রগা য়ৌবঙমমোইদ্র হায়রম্লগা ওহে দাদ মহারাজ ভীম ননাও লাকচরে হায়দুনা সিংহ নাদা ফোং লাউরম্লগা দোলাইদা গিৎ গিৎ নেৎলম্লগা ফন চোংখিবদা ভীমগী খোংগাউন কনববু শগোল মরি দলাই তুংলোমদা গেগে হন্দুনা লিরুং তরা মঙাদা শগোল খুরু খুদক কুন্না তাইয়ে নুংশিৎ মাংওইননা চেলকপা মৈথক্তা নেৎতুনা চেনবগুম্মী, ভীষ্মগী লিরুং থাঙ্গৎতনা ফাগে হায়না হেক থাঙ্গৎপদা ভীমনা ফাখিবা তারে হায়না জয় কৃষ্ণ হায়রম্লগা ফন চোংখিবদু দোলাই অনীগী ময়াইদা চপ লেপ্পগা মখূৎ য়েৎনা মবুধৌগী দোলাইদা তাপ পায় ওইনা ময়াম্বগী দোলাইদা তাপ পায়রগা নোংপোক নোংচুপ লোমদা অমুক্তং গৃ গৃ ইন্নবদা দোলাই অনী গে গে হন্দুনা লিরুং য়াঙ্খে য়াঙ্খে হল্লে দোলাই অনীদু লম চামা থাপনখ্রে ময়াইদা ভীম গদা পায়দুনা চপ লেপগা দাদা মহারাজ চিংনবিনু ঐ লাকচরে হায়না ভক্তি তৌই মনাও হেক উবদা মবুধৌগী অকিবদা ক্ষ্যাউ হেক কোকই। মবুধৌদা থোক ওনশিল্লগা নমঃ নমঃ

ইবুধৌ দণ্ডবৎ মসি তাবদা খুদক্তা খুরুমখ্রমালে খন্দুনা ভীষ্মদি কোক নোন্দুনা য়াইম নং লাক্লবরা হায়দুনা হৌগৎলকপদদি ভীমদি মপোপ ইকাই কাইদনা লেপমলে মদু উবদা ভীম অদুম হৌনব্রা। ঐদি নংনা খুরুমখ্রে হায়দুনা ওকলুরি করি ব্যবাহারনো য়াইম ইবুধৌ লানফমসিদাদ দণ্ডবৎ হায়বসিনা শুম লোইজরগে মদুবু য়াই হায়ব্রা য়াদ্রগদি মমাংঙৈ লান য়ানদ্রিঙৈদা রিতা লৈরিঙৈদা চাকঙন চারগা খুরুমদবা য়াদ্রবা ইবুধৌ গুরুদ্রোন আশ্বথামা আদিগুরু কৃপ হায়খ্রিবা গুরুশিংদা হষ্টিনা ওল্লগা চাম চামরক খুরুমজখ্রে অদুনা অসুম লোইরসি ৱারৌবিনু মঙা ঐখোয়গী কনা লৈজদে হান্নসু মানা খুবমলিঙৈদা তুংদা থাং পায়দুনা ঐবু হাৎকে চংলকপদা কনা অমত্তনা হাৎকদৌরে হায়না তাকপিনবা লৈজদ্রে।

শিবা তারি দাদ দুর্ষ্যোধনগীদি অচৌবা নিংথৌনিনা কনা ৱাৎতে মশুনা চাওবা নিংথৌগীদি মাগীসিঙাক্তা মঙাই ইবুধৌ, গুরু, অসিনচিংবা পূন্নমক মাগী ঙাক্তনি ইবুধৌনা হন্দক্কী লানফমসিদা প্রধান সেনাপতি ওইবা অসিমসু অচান মিরাই নাইবা মালি মঙাসু নশুনি চামশু নশুনি। চুম্নদা লান য়াওবিবা নত্তনা লুচিংবা বড় সেনাপতি ওইবিবসি পুক্লিং নুংশিখ্রেদা। অসি হায়রগা মিৎলুদা প্রেম মতুম মতুম শিন্থদুনা হিক হিক কপ্লক্লে। মদু উবদা ভীষ্মনা মশুগী পাউরোন থাবা ৱাদু তাবদা ইকাইখ্রদুনা, হায়রকই য়াইম মখা তারনু ঐদি ইকাইখ্রেদা। ঐনা হন্দক সেনাপতি ওইবসি ওইদবা য়াদ্রদুনা ওইবনি কর্ণনা দুর্য্যোধনদা লৈবা য়াদনবা ৱানা ইনশিন্দুনা ওইবনি মসিদা সেনাপতি ওইদ্রবদি ইপুদি শিরগা নরক্তা চহী মশিং খঙদনা তাগদৌরি মিন থিনা ঙাংনরবসু নরক্তগী অমুক্তং লাম্হোকে হায়না ওইবনি শাওরুগনু য়াইমা মীঙোন্দা লেংবা য়াদ্রবা ৱাবু ইনশিল্লি হায়দুনা ইপুনা কর্ণবু ঐনা সেনাপতি হেক ওইরিমখৈ নংদি লান য়াওবা য়াদে হায়না মাবু ইপুনা ইম্হোকই অসিনা অরেপ্পা শাক্কিনি। ভীম! ইপু ৱা হাইগে মুন্না তাও হাইবিয়ু, লাম্হোং শোইরে সেনাপতি ওইবা মতিক চাদে থুনা হোংদোকউ নংনা ওইগে ওয়ু ননাও আর্জ্জুন ওইগে ওইহল্লু ধৃষ্টদুম্না সেনাপতি মতিক চাদে। ইবুধৌ অসিমকসু ওইবিনিঙাই লৈতদুনা ওইবিবনি চামগী তেঙ্গোন্দা ইবুধৌনা সেনাপতি ওইখ্রে তাবদা কনা অমতা ওইবিয়ু য়াদ্রবা লান তোকপা তারবদা ইবাইতদি করম লান তোকদগে হায়না ওইরকপনি মসিসু হেক তুবদা সেনাপতি হাপরোই। করিৱানো য়াইমা লান্দা সেনাপতি য়াওদবা য়াদে করম লান থেংনগনি। ইবুধৌনা য়াউদবা য়াদে হায়রগা ওইবিনবা লৈত্রবনিনা কুরূক্ষেত্রগী কুশ পান্দোং অচৌবা অমদা ফি শেৎলগা লিরুং তেন্দোং থাং য়ালগা কোয়েৎ য়েৎতুনা লৈ পরেং হুক্তুনা সেনাপতি বোরিনি। মতমদু ইবুধৌগী নিয়মদদি কাইবিনু ঐখোয়গী সেনাপতিদি কুশনা ওইরে ইবুধৌনা ঙমলে কুশ পান্দোংসি কাপখাইবিরো হায়দুনা হয়েংদা মঙাইরে কুশগা ইবুধৌগা পানগদবা ভীমগী ৱাসি তারগা য়াইমা নংগী পাউরোন থাবা ৱাদু তোকলোদা ইপুনা হায়বা তাউ, লাম্হোং শিনবা তাক্কে মুন্না তাও

বার্তোনগী মীবু থাজিন্দুনা লান থেংনহন্নু মঙাগী মীওইনা নিংথৌ শেন্নৌ নিংথৌ শেন্নবনা অরুবনি তেঙ্গোন য়াম্না লৈরবসু নিংথৌবু ফাখ্রবদি লান লোইরে নিংথৌ ফাবা হানবা তান্নবনি য়াইমা মসি কাউগনু। হৌজিক্তি নংগা ঐগা ঙাইহাক্তং পানবা তারেদনা। ফগনি ইবুধৌ অসুম হাইনদুনা অনী মায়োক্লখ্রে য়াইমা নংদি দোলাইসু তোংদে লিরুংসু য়াওদে করম্না থেংনগনি ব্রাবিরুনু মমনাম গাদাধর নংবুদি কনানা গাদাধর থোল্লিবা, ইতোমদা থোঞ্জবা।

গাদা পামী হায়দুনা গদা পায়রগা চংজরক্লগে। হায়রমলগা ভীম গদা হাইদুনা চেনশিল্লকপা উবদা শারথি লাইরেক্কনু মানা য়ৌরক্লবদি থোকপা অমা তৌররনি। হায়রম্লগা লিরুং তাপ পাযদুনা তেন্দোংদগী মচিন পারবা থৌর থৌরবা শৎপগা থোংবগা তেনা তেঞ্জিন কৃক কৃক লোনশিন্দুনা কাপ্লক্লে। ভীমগী গদানা থেগাক থেগাক য়ৈথেক্তুনা মরক মরক্তা জয় কৃষ্ণ হায়বা মবুংঙোগী নামনা সিংহনাদ ফোং ফোং লাওনা চংলকপা মমায়দি পাকথ্রোক মমিৎতি তুম্বক পিশুমদি মুসুক য়েংবদা অকিবা মশক ওইরক্লে মদু উবদা ভীষ্মগী মন্ত্র সাচধাক ইকাউ কাওশিল্লক্তুনা মিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা তেন ময়াম থাজিনলকপসি ভীমগী কতিৎতগীনা কোক ফাউবসি মরোন চাম চাম ওইখ্রে। লিরুং য়াংখৈদগী চংলকপসি লিরুং কুনদগী হেন্না চংবা ঙমদদুনা মরূথোক লুকথবদা খ্বাংদগী খোং য়ৌবদু তেন অমতা ফৈন য়ুংনা লৈরমদে। পুমহাং হাংবদু উরগা ইবুধৌ নুংশিদা মথক লোমদা লম্বী ফাৎলবদি য়াম্বুং মহারাজ উখিনি হাইদুনা উরোইদবা মখা রোমদা পীবিরে, ইবুধৌনা পীবিবা লম্বেন চংজবক্লে লৈবিরমো হায়দুনা খজিক খজিক চংলকপদা দোলাই নাক য়ৌখ্রে তেন্না কুংবনা ফাওগৎফম লৈত্রদুনা ঙাইহাক্তং থুপতুনা লৈ। তেন য়ৈথেকপা খোঞ্জেন তাদ্রবদা ভীম তুখ্রমালে হায়দুনা মিৎপাংদুনা য়েলকপদা মদুগী ঙাইহাক্তং লেপুবগী অহাংবা অদুদা ভীম্না মবুধৌগী দোলাই কাংফৈদা পায়রগা শগোল মরি শারথি থাং-তানা থল্লবা দোলাইদু মথক লোমদা ফোং থাংঙ্গৎলগা সুন্দা উরূ-উরূ লৈবদা অরুতোন চক্র লৈবগুম লৈবদা ভীষ্মা কোক ঙাওদুনা করিনো য়াইমা মাঙবা তারে ভীম্না দোলাই অসি মথক লোমদা লংখৎখ্রগে, ইবুধৌসু মথক লোমদা অদুম কাবিখ্রো হাইরম্লগা জয় কৃষ্ণ হায়রম্লগা দোলাইদু নোংপোকলোমদা ফোং হেক লংবদা দোলাইদু লৈদুনা পাইখ্রে লিরুং য়াঙ্খ্রে পাইরক্লগা, পৃথিতম্না তারকপদা ভীষ্মনা শারথি নংগী হিংনবা উপাই তৌহৌরো হায়রম্লগা দোলাইদা কাওরম্লগা, চোংথবদা পৃথিদা চপ হেক লেপগা দোলাইনা পৃথ্বীদা য়ৈন, তাবগা অনীদু চপমান্নে দোলাই থেগাক তেকপদা শগোল মরিনে শারথিনে ঈরি ক্ষ্যাও চেল্লি। ভীষ্মগী শগোল দোলাই লৈত্রবদা মায় ওল্লগা হায়রকই, ঐগী দোলাই থুনা য়াংনা পুরকউ ব্রাসি হেক তাবদা শারথিনা দোলাই য়াংনা শাজে মশিং নাইদনা নমথা নমথা থাদুনা নুংশিৎ মাংওইনা থৌজিল্লকপদু উবদা দোলাই তম্না চেনখ্রে। ভীম্না ইবুধৌনা দোলাই কাখ্রবদি

ঐঙোন্দা তেন অমুক কাপল্লনি হায়দুনা গদা পায়রগা মবুধৌবু কন্না তানরক্লে। ভীষ্মদি অহল ওইরকপনা চেনবদা মঙম পাংদ্রে।

ক্ষেত্রিগী ধর্ম্মনা লিরূং অমা পায়রগা তেনহেক কাপ্পদদি চহী তরা তরুক্কী বয়সদা চপ লেপি। পৃথিদা চেনবদা মঙম পাংদ্রবা অদু উরদুনা অহলগী বয়স ওইববা ভীষ্মগী কোয়েৎতু নুংশিৎনা চেল্লোক্কুনা মবুধৌগী কোক্কুদি পাকাকেস পোকনা পুংঙৌ ঙৌবা নমদি ইপোন পোন চেনবা উবদা নুংশিখ্রেদা মবুধৌগী পোলবা নংঙ্গন্দু হেক উবদা, খংনিং নিংশিলক্লে ইচিন ইনাও মঙানা অঙাং ওইরিঙৈদা অমা পো অমনা পল্লগা য়োকপীরকপনি মবুধৌগী য়েৎথংবা লেংবান্দু নাহোংগী মমি তারমগদবোই নিংঙি অসিদবু করম য়ৈগদগে হায়দুনা মখূৎতা পায়রিবা গদাদু হায়থবা, ঙমদদনা পৃথিদা ভীমদু দম তুপ্লে? তুখিবা ধনিদু ভীষ্মনা হেক তাবদা করিনো হায়না তুংলোমদা য়েংলকপদা ভীম তুদুনা লৈরম্লে। করিতৌরে ভীম ইবুধৌবু তালকপদা খোং অসি কুশ মরাদা লৌশিন্দুনা তুরে ইবুধৌ মশুগী ৱাসি তাবদা খঙলে খঙলে য়াইমা ইপু খোখোৎপা খঙলেকো য়াইমা শামু লিশিং তবা কনবা ভীম্না কুশ মরাদা লৌদুনা তুবয়াবা হৌনদে নংনা ঐগী পোলবা ইনংঙ্গনা ঙৌরবা কোক্কী পোক উবদা নপুগী প্রেম্না ঐবু য়ৈবা ঙমদদুনা তুব ওইরিনি ইপু হৌগৎলমগে হায়না ভীমগী নাক্তা চংশিলক্কুনা হায়রকই ঐনা মঙাবু য়োল্লকপদা নংবু য়োকপনা হেন ৱানা য়োকখি মদুগী লমন্দি ঙসি লানহৌ নুমিত্তা লমন শিংলেদনা ইপু পেলে ভীম ঐনা চাগদবা চাকনা ইতম্পাক্তা পল্লগা গ্রাস চখোম চখোম ইনবা অদুগী নপু ঐগী লম্নবু ঙসি ঐনা কোল্লবনি ঐগী বিন কোকচরো হায়দুনা চেৎনা কোলগা অহুমলক নাম্বখ্রে। সিদগী মুক দোলাইদা কাদুনা কোয়েৎ কোক্তা য়েৎখ্রে ভীমসু গদা পায়দুনা য়েংবদা মঙাগী তেংঙ্গোন্দু তাক্তাক তৌরবোই নিংঙি ঐসু চামগী তেংঙ্গোন নৈরুরগে হায়না গদা পায়দুনা চাম্মগী পনমাং তম্না চেলক্কুনা দুর্য্যোধনগী পনমাংদা চপ লেপ্লি কুশ হাবুংদা লেপ্পগা কনা কনা অকনবা রথি লৈবগে হায়না য়েংক্লপদু দুর্য্যোধন উরদুনা মনাও তরা য়েংদুনা মাংদা লেপ্তুনা খূৎ খন্দুনা লেপিবসি ভীম নৎত্রা, মানি মানি দাদা মহারাজ দুর্য্যোধন মথ্বাই লৌরগে হায়না তা অমা পায়দুনা শামু থক্তা হৌগৎতুনা তাখুম লৌথোক্কুনা তাদু থক থক নিক্লগা মচিন্দা নিয়ম পিদুনা লৱাই লেম্ফুদা পালু হাইনা শামু মথক্তগী তাইবোৎ মথক্তা খোংনা কাউদুনা লোন্না তাদু সরৎ লংলকপদু ভীমদি তেঙ্গোন য়েংলিঙৈদা উহৌদদুনা লৱাই লেম্ফুদা তাজিন্না য়ৈনা থাবদা কোয়েৎ ফিরোন চামা ফাউনা তাজিন্দু লেম্ফুদা খুদোন অমগী মান থিনপেক চংই জ্ঞান মমদুনা অহুমলক লৈরমলগা পৃথিদা লোংনা দম তাখ্রে। কোয়েৎমক য়াওরমদ্রবদি শিবা য়ানা লৈ কোয়েৎনা খাংদোকতুনা ভীমগী উপাই ওইখ্রে অসোমদা দুর্য্যোধন খাক্লা নোক্কুনা হায়রকই খংঙব্রা নথ্বাই মাংলেদো। শিরা ফাওবা পেন্দ্রী ইনাওশা নখোয় তরা থাং পায়দুনা মতুপ তরা থোক্লা কক্কুনা

হাৎলু ইয়াম্বা পেল্লগে।

মদু তাবদা মনাও অতোম্বদগী হৌনা তরাদু চেনশিন্নখ্রে। সঞ্জয়না হায়জৈয়ে তাবিয়ু মহারাজ নচা ইবুংঙো তরাদু মঙা মঙা কাগুপ থাং পায়দুনা লেপখ্রে সঞ্জয় য়ালহললো ভীম হিংঙ্গৎলক্লবদি ৱায়োং চাররোই মহারাজ য়ান্দ্রী করিগীনি নংদি ৱারী লিবনি হেক্তা য়াম্বুৎলো আদদি য়ান্দনা সিদ য়ালে হায়রগা তুপকদর নুমিৎ তরেৎনি লাপনা লমদা লৈবদু য়ালো হায়না অমুক্তা লাওবিয়ু ঐনা লাওরগা তাগদ্রা অদুগুম্বনি নুংঙাইতেদা নুংঙাইবিয়ু লিরো লিজরগে তাবিরো। থাংখুমদগী থাংদু হেক শৎপগা ভীম হিংঙ্গৎপগা চপ মান্নে। মনাও তরাদু ঙক্কুনা লৈরিঙৈদা ভীমগী লৱাইদগী তা অদু শৎখ্রে। ভীম হিংলে অদু তাবদা ইচা তরা শিবা তারে চেনহল্লো মহারাজ শিরে হায়দুনা লৈরিবা অদু হেক হিংঙকপদা চেনবদি হায়রুনু অম্বদা ভুৎ থেংনবদু মঙাই ভীম্মা হংই ইনাওশা কৈদৌরন্মী দাদবু অনাবা লাইকন্নজরি অনাবা লাইকন্নববু থাং পায়দুনা লাইক্লবদি করি লাইকন কৌবগে। লানফমনিনা শগোল দোলাই চংলকপা থাং পায়দুনা ঙাক্লম্বনি। নুংঙাইদা খঙলে খঙলে নখোইরোমগী পুকচেন্দু খঙলে নোংপোক্তা লেপিবা মঙাদু য়েংলগা হাইরকই ইনাওশা ঐবু কিব্রা কি দাদা য়াইমা কিরদি কিনা কিনা ফংখ্রো গদানা তম তম থাবদা মঙাদু ইরি ক্ষ্যাও চেলি মদু উবদা নোংচুপকী মঙাদু দাদা য়াইমনা কিব্রা হংবদা কিহাইনা খুন্নবদি মী হাৎলি ঐখোয়দি কিদে হায়না খুমসি ভীম নোংচুপ লোমদা মমাই হুৎ লৈশিল্লগা ইনাওশা ঐবু কিব্রা কিদে যুধিষ্ঠিরগী মনাও ভিম্মু কিদেবা কিদে কিদে কীদ্রবদি কিদা কিদা ফংখ্রো বলহোপ প্রেম শ্রীরাধে গোবিন্দ গদানা তম তম থাবদা বেসোন ওইনা ক্ষ্যা তাখ্রে। থাংঙৈশেংনা শিরব্রা নচাশিংনা ফাগি তৌশিন্নরিব্রা ইরিচেলে। অদুদি শিরেদনা হা ইবুংঙো তরামক ফৎত্রবা ভীমগী খুৎতা ইচা তরা শিরবোরে হায়না মচাগী প্রেম্মা তেংথাদুনা কপ্লক্লে। মহারাজ কপ্পুরনু ৱারী কাইরনি হায়না থেমজিনখ্রে। দুর্য্যোধন মনাও তরা শিবদু উবদা মনাওশিং কৌদুনা কপ্লকই হা ইবুংঙো নখোয় তরাবু ঐনা ইনশিনবদগী প্রান থারবরো ইয়াম্বনা লমন শিংল্লকে হায়না মনাওবু কৌদুনা কপখ্রে মনাও অমা কাইনবগী ৱাবদু দুর্য্যোধন তারগী মৈচাক ফংখ্রে মান তৌরুবা দোসনা মানা ফংজবনি। এথা অসোমদা ভীম্মা ধর্ম্ম কাইবা লালোংদু উবদা ঙসিদি ঙমলে লানসি লোইরগে ঙমদবা থোক্লে প্রান থাখ্রসনু। হাইরন্নগা গদা লৈদুনা চাম্মগী তেঙ্গোন মমাং তম্না নুংশিৎকী মাংওইননা চেনশিলকপসি উবদা দুর্য্যোধন ঐগী তেঙ্গোল চংশিল্লু ভীম্মু পলোন তরেৎ কোইদুনা মথাই লৌ হায়না লাওখ্রে।

## অধ্যায় ঃ- ৮

# লানগী ৱারী

নিংথৌগী ৱাদু হেক তাবদা দোলাই তোংবা পলোন অমা, শামু তোংবা পলোন অমা, শগোল তোংবা পলোন অমা, থাং পায়বনা পংতি, তা পায়বনা পংতি, গদা পায়বা পংতি, লম্বু লাংশোই নুংশুক য়োংশুক পায়বা তেঙ্গোন ভীম্বু কোইশিনখ্রে। তেঙ্গোন ময়াম্না কাতো কাতো, মারো মারো, হায়বা খোঞ্জেন কুরুক্ষেত্রদা শমুদ্রনা, প্রলয়গী মতমদা স্বার কাবগুম্না পুমনিন নিনখ্রে। ভীম্না কৌমুদকী গদাবু খুদুম চেৎনা পায়দুনা জয় কৃষ্ণ হায়দুনা সিংহনাদ ফোং লাওরমলগা চোংশিনখিদুনা দোলাইদা গদানা তম তম, থাবদা শগোল মরি দোলাই সারথি রথি ঈরি ওইনা ক্ষ্যাও ক্ষ্যাও তাই। থাংগা, তাগা, লম্বুগা ভীম তম্না থারো পালো হায়না লংশিল্লকপদু হেক উবদা ভীমগী গদানা থেগাক থেগাক য়েথেকলগা গদানা তম তম থাবদা তেঙ্গোন খাংবা ঙমদ্রদুনা ৱা ৱা কাইদুনা চেনরকপসি খোইরেন মশা পাইবগুম ৱা ৱা কাইনবদু উবদা ভীম্না হৌজিক্তা ঐঙোন্দা তানা লম্বুনা থিল্লম্লগা নমাই ওন্দুনা চেল্লগা নথ্বাই হিখিগদ্রা জয়-কৃষ্ণ মহাভারত লান লোয়রগে হায়না গদানা য়েবদু (পুর্ব্বদুখো সুম্বোরিয়া) মমাংঙৈগী নুংঙাইতবদু নীংশিংলুরগা গদানা য়েবদু পেলকত্রদুনা নিপা অমা লৈরমী মখোঙদা পায়দুনা শুন্দা লৈ নিপা অমদা তম থাই অনীদু ঈরি ওইনা ক্ষ্যাও তাই। শগোল অমা লৈরম্মী মখোঙদা পায় শুন্দা লৈ শগোল অমদা তম থাই শগোন অনীদু ঈরি ওইনা ক্ষ্যাও তাই, দোলাই অমা লৈরম্মী পৌরন্দা পায় শুন্দা লৈ দোলাই অনীদু পোরোক, শামু অমা লৈরম্মী মখোঙদা পায় শুন্দা লৈ শামু অমদা তমথাই অনীদু ঈরি ওইনা ক্ষ্যাও ক্ষ্যাও তাই অনী অনী কোনবা লানফমদু তাকতক তৌরবোই নিংঙি। লানফমদদি ভীমসি রুদ্রগী শক্তীনি। ভীমগী দেহেসি ঈনা পুমঙাং ঙাংবদু (জেমোন, রক্ত পদ্ম মালা ধারন) অঙাংবা থম্বাল পরেং শিবগুম্মী। সঞ্জয়না হায় তাবিয়ু মহারাজ নচা দুর্য্যোধন তেঙ্গোলদু ভীম্না সমুদ্র নৈবগুম নৈরে ৱাদু হেক তাবদা শাওমনখ্রদুনা সঞ্জয় তানিংদে চুম্নদা ৱারী লিয়ু ঐবু মিৎ উদে হায়দুনা পংলি লিরমানে। অওইবদা লিজবনি, সঞ্জয কুরুক্ষেত্রদা সমুদ্র লৈব্রা সমুদ্র নৈবগুম নৈরে হায়বদি হেনমনদ্রদো, মহারাজ প্রমান তৌজবনিদা প্রমান য়াম্না হৈরমালে প্রমান্দু মতিক চপ চানা অর্থ হল্লু তাগে। মমাংঙৈদা লাই হিংচাবা তিন্নদুনা সমুদ্র নৈবদা মন্দারগিরি থাদরগা আনন্তনা থৌরি ওইরগা লৈবনি নুমিৎ থা, অমৃত অসিনচিংবা ফংখি হায় সমুদ্রনা করিনা ওইরি, চিংনা করি ওইরি লিনা কনানা ওইরি/করি ফংগনি হায়দুনা ভীম্না সমুদ্র নৈবগুম নৈরিবনো হায়য়ু প্রমান চপ চানদ্রবদি য়ারোই হায়য়ু হায়য়ু।

## অধ্যায় ঃ- ৯
## সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা লীবা ৱারী

সঞ্জয়না হায় তাবিয়ু, কুরুক্ষেত্রগী সমুদ্রদি কুরুরাজ দুর্য্যোধনগী তেঙ্গোননা সমুদ্র ওইরে: ভীমগী বরাহ শক্তি গদানা বাসুকী মন্দার গিরি চিংগী মশক ওইরে চিংগী অরুম্বা ভার পূনবা কুর্ম্মনা শ্রীকৃষ্ণনা ওইরে, থৌরিগী মশক ওইরবা অনন্ত অদুনা ভীমগী পাম্বোম অনীনা ওইরে, চামগী তেঙ্গোনবু নচা ভীম্না হন্দক নৈরিবসিদি মায়ের পদ সেবা। মমা কুন্তিগী সেবা লেপ্পা ফংজগদৌরি অসুম্না প্রমান তৌদুনা লিরি। মখা তারো তাবিরো মহারাজ ভীমগী লানফমসি খাঙবা ঙমদ্রদুনা তেঙ্গোন ৱা ৱা কাইদুনা মথ্বাই পুদুনা চেনরকপসি সমুদ্র ঈহৌবগুমমে অসোমদা দুর্য্যোধন ঐগী তেঙ্গোন লোয়খ্রে ৱাদুনা লৈরিঙৈদা পাতান্দগী হিংচাবা তালকর্ণ থুংঙরে য়েংবদা অকিবগী মশকনি, চীংশা নাপোম্মুক চাওরবোই খল্লি। মখুৎতা চাউরবা য়োৎশুক অমা পায় দুর্য্যোধনগী নাক তম্না চংলক্তুনা মহারাজ পাণ্ডবকী ভীম হায়বদু কদাইদা লৈবগে মশক তাকপিয়ু মাবু হাৎকে লাকপনি, মশক তাকপিয়ু হাৎকে, য়েংঙু অৱাংলোমদা তেঙ্গোন নৈখাইরগা ঐগী নাক তম্না লাকইবসি ভীমনি মাবু হাৎলুরো হায়দুনা পানখুদপ লাল্লে হিংচাবা হরাওদুনা হায়রকই, মহারাজ মাবু হাৎলগা ঐ পুম্বগে। ইয়াম্বা, ইপা, ইপুগী সোরাৎ শোল্লুরগে হায়রম্লগা পৃথিদা গিৎ গিৎ নেৎতুনা ভীমগী নাক তম্না চেনশিনখ্রে।

ভীমসু দুর্য্যোধন লাম্বা পারুগে হায়না গদা লেংথোং পুদুনা চেলকপদা, অনীদু লমখাংদা থক মায়োক্লে। হায় হায় ভীম ঙাইখো চেনগনু নঙবু, ঐনা থিরকপসি মতম কুইরেদা, ঙসিদি থেংনরেদো নঙগী অরোইবা নুমিৎ শুরমালে হায়রকই। মদু তাবদা ভীম্না নঙ কনানো হায়য়ু। হে নঙনা ঐবু থিরকপদি নখোঙনা থোংনা নমঙ থিজরকপনি। মদু তাবদা হিংচাবনা হায়, পাণ্ডব মাঙখ্রে হায়না তাই খরলৈরগা বিরাত্ত লৈরে তাদুনা হাৎলগে চৎলুবদা কুরুক্ষেত্রদা লান চৎখ্রে তাদুনা নঙবু হাৎলগা ইপা ইপুগী সোরাৎ শোনগে, নহান মখৈ শিখ্রিবা ইপা ইপুগী সোরাৎ শোনবদা নঙগী নশাদুনা মচেৎ মচেৎ শেৎলগা মাঙশদুনা পিণ্ড দান তৌরগা কৎকদবনি মদু নৎত্রবদি য়াদে, মদু তাবদা ভীম্না হিংচাবা নথ্বাই লৌগে লৈরমু হায়না গদা পায়দুনা চংলকপদা হিংচাবগী মায়া মন্ত্রনা মমায়দা কাম্বদা নিংথম থাদা লৈচিন থাবগুম্না পুন্ম মমখ্রে। ভীম মিৎ উদ্রদুনা গদাদু কারন কারন হায়বদু উবদা তালকর্ণ খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা ভীমগী মরাইবক্তা গদানা তম থাবদা ভীম শিবগা মান্ননা ৱাম্থখ্রে। হিংচাবনা ভিম্মু লেংবান্দা থোংঙৎলগা ঐ পুম্বগে হায়না লাওরম্লগা অৱাংলোমদা গঙ্গা তম্না চৎখ্রে। মসি উবদা দুর্য্যোধন ভীম শিরে হায়বগী নুংঙাইবনা শামু শয়াংথক্তা জয়

সিংহনাদ ফুইনা ফুইনা লাওখ্রে। ভীম পুখিবদু কনা অমত্তনা খাম্বা ঙমদে। লান্না কনবনা মপানা মচাবু য়েংবা ঙমদে, ময়াম্বনা মনাওবু য়েংনবা ঙমদে। এথা অসোমদা কুরুক্ষেত্রগী মখাদা নুপাখোঙদা, নীনি চাকচমাংদা নারায়নি তেঙ্গোন তরেৎকা শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জুন মপু মনাই অনীগা মাহা প্রলয়গী খূৎকাপ মিৎফম হোংবা য়াদনা থাজন্নরি। তেনগী জাৎ মচিন পারবা থৌরবা পানবদা শিগদবা তেন খূবাম্না খুজিং ওইনা তমনরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী খূদি তরলিতা ওইনা খংহৌদনা থমোই থক থক নিক্লকই করিগীনো ইনাইশিং শোইবা য়াউব্রা হায়না অৱাংলোমদা কৃপাগী মিৎয়েংনা লৈদুনা য়েংবিরকপদা মনাই ভীষ্ম হিংচাবনা পুখিবসি উবদা মনাই কল্লগে হায়দুনা মোইবুং লৌখৎলগা শ্রীঅধরদ থোল্লগা ওহে ঘটোৎকচ নপাবুং ভীষ্ম হিচাবনা অৱাং গঙ্গা মপান্দা পুখ্রে, গঙ্গা পার তৌখ্রবদি শিবা তারে লান্দ্রিঙৈদা কলুরো অমুক্তা কলুরো হায়বা মোইবুং খোঞ্জেন ফুইনা ফুইনা খোংবদু ময়ামনদি লানসি কুমৈনুংঙাইদুনা খোংলিবোই অশুমনা তাই।

ঘটোৎকচগী নাকোংদদি মবুংঙোগী কৃপা বানিদু শুকাই কাইদনা তাই সঞ্জয়না হায় তাবিয়ু মবুংঙোগী মোইবুং খোঞ্জেলদু হেক তাবদা অৱাংলোমদা লৈদুনা য়েংলকপদা তালকর্ণনা পুবদু উরে। মতমদু আল্মবুসগা লান য়াম্না কন্না থেংনরি, য়োশুক অনীদু ফুগাইনবদা মৈনা ফ্ ফ্ কামথোক্লে খূৎলাই-থম্নরগা মল্লযুধ থেংনৈ পাম্বোমগা পাম্বো গ্ গ্ তিংনদুনা শয়েং মরুদা তাপ তাপ পায়নদুনা অকনবা অনীগী খূৎপাইনা ক্রক ক্রক পায়শিন্নবদা খুরক্তা তোংশাদা ঈনা ফ্ ফ্ কামথোক্লরবোই খল্লি, জায় কৃষ্ণ জায়শিবা হায়নদুনা আল্মবুসবু অৱাং লোমদা গ্রী গ্রী ইনবদা মখোঙ অনীনা পৃথিদা ফ্রুং ফ্রুং নমথদুনা খাংঙি। খোঙফম অনীগী লৈপাক্তু ফুরুং ফুরুং কাইবদু খোঙবান অনী তৌথোকপগুম অৱাংলোমদা পৃথি চেপলপ হায়গৎপোই নিংই, লম চাম্মা ইল্লি। ঘটোৎকচবু অমুক মখারোমদা গ্রী গ্রী ইনবদা খোঙফম অনীগী লৈপাক্তু তুরেন অনী তৌথোকপগুম্মী কুরুক্ষেত্র মখা পাংনা চেপলপ হায়গৎপোই নিংই নুংশা মপি ফুইনা ফুইনা হোন্দোকনৈ হুমাংনা পুমলুপ লুপনৈ মিৎচি নাম্মা ফেৎ লৈন্নদে। তুনৌ য়াদ্রবদা মুস্তিকা মুস্তিকো, খূৎতুমগা খুৎতুমগা, লাথিগা লাথিগা, খোংপাক্কা খোংপাক্কা, থক থক কাউনৈ মুন্দে মুন্দে, মকোক্কা মকোক্কা থং থং থেংনবদা মরক্তা মৈফোং ফোং হৌই। মশম চাক্ত্রিব্রা, সঞ্জয় লিজবদা অমসুং তাবিবদা নুংঙাইনবা বাক অহংকার তৌজবনি মহারাজ। লিরো, ঘটোৎকচগী খোংপাক্কা মথবাক্তা তমহেক কাউবদা আল্মবুসদু লোংনা দম তাই, হৌগৎকে তৌবদা অমুক থঞ্জিন্দা নোৎতুনা কাউবদা মৃতুবৎ শিবগুম সোর থিংদুনা ৱাম্বখ্রে।

অসোমদা শ্রীকৃষ্ণনা মোইবুং ফুইনা ফুইনা খোংলকলে। ঘটোৎকচনা য়োৎশুক পায়দুনা পৃথিদা গিৎ গিৎ নেৎলল্লগা ফন চোংবদা তালকর্ণগী মাংদা চপ লেপ্লা তাই, হায় হায়, তালকর্ণ ঐগী ইপাদু থনমু নথাইদু মাংনিংদ্রবদি নমাই ওন্দুনা চেনখ্রো নথাইদু কম্বীগে। মদু তাবদা তালকর্ণনা খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা

হায়রকই, হাই থৌগল্লোন খংদবা নংবু পোকপী নমা হিরন্বিদুনা থৌগল্লোন তন্বীরক্ত্রুহে। নমাদু ইবানি ঐবু উরগা মাম্ম হায়না খুরুমু হায়না তাকপিরক্ত্রা নপাসি ঐ পুখ্রগে মাগী মাংশ পিন্দ দান তারগা সোরাৎ শোলুরগে। ৱাদু তাবদা ঐগী ইপাসিবু নংখোইগী নপা নপুগী সোরাৎকী পোকপরা লৈরমু নথ্বাই লৌগে হায়দুনা ফন চোংশিনবদা লেংবান্দগী ভীমদু দম থাদরগা অন্ধ মন্ত্র শোল্লগা মমায় তম্না ফু কাম্বদা লৈচিন থাবগুমনা পুম্ম মমশিল্লক্লে। ঘটোৎকচসু তেজ মন্ত্র সোলগা কাম্বদা নুমিৎনা লৈচিন চাকপগুম্না প্রোক চাকথেখ্রে হিংচাবা উপাই লৈত্রদুনা গদা পায়রগা চোংশিন্দুনা, গদা হায়নৈ। য়েৎকী বাকনা তম ওইগী বাকনা থক ঙাকই। গদাগা গদাগা থক থক মৈনা ফ্রি ফ্রি কামথোকনৈ, দেহেদু হুমাংনা অরর সিন্থনৈ ঘটোৎকচগী গদানা মকোক্তা তম তম ফুবদা তাল্লকর্ণগী মকোক সেগাক কাইদুনা পৃথিদা দম হায়থৈ ঈনা ৱা ৱা হাথদুনা প্রান থাখ্রে। মপা ভিম্বু পোখৎতুনা পুরকপদা ঙশাই গদা তাহৌবা মফমদু হেক য়ৌরকপদা ভীম হিংঙ্গৎলক্লে। ঐবু হিংচাবনা পুদুনা চৎলিবোরে, কদাই তান্না পুগদৌরিবনো মিৎপাংদুনা য়েংলবদদি হিংলে খংদুনা থাফম চাদবদা থারক্লবদি অমুক ৱান্থরনি ঐ হান্না থিনহৌরগে কিন্না থক থিলি খংপ্রেক খংদুনা মপাবু খংথা থাদৈ করিনো ঐবু কিন্না থিনবিববু মচাবু হেক উবদা নং ওইরেকো তাল্লকর্ণ ওইরবোই নিংদুনা থিনবনি। শিরমগনিদা অসুম লৈরিঙৈদা এথা অসোমদা ভীম্মনা দোলাই থৌজিল্লকপদা নিংথৌ শেন্নবা রথি কাংবুনা থৎলুবদা তেন্না থাবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা, ৱা ৱা কায়দুনা চেন্নরে লেপহৌবা কাংবুদু কারো মাথা কাতি, কারোভুজকাতে, কারকতিৎ কাতে মখ্বাং মপাম্বোম মঙক থবৎ থবৎ ঈনা পুমঙাং ঙাঙই মঙাগী তেঙ্গোন তাক্তক তৌরবোই নিংই। অসুম চংলকপনা, যুধিষ্ঠিরগী নাক য়ৌখ্রে। মবুধৌ চংলকপা উবদা ঐবু ফাখিবা তারে হায়দুনা মনাউবু অমুক হন্না কৌরক্লে। ওহে য়াইমা ইবুধৌনা ঐবু ফাখিবা তারে অমুক্ত কল্লোরাউ হায়বা খোঞ্জেল হাইফেৎতং তাবদা ভীম্না মাঙলে লান লোইখিবা তারে চৎলু ঘটোৎকচ থিলে, জায় কৃষ্ণ হায়রম্লগা য়োৎশুক পায়দুনা ফন চোংখিদুনা মবুধৌগী মাঙদা চপ লেপ্পা তাই, ননাই লাকচরে হায়রম্লগা দোলাই তাপ পায়দুনা শুন্দ দোলাইদু লৈবদা করিনো নপা নচাগী লালোংসিবু দোলাই হেক লৈবসিবু দোলাইদু নোংপোক লোমদা গ্রুং হুনখিবসি লিরুং চামদা হাথদুনা তাখ্রে। রথিনা ফন চোংথৈ দোলাইনা পৃথিদা প্রোক তেক্তুনা তাই, শারথি শগোল ঈরি চেলি। ঘটোৎকচ চেনশিল্লকপা উবদা আল্মবুসসু য়োশুক পায়দুনা চেনশিল্লকই, য়োশুক লৈনৈ। ভীম্না চেলকপদা শৈল্যনা ফৈগাক থৎলি, ঙাইখো নঙ ঐ থেনবা তারে হায়, ফরে মামতোন গদা কন্না হায়নৈ ভীমগী মাঙদা শৈল্য তুরে। ভীম জয় লাওদুনা চেলকপদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক য়ৌখ্রে দদ য়াইমা লান লোইরব্রা লোইদ্রি নারায়নি লাম্বা পাগে লাকপনি গোবিন্দনা ঙাইখো তাও নারায়নি নখোইসু লেপখো।

মবুংঙোগী ৰা তাবা অনীদু লান লেপনৈ দাদ য়াইমদি পাবা ঙমগদ্রা পৃথিদা লাম্বা থিংদ্রবা নারায়নী আর্জ্জুন ওইবগী পারম্বনি মবুংঙোগী ৰাদু তাবদা নোকফেৎ তৌদুনা হাইরকই আয়ুক্তগী থেংনখিবা লানবু হৌজিক ফাওবদা মি অমা ফাওবা তুরমদ্রি। য়েংঙু আর্জ্জুন ঐগী ইশাদা পকইবা ঈসি পংতে তৈবা নত্তে য়েক্লবগী ঈনি ঙসি লান লোইরগে তৌবদা দুর্য্যোধন চেনখিদুনা হল্লকপনি চেনলমদ্রবদি ঙশাইনা লোইরনি। ৰাদু তাবদা ইকাইদুনা দাদয়াইমা অমুক্তা পাবিয়ু, ঐগবু পানরবদি খোংগ্রাই চন্দুনা পাগে ভীমগী ৰাদু হেক তাবদা নারায়নী তেঙ্গোন্দু ফুরুং হেক শাওদুনা ভীম নঙ ঐখোয়বু থৌওইদ্র ঐখোয়গা নঙগা পানবা তারে শ্রীকৃষ্ণনা পানরো হায় নারায়নী লিরুং পায়দুনা তেন ভীমদা কাপশিল্লক্লে। ভীম ফমথখ্রে গদাদু পৃথিদা খূৎ পায়ফম অদুনা থং য়ৈশিল্লগা অচৌবা পুংমাই মপাদা চেপথোংন্ননা ফমখ্রে অদু উবদা শাওদুনা তেন অমুক্তং কোটি তরেৎ, তরেৎ, থাজিনলকপদু গদানা ঙাকথোক্তুনা ভীমদা অমতসু পান্দ্রে কৃষ্ণনা য়েংঙু ইতাও কোম্না পাখ্রেদা ঙম্মীদা দাদ য়াইমা অসিনবু মিশক খ্র খ্র খঙবিয়ু পানকা য়াওরবদি মতপ অমতং পীবিরম্মগা মপু মনাই লেংখ্রো ঐ থবক তৌহৌরগে। মপু মনাই অনীগী দোলাইদু অৰাং পাংনা থৌখ্রে। অসোমদা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিববু ফাগে তৌবসি অহুমলকনি অকোনবা চংলকপদা নিংথৌ শেন্নবা কনা উরক্লবদা মবুংঙো কৃষ্ণবু কৌদুনা কপলকই হা কৃষ্ণ লান্দা পাংজদ্রবা ননাই ঐবু ইবুধৌনা ফাদুনা লান লোইখিবা তারে ননাই ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু ননাইগী উপাই লৈত্রে ত্রাহি ত্রাহি কৌরকপা তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা মাঙলে ইতাও নিংথৌ ফাখিদৌরে মনাইগী নাক তম্না দোলাই নুংশিৎ মাংওইননা থৌখ্রে ওহে দাদ মহারাজ ৰানু ঐ লাক্লে। কৃষ্ণবু হেক উজবদা লানগী অকিবদু কোকখ্রে। ভীষ্মনা দোলাইদগী কুম্মগা মবুংঙোদা খুরুমজৈ আর্জ্জুনবু মবুধৌদা খুরুমজৈ আর্জ্জুন পংঙিদা করিগী অসুক তপ্না লাকইবনো লাম্থোং শিনবা লুবনি নিংথৌ ফাখ্রবদি লান লোইরে নিংথৌ শেন্নবা লুবনি। নঙগী তেঙ্গোন্না ময়েং তারগা নপু ঐগী ময়েং তাবনি নঙনা তেঙ্গোন ঙাকউ। দোলাইদা কারো ইশু, ইপু ঙাইহাক পানরসি হায়দুনা দোলাইদা কানরগা লিরুং পায়নরগা লিরি শিৎতুনা ধনু তংকার তৌনৈ তেন য়াওদবা লিরিদু ময়াইদা পায়দুনা লিরি নাকোং খেৎনা ঙকশম চেপ্ন চিংনৈ লিরি খংথা খংথা থানৈ থক্কী খোঙজিদা দুই ঘন্টা শবিক অনী ময়াইদা দুই ঘন্টা শরিক অনীনে, খাগী খোঙজিদা, দুই ঘন্টা শরিক অনীনে ছয় ঘন্টা শরিক তরুক, তরুক্লা ঝন ঝন ঙংবদা তেঙ্গোন ময়াম নাকোং শেৎ কাইনা তাই বিজয় ধনুগী তংকারসি লাইয়ামসু নাকোং কাইনা তাখ্রে। লাইগী কুম্ফে য়েংফমদা মাগী মাগী বীমান তোংদুনা লাইয়াম কুম্ফে য়েংখ্রে, ভীষ্মনা আর্জ্জুন তেন হৌরকউ ঙমজরোই ইবুধৌগী তেন হৌবিরকউ ঐনা থৌগন ফংজগে য়াররোই খংদুনা অহানবদা ভীষ্মনা তেন অম শৎতোকই তেঞ্জিন্দা মৈ হৌবা অগ্নি মন্ত্র শোল্লগা জয় কৃষ্ণ তেন্দু ফরং থাবদা মৈ ফ্রোং হৌদুনা চাক্লকপদু অঙকপনি। আর্জ্জুনসু

তেন্দোংদগী তেন অমা শৎলগা মচিন্দা নিয়ম পিদুনা বরুন কৌবা লাই অদু কৌদুনা চুথরকপা নোংদু য়োৎশুক য়োৎশুকমুক চাওই য়োশুক মুক চাওবা নোংলিনা বম বম ফুথবদা মিৎনা কুপদা মৈদু ক্ষ্যাও মাংঙি মদু উবদা লাই ময়াম্না হৈদ আর্জ্জুন অদুমকনা জায় পত্র ফংবোরে হায়না থাগৎনৈ। ভীষ্মনা নুংশিৎকী তেন থাদুনা নোং ময়ামদু বম বম ফুগাইবদা অতিয়াদু পুমহাং হাংই আর্জ্জুন চীংগী তেন থাই নুংশিৎনা কৈদৌবা য়াদে ভীষ্মনা বৎজ্রবান চিং থুগাই গরুরগী তেন্না ককথৎলি অনীগী খূৎকাপ্তু চপ চপ মানৈ হেঞ্জিন্নবা য়ানদে। খূৎকাপ য়াংবা য়েংনসি হায়দুনা মদুদগী থাজিন্নবা তেন্দুদি অঙকপনি তাবিয়ু মহারাজ তেনগী জাৎতা অখাকপা লৈতনা অর্ম্মথ সর্ম্মথ পশুপতি ইন্দ্রজান ব্রহ্ম জান হায়রিবা তেনশিংসি অচম্বা অমত্তা নত্তে ময়াদা মৈ হৌবা অমুবা লিনগী ময়াদা মনি চিক্কুনা পাইবগুম্মী। অনীগী তেন্দু সুন্দা ময়াইদা থবৎ থবৎ ককথৎনৈ মৈগা লোয়নবা তেন্দু পৃথিদা পুরুপ পুরুপ হিকথদুনা তাবদু নুমিদাংদা থব্রানমিচাক নিংখাইদুনা তাবগুম্মী তেন কুংবা ব্রাৎলি হায়দুনা অমুক থাজিনবসি সিবা বান দুর্গাবান ভেক মুখ সিংহদন্তা বান বিরোচনা বায়ু বায়ুবান চক্র চক্রবান থারো পালো জয় লাওদুনা থাঞ্জিনবসি নুমিৎকী মঙান পৃথিদা বান বানো কাতা কাতি তেনগা তেনগা থবৎ থবৎ ককথৎনদুনা পৃথি থক্তা তাবসি আসার শ্রবর্ন বরিসাগী নোংখোং কুংনা তাবগুম্মী। মিৎচি নাম্মা ফেৎ য়েংনদে নুংদাংব্রাইরম মশু মপু পুং অনীগী মতম থেংনবসিদি মহা প্রলয়গী খূৎকাপনি। মপুনসু মশু য়েংনদ্রে আর্জ্জুনসু মবুধৌ য়েংদ্রে ক্ষেত্রি ধর্ম্ম য়েংনপ্রে।

ভীষ্মগী তেন্না আর্জ্জুনগী তেন ময়ামদু থবৎ থবৎ কক্তুনা থাদবা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইতাও লাইরেক্কনু নবুধৌগী ব্রাশক্তু থুগাইয়ু হয়েংদগী লান থোকহনগনু আর্জ্জুন দেব বিদ্যা পুথোক্লে। শৎতোকপদা তেন অমা তেঙ্গাদা তেন তরা থাদোকপদা তেন চাম তারকপদা লিশিং লিশিং ভীষ্মনা মশুগী হৈ শিংবা উবদা ব্রাশক কাইরদ্রা খল্লক্লে গুরু অম্মোরন তৌদুনা তেন ময়াম থাজিনলকপদা আর্জ্জুন ফেৎ ফেৎ হায়দুনা খাংঙি ভীষ্ম দোলাই তোংবা রথি অকুংবা য়েংলক্লে গোবিন্দনা ইতাও নবুধৌ মিৎয়েং অমা তৌখ্রে লাইরেক্কনু নুমিৎ তাগদবা য়ামদ্রে মতমদুদা আর্জ্জুনগী লাইবক্তগী হুমাং মৃতুম অমা চেন্থরক্তুনা য়েৎথংবা মিৎলুদা তুংখে, তেন সন্ধান নুংঙাইতদুনা লিরি চিংলকপগা লোয়ননা খূবি মরুনা হাইফেৎতং নাম্থোকপা অবকাস খজিক্তং অহাংবদুদা তেন লোশিল্লক্তুনা দোলাই তোংবা লিশিং তরা কোক্ক চপ মান্না থদখ্রে ঈনা পুংঙাং ঙাংই নুমিৎ তাবগা চপ মানৈয়ে। ভীষ্মগী মোইবুং পায়দুনা জয় লাওদুনা মোইবুং খোংবদা দোলাই তোংবা দোলাইথক্তগী কুমথনৈ শগোল তোংবা শগোলথক্তগী চোংথনৈ শামুতোংবা শামুথক্তগী কুমথনৈ থাংপায়বা থাংখুমদা হাপচনৈ তাপাইবা তাখুম হাপচনৈ মশম পায়রম্বা থাদোক্লে তেঙ্গোন অনীগী মীয়ামদু শ্রীকৃষ্ণনা মোইবুং খোংদুনা নুংশিবা মিৎয়েংনা কৃপা পিবি মীয়ামদুনা মবুংঙোদা খুরম্নগা শমজি খাইনদুনা মাগী মাগী

লানশঙ তম্না চংনৈ। ভীষ্মনা মবুংঙোদা খুরুম্নগা শমজি খাইনদুনা মাগী মাগী লানশঙ তম্না চংনৈ। শ্রীকৃষ্ণনা আৰ্জ্জুন য়েংদুনা হায়রকই ইতাও ঙসিগী লানফমদা অদুক ফজনা পুখৎলগা কদাইদা শোইখ্রিবনো ঐদি ভীষ্মগী ৱাশক কাইরে হায়না নুংঙাইরুরেদা কমদৌই শোইখি ইবুংঙো ওন্থোকপনি ননাই ঐসু ৱাশক থুগাইরে খল্লবনি কদাইদগী নোখংহৌদনা হুমাং মতুম অমা মিৎলুদা তুংঙরে নুংঙাইতদুনা লিরি চিংবা ইরোইননা খুবিনা খজিক্তং নালুরে মদুদা দোলাইতোংবা লিশিং তরা ককখ্রিবনি হৈদা ইবুধৌনা হৈবা বিদ্যাসি অঙকপনি কৈদৌনবসু তৈথোকউরিবা লোইরগসু তৈথোকউ হায়বা। ঙসিদি শোইখ্রে। হয়েংদি শোইহনবা য়াদ্রে। তরানিবু লিশিং তরা তরা ককখ্রবদি লান কোনররোই অসিদগী মপু মনাই দোলাই হঞ্জিখ্রে অভিমৈনুনা দোলাই ওকই শিখিবনা সোনাতোন ধর্ম ফংখ্রে, ৱাম্থদুনা লৈহৌবশিংনা নুংশিৎ অয়িংবনা হুমলকপদা খো খোৎপা হিংঙ্গৎনদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা লানশঙ তম্না চংনখ্রে ইরু মাইথ লোয়দুনা সন্ধ্যা তর্পন লোইনদুনা তেঙ্গোন অনীগী মীয়ামদু চাবা থকপা লোইনদুনা ডরবারদা নুংঙাইনা ফমদুনা পোত্থানরে। মতাংসিদা ভীষ্মগী প্রথমগী লান লোইরে।

নুমিৎ অদু বিরাত নিংথৌদি লান হঞ্জিলকপদা, মচা উতোরবু উদ্রবদা মচা কৌরকই হা উতোর কদাই চৎখ্রে নুমিৎ তারে হল্লকও হায়না কৌবদা মচাদু খুমলক্লে। ঙশাই উহৌবা কাংবুনা নচাইবুংঙো উতোরদি সোনাতোন ধৰ্ম্ম ফংখ্রে কৌবিরনু লাকঅরোই। বিরাৎনা হায় কনাগী খূবাক্তা ইচা শিবগে ভীষ্ম বরসেনাপ্তিগী খুবাক্তা তুবনি মীশি ফজনা শিখ্রেদা,মাগী প্রানদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোলগা লৈগী দোলাইদা কাখিবদু ইমিৎনা উজহৌরে মাগুম্না শিনি হায়রবদি ঐশু শিবগী চিংনদে। ৱাশি তাবদা বিরাৎ নিংথৌনা মমানবগী খূবাক্তা শিরবদি থোইনা নুংঙাইতবা তৌরোই ঐগী ইচাদি অঙাংনি মানা ইচাবু হাৎলগা মিংচৎ কয়া হেন্নি হায়দুনা অত্তাই ওইনা হাৎলিবনো মচা শিরে তাবদা অঙাওবা পান্দমগুম হা উতোর হায়না মচাবু কৌদুনা দরবার তম্না চেলক্লে শ্রীকৃষ্ণগী চোরন্দা ইবুংঙো ননাই ইচা শিরে চোরোন্দগী বর অমতা নিজগে পিবিদবা তৌবিগনু করিনো হায়য়ু বিরাট। হয়েংগী নুমিৎসিদা ঐগী ইচা শেত শংঙ্খদা সেনাপতি হাপ্লিয়ু ইচাগী লমন শিংজগে শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবিদুনা সেনাপতিগী ফম পিবীরে। নোংঙালে নীনিগী লান্দা শংঙ্খনা সেনাপতি ওইদুনা মপা মচা অনীনা তকশিল্লকপসি নুমিৎ য়ুংবা মতম ফাও তকশিল্লকপদা কনা খাংবা ঙমদে মতুংদা দ্রোনগা বিরাৎকা পায়, আশ্বথামাগা শংঙ্খগা পায় ঙাইহাক কাপ্নরগা আশ্বথামাগী তেন্না মঙক কক্তুনা প্রান থাখ্রে বিরাটসু দ্রোনগী তেন্না থাদুনা ৱাম্থখ্রে। ভীষ্মগা আৰ্জ্জুনগা নুংদাংৱাইরম থেংনবদা ভীষ্মগী ৱাশক কাইদনা দোলাই তোংবা লিশিং তরা কোক্ক মান্না থাদবগা নুমিৎ তাবগা মানৈ মোইবুং খোংদুনা লান লোইরে। নীনিগী লানসি মশক মমিং নাইবা থোইনা তুনদে।

## অধ্যায় ঃ- ১০

## ভগদত্ত নিংথৌবু সেনাপতিগী খন্নবা

নুংদাংগী দরবারদা লানগী ৱা খন্নবদা দুর্য্যোধনগী মনাও তরা শিখিবগী ৱাবনা মনাওশিং কৌদুনা তেংথাদুনা মীগীদি মণ্ডা শুনা লৈরি ঐগীদি ইনাও তরা শিখ্রে ঐনা হিংলুবগী কানদ্রে হায়না মনাওশিং কৌদুনা কপখ্রে। ৱা তানবা য়াদ্রে। দুর্য্যোধনগী অৱাবদু য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা অশামগী নিংথৌ ভগদতনা হাইরকই, ৱারুগনু মহারাজ ঐ লৈরি নবুধৌনা লান লোয়বা ঙমদ্রবদি ঐনা হয়েং লান শোয়দনা লোয়রগে ঐঙোন্দা সেনাপতি বোরিরো মরক্কী শেনাপতি পামদে নবুধৌনা ওইরিবা বড় সেনাপতিসি ঐনা হেক ওইবদা ভারতকী লানশি হয়েংবু লোয়বা ঙমদ্রবদি নোরোক তাগে। হয়েং হায়বসি চাওনা থারবনি। অয়ুক্কী মতমদা লান লোয়রগা নুমিৎয়ুংবা মতমদা হস্তিনাদা নিংথৌ হাপ্পগা য়ুমদা হন্দুনা নুমিদাংগী মহারানীনা থোংবা চাক চারুগে মসিবু হেক শোইরবদি হে শৈতা, ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ ইমারোমদগী পুরোন তরেৎ নোরোক তাপ্রগে হায়না নাকন্দগী থাং শৎলগা মুখাদা অহুমলক চিকপদা অহুমলক মৈ ফ্রং হৌই। নিংথৌ ময়াম্না মতিক ওইরোইদা ৱাশকইদা নোরোক তাদুনা তোক্লরনিসে মাবু হেনবা রথি ঙাক্তা মণ্ডাগী তেঙ্গোন্দা লৈরি মতিক ওইরোইদা ঙাংজবা শাই হায়না নিংথৌ ময়ামদু খোখোৎপা মচুপ পৈন্নখ্রে। দুর্য্যোধন্না হায় মহারাজ কমদৌনা লোইদৌরিবনো থাংগী বগলা তাগী শক্তিরা বাহুবন পাম্বোমগী শক্তিরা তাজনিংই চুম্মী থাং-তা অমসুং পাম্বোম মন্ত্র শক্তি নত্তে।

শামুগী শক্তিনা লান্না লোইগে ঐগী শামু অমা য়াওরকই মতোমদদি নত্তে শামু লিশিং নিপানগা শুপ্না মাপল হেনবা পুরকই ময়ামগী মগুণ থাগৎতুনা কান্নদে মতম হৌখিনি ময়ামগী অথোইবা শামুগী মমিংদি শামু সুপ্রশিক্কা কৌই মরেপতা, দন্দ তরানিথোই ৱাংঙি, মনাতোন দন্দ তরা শাংই, ময়া মরি পাল্লি, মানা অমুক অমুক কানবদা দন্দমরি কাল্লি শাউরগা চোংবদা দন্দ নিপান্দ চপ লেপ্পি। মনাতোন্না মি অকুংবা মরক্তা কোৎপদা মী লীশীং অমা কোৎলগা খোংনা নেৎপদু ঈরি চেলি মাগী মচা মরি মঙোন্দগী খজিক হুম্বুবা ময়া অনী পনবা মচা নিপানগা অশাম লৈবাক্তা কনবদা থেংলবা শামু লিশিং নিপানগা শুপ্না মাপন হেনবসি লান চংবদা শোইদনা ঐগী ৱাশক থুংগনি। ৱারুনু মহারাজ। শামুগী মগুণসি তাবদা নিংথৌ ময়ামদুনা হাইরিবসিনা অচুম্বা ওইরবদি হয়েং শোইদনা লান লোইরে। দুর্য্যোধন ফরে হয়েংসি লান লোইবিরো ইবুধৌদগী সেনাপতি নিরুরগে পিরক্লে ওইরে পিরক্লে ওইরে সেনাপতি শোইদ্রবনি হায়রম্লগা মবুধৌগী লানশঙ তম্না চেনখ্রে ইবুধৌ নোয়োন য়াওনা চেপিরৱা থোং অমুক্তা হাংদোকপিয়ু

মশুগী খোনজেন তাবদা ইপু তুমদ্রি করি হায়নিংবগে চংলকউ, ননাই ঐ ইবুধৌ খুরুমজগে লাকচবনি খুরুমজরি, হৌগৎলু করি হায়নিংবগেনে হায়য়ু, হয়েংসি লাল লোইবিগে হায়না অমুক্তা ৱাশকপিয়ু। করি ৱানো ইপু ৱাশকপা ঙম্মোই জগৎকী মপুনা শান্নবা ভারতপু করি লৈত্রবা ঐনা ৱাশক্লগা লোইগদ্রা ঐনা ৱাশক্লে লাল লোয়দবা য়ারোই অদুনা লানসে হয়েং লোইগনি হাংচিৎ মশেম লোয়গনি হায়বা অরেপ্পা খংবা ঙমদে। নপু ঐদি হায়বা ঙমলোই; মরমদি খুজি পায়বগী মথৌনি। ভাগাবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই মঙা পাণ্ডবকীদা য়াওরিদো মরম অদুনা নপু ঐনা হায়বা ঙমদে। ইবুধৌনা ঙৱীরোইদৌবা লৈরগদি নশুবু অমুক্তা চানবীদুনা তাবদা গঙ্গাগী মচাভীষ্মনা হায়। দুৰ্য্যোধন ঐনা সেনাপতি ওইবসি মতিক চাদে অহল ওইরে হায়দুনা কনা কনাগুম্বা মীনা ঐঙোন্দা সেনাপতি হাপ্পু হায়বগা য়াওবরা। ইপুদা হায়য়ু অশেংবদু খংনিংঙি। দুৰ্য্যোধন্না হোই অদুনি ইবুধৌ লানসি জয় ওইনবগীদক্তি তাবদা ভীষ্মনা হায়রকই। লান জয় তৌগে হায়বা অকনবা নিংথৌ কনানো ইপুনা খংনিংঙি হায়য়ু দুৰ্য্যোধননা হায়রকই অসাম দেশগী ভগদত্ত ইকু নিংথৌনি ইকুনা হায়বনি ঐঙোন্দা সেনাপতি হাপ্পু হায়না তাকপিরে অদুগীনি মহাক্কী সুপ্রাশিক্কা কৌবা স্বৰ্গগী ঐরাবোৎকী মচানি চাওবদা নোংদোন খেৎনা ৱাংখ্রবা চাওখ্রবা। মাগী মচা নিপাল অমগা চপ চপ মান্নবা ময়া অনী অনী পানবা সুপ্রাশিকাগা থারগা মাপন অতোপ্পা শামুনা লিশিং নিপাল লৈ। পূন্না শামু লিশিং নিপালগা মপালদু নিরৱৈক্ষা বোন্দা লানগীদমক থম্মী, মউৎশিংনা যোতোন তৌনা সেন্নাদুনা থম্মী হায়রি।

ঙসি নুংদাংদা সেনাপতি হাপ্পু ঐঙোন্দা; ইকুনিংথৌ ভগদত্তনা তাকপিরে শামুদু লৌরুরগা লান চংগে হায়েং অয়ুক্কী পুং নিপালদগী লান হৌবদুনা মৈধ্যান নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা লান লোইথোক্কে দুৰ্য্যোধনগী ৱাদো তাদা গঙ্গাগী মচা ভীষ্ম শামুগী মগুণ তাবদা শ্বাই লাওই; থম্মোয়দা খল্লি কৃষ্ণ কৃষ্ণ বিষ্ণু বিষ্ণু। ইশু মঙাবু মমাগী সেবা ফংললোইদরা খল্লুরগা অৱাবা ওইদুনা লুকথরগা হরি হরি কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি থম্মোয়দা খল্লি অদুবু মঙাগী পৈক্কাদা শ্রীগোবিন্দ য়াওবিরিনা করিবু তৌজবা ঙম্মগনোদা শ্রীহরিনা কনবিবা ওইরসনু। খল্লুরগা ভীষ্মনা হাইরকই নুংঙাইরে, কুরুপতি দুৰ্য্যোধন চংলো চংলো নকুনিংথৌ ভগদত্তদা সেনাপতি হাপ্পুরো। হয়েংগী অয়ুক পুং নিপালদগীনা লান হৌরগা মৈধ্যান্দা লান লোইদনা হস্তিনাদা চৎসি, নপু ঐনা য়ারে। করিগুম্বা লান্না ঙমদ্রবদি নপু ঐগী ৱাশক্তি কাইবা য়াদে ঐনা সেনাপতি অদুম্মক ওইখিগনিকো।

## অধ্যায় ঃ- ১১
## ভগদত্ত সেনাপতি হাপ্পগী ব্বারী

দুর্য্যোধন্না হল্লক্কুনা দ্বারবার য়ৌরক্লবদা ভগদত্তনা হংঙি। ইমাকনিংথৌ করম তৌরে নপুনা য়াবিরকপরা, হোই য়াবিরক্লে ইকুনিংথৌ। নুংঙাইরে নুংঙাইরেদা মখা তাবা ব্বাদি করি করি হায়হৌই তম্মু তম্মু। দুর্য্যোধন্না হায়, ইকুনিংথৌনা সেনাপতি ওইরো হয়েং অয়ুক্কী পুং নিপালদগীনা মৈধ্যান ফাওবদা ইকু নিংথৌবু সেনাপতি হাপ্পা ইবুধৌনা য়াবিহৌরে য়াহৌরে, হয়েং অয়ুক্কী পুং নিপালদগীনা মৈধ্যাদা লান লোইদ্রগদি নপু ঐগী ব্বাশক্তি কাইনিংদে ওইখিগনিকো। ঙসিগী নুংদাংদগীনা হয়েং অয়ুক্কী মৈধ্যান ফাওবগী সেনাপতি বোরিরুরো, চৎলো চৎলো। লাল মঙ্গোল ওইগনিদা হায়বিহৌরে। দুর্য্যোধনগী ব্বা তাবদা তেঙ্গোল ময়াম্না য়ানদুনা ভগদত্ত নিংথৌবু বোরিদুনা সেনাপতি হাপ্লে জয় জয়, ভগদত্তা মহারাজগী জয় কৌরবকী সেনাপতি জয় নানা জন্ত্র পুং শেল নগর ধুলোক কংশি করাতাল দ্রবং দ্রবং থিল্লি। ভগদত্ত নিংথৌগী জয় তেঙ্গোল ময়ামদুনা ঙ্রুং ঙ্রুং নিল্লি, হারাওদুনা বোন্দগী শামু সুপ্রাশিক্কানা চিংবা ময়ামদু লৌরুরো। খুদক্তা দুৎশিংনা চৎখিদুনা মউৎশিঙ্গা তান্নদুনা নিররৈক্ষা বোন্দগী শামু পুরক্কুনা কুরুক্ষেত্রা য়ৌরক্লে কৌরব তেঙ্গোন্দা শামু ময়ামদু পিজা য়াবা লফুনাচিংবা দম্মা দম্মা মীপোৎ মীপোৎ পুরক্কুনা পিজৈ। (এথা) হস্তিনা কোনুংদা ধৃতরাষ্ট্রানা হায়, নুংঙাইরে নুংঙাইরেদা সঞ্জয় নুংঙাইহল্লু শামু ময়াম সুপ্রাশিক্কাগা লোয়নদুনা পাণ্ডব তেঙ্গোলদু নেখাইহল্লো হাত্তোকও: নে। সঞ্জয়না হায় মহারাজা শ্রীব্যাস থাকুরনা পিরম্বা দিবাচক্ষু দা য়েংলগা লীজবনি মহারাজ অদুবু উরে ব্বারী নুংঙাইহল্লু।

মুনিনা হায় মহারাজ জনমেজয়, কাশি লৈপাক্তগী নিপা ৫ লালগী কুম্মৈ য়েংগে লাকপা লাল হৌবা নুমিত্তগী লৈবনা কৌরবকী তেঙ্গোলোমদা লৈ। মখোয় মঙাদু লালগী কুম্মৈ য়েংঙি। চাবা থকপা নুংঙাই, লানগী বার্ত্তেন্দি ফংদে, মখোয় ৫ দু নুংদাংসিদি তুমফম চাফম কয়া নুংঙাইতে। পণ্ডপ মঙাদা পাউ পীরুসি শামুগী লান্দা শিরনি, হৌজিকমক পাউ তম্মুসি লাকই। কুরুক্ষেত্র ময়াইশমদুনা লাকপ্পা পাণ্ডবগী তেঙ্গোল য়ৌরক্কুনা দ্বারিদা পাউ পিরগা মরোন খংনরদুনা নিপা ৫ দু চংঙক্কুনা শ্রীকৃষ্ণদা খুরুম্মী।

শ্রীকৃষ্ণনা মরমদি করিগীনো তম্মু তাসি ইবুংঙো দেবগিরিধারি মরমদু হঙ্গৎচগে (প্রাগ যোতি শপুরম্মা) হায়নসু কৌবা অসাম দেশকী নিংথৌ ভগাদত্তানা ঐঙোন্দা সেনাপতি হাপপু হয়েং অয়ুক্কী পুং নিপালদগীনা লান হৌবনা মৈধ্যান্দা নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা ভারতকী লান লোয়থোক্লগা ঐগী ইমাক দুর্য্যোধনবু হস্তিনাদা হনম্লগা মহারাণি ভানুমতি ইচানুপিনা থোংবা চাক চাবা নংননাবা চৎহনখিগে তেঙ্গোগা লোয়না ভগদত্ত ঐনা শামু

সুপ্রশিক্কীগী মথক্তা তোংলাগা শামু ময়ামগা লোয়ননা হনখিগে। কোনুং যৌরগা ঐগী মহারাণিনা থোংবা মথেল লুক্কোই ময়ামদু চারুগে হায় প্রভু স্বৰ্গগী ঐরাবৎ শামুগী মচা সুপ্রশিক্কা কৌবা শামুনি হায়, হে: প্রভু দেব গীরিধারি মপাবুং নরক নিংথৌনা থম্বীরম্বনি হায় সুপ্রাশিক্কা ময়া মরি পানবা ৱাংবনা দন্দা তরানিথোই ৱাংবা মনা তোন্না দন্দ তরা শাংবা মহাক্না শাওদুনা চোংঙকপদা ফিদুপ নিপাল থুপ্পগা চোংঙকপদা দন্দ নিপাল চোংঙাগা চপ লেপ্পা ঙম্বা শামুনি প্রভু শামুনা চৎপদা মখোংনা কানবদা দন্দ মরি মরি কানবা, শামুনি মাগী মচা মহাক্কা চপ চপ মান্নবা শামু নিপাল লৈ, ময়া অনী অনী পানবা সুপ্রাশিক্কা থারগা শামু মাপল, অতোপ্পা শমু লিশিং নিপাল অমা, পুন্না লিশিং নিপালগা শুপ্পা মাপলনি ইবুংঙো, হে: হরি ৱাশক হৌই, অহানবা ভারত লান ঙম্বা; অনী শুবা দুর্য্যোধননা লান ঙমদুনা হস্তিনাদা হনখিবা। অহুম শুবা ভগদত্ত ঐনা লান জয় ওইগে ভারতকী লান লোইথোক্কে ঐগী ইরৈপাক্তা হনখিবা ৱাশক অহুমনি থাং চিক্কুনা ৱাশকপদা মৈ: ফোং হৌই প্রভু। মসি হারম্লগা নিপা ৫ দু হনখি।

## অধ্যায় ঃ- ১২
## সহদেবনা ভীম কৌবা লাকপা

শ্রীহরিবু মায়থোং মকশিল্লি, যুধিষ্ঠিরনা মবুংঙোদা হংগৎচৈ। হে: দেব হরি পুর্ণিমা থা বু ঙমজবা মায়থোং লাংশিনববু করিগীদমক ননাইদা অমুক্তা তাকপিয়ু। অৱাবগী মমি তাবগুম উজৈ শ্রীগোবিন্দনা দাদা মহারাজা পাউদমসি তাবদা ৱারীবনি সভা তেঙ্গোল মীয়াম তাননবা লাওরকই; তেঙ্গোল পাত্র মন্ত্রী অতিরথি মহারথি সমরথি মীয়াম পূনামক আসাম দেশগী ভগদত্তগী শামু সুপ্রাশিক্কাগা পাবিগদৌবা ঙম্বা কনা কনা য়াওবগে অমতা থোকপিরকউ; হায়না লাওরকই, করিগুম্বা য়াওরবদি কৃষ্ণ ঐনা থ্বা: লানগে। মীয়ামদু তারবদা থ্বা চানিবা অমতা য়াওদরেদা শামুদুগী মগুন্না কিনৈ, শ্রীহরিনা দাদা মহারাজা (কেনেবুধি কেনেউপাই) করি উপাই তৌসিগে। যুধিষ্ঠিরনা প্রভু থৱাইদদি কনবিয়ু দেবগীরিধারি, শ্রীকৃষ্ণনা হায় শিদনববুদি লাইয়ে দাদা মহারাজ। ঙসি অহিং অসি নোংচুপকী গঙ্গা লানথোক্লগা চেলহৌরসি অদু ওইরবদি শিররোইয়ে শামুগী লম্বা লৈত্রবনিনা নঙগী নঙগী লাম্মী ময়াম পূম্নমক থৱাই হিংননবা চেল্লসি মীয়াম পূম্নমক মাগী মাগী লানশঙদা চংনদুনা পুগদবা পোৎ ময়োম ময়োম য়োম্নদুনা লোয়না দারবাদা মীয়াম

তিল্লরে নবোগা থাবোগা শিদ্রগা লোয়রে মীয়াম্না ঙ্কুং, ঙ্কুং খোইরেন মশা পাইবগুম্না পুন্নাং লাংনরে ৱা ৱা লাওরে মতাং অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা লাওবিরকই তাননবা অমসুং তাকপীরকই। তেঙ্গোল পূম্নমক অমুক্তা ঙাইবিখো ঐগী দাদা য়াইমা য়াওবা উদে দাদা য়াইমগী ৱা অমুক্তা তাখিসি। সহদেব নহাক অমুক্তা দাদা য়াইমদু অমুক্তা কৌরুসো সহদেবনা প্রভু ঐ নত্তবা অমা কৌহনবিয়ু গোবিন্দনা নং নত্তনা চৎপিনবা অমতা লৈতে। চৎতবা য়াদে চৎলু সহদেবনা প্রভু ঐ য়াম্না কিরে। ঐ লাকপা ফাওবদদি ঙাইবিরমখো হায়রল্লা, মৈতান অশাবা মথক্তা নেৎপগুম্না ফন, ফন, চোংদুনা প্রপ প্রপ চেল্লকই। ভীমগী লানশঙ য়ৌরকই; মহৌশানা ভীম্না তুম্বদা থোং খক লোন্দে লাওনা লাওনা হাংদোক্লুনা থম্মী। হুরানবা মী চংলক্লগা থোং লোল্লবদি লিন্দা লৈতে হায়খিনি; ভীম্না লিন্দা য়াম্না ফৈ। হায়নবা লাওনা লাওনা হাংদোক্লুনা থম্মী করিগুম্বা হুরানবা চংঙক্লগা মফি মুনগে খল্লিবা ভীম্নী।

সহদেবনা থোং লোন্দে মহৌশা অদুম খংঙি। ইমুংদা ফন চোংশিল্লকই হোবে হোবে, তফীং তফিংনা দাদা য়াইমা তুম্বীরিবরা হায়না হৌদোরকই। ভীমদি তুমদে। ঙাশাইনা মিকপ থোকখ্রে; অদুবু মনাওগী মতৌ, য়েংগে হায়দুনা, নাখোকশনৈ গর,গর নাখোকই। সহদেবনা ফিংনা হৌদোরকই দাদা য়াইমা তেঙ্গোল মীয়াম কাইহৌদৌরে; নিলিবসিবু তাবিদ্রবরা লেংখৎপিরো সমুদ্রগী ইরাও খোনগুম নিলিবদু অদুম তাই। ভীম্না ঙ্কুং ঙ্কুং নিল্লি লাক্লে লাক্লে হায়নৈ করম তৌগনি। ধনিনা পুম্নিন নিনখ্রে ভীম্না সজাদগী হৌগৎলগা ফম্মী। সহদেবনা খুরুমজরগা পাউদু তফিং তফিং তম্মী। ভীম্না হায় তপথৌ ইবুংঙো সহদেব ফিগৎকনু ফিংগৎলগা লান ঙম্মী হায়রবদি নঙগা ঐগা পংফিংদা ফিঙ্ঘৎপা তান্নরসিরো সহদেব তপথৌ। ঐনা তাবদা য়াম্না লাংঙিবসিবু করি তৌবা য়াওরবগে সহদেবনা ইপা পাখৎনা শ্বরদি থবেৎ থবেৎ হোল্লি। দাদা য়াইমা আসাম দেশকী ভগদত্তা নিংথৌগী শামু মমিংনা সুপ্রাশিক্কা কৌবা নোংদোন খেৎনা ৱাংবা শামুনি। হয়েং অয়ুক্তা লান চংঙক্কদৌরি শামু লিশিং নিপালগা সুপ্পা মাপল পুল্লপ লান্দা ভারতকী লান লোইগদৌরিয়ে। শামুগী লম্বা পাবিনবা অমত্তা লৈতরে, মরম দুনা শ্রীগোবিন্দনা দাদা য়াইমদা ঙাইরে কৌরুচো হায়দুনা লাকচবনে লেংঙসে ভীম্না ফরে ফরে চৎমিন্নরসি। হায়দুনা লাকপনা দারবার য়ৌরক্লুনা ভীম্না শ্রীকৃষ্ণদা খুরুম্মী ননাইবু কৌবিবগী মরমদো তাকপিয়ু প্রভু শ্রীকৃষ্ণনা মনাইবু লাক্লগে হায়না দাদা য়াইমা চাবগা তুম্বগদি মহানি; শ্রীমুখবানি। তাবদা ভীম্না হায়রকই প্রভু ননাইদি চাবা নোংমখক্লনি। তানজা ফংলগা চাবা চেংমোন মরিফু হৱাইমোন কুন পুন্না মোন চাম্মা চাই; অদুসু নিতিগী নত্তে চষ্ঠী কয়াগী মনুংদা অমুক্তং ফংজবনি অয়ুক চারগা নুংদাং হেনবা চাবা ফংদ ফংদবসু য়ামখ্রে ফংঙাগা চাই ফংদ্রগা তোকই। প্রভুনা হায়রিবদি পৃথিবীদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্কা কৎপিরকপা অর্নবে ঞোন য়ামখ্রেদা। মশিং থাববু

ঙম্নরোই অয়ুক্কী নুংদাংগী শুকলেপলেপ্তুনা মীয়াম্না কৎচরক্লিবা লুক মথেল কয়া উনামক্তা থোংলবসু কৎলিবা মখৈ অদুম লৌরি। পৃথিবি মনুংদা কৎলিবসি মশীং য়াখ্রেদা য়ামখ্রে। মশিং থাববু ঙম্নরোই প্রভুনা লোই লৌবিরগা হাবিরিবনিদো। মনাই ভীমগী ৱাদো তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা দাদা য়াইমা মীমাং পুংমাং য়াদনা মীয়াম মমাংদা কৃষ্ণ ঐবু ইকায়বা পীবিরেদনা। চুম্মী প্রভু ইকাই ফমসু থোকই।

মীয়াম্না কচ্চরক্লিবদু পূন্না প্রভুনা হাবিরিবনিনা ইকাইফমসু থোকই। অমতঙ্গা হংগৎচহৌখিগে ভীম ননাইনা তুম্বদি অয়ুক নুংথিল য়াওদে। নুমিদাংদনি; প্রভুনা চেপখিবদি হরিশয়ন নুমিত্তগী চত্তুরমাস ইঙেল থাদগীনা হিয়াঙ্গৈ থাগী তারা নিথোইনি পানবা ফাওবা অয়ূক নুংথিল নুমিদাংসু সুহৌ হৌগৎতবীদা চেপখিবদুনা চত্তুর মা থা মরি শুরগা তুম্বা পেল্লদুনা লেংখৎপীরকপা নত্তরানে প্রভু। ঐখোয়রোমগী তেঙ্গোলন্দা লাই অমা য়াওরে য়াম্না পাংদবা কিগনবা, মনাইগী ৱাদো তাবদা, শ্রীহরিনা দাদা য়াইমা মরৈ য়েৎনরগুমসি। ভীম্না হে হরি ননাই কৌবিবগী মরমদু অমুক্তা তাকপীয়ু শ্রীকৃষ্ণনা দাদা য়াইমা, আসাম দেশকী ভগদত্ত নিংথৌগী শামু সুপ্রাশিক্কা কৌবা শামুদু ৱাংবনা দন্দা তরানিথোই ৱাংবা চোংবদা ফিদুপ নিপাল থুপ্লগা চোংবদা দন্দা নিপাদা চপ লেপ্পা ঙম্বা শামুনা চৎপা মখোংনা কানবদা দন্দা মরি মরি কান্দুনা চৎপা মনাতোন্না দন্দা তরা শাংবা শামুনি, মনাতোন্দুনা অমুক অমুক কোৎপদা লান্মী তেঙ্গোল কোনশিল্লগা শামুগী খুমাংদা ফুগাইবা নেখাইদুনা হাৎপা ঙম্বা চাওখ্রবা নোংদোন খেৎনা ৱাংবা সুপ্রাশিক্কা শামুনি মাগী মচা নিপালগা শামু লিশিং নিপালগা সুপ্রাশিক্কা থারগা শামু লিশিং নিপানগা শুপ্না মাপল অসি হয়েং অয়ুক্কী লান্দা ভারতকী লান লোইগদৌরি দাদা য়াইমা শামু পাবিনবা, লম্বা লৈতরে অদুগী কৌজবনি শামুগী লান্দা শিগদবগী শরুকপুদি চেলহৌরসি নোংচুপকী গঙ্গা লানদুনা চেলহৌরসি খনবিরবনি দাদা য়াইমা শ্রীমুখাবানি তাবদা ভীম্না হায়রকই। প্রভু হে: দেবগীরিধারি তেঙ্গোল ময়াম্না কিনরিবা ৱারীবদো শমু সপ্রাশিক্কাদো ননাই হৌজিকমক চৎলগা শামুদু ফারগা ময়ুম য়ৌননবা লংথোক্লুগে প্রভু হেক ঙমদবদা জন্মকোতি নরক তাগে। মনাই ভীমগী ৱাদো তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা দাদা য়াইমা হৌজিক্তি নুংদাংসু ওইরে হয়েং অয়ুক্কী লান্দা লেংবিরো। ফরে নুংঙাইরে দাদা য়াইমা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিরকই। কৃষ্ণ ঐনা অমুক্তা কোনগে শ্রীহস্তা অনী তিংথোক্তুনা মনাই ভীস্মু চেৎনা কোনবিরে। সুপ্রাশিক্কা শামু লংবা ঙম্বা কৃপা হাপপিখরে। মনাইদা মহারাজ জন্মেজয়। মহাভারত কথা অমৃতসমান কাশিরামদাস কহে শুনে পুন্যবান। ইতি হরি হরি হরিবোল

## অধ্যায় ঃ- ১৩
## ওঝাশিংগী মত পীবা

মতাং অসিদা ৱারম খরদং হায়জরি মদুদি পুরান খিবিক্তগী য়াওবা ৱারী কয়া মরুমদা ইহান হান্না ওজাশিংনা ইবিরম্বসু নৈনজরি। কোন্না ইরকপসু লৈরে পৌরানিক পরিষদকী, ওজাশিংনা ইবিরক্লি অমসুং নুংদাংদা শামু সুপ্রাশিক্কা পাউ তাবদগী শ্রীকৃষ্ণনা সহদেব থারক্তুনা ভীম লানশঙদা য়ৌরক্তুনা কৌবদা ভীম চেংপাক চাদুনা লৈরম্মী। সহদেবগা লাকমিন্নদুনা দারবার য়ৌবদা ভীম্না শ্রীগোবিন্দদা খুরুম্মী চেংপাক চাবা লোয়দদুনা চেংপাক্তু মুখা থন্না উম্মগা খুরুম্মী হায়না ইবিরক্লি। ওজা অমনা সহদেবনা ভীম কৌবা লাকই লানশঙদা উহৈ ৱাহৈ চাদুনা লৈরম্মী সহদেবগা ভীমগা লাকমিনৈ দারবার য়ৌরক্তুনা শ্রীহরিদা খুরুম্মী।

ওজা অমনা অমুক ইবিরকই সহদেব কৌবা লাকই ভীম্না নঙ চৎলমো ভীম্না ঐ চাক্তি তোক্লে নাম শোল্লকখিগে সহদেবনা চৎখিদুনা দরবার য়ৌরক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা হঙ্গৎলকই, দাদা য়াইম্না চাক্তি তোক্লে নাম শোনবা লোইদ্রি। নাম শোলহৌরি প্রভু। শ্রীকৃষ্ণবু মনাই ভক্তানা খুদুমচনখ্রে, মনাইগীদমক ৱাবীদুনা নুংদাংদা মনাই ভীমগী লানশঙদা লেংবিরকই/য়ৌবীরক্তুনা দাদা য়াইমা নাম শোনবা লোইবিদ্রিবরা ভীম্না প্রভু সুমেরু; লেংবিরক্লবনিনা নাম শোনবা লোইজরে হায়রগা শ্রীগোবিন্দবু খুরুমজরগা ভীম কৃষ্ণ মপু মনাই অনী দরবার য়ৌরকই হায়না ইরি।

যুধিষ্ঠিরনা সহদেব নুংদাংদা শ্রীকৃষ্ণ আৰ্জ্জুন মপু মনাই অনীগী লানশঙদা চংঙক্তুনা লানগী পাউ তম্মী। সহদেব নং চৎলম্মো ঐনা কোন্না লাক্লগে হায়বদগী সহদেবনা হল্লক্তুনা ধর্ম্ম নৃপমনি যুধিষ্ঠিরদা পাউ তমখি। আৰ্জ্জুন শ্রীকৃষ্ণ অনী মপু মনাইনা কোন্না লেংঙকই। দরবড় য়ৌরক্তুনা যুধিষ্ঠিরগা ৱারী শান্নখি। ইতি।

## অধ্যায় ঃ- ১৪
## মুন্দে মুন্দে মতি ভিৰ্ন গাত্রে গাত্রে নরচার নবা বাতি মুখে মুখে সত্য যুক্তী ৱারী খরা।

শ্রীবৈশমপায়ন মুনিদেবনা হায় তাবিরো মহারাজা জন্মেজয় পরিক্ষিত নন্দোন সত্য যুক্তা ওইখ্রবা কৃতিবাষ রামায়ণদা য়াওরি। লঙ্কা কাণ্ডগী মনুং উতর। কাণ্ডগা তাইনবা মরক্তা, লঙ্কা কাণ্ডগী লমাই ৪৭৩-৪৭৪ দা য়াওরি (সুমেরুর চুড়া ষাটি সহস্র যোজন) সনাজিং যুথক লিশিং লিশিংদু; হুম্ফুতরা চাওই।

নোংমা পক্ষিরাজা গরুরনা সনজিংগী চিংথক্তা য়াম্না চাওখ্রবা থেঙ্গু অমনে শামু অমগা মখোং অনীনা নেৎলগা ময়ানা শেৎ শেৎতুনা চারিঙৈদা নুংশিৎ নিংথৌনা গরুরদা হায়রকই ঐগী লম্বীদা পক্ষি রাজানা থৎলিবা করিগীনো হন্দোকউ হায়রকই। গরুরনা হায় নুংশিৎ নিংথৌ ঐ করিগুম্বা অচাপোৎ অমা চারি ঙাইহাক্তং ঙাইবিখো নুংশিৎ নিংথৌনা মৈহৌবগুম্না ফ্রুং শাওখ্রদুনা নুংশিৎ নিফু মাপাল পুথোরক্তুনা বারয়া তেরোয়া অঙ্কি মহা প্রলয়দা কন্না নোংলৈ নুংশিৎ গ্রুং গ্রুং। অঙকপা ফংনা শিৎখবে উ ৱা, যুম কৈ, ফুরা-দলাল নুংশিৎনা ফুক ফুক্তুনা লংখরে। মহা চমকার ওইখরে, প্রলয় ওইরবদা সংসার মাংবতারে; লাই কোটি কুম্ভ্রা হুমদোইনা শ্রিস্তিকত্তা ব্রাহ্মদা হংগৎলবদা ব্রাহ্মানা লেংবিরক্তুনা হংনবদা গরুরনা খজিক্তং লানলে ব্রাহ্মানা গরুরদা হায়বদগী গরুরনা য়েৎকী মশাদু শৎ হায়গৎপদা নুংশি নোংলৈনা, হুরু হুরু লৈথেক্লগা তৃকূটা চীং ফুক্তুনা পুরকপ্লা সমুদ্রদা জবং থাথারম্মী গরুরগা নুংশিৎ নিংথৌগী লানজাও তোকখরে।

লাই কোটি কুম্ভ্রাহুমদোইনা খন্নরগা সনাজিংগী চিংথক্তগী তৃকূট কৌবা চিং অসি পামমুই মাংহনগুমসি খন্নরগা লৈপাক অমা সেম্মু হায়না দেবসিলপি) বিষকর্ম্মদা লাইয়াম্না তাকপিখি বিষকর্ম্মানা (এক মাস) থা অমা চংনা সেমখি। কোনুং শাখি। লাইয়াম্না দেশ অসি মমিংদি সুর্ন ভুম সন লঙ্কা হায়না থোনখি। লাইয়াম্না শ্রীবৈকুন্ঠদা ব্রহ্মাগা লোইননা লাই কোতি কুম্ভ্রাহুমদোইনা শ্রীনারান্দা নম: নম: প্রভু চতুরন ভুজা শঙ্খ চক্র ধারনং কম্না সেবাতা হংগৎলরে। ভগাবানদি খংদা উদবা লৈতবা হান্না অদুম্মক খংবিরবনি; অদুবু হঙ্গৎফম থোকপনা হঙ্গৎপনি শ্রীনরান্না হায়, লাই কোতি কুম্ভ্রাহুমদোইনা তৃভুবন্দা লৈবা স্বর্গ মর্ত্তা পাতালদা হেক লৈবা হিংচাবা মখৈ স্না পঙ্কাদা থম্মো শ্রীমুখাবানি তাকপিবদগী লাইময়াম্না হিংচাবা পূম্নমক খোমগৎলগা লঙ্কা লৈপাক্তা থমখি। মতম খরা লৈরগা হিংচাবা মখৈ হৌরক্তুনা মী লাই পূম্নমক দো-মোন তৌরে। স্বর্গ, মর্ত্তা, পাতাল হিংচাবনা নৈহৎলে। খাংবা ঙম্মক্তুদুনা বৈকুন্থদা লাইয়াম্না শ্রীনরান্দা হঙ্গৎচরবদা শ্রীনারান্না চক্রনা মঙক ককক্তুনা হিংচাবা লোইনা হাৎতোক্লে অনীদংদি হিংহৌই মলাবান, সুমালি, অনীনা পাটান্দা চেন্দুনা লোৎখি। খরা লৈরগা হিংচাবী নিঙোন, মমিং নিকোশা কৌই। মঙোন্দা ইনশিন্দুনা বিশ্বশ্রর্বা ব্রাহ্মান মুনিগী অতোনবী ওইরুরো থারকই মুনিগী নিকোশা ব্রাহ্মণগী অনীশুবী ওইখরে। মতমদু কুবেরনা নিংথৌ ওইদুনা লাঙ্কাদা লৈ। নিকোশাগী মচানা ৱাবন, গুম্ভা কর্ন বিভিষণ সুপর্নাখা পোকখি; রাবন্না ফত্তা লৌশিংনা লান্দাদুনা ময়াম্বা কুবেরবু তাম্থোকখি। কুবেরনা কৈলাসগী মনাক্তা লৈবা, অলাকাপুরদা যৈক্ষরাজা ওইনা লৈখি। মমৈথংদা লঙ্কা লৈপাক্তা রাবন্না লঙ্কা লৈপাক্তা নিংথৌ ওইনা পানখিবনি মহারাজা জন্মেজয়। পুন্য কথা ভারতের শুনিলে পবিত্র, কাশীরাম দাস কহে অদ্ভুত চরিত্র॥ হরি হির হরিবোলো।

## অধ্যায় ঃ- ১৫
## অযোধ্যা দেশগী নিংথৌ সগরগী ৱারী

শ্রীবৈশমপায়ন মুনিনা হায় তাবিয়ু মহারাজা, জন্মেজয়; অযোধ্যা দেশদা সুর্য্যো বংসাগী নিংথৌ সগরগী মহারানি অনীনি অহন্দুনা কেশিনি কৌই। অতোনবীদুনা সুমতি কৌই। মচা ধারা ফংদ্রবদা ৱারে নুংঙাইফম লৈতরে সগর নিংথৌনা মহারানি অনীদা ঐ লাইনিংঙুরগে ইচা ধারা ফংননবা লাইগী বর ফংদ্রি ফাওবা কোনুংদা হল্লক্লরোই। ঐগীদমক্তা রানি নখোয় অনী ৱারুগনুকো, লাইগী নোংদম। য়েংঙুরগেকো; মহারানি অনীনা পুজাগী পোৎলম লাংদুনা নিংথৌদা শিন্নরে। রানি অনীনা হায়জৈ মহারাজা মঙ্গোন ওইরিবরকউ হায়রগা নিংথৌদা খুরুমজৈ ঐখোয়সু ঈশ্বরবু নিংজরমগে। বিদাই ওইদুনা ভগিরথ নিংথৌনা পুজাগী পোৎলমদু য়োল্লগা পুদুনা পায়রগা ঐ চৎলে চৎলে হায়রল্লগা ভগিরথ নিংথৌনা সুম সুম লাকপ্লা সমুদ্রগী তোর্ব্বান য়ৌরক্লে। সমুদ্রগী মনাক্তা লাকই। ঈশিংগী মনুংদা চাওরবা (খ্বালমাস) শরেং মপি অচৌবদুনা মচা ময়ামদুগী মরক্তা(সত্ত ভত্ত) ওন থোইনা চাদুনা শান্নরিবদু উরুবদা। ভগিরথ নিংথৌনা অনুতাপ তৌজরকই জল জিবা ঈশিংদা লৈবা জিবা শরেং অসিদসু মচা ময়ামগা লোয়ননা ওন থোইনা নুংঙাইনা মতম লেল্লি। ঐদি মীগী মপোক্তা পোকপনিনা নুংঙাইফম ঈরৈ লৈতরে; ভাগবান মহাদেব নিংঙুরগে খন্দুনা বোন লোমদা সুম সুম লাকপ্লা বোনগী মনুংদা তুরেন অমগী মনাক্তা চাওখ্রবা হৈখাগোক পাম্বী হৌরমী পাম্বী মখোংদা পুজাগী পোৎলমদু থল্লগা পঞ্জমুখা নাম শোলা শোল্লদুনা গঙ্গ মনুংদগী মৃতিক লৈপক্তু লৌখৎচরগা সিবলিঙ্গা মুর্ত্তি নির্পোন লোইরদুনা ভগাবান মহাদেবদা কৎননবা পুজাগী পোৎলম থল্লগা যোগাসন অমা উগী মখোংদা ফল্লগা মহাদেবদা পূজা কৎপা হৌখরে। ভগবান মহাদেবগী নাম্বু শোন্দুনা লৈখিবসিনা চাদ্রে থক্তরে তুমদরে তুমিৎ-কাং, মরক নোংজু নুংশা খাংদুনা বর্ত্ত কত্তুনা নুংশিৎ চাদুনা চহী তরানিথোই লৈরবদা নোংমগী নুমিত্তা ভুত্তানাথা মহাদেবনা মনাইবু কৃপা পীবিরুরগে হায়না লেংবীরক্লে মঙানগা, লোয়ননা নোং থাং, কুপ্লাগুম্না পুল্লং লংনা ফোং; থুংঙরে। (ভগত্তা বমন) নিংথৌদা মহাদেবনা হায় ঐ লাকএ, নহাক্লা অপাম্বা বরদো নিজরো ঐনা, পীবিরগে; তাবদা সগর নিংথৌনা মমিৎ অনীমক পাঙথোল্লক্লে হৌগত্তুনা ঙক্তা ফিয়েৎ য়েত্তুনা দন্দবট তারদুনা খুরুমজরকই প্রভু নমো নমো

সদাশিবা ভুত্তা নাথ প্রভুদা ইচা ধারা পীনবিয়ু। মহাদেবনা হায় নচা কয়া পাম্বগে ইবুংঙোনা পনীবিয়ু সমুদ্রদা শরেং, মপী অদুনা ফংবা মচা অদুগা চপ মান্ননা ফংজগে। মহাদেবনা হায় শরেংদুগী মচাশিংদুদি মহারাজনা মশিং থিবিরকপরা তাবদা সগর নিংথৌনা প্রভু মশিং দি থিজরক্লে। মহাদেবনা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা খংলে উবা ফংলবদা মহাদেবনা মহারাজা শরেংদুগী মচাদু মশিং লিশিং লিশিংদু হুম্ফু, শুই। খরা য়াম্মী তাহনসিরা সগর নিংথৌনা প্রভু লিশিং লিশিং হুম্ফুদু মশীং অমত্তা তাবিনু লোয়না শুনা ফংজগে তাবদা মহাদেবনা হায় ফরে নরাইবক্কীনি শরেংদুগী মচা মশিং অমত্তা ব্রাৎতনা শুনা ফংজরো বড় পীনবিরে।

মহাদেব ঐনা পীরিবা বড়দগী নচা লিশিং লিশিংদু ৬০ (হুম্ফু) দু নচা মমমদু অমমম চহীগী খুদিংগী অমমমদা ফংদুনা লৈরবদি চহী হেন্দোকখিদুনা ওমর মতুং হুমনি কোল্লানি মরম অদুনা। অমুক্তদা পুন্না ফংজরো মহাদেব ঐগী বরদগী মমাগী অমৃত য়াওদনা অঙাং ময়ামদো হিংবসু ওইজরো। হায়বিরম্লগা প্রভু মহাদেবা (অন্ত্রাধ্যান) মাংখরে কৈলাশদা লেংখরে সগর নিংথৌ হরাওরদুনা বোন্দগী লাকপ্পা কোনুং য়ৌরক্তুনা মহারানি অনীদা পাও তমখরে। ঈশ্বর কৃপানা মহারানি অহন কেশিনি গর্ভ লৈখোন ওইরে মচা অনী মথং মথং ফংজরে। অহলদু অংশুমান কৌই অনী শুবদুনা অসমঞ্জা কৌই চাওরক্লাবা-কান্দা অহন অংশুমান সন্যা ধর্ম্ম লৌরগা বোন্দ চৎখরে। অসমঞ্জানা নিংথৌ ওইহৌই, মতম খরা লৈরগা অতোনবী মহারনি সুমতিনা গর্ভাগী লৈখোন ওইরক্লে। থা তরা শুরে পোক্তরে। চহী তরেৎ শুরবা ফাওবা পোক্তবদা সুমতি মহারানিনা খলহৈদবা ব্রাখল খল্লাক্তুনা কৈদৌরুনি উপাই য়েংঙগে হায়দুনা ঐগী গর্ভা অসি নমখাইদুনা মাংহনখ্রগে। খল্লক্তুনা মী; পোং, কনা অমাতা খংহনখিদ্রে, য়োৎশুক অমা পায়রগা মখুৎ অনীনা, নমথবদা গর্ভগী অঙাং হিকথদুনা লৈপাক্তা তারে। অঙাং ভুমিস্তান ওইরে (রক্তা পিশুবৎ) অঙাংবা মাইরেন অচৌবা অমুক চাওইদা মহারানি সুমতিদি তিংদম ব্রানথদুনা তারে। উথক্তগী তারকপগুম্না ব্রাম্থখরে। মনাইশিংনা চংঙক্তুনা লাব্রাইদা ঈশিং থাদুনা চাইদুনা ময়াম চংদুনা সেবা লাংঙি শিবামক্তি শিদ্রদুনা গ্যান তারক্লে হিংঙে। দুৎনা চেনখিদুনা দরবারদা সগর নিংথৌদা পাউ তম্মে সগর নিংথৌ হরাওমনখ্রদুনা কোনুংদগী ইচা য়েংগে প্রপ প্রপ লাকই। হরাও হরাও হোবে হোবে ব্রাংগোলশঙদা চংলকই ঐগী ইচাদুবু নাম কাম্বা য়ারবরা, অঙাংদুবু নুপারা নুপীরা মশক্তু অমুক্তা য়েংগে নিংথৌ ব্রাদু তাবদা। মনাই নুবী শিংদুনা মহারাজা ইবুংঙো নুপারা নুপীরা খংজদরে সনা মীৎয়েং অমুক্তা তাবিয়ু য়ুময়াইদা তাদুনা লৈরিবসিনি।

সগর নিংথৌনা য়েংলকপবু (রক্তপিবৎ) অচৌবা অঙাংবা হা: খাওজাও অমা লৈবদু উরে। অসিবু ঐগী ইচারা মানাইশিং। ময়ামদুনা মানি মানি মহারাজা; সগর নিংথৌনা শাওমনখিদুনা খাওদু তাপ্পা পায়রগা, নিংথৌনা হে: মহাদেব অঙাওবা বিভুৎ তৈবা মসিদি ইচারা মহাদেব প্রভুনা লৌজরো হায়রম্লগা

করি কানগনি শাওমনখিদুনা খাওদু পায়রগা য়ুময়াইদা থোক লংখাইরে। খাওদু ফোং কাইদুনা ইমুংদু য়ুম য়াই ফাওবা অঙাং ময়ামদু পুমচাই চাইরে অঙাং ময়ামদুনা মরেং মরেং চৎলি সগর নিংথৌ পুমঙক ঙখরে হরি হরি বিষ্ণু বিষ্ণু শোল্লি; হব্রাই মঙ্গৎ মরুমুক্তমক চাওইদা পিশক পিশক পিখ্রেদা মুনিনা হায় মহারাজা জন্মেজয় মীওই মুর্ত্তিদি অদুম শুই। মনাইশিং ময়ামদুনা মখুত্তা ঝরু পায়দুনা অঙাং ময়ামদু পুলপ পুলপ পৈশিল্লি তকশিন তকশিন্দুনা থল্লগা মনাইশিং খরনা লিখাইদা থুম্মোক্তা লাইতংদা হাপচিল্লী ময়ামদু লাইনা লাওথরকই। সগর নিংথৌ মথকতৌদা নহাক্কা বোন্দা মহাদেবদা নিংজবগী ভগাবান মহাদেব লেংঙক্তুনা বেড় পীবিরম্বদো কাওরাবরা নিংশিংঙু। নহাক্কা হায়খি সমুদ্রদা লৈবা (খালামাস) শরেংদুগী মচাদু অমত্তা ব্রাৎতনা ফংহনবীয়ু মহাদেবনা, ফংজরো বর পিবিবদগী ফংজবা নচানি মহাদেবনা হায়রম্মী। শরেংদুগী মচাদু লিশিং লিশিং হুম্ফুদু মহারাজনা নচা ওইনা ফংঙু চহী চহীগী নচা অমমমদা ফংলবদি চহী হেন্দোকখিদুনা অমর মতুং হুম্নি কোল্লনি। অমুক্তদা পূন্না ফংজৌ হায়রম্বদো কাওরবার নংগী; মহারানি সুমতিনা গর্ভাগী কুমশিং থাশিং হেল্লে। খল্লুবদা নুংঙাইত্রদুনা মবুক ফৎলক্তরে। গর্ভদু য়োৎশুক অমা পাইরগা মখুৎ অনীনা গর্ভদু নমথবদা হিকথদুনা ভুমিস্তা ওইবনি। অঙাং লিশিং হুম্ফু অমত্তা ব্রাৎতনা মশিং শুরবনি লৈপাক্কী পাত্রাদা চফুমচা মচাদা অঙাং লিশিং লিশিং হুম্ফুদু চফু মচা মচাদুদা অমমম হাপ্লো শঙ্গোম খরা খরা পিথক্তুনা যোতোন তৌনা য়োকউ। মমাগী অমৃত য়াওদনা হিংগনি হান্না হৌরক্তুনা ইহান হান্না কপলকপা অঙাংদো অহননি মমিং সাগর হায়না থোল্লু। মনাও ময়ামদুদি মমিং থোল্লুরনু লাইরিক চাওখ্রনি, দেবা আকাশব্রানি লাওথবিখি মতাং অসিদগী নীংথৌগী মনাই মহারানিগী মনাইশিংনা অঙাংশিংদু য়োকখি।

সুর্য্য বংশগী সগর নিংথৌগী হাক্তক্তা অঙাংগী চার কোলোম শেমখি। দান মউসব হৱাও কুম্মে ভারি বারি দামা মদা তৌখি দান্নচিংবা তৌখি। অঙাং ময়ামদু সোস্তি শ্বোল্লে নীনি পানবা থানা পুর্ণিমা তাল্লকপগুম জ্রিজ্রি চাওখৎলক্লে। মহৈ বিদ্যা, তমহনলে অঙাং ময়ামদু চেন চোংদুনা লাক্লা ফান্দুনা শানৈ অঙাং লৈরমদবদগী লৈরক্লাবা অদুদা সগর নিংথৌ হৱাওবদা ঙমখৈ লৈতরে নুংঙাইজরে; অঙাং ময়ামদু চেৎলি চোংঙি লাক্লা ফানাদুনা শান্নে। অতোপ্পা মীগী মচাশিংদা সগরগী মচাশিংনা মমানবা অতোপ্পদো মখুৎ পায়দু চিংঙি মনাসু হেক থাদৎপিরে মখোং মখুৎ থেকতৎপিরে। কপ্পুনা মম্মুমদা মমা মপা পাওতম্মী। মমা মপা লাক্তুনা নিংথৌদা ব্রাকৎলরে। সগর নিংথৌনা মনাইশিংগা লোয়নদুনা অঙাং ময়ামদু মখুত্তা চৈ চৈশাং পায়দুনা ষণ শেনবগুম্না, অঙাং ময়ামদু কোনুংদগী হোইদোরক্লে মনাইশিং ময়ামগা চাকঙল চাদুনা ষণ ময়াম হোইবগুম্না হোইরপ্না সনাজিংগী চিংখোংদা অঙাং ময়াম শেল্লে। নুমিৎ খুদিং চাকঙন চাদুনা

অয়ুক ঙন্না ঙন্না ষণ শেনবগুন্না শেনখি। নুঙাইজরদুনা নোংমদি মচা ময়ামদু কৌশিল্লগা হায়রকইঃ ইচাশা নখোয় ময়াম চাওরক্লে, হৱাওবদা ঙমখৈ লৈতরে ইপা নুংঙাইরে ঐনা নিংবা থুংঙে, ইপানা যজ্ঞ অমা কৎকে হায়না খল্লি তাবদা মচা ময়ামদুনা পাবুং মহারাজা যজ্ঞদু কৎপিয়ু ঐখোয় ময়াম্না যজ্ঞ দু ঙাকচগে ৱাদো তাবদা সগর নিংথৌনা ফরে ফরে ইচাশা যজ্ঞগী থৌরাং লাংখরে পাত্রা মন্ত্রীগা সিঙ্গা তানরদুনা থাবান নুমিৎ য়েংলে, অফবা পুংফমদা মাণ্ডপ খল্লে যজ্ঞগী পূজা হৌরে বার্ত্তোন তৌবা লোইরে কুলা চারচা পুরুহিৎনা পুজাগী পোৎলম শুনা যজ্ঞদা কৎলে মন্ত্রা শোন্দ্না পুজা হৌরকপদা পঞ্জরোত শগোলগী লাইবক্তা ময় পত্রা থেৎলি। শগোলদু মচু মঙানা লৈতেং ওই।

ময়াংলেন কোরি চেনবা মসানা ঙৌরোক ঙৌবা মনা অনীনা মুশিন মুশিন মুবা মমৈনা মেমানবা মচু মানবা। মখোং খুন্দগীনা খুজিল ফাওবা স্নাগী মচু মানবা পঞ্জরন শগোলনি। যজ্ঞ অধিবাস হৌখরে। সগর নিংথৌনা মচা লিশিং হুম্ফুদা পঞ্জরোন যঞ্জগী শগোলদু শিনরে মচা ময়ামদুনা মখুত্তা মাখুত্তা খুলাই পাইনরে থাং-তা খুৎশু খুৎলাই লিরুং তেন্দোং জথা যাথি শেল শুল দোলাইগী মথক্তা হাপকৎতুনা (মধুচৈত্রা মাসে)। লমতা থাগী পুর্নিমা নুমিত্তগী শগোলদু মমাই নোংপোক ওন্দুনা চেল্লক্লে। নিং তম্না চেল্লিবা শগোলগী মরাইবক্তা থেৎলিবদু অযোধ্যাগী সগর নিংথৌনা যজ্ঞগী শগোল থারে। মচা ময়াম্না ঙাক শেন্দুনা চৎলি মরাইবক্তা থারি শগোলগী মরাইবক্তা জয় পত্রা তেৎলি নুংশিৎকী মাং থাদুনা চেল্লি। কনাগী নাদানদি গিরি গুহা, বোন উপবোন তুবৎ তুবৎ শমদুনা মনিং তম্না চেল্লি শেগোলদুনা ৱারবা কান দা শগোলদু পোত্থাই। ঈশিং থকই কুন্দুনা লৈ মচা ময়ামদুনা শগোল শংদুনা লৈ, শগোলদুনা অমুক হৌগত্তুনা মনিং তম্না চেল্লি। সপর নিংথৌগী মচা লিশিং হুম্ফুনা অমুক তানরকই। শুম শুম হৌখিবনা চহী অমা ফারক্লে। শ্রীবৈশমপায়ন মুনিনা হায় মহারাজা জন্মেজয়। মতাং অদুদা শগগী ইন্দ্রা রাজানা খল্লি ঐগী ফম অসি সগর নিংথৌনা শিনখিবা তারে খন্দুনা ইন্দ্রা রাজানা নোং নুংশিৎ নোংলৈ খ্রাক খ্রাক গ্রুং গ্রুং প্রলোইগী নোংলৈ নুংশিৎ হুমদুনা আ পাটাল লৈবাক শুরুংদা পুথরক্তুনা কপিলা মুনিগী আশ্রম বোন্দা মুনিগী মতুং ওইনা উ অমাদা যজ্ঞগী শগোল পুল্লগা থন্নম্মে। সগরগী মচা লিশিং হুম্ফুনা শগোল মাংখরে থিরকপদা সুরুং অমা থেংনরে শুরুংদা শগোলগী খোংগুল লৈরে ময়ামদুনা মখুত্তা য়োৎপাক পাইদুনা তৌখাইরে। তেঙ্গোল ময়ামদু শুরুংদগী মথং মথং কুমথরক্তুনা পাতান য়ৌরবদা পৃথিবীবু পুবা শামু মরি লৈরম্মী। শামু অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা, অশংবা শামু মরিদুদা হংলুবদা শামু মরিমক্লা হায়রকই ঐখোয়দি পৃথিবী পুরি শগোলদু খংদে উদে হায়, সাগরগী মচা লিশিং হুম্ফুনা মথং থিরকপদা কপিলা মুনিগী অস্রোম য়ৌরক্লে। যজ্ঞগী শগোলদু মুনিগী মতুংদা উ অমাদা পুন্দুনা লৈরম্লে ময়ামদুনা মুনিদা হংলুবদা কপিল্লা

মুনিদি মৌনা বর্ত্তা লাইনিংঙি মুনিনা খুম্মক্তবদুদা শাওমনখিদুনা ডাক্কুনি চোর ব্রালা মুনি শাশন্নরিবনি খন্নখরে। মার মার ফাও পুল্লু ময়ামদুনা গ্রুং কোইশিল্লক্লবদা মুনিনা লাইনিং কাইরে ক্রোধাদৃস্তি অশাওবগী মিৎয়েং য়েংঙকপদা সগরগী মচা লিশিং হুম্ফুদু ভস্ম রাশি উৎপুং ওইনা তাখরে। এ থাতে অসোমদা অযোধ্যা দেশগী নিংথৌ সগর অব্রাবা ওইরে যজ্ঞ শাঙ্গ ওইরে চহী অমা হেল্লে নিংথৌনা অব্রাবা ওইরবদা ময়ামদু নুংঙাইফম খঙদ্রদুনা মচা নিপা অংশুমান্দা হায়রকই। ইপাগী ইবুংঙো অংশুমান ননাওশিংগী খোঙ্গুল লিরুরো তাকপিরকই। অংশুমান্না মপাবুংবু খুরুমজরগা বিদাই লৌজরগা লাকপ্লা শগোলগী খোংগুন থিরকই শুরুং ১ থেংনরে, পাতান য়ৌরক্লুনা কপীল্লা মুনিগী অস্রমদা চংঙক্লুনা মুনিদা খুরুমদুনা হঙ্গৎচরকই। কপিল্লা মুনিনা মরম পূন্নমক খংলদুনা হায়রকই ইবুংঙো অংশুমান ননাও পূন্নমকপু শর্গ ফংননবা মরমদু হায়গে।

আঃ ব্রহ্মালোক সর্গদগী জগৎ মাতা ইমা গঙ্গাবু কৌথরকপা ঙল্লবদি ননাও পূন্নমক অরান খুফম ফংগনি। তাকপিরবদা ফরে মুনিগী কৃপা য়েংঙুরগে হায়রল্লগা লাকপনা অযোধ্যা সুর্য্য বংশগী নিংথৌ সগরদা পাউ পূন্নমক তন্নরে। মপাবুং মহারাজা ননাই ঐহাক আঃ সর্গদগী ইমা গঙ্গা পুথরকপা ঙম্বরা য়েংজরুগে হায়রল্লগা গঙ্গা কৌথবা চৎখ্রে। গঙ্গা কৌথবা ঙমদ্রদুনা আয়ু লোইদুনা শিখরে অংসুমানগী মচা নিপা দিলিপ নিংথৌসু ঙমখিদরে আয়ু লোইখ্রে। দিলিপকী মহারাণি অনী লৈহৌরি মচা ধারা থনমদরে। সুর্য্য বংশ মুৎপা তারে। সগর নিংথৌসু আয়ু লোইখরে (কুলা চার্চ্চ পুরুহিৎনা) তাকপিদুনা ভগবান মহাদেব পূজা কৎলু হায়না মহারানি অনীদা তাকপিখি। মহারানি অনীনা থম্মোয় শেংনা মহাদেববু পূজা কত্তুনা খুরুমজখি পূন্নমকপু উদ খংদা লৈত্রবা ভাগবান মহাদেবনা ফোং লেংবিরক্লুনা মহারানি অনীগী অপাম্বা বরদু পিনবিরে মহাদেবনা হায়। মহারানি নখোয় অনীনা অমনা পুরুস লিঙ্গা অমনা অস্ত্রি লিঙ্গা ভাপ্তা ওইদুনা মিলন ওইবদা পুরুস রতন ওইরবা নচা অমা ফংজগনি নচা নিপাদুনা সুর্য্য বংশাগী নিংথৌ ওইয়ু হায়না বর পিনবিরল্লগা মহাদেবা অতরধ্যান কৈলাস য়ৌখরে। অংসুমানগী মচা দিলিপ্লা নিংথৌ ওইরম্বদগী নবুধৌশিংগীদমক ইমা গঙ্গা সর্গদগী কৌথগনি চৎখিবসু ঙমদদুনা আয়ু লোইখরে দিলিপ নিংথৌ অযোধ্যাগী সুর্য্যো বংশ মুৎতনবা মহারানি অনীদা মহাদেবনা বর পীরম্বদগী দিলিপ নিংথৌগী মচা ওইনা ফংজখিবনি দিলিপ্লা শিখ্রবা মতুংদা মচা ওইনা মহারানি অনীনা বরদগী ফংজবা ভোগা ভোগি মিলন্দা ফংজবা নচানিনা কুল্লাচার্য্য পুরহিৎনা অঙাংগী মমিংবু ভগিরথ হায়না থোকখিবনি শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তাবিরো মহারাজ জন্মেজয়। ভগিরথকী ছষ্ঠি শোল্লে অনর্পারন চাউম চাওরক্লদুনা চহী ৫শুরদুনা মহৈ বিদ্যা তমহল্লে লোয়না লোয়না ইখং ইখংলে নোংমদি মমান্নবা অমনা শাওনবা খৎনবদা হায়রকই।

ভগিরথ নহাক্কী নপা কনানো নহাক্কী নপা মশক খঙদবা হায়রকখি, ৱাদো তাবদা নুংঙাইত্রদুনা মমা মহারানি অনীদা য়াম্না নুংঙাইতনা পাউ তমখি মহারানি অনীনা হায়। ইমাগী ইবুংঙো ভগিরথ নপাবুং মহারাজনা নবুধৌ লিশিং হুম্ফু পাতান লৈপাক্তা কপিলা মুনিগী সাপ্তাগী উৎ ওইনা তাদুনা লৈ। সাপ্তু কোক্লবা নবুধৌ অসমঞ্জানা সর্গদগী গঙ্গা কৌথবা ঙমদ্রে। আয়ুলোইখরে; মথংদা নপাবুং দিলিপ মহারাজসু ঙমখিদরে। আয়ুলোইখ্রদুনা মচা ধার থনমদরে সুর্য্যাবংশ মুৎপা তারে হায়দুনা মহাদেববু পূজা কৎচবদগী বর পিনবিদুনা ভগিরথ নহাকপু ফংজবনি ইমাগী ইবুংঙো ভগিরথ নমান্নবনা হায়রিবদো শাওরুনু ভগিরথনা নিংথৌনা ফরে মরম পূম্নমক খঙজরে ইমা মহারানি অনীমকসু ঈশ্বরবু নিংবিয়ু ইবুধৌশিংগীদমক্তা সর্গদগী জগৎ মাতা ইমা গঙ্গা কৌথজরুরগে। মহারানি অনীনা ইমাগী ইবুংঙো ভগিরথ মহাদেবগী পূজাগী পোৎলম শুনা য়োমলে ভগিরথ নিংথৌনা মমা অনীদা খুরুমদুনা বিদ্যাই লৌজরে। মমা অনীগী চরনগী পদরেনু লৌজরগা পূজা পোৎলম পুদুনা বোন য়ৌরক্লে। উ অমাগী মখোংদা যোগাসন থাদুনা ফমদুনা পুজাগী পোৎলম কৎলি চাদ্রে থক্তরে নোংজু নুংশা কাং তুমিৎ মরক্তা ভগবান মহাদেববু নিংদুনা লৈখিবসিনা চহী তরানিথোই শুরবদা/শিবা মহাদেবনা খঙদা উদবা লৈখিদ্রবা শ্রীসদা সিবনা লেংবিরক্তুনা ভগিরথ নিংথৌ নমিৎ পাঙথোক্লো। মহাদেব ঐ লাকএ অপাম্বা বর নিরো। ভগিরথনা মমিৎ অনী পাঙথোক্লগা হৌগৎতুনা ঙকতা ফি য়েৎতুনা মহাদেবগী চরন্দা দন্দবৎ তাদুনা খুরম্মী। প্রভু ইবুধৌ সগরগী মচা লিশিংহুম্ফুম পাটান্দা কপিল্লা মুনিগী সাপ্তগী উৎ ওইনা তাদুনা লৈরে। মরম দুনা ইবুংঙোবু অরাধন তৌজরিবনি সর্গদগী জগৎ মাতা ইমা গঙ্গাবু পুথরকপা ঙমহনবীয়ু প্রভু। মহাদেবনা হায় ইন্দ্ররাজ, পূজা তৌরগা ইন্দ্রগা লোয়না ব্রহ্মলোক য়ৌজরো শ্রীনারানগী মফমদা নিজরগা নমা গঙ্গা পুথরক্তুনা নবুধৌশিংবু লানবা ঙম্বা ওইজরো বর পিনবীরে। সদসিবা লেংখরে।

ভগিরথ নিংথৌনা ইন্দ্ররাজ পুজা কৎলবদা ইন্দ্ররাজা লেংবিরক্তুনা মনাই ভগিরথকা লোয়ননা বৈকুন্ঠ য়ৌরবদা শ্রীনারানগা লোয়ননা লেংবীরক্তুনা ব্রহ্মা লোক য়ৌরবদা ব্রহ্মান শ্রীনারানগী ব্রহ্মানা শ্রীনরানবু পূজা কৎচদুনা খুরুমজরগা চরনবু ব্রহ্মাগী কমলদুলাদাগী সুদ্ধজলনা শ্রীনারানগী চরন শেংলুবদা ভগবানগী দস ধেনু (খোংশা তরা) চরন অনীদগী জগৎমাতা ইমা গঙ্গা পুথোকপিরক্লে। (ঈশ্বর লিল্লা কে:জনে) ঈশ্বরগী লিল্লাবু অঙকপনি। জগৎমাতা গঙ্গানা শ্রীনারান্দা বিদাই লৌজরগা ভগিরথ নিংথৌদা হায়, ইমা গঙ্গা ঐনা ভগিরথ নংগী তুংদা ইমা ঐ লাক্কে নংনা দোলাই তোংদুনা মোইবুং খোংলগা ইমা ঐগী মাং থাও হায়না কৃপা পিনবীরে। ব্রহ্মা লোক্তগী ভগিরথনা জগৎমাতা ইমা গঙ্গা পুথরগা সর্গদগী হায়থরক্তুনা সনাজিংগী চিংথক্তা তাররে। মতাং অসিদা শ্রীবৈশনপায়ন মুনিনা হায় তাবিরো মহারাজা জনমেজয়

সনাজিংসি (ঠুটুরা) ফুল শগোল হিদাক মপালগুম্মী চিংদোল ফনদোক্লা লৈবা (সুমেরুর চূড়াষাটি সহস্র যোজন) যুথক লিশিং লিশিংদু হুম্ফুতরা চাউই। লিশিং ৭০ চাওবা চিংনি মহারাজা। সনাজিংগী নুংজাও নুংবি নুং, ময়ামদুনা কোইশিনখিবনা গঙ্গা মতা সনজিংগী চিংথক্তগী হায়থরকপা ঙমদ্রদুনা মতম খরা কুইনা অমুক লৈরবদা। ভগিরথ নিংথৌনা গঙ্গাদা হায়জে; গঙ্গানা ভগিরথ নহাক্লা চৎলো ইন্দ্রা রাজা সাদোং ওইরিবা গজরাজা। ঐরাবোৎ শামুদা হায়জরু। মা নত্তনা ইমাগী উপাই লৈতরে ইবুংঙো গঙ্গা মমাগী ব্রাকৎ তারবদা ভগিরথনা দোলাই তোংদুনা লাকপনা স্বর্গ য়ৌরক্লে। ইন্দ্রা রাজাদা পাউ তম্মী ইন্দ্রা রাজানা শামুদুদা য়ান্নবা হায়য়ু তাকপিদুনা ঐরাবোৎগী মনাক্তা চংঙক্তুনা ভগিরথনা হায়জে ঐরাবোট শামুনা হায়রকই। মহারাজা ভগিরথ গঙ্গানা হায়রক্লিবা মরম পূম্নমক ঐনা লোইনা খংঙে। গঙ্গাদু ঐরাবোৎ ঐগী সেবা চৎপিয়ু য়ারবদি ঐনা শোইদনা পাঙথোকপা ঙমগনি হায়রুরো গঙ্গানা য়ারক্তুবদি ঐ ঙমলোই হায়রুরো। বিদাই তৌরগা স্বর্গদগী হায়থরক্তুনা সনাজিগী চিং য়ৌরে গঙ্গা মাতাগী মাংদা চিন্তাগী মশক ওই হায়দোকপা ঙমদ্রদুনা মরুলুকথরগা পীদি মতুম মতুম তাই।

জগৎ মাতা গঙ্গা অদুদি অস্ত হৌবা লোইবা খংদা উদা লৈত্রবা মরম পূম্নমক খংলদুনা গঙ্গানা হায়রকই ইমাগী ইবুংঙো ভগিরথ নিংথৌ, ঐরাবোৎ শামুনা হায়রকপা ব্রাদো ইমানা লোয়না মরম খঙলে মানা হায়বদু য়ারে কৌরুরো তাকপিরবদা ভগিরথনা স্বর্গ য়ৌরক্তুনা ঐরাবোৎতা পাউ তম্লবদা ঐরাবোৎ নাপনগা লোয়না ভগিরথকা লাকমিন্নদুনা সনাজিংগী চিংথক্তা থুংঙরে। ঐরাবোৎ শামুগী চৌদন্ত ময়া মরিদুনা সনজিংদা ফিদুপ নিপাল থুপ্লাগা থং য়ৈশিনলগা খাংসৎ সৎতোরকপদা চারি ধারা বসু, ভাদ্রা, সেত্তা, গঙ্গা, ইরম মরিনা পুলপ তাশিল্লগা সনজিংগী চিংথক নাপোমদগী ফাওদ্রিৎ ফাওথরক্তুনা অব্রাংবদগী চারি ধারা পুল্লগা শামুগী মথক্তা ইমা গঙ্গা মাতানা ঈশিংনা ঈহৌরকপা ফ্রি ফ্রি কামদুনা ঈশিংনা ব্রা ব্রা জোর জোরো চেনথরক্লে গ্রং গ্রং, তক থরক্লে শামুদু মমৈ মকোক খংদরে ঈশিংনা মশা পূম্নমক ইরাকনরে। থরো, থরো, থোক, থোক ওল্লা ওল্লদুনা চিংথক্তগী তাওথরকই। নুং নুংজাও উ ব্রা, লৈজ্রেং, নুংজ্রেং, নুং, নুংবি, গ্রং গ্রং শামুগা লোয়ননা থরো, থরো ওনথরক্তুনা নুমিৎ মঙানি লাক্লবদা শিদ্রে। লাইগী শানি ওমরনি; ঈশিংগী মথকলোমদা মনাতোন্দো থাংগৎলগা মরক্তা শ্বরদু অমুক, অমুক হোল্লি শামুদো ব্রাবদা খম থেংলে ঈশিং মনুংদা হুমাংনা বৃবৃবৃ শৌরে। জগৎ মাতা গঙ্গানা শাওখিবগী তৎশ মহাপাপি হাজংচাবা ব্রাঙাং ফজদবা পাপি গঙ্গা ঐঙোনদবু বেব্যাহর লৈতবা ব্রা হায়বদি লাক্লরেদো নহাক খংলবরা হায়রল্লগা গঙ্গা অব্রাংবদগী চেন্থরকপদি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। অব্রাংবা রোমদদি কাবা ঙমজদে গঙ্গাদি অনেম্বারোমদা চেন্থবগী শরুকক্তনি মথক লোমদা হঙ্গৎনা খক চেনখৎতে। হন্থনা চেনবদনি। গঙ্গা মাতানা সনাজিংগী

চিংখোং য়ৌরক্লবদা শামু মাগী থৌৱায়বু কনবিরগে খন্দুনা ইনোৎ ঈরৈ ইপোম্না থোক্তা লংখৎপিরম্মী। শামুদু অকংবদা তাখি, থরো থরো ওল্লী ফুক হৌগৎলগা ঈশিং খৌরাংবনা প্রলয় ওইরে ঈশিংদা ঐরাবোৎ শামুনা কিমনখিদুনা ঈশিংদা মুন্না শংক্ত্রিক শঙনা য়েংদুনা লৈ। ঈশিং খৌরাংবদি প্রলোই ওইরে। থক্কাদবদি কিদুনা ঈশিংদা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। ত্রিলৈকৎ তারিনি অহুমবু লানবিরিবি ইমা জগৎ মাতানা ঐরাবোট শামুগী লমন শিংবিরগে খন্দুনা গঙ্গাগী ওইগী পামবোম থবাল লৈরিকপু, ঙমজরবা তুংগী তুরিকশিং মরক্তগী। তু, অমা লৌথোক্লগা নঙনা ঐরাবোটগী লমন শিংঙুরো বর ওইনা পীবিরম্মী। তুরিক্তুনা চিংখোংদা তাখি গঙ্গা মাতাগী মহিমা য়াম্না চাওখরে মগুন্না গঙ্গাগী তুরিক্তুনা শামু অমোম, ওনখরে মমিংনা সুবর্ন কর্নিকা কৌখি। গঙ্গা মাতাগী (মহিতম) মগুণ অঙকপনি ঐরাবোট শামুগা সুবর্ন কর্নিকা মখোয় অনীদু/ বিধাতা নোংদম্না পুঙ্গিগী লৈপুন, ওইয়ু তমখিবনা নুংশিনদুনা মখোয় অনীদু বাউ শক্তিনা স্বর্গ য়ৌখরে। মহাভারতের কাথা অমৃত সমান

কাশিরামদাস কহে শুনে পুন্যবান। মহাভারতপু থাজবগা লোয়ননা পুক্লিংচনা তাজবদা দি হে হকচাংদা লৈরম্বা পাপ কোক্তুনা থমোয়দা থাংমৈ থানবগুম্না পুক্লিংগী অমম্বা পূম্নমক কোক্তুনা গ্যান থমোয়গী গ্যান লৌ। শিংপিনবিরাবা হয়েং অরোইবা। মতমদা নরদেহে থনম্নগা দেবা দিহে লাইগী মুর্ত্তি ওইনা বৈকুন্ঠা ধাম লেপ্না ফংঙি মশিবু শ্রীদৈপ্যায়ন ব্যাস মুনিদেবগী বাক্যনি। ইতি হরি হরি ঃ

**Approved as a prize and a library book for all the schools of Bengal Presidency. Also recommended as a Bengali Text-Book for female candidates appearing in the Matriculation of Examination Vide Calcutta Gazette, Dec. 5, 1917**

# কাসিদাসী মহাভারত (সাচিত্র)

রায়বহাদুর

## দীনেশচন্দ্র সেন ডি. লিট্

সম্পাদিত
ভট্টচার্য্য সন্স্ লিমিটেড
১৮ বি, শ্যামাচরণ দে ষ্ট্রীট, কলিকাতা

"কাশীরাম দাসয় তিঁহ জ্যেষ্টতাত। মৃত্যুকালে আজ্ঞা কৈল শিরে দিয়া হাত।।
আয়ু অবশেষ বাপু যাই পারলোকে। রচিতেনা পালাণ্ড পোথা পাই বর শোকে।।
আশীর্ব্বাদ করি আমি বলি হে তোমারে। পাণ্ডব চরিত্র বাপু রচিবা আদরে।।
তাঁর আজ্ঞা শিরে ধরি ভারি রাধা-শ্যাম। "দ্রোণ পর্ব্ব ভারত রচিল নন্দরাম।"

বিশ্বকোষ অফিস রক্ষিত কাশীদাসী মহাভারতের একখানি প্রাচীন পুঁথি হইতে আমি ও শ্রীযুক্ত কালীপ্রসন্ন বন্দ্যোপাধ্যায় মহাশয় এই অংশ নকল করিয়া লইয়াছি। কাশীদাসী মহাভারতরে বঙ্গব্যাসীর সংস্করণে ৫৮৪ পৃষ্টায় একখানি প্রাচীন পুঁথি হইতে নিম্নলিখিত পংক্তি চতুষ্টয় উদ্দৃত হইয়াছেঃ-

আদি সভা বন বিরাট রচিলেন পাঁচালি। যাহা শুনি সর্ব্বলোক করে ধন্নি ধন্ন।।
পুর্ব্বে তেঁহ্ আরম্ভিয়া ছিল এই পুঁথি। কালবশে মৃত্যু তার হৈল দৈবগতি।।

শক্ত্যাবেশ, শ্রীব্যাসনা জগতকি জীবনা ভবনদী লাম্থোকপা ঙমগদবদি বেদগী অচুম্বা খঙলগা পরংব্রহ্ম শ্রীভগবানবু খঙবা ঙমই। অদু ওইরবদি সংসারগী মায়া লাম্থোকপা ঙমই। বেদগী অচুম্বা অর্থদী মী অমসুং লাইমক্লা হোৎনবদা অচুম্বা খঙবা ঙমদে। মরম অদুদগী জগতকী উপায় ওইনবগীদমক বেদকী অর্থনা ব্যাখ্যা তৌথোক্তুনা ইথোক্লকপদা শ্লোক লাক্ষ ৬০,০০,০০০ দগী,

১। শ্লোক লাক্ষ ৩০,০০,০০০ না স্বর্গ লাইরৈপাক্তা থুংঙি দেব ঋষি নারদা মুনিনা ব্বারী লীরগা ইন্দ্র অমদি দেবগোন লাইয়াম্না তাখি।

২। শ্লোক লাক্ষ ১৫,০০,০০০ পিতৃ লোক্তা থুংই, অসিত-দেবলা মুনিনা লীরগা পিতৃ লোক্লা তাখি।

৩। শ্লোক লাক্ষ ১৪,০০,০০০ না গন্ধর্ব্ব লোক্তা থুংই শ্রীশুক-দেব মুনিনা লীরগা গন্ধর্ব্ব শিংনা তাখি।

৪। এক লক্ষ, শ্লোক লাক্ষ ১,০০,০০০ না তথা মর্ত্তপুরে মীরৈবাক্তা থুংই; হস্তিনাপুরদা শ্রীবৈশম্পয়ন মৃণিনা লীরগা পরিক্ষিত মচা শ্রীজন্মেজয়না তাবা হৌখি।

## সত্য যুগতা লঙ্কা শেমখি

কৃতিবাস রামায়ণদা য়াওরি, ত্রিকূট প্রর্ব্ব আছে।। সাগরভিতরে।। সুমেরুর, শৃঙ্গপরে, তাহার উপরো লঙ্কা নামে পুরি কৈলা বিশ্বকর্ম্মা (একমাস), থা অমা চংনা শাখি লঙ্কা লৈপাক কোনুং শাখি।। লাইয়াম্না অকোইবা পাকপা শাংবা ওল্লে।। পিতা তিংদুনা ওনবদা পঞ্চ বিংশ পরি বিষ্টিতম থা কুনমঙা (২৫) পাকই। লাইয়াম্না সূর্ন ভূম, সনা লঙ্কা হায়না থোনখি।।

**সত্য যুগতা লঙ্কা শেমখিবা**

**অধ্যাত্মা রামায়ণ গীত রামায়ণ।।**

**শ্রীরাম কীত মহিতম।।**

**বাল কাণ্ড, লামাই মঙাদা য়াওবা।।**

শিবেরো নিকোতে, পার্ব্বতি, রাম মহি মহাত্ম্যা।। জিগ্যাস মহাদেবনা দূর্গাদা লীরি লঙ্কাগী ৱারী ত্রিকূট পর্ব্বতো পরে, লঙ্কা পরি শোভা করে।। ঘেরো তায় সুর্বন প্রচির।। সুবর্ণ অষ্টালিকায়া পরি পুর্ণ আছে তায়, পরিক্ষা বেষ্টিতা পূর্ণির ননা বিধু উপবোধো উপবোন কিবা তথা সুসোভোন।। সিঁড়ী যুক্তদিবা সরাবোর ষ্টম্ভ যুক্তা মনিমোয়ো গৃহে শোভে সমুদায় জাহা হেরী প্রফুল্লো।। অন্তর লাংকা পসিংদ্বারে পরিরৈক্ষা করি।। বারে আছে তথা সহশ্র (চহি ১০০০) রাবন ইতি অধ্যায়।।

## সত্য যুগতা লঙ্কা থোনখিবগী ৱারী
## অমসুং
## ভগিরথ নিংথৌনা গঙ্গা কৌথরকপা

শ্রীবৈশমপায়ন মুনিদেবনা হায়, তাবিরো মহারাজ জন্মেজয় সৈত্য যুক্তা কৃতিবাসি রামায়ণদা য়াওরি লঙ্কা কান্দগী লৈমায় ৪৭৩-৪৭৪ দা য়াওরি (সুমেরুর চুরা সাটি সহশ্র যোজন) সনজিং য়ুথক লীশীং লীশীংদু হুম্ফুতরা (৭০) চাওই। সত্য যুক্তা নোংমা নুংশিৎ নিংথৌগা পখিরাজা গরুরাগা য়াম্না শাওনা খৎনখি। মহাপ্রলয় ওইরে। সংসারসি মাংবা তারে সুস্থি কার্ত্ত ব্রাহ্মানা লেঙথরক্কুনা খামখি। গরুরনা য়েৎকী মশা থাঙ্গৎলকপদা (ত্রিকূট পর্ব্বত অসে সাগর ভিতারে) নুংশিৎনা স্না চীং (স্নজীং) গী চীংথক্তা লৈরম্বা ত্রিকূট কৌবা চীংদু নুংশিৎনা বারয়া, তেরয়া, অঙ্কি, নুংশিৎ নিফু মাপল অঙকপা ফংনা নোংলৈ নুংশিৎনা হুরু হুরু লৈদুনা ফৃক্কুনা পুরকপনা সমুদ্রদা জবং থাদৈ। গরুরাগা নুংশিৎ নিংথৌ অনীগী লান তোকখরে। লাই কোতি কুম্ভ্রাহুমদোইনা খন্নরগা সমুদ্রদা তারিবা স্নজিংগী মথক্তগী নুংশিৎনা ফুক্তোক্লকপা ত্রিকূট চীংদু সমুদ্রদা লৈরবদা লাইয়াম্না দেবশ্লিপি, বিশ্বকর্ম্মদা লৈপাক অমা শেমহল্লি, একমাসা থা অমা চংঙি। মমিং সুর্ন ভুম লঙ্কা হায়না থোনখি। (পঞ্চ বিংশ পরি বিষ্টিতম) থা কুনমঙা পাকই। লাইয়াম্না হিংচাবা পূম্নমক মরোল অহুমদা লৈবা ফত্তবা জাৎ লঙ্কা লৈপাক্তা পূন্না থমখি। খরা লৈরগা হিংচাবনা দোমোন তৌরক্লবদা, শ্রীনরাননা চক্রনা তক্লা হাৎলবদা মাল্যবান সুমালি অনী পাটান্দা লোৎখরে। বিসশ্রব্ব মুনিগী মচা অহল কুবেরনা লঙ্কাদা নিংথৌ ওইখি। খরা লৈরগা পতান্দগী লাক্লগা নিকোশানা মুনিগী অতোনবী ওইরগা রাবন, গুম্বগর্ণ বিভিষন সুপরনাখা পোকখি। ময়াম্বা কুবেরবু তাম্হোকখিদুনা রাবোন্না অমুক লঙ্কাদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## অধ্যায় ঃ- ১৬

## গঙ্গা মাতানা মহাদেবগী জতাদা তারকপাগী ৱারী



ভাগবান মহাদেবগী জতা মনুংদা মতম খরা লৈরবগী তুংদা ভগিরথানা মহাদেবদা হায়জদুনা মহাদেবনা গঙ্গাদা হায়বদগী জগৎমাতা গঙ্গনা লেংথবিরক্লে। ভগিরথ নিংথৌনা দোলাই তোংদুনা মাংথাই মোইবুং খোংদুনা থৌই, গঙ্গ মাতানা মথং মথং চেম্থবিরকপ্লা হরিদ্বার কৌখ্রে। মতাং অসিদা শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিদেবনা হায়, মহারাজা পরিক্ষিত নন্দোন জন্মেজয় জগৎ মাতা গঙ্গাগী মুহিমা, স্বর্গদা মন্দাকীনি; আলাকানন্দ; কৌই। মর্ত্তদানা হরিদ্বার মথং মথং চেম্থারকপ্লা সরস্বতী, ভগিরথি, মথং লেংথবিরকপ্লা বড়নসিপুর জিবা মীদগী চিংবা পুম্নমকপু পাপখিবিক কোকপিদুনা অত্মানা অরোইবা মতমদা বৈকুন্ঠা শ্রীধাম্বু লেপ্পামক ফংহনবীরবা জগৎমাতা গঙ্গাগী মুহিমানি। মথং মথং চেম্থাবিরকপ্লা জাহ্নু মুণিগী ৱারী খরা। জাহ্নু (চিরিল দখিন জানু) জাহ্নাবী জামুনা অমসুং সুরাধনি কৌখরে, কান্দার ব্রাহ্মণগী ৱারী খরা বোন্দা শানা শোক্লুনা শিরবা মহাক্কী (অস্তি) শরু মচেৎ অমা। জগৎমাতা গঙ্গদা তাথি আত্মাদুনা,

যমপুরদা লৈ মতমদুদা স্বর্গদগী দেবদুৎনা পুস্পরথ, লৈগী দোলাই পুরক্কুনা যম লৈপাক্তগী কান্দার ব্রাহ্মোণগী আত্মানা দেবা মুর্ত্তি ওইদুনা লৈগী দোলাই তোংদুনা শ্রীধাম বৈকুন্থা ফংজখি; গঙ্গানা মথং মথং চেনথরকপ্না, সরস্বতী, জমুনা, গঙ্গা ভগিরথি অহুম্না, পুল্লরে। ত্রিবেনি কৌররে (ত্রিবিনি সঙ্গম- একর রাত্রি)। অহিং অমা নব্দীপ্তা জগৎমাতা ইমা গঙ্গানা লৈবিরম্মী। মথং মুক চেন্থবিরকপ্না লবন ইখু শুরা সার্বে দধি দুদ্ধা জলান তকং মথং চেন্থরকপনা পতাল য়ৌরে। কপিল মুনিগী আশ্রমদা থুংঙরে। সগরগী মচা লীশীং ৬০ দু গঙ্গানা হেক শোকপবদা স্বর্গতগী পুস্পরথ লৈগী দোলাই থুংঙরে। লোয়নমক স্বর্গ বৈকুন্ঠ ফংখ্রে। স্বর্গগী লাইয়াম্না অকাশবানি লাউথরকই। সগরগী মচা অহুল সাগরনা সমুদ্রগী নিংথৌ ওইহৌরে।

শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবকী তেংঙ্গোন্দা নুংদাং দরবারদা শামুগী ব্বারী লীবিখি তেঙ্গোল পূম্নমক পাণ্ডব মঙা তারোকো। শামুগী মতিক ময়াই মগুণ অসি মীদগী হেন্না শিংঙবা সৈত্য যুক্তা পোকখ্রবা সুপ্রাশিকা শামুনি। ত্রেতা খাংলবা দ্বাপুর যুগ ফাওবা লৈরক্লবা মীগী মীরোন খংলবা সুপ্রশিক্কা শামুনি ইন্দ্রারাজগী সাদোং ওইরিবদো অদুগী মচা অহন্দুনা নিল্লা গজরাজা কৌই, ইশা দনতশু হায়নৈ। মচুদি শঙবান্নে চাওবনা মপা ঐরাবোট মক্কা চপমান্নে, ময়া মরি পাল্লী, অনী শুবা শামুনা মমিংনা কপতগজা কালাদন্তা নিংথৌগী ওইখি। শ্রীরামচন্দ্রগী মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মন্না পুর্ব্ব দ্বিগবিজয় লাকপদা শামুদু হাৎখি। শামুগী মমিং কোপতগজা কৌই। অহুম শুবনা কুবলয়া কৌবা শামুনি মরিশুবা শামুনা মমিং সুপ্রশিক্কা কৌই শামু মরিমক মপা মক্কা চপ চপ মান্নে। ময়া মরি মরি শামু ময়া মরিমক পাল্লি। মচুদি মপা ঐরাবোৎ মান্দে তোঙাল তোঙাল্লি মান্নদে। অসাম দেশকী নিংথৌ নরক্কী ওইরম্মী হৌজিক্না ভগাদত্ত নিংথৌ ওইরে হায়রি শামু মরি অসি ঐরাবোটকী মচা মরিনি। মখোইগী মমিং তাবদা মীনা কিনৈ। তৃভুবন্দা শামুগী ব্বারী লীরকপা মতাং লোয়রকপদা ইতি হরি হরি হরিবোলো।

## অধ্যায় ঃ- ১৭
## হস্তিনাদগী কুন্তীনা মচাশিংদা হুইদ্রু মরু পীরকপা

এথাতে অসোমদা হস্তিনদা কুন্তি বৈষ্ণবীনা মচা মঙাগীদমক খল্লুবদা ব্বাজখিবনা নোংমগী নুমিৎ ফাওবা নুংঙাইফম খংদ্রবি অব্বাবগী শরুকতমক ওইজরকখি। বৈষ্ণববী কুন্তি নোংমতা পিগী পিরাং কংদবী

ৱাজবদা মথৌ ওইৰবী বৈষ্ণববীনা শ্রীকৃষ্ণগী নামদবু শোন্দুনা লেললিবী কুন্তিনা দুর্য্যোধনগী মীয়াম লম্বীদা চৎলীবদু উবদা ৱাবা প্রতাপ হেনজিল্লী শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু শোন্দুনা লম্বীদা থোরকলগা কুন্তিনা পুক্নীংদা খল্লি-হাঃ বিধি বিধাতা অৱাবগী ইপাক্তা ইৱাকনৱে ইচেম গন্ধারিগীদি মমা মপা লৈবনিনা বিদাই লৌরগা লান চৎলিদো। ঐখোইগীদি ইচাশিংনা মীরৈপাক্তা লানগী বিদাই লৌনিংঙাই লৈখিদ্রেদো করি উপাইদি তৌশিগেদো খল্লু খল্লুরগা হেন্না হেন্নদুম ৱাজরবি কুন্তি দেবীনা চে অমদা পত্র অমা ইরগা হুইদ্রু মরু খরগা ইনফি মচেৎ অমদা নিংথিজনা য়োল্লা হুইদ্রু ময়োমদুগা লম্বী মনাক্তা চংঙক্নুনা মচা মঙাদা পিনবা ঙাইরি। দুর্য্যোধনগী চেং হৱাই হোনবা নুপা খরাদুদা হায়রকই ইচাশা নখোইবু কদাই য়ৌনা চৎকদবনো। লান চাক হোল্লিবা কাংবুদুনা ইমা মহারানী বৈষ্ণববী- ঐখোই কুরু ক্ষেত্রা য়ৌজগনি। বৈষ্ণববীনা নিংবদো তাকপিয়ু। ইমানা ইচাশা নখোইদা ইমানা প্রেমবস্তু ওইবা ময়োম মচা অসি ইচা মঙাগী মফমদা মখুৎমক্তা পীবিয়ুবা লম্বী লমখাংদা থোক্নুনা য়েংবিরুনুকো। নখোইদা দন্দি ফংগদরা। দুৎশিংদুনা ঐখোইনা পুজখিগে দুর্য্যোদোনদা খংহনজরোই ফিগাও শাদুনা লৌজরে ইমা বৈষ্ণববী নচা মঙাগী মখুৎমক্তা শোইদনা পীবিরগে হায়রম্লগা পুদুনা লাকপ্লা কুরু ক্ষেত্রাদা য়ৌরক্লে। শ্রীবৈশাপয়ন মুনিনা হায় মহারাজ জন্মেজয় নবুধৌ ভীম্না শুপ্রাশিক্কা শামু লংথোকখিগে হায়না ৱাশকপা মতম অদুমক্তদা। দুর্য্যোধনগী পাঙজবী খরা পাণ্ডবকী দরবারদা থুংঙরে হা: ইবুংঙোখোই দ্বারি থোংশঙবা কনা কনা লৈবগে দরবারদা চংবা য়াবা পাউ অমত্তা হংগৎপিয়ুবা হায়জরকই।

দ্বারিদুনা মহাষয়বু কদাইদগী লাকপনো দুৎনা খুম্মকই ঐখোয় দুর্য্যোধনগী চেং হৱাই হোনবা দুৎনি তাবদা দ্বারিনা হায় এ: এ: অদুদি ওন্নরে, নোংপোকলোমদা দুর্য্যোধনগী তেঙ্গোল লৈবনি লানশঙদুদা, চংঙুরো। দুৎ ঐখোয়সু খংজৈ। পাণ্ডবকী ইমা ইবেম্মা বৈষ্ণববী কুন্তিনা প্রেম বস্তু অমা ঐখোয়দা পীবিরকই অদুগী নিদা প্রেম বস্তুদু পীরমগে হায়দুনা চংজরকপনি য়ারগদি অমুক্তা হায়বিরুবা। দ্বারিদুনা চংশিনখিদুনা পাউদু তম্লুবদা পাণ্ডব মঙানা ইমা লাকএ: হরাওবগুম্না পাণ্ডব মঙানা দরবারদগী প্রপ প্রপ থোরক্নুনা কদাই কদাই ইমাগী পাউ পুরকপা দুৎ খরদুনা মহারাজ ননাই ঐখোয়নি। দন্দবোৎ তাদুনা খুরুম্মী যুধিষ্ঠিরদা মহারাজা ইমা ইবেম্মা বৈষ্ণববী কুন্তি সতিনা পীবিরকপনি ময়োম অসি লৌশিনবিয়ু ধর্ম্ম রাজা যুধিষ্ঠিরনা ফিগাও শারগা প্রেম বস্তুদু লৌজরে। দুৎতু চৎখরে পাণ্ডব মঙানা চংঙক্নুনা দরবার য়ৌরবদা ফি ময়োমদু থোক্লগা য়েংলুবদদি মীওইবনা চাবা য়াবা ওইরমদরে মদু উবদগী লাপ্লা লৈহৌরবী মমা বৈষ্ণবী কুন্তিবু কৌর কৌরদুনা কপ্লারক্লে উচৈশ্বর খোঞ্জেন ৱাংনা হা: ইমা হা: ইমা কৌ কৌদুনা কপ্পুরগা শ্রীগোবিন্দাদা যুধিষ্ঠিরনা ময়োমদো শ্রীকৃষ্ণদা কৎলি হে: ইবুংঙো দেবগীরিধারী ননাই মঙাবু করি ওইরুরসিগেনে প্রভু

হিক্লা হিক্লা কপ্লি পিদি মতুম মতুম তাদুনা ইবুংঙোদা কৎশিনলে। ইবুংঙোগীদি ইনেমতোন ওইবা, ঐগী ইমানা পীবিরকপা প্রেমবস্তুনি। ময়োমনি সনা মীৎয়েং অমুক্তা য়েংবিয়ু প্রভু শ্রীহরিনা পেনবিদুনা শ্রীহস্থা তিংথোক্তুনা লৌবিরে। পোৎশক অসিবু ইমানা চাদুনা লেল্লা মাল্লে প্রভু। (নৃপতি তনয়া কুন্তি পাণ্ডব জনম মাতা অতিবর গতি হিনং পুতর স্নেহা বিদবংধা য়মপি কৃত দোসা কিংনা জানি।) ইমাদি নিংথৌগী মচানি নিংথৌ পোকপি ইমা; মহারানিনি অদুবু পাণ্ডপ্পু পোকপি ইমা মহারানিবু বিধি কৌবা লাইনা অসুক ৱানা তন্বীরিবনোনে হে: বিধি। নচা ঐখোয়না ইমাগী সেবাবু ফংদদুনা তোক্লগদ্রা ইমাগী লমন শিংদুনা ইমাগী সেবা ফংজগেকো শ্রীহরিগী কৃপাদগী ইমাগী সেবাদদি ফংজগে হে: প্রভু দেবগীরিধারি। ইতি। হরি হরি হরিবোলো।

*শমু লালগী মরমদা খরদং হাইজগদবা ৱাফমদি হায়জগে কাসি রাম দায়কবিন ইবা মাহাভারতদা ভীষ্ম পর্ব্বগী মরিনিগী লালদা গজরাজ যুদ্ধ হাইনা ইরি। মদুগী লালদু ভীম মাইথিদুনা মচা ঘটোৎকচনা ময়াদা লাল ঙমদুনা শমু চেনবা ওইনা ইরি অদুবু ৱারীদদি য়াদ্রে। ওঝাশিংনদি ভীষ্ম পর্ব্বগী নীনিগী লাল হনজনলকপদা শমু লালগী ৱাফম ভগদত্তনা সোভাদ পুথোরক্তুনা হুমনি লান্দা শমু লাল হাইনা লিনরি চৎনবিদু ওইনা ননাইনা ইজরিবনি। পাবিয়ু য়েংবিয়ু পাথকনা অরানবা খিবিক ঙাকপীয়ু চানবিয়ু। ইতি। হরি হরি হরিবোলো।*

## অধ্যায় ঃ- ১৮
## নোংঙাল্লবদা কৌরবকী তেঙ্গোল সাজোন তৌরে

### হস্তিনাদা সঞ্জয়না লীবা ধৃতরাষ্ট্রানা তাবা ৱারী মতাং।

(এথা) হস্তিনা কোনুংদা ধৃতরাষ্ট্রানা হায় সঞ্জয় ৱারী হৌরো, ঐ য়াম্না তানিংঙে ফজনা লিয়ু নুংঙাইহল্লু, সঞ্জয়না লিরকই। মহারাজা শামুদু কুল্লি অতোপ্পা শামু অমা থৌজিল্লক্তুনা মনাক্তা লেপ্পি। কুল্লিবদুগী মনাক্তা কৈরাক অমা থাদুনা কাবা য়াননবা শেমখরে, মউৎ নিপা য়াংখৈনা দাই, য়োৎকী জালি শেমবাং মহুমদু চিংখত্তুনা খোখোৎপা সেম্বা লোয়রে। নাক য়েত্তা নিপা কুনগা মঙা, মঙা, ফম্নবা অসন থাখরে, রেশমগী ফি: অঙাংবদুনা মনঙ্গলদগীনা মবুক ফাওবা কুপথৈ, সুপ্রশিক্কা শামুগী মথক্তা আসন অমা ফজনা থাই। ভগদত্তা নিংথৌনা অসোন্দা ফমখরে অচৌবা শামুনি য়েত্তা ওইদা মাগী মচা নিপাল অদুনা খাইদোক্তুনা ৪/৪ নাক্তা য়েত্তা লৈ। শামু লীশীং নিপালদু অমুক থৌজিল্লক্তুনা নাক য়েৎ অনীদা লিশিং ৪/৪ লেপ্লরে বংতি পরেং চানা সুপ্রাশিক্কা সামুনা চিঙ্গী মতম গুম নোংদোন খেৎনা ৱাংখ্রবা। অদুগী লোইরোই হায়থরকপ্পা নাক্তা য়েত্তা খজিক খজিক্কু শুম শুম নেথরকই য়েংবদা কয়াগী মতিক ফজে, ধৃতরাষ্ট্রানা তাবদা নুংঙাইরে সঞ্জয় নুংঙাইহল্লু।

মহারাজা ফজে অঙকপগী মশক্নী মহারাজা ভগদত্ত নিংথৌনা অচৌবা শামুগী মনাকোংদা হাইরকই। হে: গজারাজা নুংসিদা নহাক্কী নপালদগী লেপ্পা ঙসিগী ভারত লান জয় ওইজগেকো। মঙ্গোল ওইজগে হে: গজারাজা সুপ্রাশিকা মীগী মীরোন তাবা খঙবা শামু, নিংথৌ ভগদত্তগী রাজাগী য়াথংদু ঙাইরিবা শামুনি। শামু ময়া মদু উরুরগা; অঙ্গদেশকী কর্ন রাজানা পাণ্ডব মঙাগী খল্লুবদা প্রেম পোক্লকই। মীৎকী পিদি মতুম মতুম তাদুনা হে: হরি ইবুংঙোনা ননাই ৫ বু কনবীয়ুকো প্রভু। সঞ্জয়না হায় মহারাজা নচা ১০০ গীদা অমৃতগী নোংচুরে জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জুন মায়ারথ দোলাইগী মথক্তা লেংখত্তুনা দোলাই থৌদোরক্লবদা। নচা ১০০ গীদা মঙ্গোল লৈরম্বদু, ও: মঙ্গোল ওইহৌরে; ৫ গী তেঙ্গোললোমদা লাক্তুনা অমৃতগী নোং চুররে মহারাজা। তেঙ্গোল পুম্নমক নোংনা পুমচোৎ চোৎলে। মদু তাবদা ধৃতরাষ্ট্রানা হায়রকই সঞ্জয় নংগীসিবু ঐ ইমিৎ উদ্রে হায়দুনা পংহাই হায়জিলিবরা। সঞ্জয়না হায় মহারাজ অশেংবনি নচা ১০০ গী তেঙ্গোল লোমদা ও মঙ্গল থানম্লগা অমৃতগী নোংদু নোংপোক্তগী নোংচুপলোমদা পাইরক্তুনা

পাণ্ডব ৫ গী তেঙ্গোলদা অমৃতগী নোং চুরে, মদুগী শ্লোক্তু হায়জগে তাবিয়ু মহারাজা। ইন্দ্র নিলা মনিকান্তি কতিতে নিরদং পিতবাস, পদস্য পাদা সিরশি ভুশিতং কীরিতি কন্তে মুক্তা বোকা পংতি, পংতি হস্তে কীংকিনি চুর্ন মেঘো সসোভন্না রথ গত নিরধা তং ইদনী উপমা নিদত সাৎ বরা সতিতি রথ অগ্রে, ধাপতি ধাপতী মরুতি ব্রজা নিপা তি তম।। মসিনি।

হৌজিক নচা ৫ গী তেঙ্গোলদা অমৃতগী নোং চুরে ইবুংঙোগী ইশানি। অরে: হে: সঞ্জয় ঐ ইমিৎ উদে হায়দুনা পংহাইদা হায়জিল্লিবরা অদুদি মঙাগী তেঙ্গোলদু শামু ময়ামদুনা নেৎখাইদুনা ইরি চেলহল্লোদনা শামুগী লান্দি চংলবনি। মহারাজা অদুবু শামুদু, উচুক্তা পুনবগা মান্নে মচি শুকলেং লেংদে। মদুদনি সঞ্জয় ঐনা য়ানিংদ্রিবসি। মিচং মিখাই নাইনা লীবা ৱারী মাল্লি। মহারাজ, চিংনবীগনু জগৎপতি শ্রীহরিনা মনাই মঙাগী তেঙ্গোল সাজন লোইদ্রি হায়দুনা শান্নরিবনি। অচৌবা সুপ্রাশিকা শামুনা মাংদা দন্দা ৪ কাল্লি শ্রীকৃষ্ণনা তুংদা দণ্ড ৪ চিংথোকই মরম অদুনা কানবগা চিংথোকপগা মান্নবনি। শামু মচি লেংদে ভগবান্না চিংথোক চিংশিন শান্নরি মহারাজ। শামু ময়ামসু মচি শুকলেং লেংদে। তাবদা সঞ্জয় ঐগী ইবুংঙোসু অচান মীরায় নাইনা। সঞ্জয়না শ্রীকৃষ্ণবু ফওে হায়রবদি ঐ ৱারী তোকএ। ধৃতরাষ্ট্রানা, লান্দু নুংঙাইহল্লু তারগে ফজনা লীরকউ তানিংঙে। মহাভারতের কথা অমৃতলহরি, কাশিরামদাস কহে পুন্যবান ইতি হরি হরি হরিবোলো।

### অধ্যায় ঃ- ১৯

## সাত্যকী অহানবগী শামুগী লানজং

### ৱারী মতাং

শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তারো মহারাজ পরিক্ষত নন্দনা সাত্যকী শামুগী মমাংদা দোলাই থৌজিল্লক্লে য়াম্না ফিংই। লিরি চল্লাগা তেন অনী ফ্রং কাপখি। শামুগী মনাতোন্দা থং পানবদা ঈনা পুমঙাং ঙাংঙি শামুদো ফে ফে খোংই। শামুদো নার মান্নে চেনশিল্লক্তুনা সাত্যকীগী দোলাইদু মনাতোন্না য়েৎলগা গ্রগ্রা চিংশিল্লগা শামুগী মখোংনা প্রেক প্রেক নেখাইরে দোলাই শগোল শারথি বেশোন তারে ঈরি চনখরে। শামুগী মনাতোন্না সাত্যকী মখ্বাংদা য়েৎশিল্লগা মখোং, খুমাংদা ফুগাইদুনা হাৎলগে খন্দুনা শামুনা ৱাংনা থাঙ্গৎলগা হাইথরকই সাত্যকীনা হা: কৃষ্ণ ননাইবু অমুক্তা কনবীয়ু খুমাংদা ফুগাইদুনা হাৎলগে হায়জিল্লকই

শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা সাত্যকী শামুগী মনাতোন্দগী শৎ নানথোকখিদুনা। পাইথোকখিবনা উতোমাবুজা মৈন্যুগী যুম্বী মখোংদা তাখি, শামুগী লান্দা ঐ শিররোই খল্লি যদুমহাবীরা সাত্যকী নোক্কুনা লৈখরে। ইতি:

## অধ্যায় ঃ- ২০

## অনীশুবা অভীমন্যুগী লানজং

### ব্রারী মতাং

অভীমন্যুগী সারথি সুমন্তনা দোলাই থৌজিল্লকই, সুপ্রাশিকা শামুগী মমাংদা অভীমন্যুনা লাওরকই। প্রকজতিস রাজা নখুত্তা খৃৎলাই পায়য়ু অঙম অঙম চাংয়েংনরসি মহারাজা কন্না কন্না লাওরকই। তাবদা ভগদত্তনা শাওরক্কুনা খাংঙু অভীমন্যু অঙাং অনীদু লিরুং পায়বা মান্নে, তেন শৎপা মান্নে, তেঙ্গা থোংবা মান্নে। শত্তো ধারা ধারা খুবাম্না খুজিং ওইখরে তেনমৈগা তেনকোক কৃক কৃক নুমিৎকী কিরোন চংখিদ্রে, নুংশিৎ নাকোইদা শিংখরে। ভগদত্তনা মউত্তা ইঙ্গিৎ পি অভীমন্যুগী দোলাই নেখাইহল্লু। মউৎশিংনা শামুদা য়াথং পিখরে সুপ্রাশিকানা মানাতোন্না অভীমন্যুগী দোলাইদু য়েৎলগা গ্রাগ্রা চিংশিল্লকই। সুমন্তা শারাথিনা হায় মহাবিরা অভীমন্যু ঐদি চেল্লগে হায়রল্লগা দোলাই হুন্দোক্লল্লগা চেনখরে। শামু মনাতোন্না শৎ, হায়জিল্লক্কুনা অভীমন্যুগী মখাংদা য়েৎল গা শৎ হাইজিলকপদা ফৎ নানথোক্কু না অভীমন্যুদু পাইথোকখিদুনা যুম্বী মখোংদা তাখরে। শিহৌদ্রে মহারাজা। মহাভারতের কথা অমৃত সমান, কাশি রাম দাস কহে শুনে পুন্যবান ইতি।

## অধ্যায় ঃ- ২১

## ঘটোৎকচগী লানজং

### ব্রারী মতাং

শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিনা হায় মহারাজা জন্মেজয়, ঘটোৎকচগী দোলাই শগোল নিপান্নচিংবা দোলাইনি সারথি দুর্ঘুন বিরা ঘটোৎকচনা কৌরকই। অরেহে: দুর্ঘুন রথা চল্লাও জরুর, দোলাই থৌরক্কুনা ঘটোৎকচা

দোলাইদা কারে দুর্ঘুন দোলাইসি থৌজিল্লু মহারাজা শামুগী মখোঙ য়ৌরে। দুর্ঘুন নঙ শিদনবা চেলহৌরো। শামুসি ঐনা লাক্লগে নঙনা দোলাই থৌখ্রো ঘটোৎকচ মখুত্তা মুদগরা য়োৎশুক অমা পায়দুনা থুনা ফন্দ চোংখৎখিদুনা শামু সুপ্রাশিকাগী মকোক্তা নেৎলগা য়োৎশুক্তুনা শামুগী লব্রাই লেম্ফুদা হাইগৎলগা ধম থাই, মুর্গরদু থেগাক কোল্লি শামুদো নামনখ্রদুনা ভো: ভো: হায় খোংঙি। ঘটোৎকচদি চোংথোকখ্রে ময়া হৌরক্লে ইন্দ্রারাজা সোরারেন নিংথৌ ওইরে ঐরাবট শামু তোংদুনা থৌজিল্লকএ। অদু উবদা সুপ্রাশিকা শামুনা মপানি খন্দুনা মনাতোন্দুনা লৈপাক্তা শাংনা তিংথোক্তুনা খুরুম্মী। অদু উবদা অকাশদা লাই য়াম্না খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা ব্রা ব্রা লাওনা নোকখি। ভগদত্তা নিংথৌসু সোরারেন উবদা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা খুরুমখি। লাল জয় পীবিয়ু হায়জখি ঘটোৎকচনা ময়া তৌখিয়ে। (রাক্ষাসা ময়া রাক্ষাসা জানে) হিংচাবগী ময়াদি হিংচাবতনা খংঙি, অলম্বুষা হিংচাবনা খংদুনা ঘটোৎকচগী য়েৎকী নাকোংদা খংলাও লাউই। ঘটোৎকচ খংপ্রেক খংঙি মায়াদু কাইরে অনীদু ময়াগী যুদ্ধাদা নুমিৎ তাবা ফাওবা লান শোক্লখিয়ে। ইতি হরি হরি হরি বোলো।

### অধ্যায় ঃ- ২২

## কৃষ্ণ আর্জ্জুনগী শামু লাল

### ব্রারী মতাং

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই আর্জ্জুনগী কপিধজা কর্নরখা দোলাই থৌরকপনা শামু সুপ্রাশিকাগী মমাং পনমাংদা লেংবীরক্লে। দোলাই খামদুনা চপ লেপ্পী। সুপ্রাশিকা শামুনা মমাংদা শ্রীকৃষ্ণগী সত্ত, রজ, তমগুণ, তিল্লবা ফজখ্রবা শ্রীমুর্ত্তিদুবু দরশন ফংজরবদা চিংনা চিংনা য়েংজরগা শামুগী থম্মোয়দা প্রেম পোকখিদুনা মমিত্তগী মপিদি মতুম মতুম তারি। শামুনা মপুক্লিংদা য়াম্না হরাওজে। প্রেমগা লোয়ননা খুরুমজরকই, মনাতোন্দুনা দণ্ডবৎকী ভাবতা লৈপাক্তা শাংনা তিংথোক্তুনা ভক্তি নোল্লুক্লা খুরুমজরকই। হাজং চাবা পাপ চেল্লবা ননাই শামুনা হন্না হন্না খুরুমজরি। হে প্রভু! ননাই ঐগী ইনঙ্গন্দা অমুক্তদি লেংখৎপিয়ু। শামুনা খল্লিবা অদুবু শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রানা সর্ব্বঅন্তরজামি শামুগী পুক্লিং ব্রাখল ভগবান্না লোয়না খংদ-উদবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণনা সুপ্রাশিকা শামুদা কৃপা হাপ্পীখরে। হৌজিক্তি লাল্লক্লি, মপোক মথংদসু শামু অদুক ওইনা আসাম

দেশকী নিংথৌ স্বর্গদেবগী শামু রাজামুহোন কৌদুনা পোল্লবগী মতম অদুদা কৃষ্ণ ঐনা ননঙ্গন্দা তোংলগে। হৌজিক্তি লান কন্না শোক্লরিবনিনা য়াররোই। শ্রীকৃষ্ণনা পিবিখ্রবা য়াথংনিনা আসাম দেশকী নিংথৌ স্বর্গদেবগী শামু রাজামুহোন কৌদুনা লাকঙম ফাঙমদ্রবা শামু অমা ওইরক্লদৌরি। হে! মহারাজ! মমিংনা রাজামুহোন কৌগদৌরিএ। শামুদুগী মথক্তা শ্রীহরিনা তোংলগদৌরি। হে! পরিক্ষত নন্দন।

## অধ্যায় ঃ- ২৩

## বৈষ্ণব হনুমান্না রামদা খুরুম্বা

**নমো রঘুনাথং রাম রামেস তিরামনং প্রভু।**
**রাবোন শংহার কারনং রঘু কুল্ল প্রতিং হরি।**

ইতাও ঐনা দোলাই শুন্দ পুখৎলগে নংনা লান্দা নুংঙাইনবা। তাকপিরম্লগা শুন্দা দোলাই ফুগত্তুনা আর্জ্জুনগা ভগদত্তগা থোং মান্নরে মখোয় অনী লানথেংনরে। আর্জ্জুনগী তেন্না ভগদত্তদা কয়া থাখরে। ভগদত্তনা মউত্তা হায়দুনা সুপ্রশিকা শামুগী মনাতোন্না দোলাই লৈমাইদা চিংশিল্লক্লে। আর্জ্জুন তানা তানা খংনা খংনা লান্দুনা কনখিবনা শামু মনাতোন্দু থাদোকহনবা ঙমখিদরে শ্রীহরিনা শগোলগী চুপলিদু দোলাই। পৌরোন্দা পুনশিল্লগা তুঙ্গি পৌরোন্দা পায়দুনা শামুদগী দোলাই মুনগে হায়না চিংঙি দোলাই ময়াইদা কায়বা অমসুং শেগাইবা তারে। শ্রীকৃষ্ণগী লোনিদগী হেন্না থোৎলবা শ্রীহস্তায়েৎকী খুত্তুমদুনা শামুগী মনাতোন্দা পোপ থাই শামুগী মনাতোন তোংনাও কাইবা তারে নামনখ্রদুনা দোলাইদা য়েৎলম্লিবা মনাতোন্দু খংথা তাদোক্লগা চেনগে তৌরক্লে। শ্রীহরিনা প্রান সখে। ইতাও লানসে দাদা য়াইমাগা পানরসনু। চেল্লসি ইতাও আর্জ্জুন্না ঙাইবিখো প্রভু ননাই ঐদি পুন্সিগী লান চেন্দ্রি প্রভু, মনাই আর্জ্জুন্না য়াদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীহস্তা অনী তিংথোক্তুনা দোলাই পৌরোন্দা পায়রগা থাঙ্গৎখরে। অদুগা মমাই ওন্দুনা চেল্লকই। শ্রীগোবিন্দনা শামুগী মনাতোন্না শ্রীহরিগী কতিৎতা য়েংখরে শামুনা তুংলোমদা য়াল্লি। আর্জ্জুন্না শামুগী মনাতোন্দু থাদোকহনবা ঙমদরে ভগদত্তগী লাল কনখিবনা শ্রীকৃষ্ণনা উপাই লৈরক্লবদা ফিরান্দা তোংলিবা মনাই ভক্তা হনুমানবু কৌরকই। বো: হে: ধাবলি ননাওগী দোলাই মাংবদা তারে অমুক্তা কল্লুবা। ভক্তা

রামদাস হনুমান্না য়েংজরকপদা শ্রীরামগী মুর্ত্তি ওইনা উহনবীখি, বৈষ্ণব হনুমান্দু হিক হিক কপ্পি মতম কুইনা শ্রীরামগী মুর্ত্তি ফংজরক্রুবদা শ্রীরামদা খুরুমজরকই। (অন্না কন্না নে ত্রং জানকী প্রেম পাত্রং কুবলয়া জল দিতং সান্না সু: মধুর মধুর হায়সং চন্দ্রা মখুজ দসরথ নৃপে সুতং রাম চন্দ্রা নও সিমিন) রামদাস বৈষ্ণবনা য়েংজরগা শামুগী লাল উরবদা বৈষ্ণব হনুমান্না ঐগী ইবুংঙোগী কৃপা ফংজরে, নুংঙাইজরে রাম বামগী নাম শোল্লগা মখোংনা ফিরান চৈখোক্তু য়েৎশিল্লগা হইথরক্তুনা সুপ্রশিকা শামুগী য়েৎথংবা নাকোং চক্রা মপাদা খংলাও লাওরকই। জয় জয় শ্রীরাম চন্দ্রগী জয়: শিংহানাদা খংলাও লাওই, ফোং লাওরকপদা শামুদু খংপ্রেক খংই। মনাতোন্না য়েৎলম্বা দোলাইদু খংথা থাদোকই, তুং লোমদা হল্লী শামুদু ঙারাং চাখিবা ময়ামদু লোয়না মতুং লোমদা পায়থোকখ্রে। বৈষ্ণব হনুমানা শ্রীরামগী মুর্ত্তি ফংজখি। শ্রীবৈশমপায়ন মুনিনা হায় মহারাজা জন্মেজয় মখাগী ৱারী তাবিরো নবুধৌ ভীমগী শামুগী লাল্লোং। মউৎনা শামুদু কাতি থাদুনা মাঙাগী তেঙ্গোল তমদুনা থৌজিল্লক্লে সুপ্রাশিকা শামুনা মনাতোন্না কোত্তুনা তেঙ্গোল মীয়ামদু হাৎলি শামু ময়ামদুগা লোয়ননা সুপ্রাশিকানা তেঙ্গোল লান্মী ময়াম নেখাইদুনা হাৎলি তেঙ্গোল কাইদুনা ৱা বা কাইনা মাইকৈ ৪ দা শমজি খাইদুনা চেন্নখি। ইতি। হরি হরি হরিবোলো।

## অধ্যায় ঃ- ২৪

## ভীমগা সুপ্রাশিক্কা শামুগী লাল

মতাং অদুদা নবুধৌ ভীমদি চাক তোকপদা ঙাইরি মীয়াম ৱা ৱা লাওবা তাবদা লানফি শেত্তুনা থোক্লকই। হাই: পিশিক পিশিক কৌরকই পিসোক্তু খুমদে ভীমনা চৈরকই। হে পিশিকপিকপা মীমচা ঐনা কৌবদা থওইদবা করিগীনো হ্য: পিশিক্রা মহাবীর ইবুংঙো য়াইমা কাওবিরববা মমাংঙৈগীদুবু হেক চোংশিল্লগা থক হেক নপলবদি ভীম্না মথকঙৈগীদু নীংশিংলক্তুনা ঐ লাল্লে। পিসোক দোলাই সাজোন তৌরো থিল্লে। পিশোক্লা হায়, করিগী অদুক কন্না লাওরি দোলাই সাজোন তৌ হায়রগা লোইরে। মুনিনা হায়, মহারাজা জন্মেজয় নবুধৌ ভীমদো পোকপদগী মী অমদা লাল্লী হায়খিদ্রবনি। অদুবু পিসোক্কী মফমদদি লাল্লে হায়খি পিসোক্কী খুৎনপ্তা শেৎতোকপা ফক্তোকপা য়াখিদ্রদুনা শিদৌরুরে। ভীমদু মরম অদুনানি ঐ লাল্লে হায়খ্রিবনি, নবুধৌ ভীমদু কমুদগীসোম মহা গদাদু পায়দুনা থোক্লকএ। দোলাই তোংদুনা পিসোক দোলাই থৌজিল্লু শামু মখোং য়ৌরে ইবুংঙো য়াইমা

মহাবীর লান পাবিরো। ভীষ্মা পিসোক ঐগী লিরুং পিরকউ, পিশিক্লা মহাবির শে: শে: লিরুংসি পায়বিরো নবুধৌ ভীষ্মা লীরি চল্লে লিরুং পায়দুনা তেন ২ তেন্দোংদগী শৎলগা লীরিদা তেঙ্গা থোংলগা ফ্রং কাপ্পকই। তেন্দু জ্রি জ্রি পাইশিনখিদুনা শামুগী মনাতোন্দা থং পান্দুনা শাফুদু কমনখিবনা তেন অনীদু মনাতোন ফাওত্রিক ফাওদুনা নোংপোক পাংনা পাইখরে সুপ্রাশিকা শামুদু নামনখিদুনা খাংবা ঙমদ্রদুনা ভো: ভো: খোংখরে মনাতোন্দু লৈপাক্তা শুরু শুরু নৈরল্লা চেনশিল্লক্তুনা শামুগী মনাতোন্না ভীমগী দোলাই পৌরোন্দা থক্তা য়েৎলগা গরা গরা চিংঙি পিশোক্লা য়ে: য়ে: ইবুঙোয়াইমা শামুনা দোলাই চিংঙে ভীষ্মা চিংশনু পিসোক করিসু তৌরোইদা ৱারুনু চিংজসনু ফনদুম নুংঙাইত্রো। পিসোক্লা ইবুংঙো য়াইমা মনাতোনসি ঐ নপকেদো নপ্পুনা কৈদৌরি ভীষ্মা হায় পিসোক হৌজিক থিল্লে। শামুগী মনাতোন্দা নপ্পুরো পিসোকনা শগোলগী চুপলিদু দোলাই পৌরোন্দা য়েৎশিলল্লগা শামুগী মনাতোন তম্না ফন চোংশিল্লগা তপ নপখ্রে, শামু সুপ্রাশিকাদু স্বর হোনফম লৈত্রে। মনাতোন্দুনা দোলাই পৌরোন্দা য়েৎলম্বদু ফৎ থাদোক্লগা মথক লোমদা ফৎ হাইগৎলকই। পিসোকসু অদুম য়াওখরে পিসোক্তু মখুৎ নামানা খরা শাংই, শামুগী মনাতোন্দা চেৎনা ক্রক ক্রক লাকশিন্দুনা চেজেৎ কোনখরে তপ নপ্পি শৌজিনবগা চপ মান্নে। শামুদু স্বর হোনবা য়াদ্রে। পুমফুন ফুনখরে মবুক্তু সুম সুম কংখৎলে মনাতোন্দুসু চেখাইগদৌরে মবুকসু বুপ বুপ লাওরে শামুদু ভীষ্মা লাওরকই হা: পিসোক কন্না নপ্পু থাদোক্নু শামুসি, পোকখাইগদৌরে। ভীষ্মা লাওরকপদু তাবদা পিসোক্তু নোকনিংমনখ্রদুনা থিক থিক নোক্লকই, নপ্পম্বদু খাজিক্তং নানথোকই, শামুগী শ্বরদু ফি ফি হোল্লকই। শ্বরদু শামুনা খংকাম ফি ফি কন্না হোন্দোরকপদুদা পিসোক্তু শামুগী মনাতোন্দগী পাইথোরক্তুনা ভীমগী মনাক্তা তাররে।

ভীষ্মা হায় পিশোক নং শিদনবা ঐগী মোইবুং মনুংদা চংঙো শিদনবা ঐনা লংঙগে পিশোক্তু মোইবুং মনুংদা চংখরে। ভীষ্মা মোইবুংদু পাইরগা লংথোকখিদুনা যুম্বী মখোংদা তাখরে মোইবুং মনুংদগী থোক্লক্লগা নুংঙাইখ্রেদা ঐদি। মুনিনা হায়, মহারাজ জন্মেজয় নবুধৌ ভীমনা গাদা পায়দুনা চংঙকপ্পা শামুগী মখোং মরিগী কারক্তা চংখরে মীয়াম্না য়েংঙকপদা উখিদরে ভীম শিরে খনখি লাই স্বর্গদা কুম্মে য়েংঙিবা লাই পুম্বা ৱানখরে নুংশাথিনরে। ভীমনা শামুসি চাওইকো ভীমগী গাদাদুনা শামুগী মখোই খোইদৌ মপাদা গদাদুনা দক দক থিল্লি কন্না কন্না থিল্লি, শামুদু ভো: ভো: খোংঙি নবুধৌ ভীমদু শামুগী মতুং লোমদা থোরক্লে। ভগাদত্ত নিংথৌনা তুংলোমদা লৈরে খংদুনা ভীমদা তেন কাপ্পকই, ভীষ্মা শামুগী মতুংদা নোম্বাদুনা লৈ তেন্দু ভীমদদি থাদে, শামুগী মনিংগোং ক্লাক তোংফম মদুদা তেন্না জক জক য়ুংঙি সাবৌদু মঙাইরে শামু ৱানা খাংঙি মাইকৈ মমই। ভীষ্মা লাওরকই মহারাজ খরা কন্না তেন্দু কাপ্পকউ ঐগী গাদানা য়ৈশিনবিগে গাদানা শামুগী ক্লাকতোংফমদা লৈবা তেন ময়ামদু গাদানা থক থক য়ৈশিল্লি। সুপাশিকা শামুগী মথক্তা

তোংঙিবা ভগদত্তনা মউশিংদা পউ পীখরে শামু ময়াম থৌজিল্লক্লে শামু লিশিং ৮ গা শুপ্না ৯ থৌজিল্লক্লুনা ভীমবু পুকোই কোইশিনখরে। শামুগী শামু ঙাক্তা ঙাইখরে পাণ্ডবগী তেঙ্গোলদা ৱানখি স্বর্গদা লাইকোতি কুম্ব্রাহুমদোইনা ভীম শিরনি শোইদ্রে ৱানখরে। মতাং অদুদা ব্রাহ্মা পুত্রা নারদনা বিনা জন্ত্রা পায়দুনা শিথিনা পাইরক্লুনা মলয়া প্রবোৎতা থুংঙরে। নুংশিৎ নিংথৌনা মুনিদা খুরুম্মী। মহামুনি লেংবিরকপবু করি তাকপিগদবা লৈবগে হে: পবন দেবতা, নুংশিৎ নিংথৌ য়ুমমাং পাউ হায়গে লাকপনি মহামুনি ঐগী বংশদা কনা লৈতবা য়াওবগে। নচা ভীমগী য়ুম্মাং পাউনি, তাবদা নুংশিৎ নিংথৌনা হরি হরি বিষ্ণু বিষ্ণু ইচা ভীমবু করি কমদৌনা লৈতবনোনে মহামুনি। হিক হিক কপ্পিদা মুনিনা হায়, হৌজিক মকপুদি শিদ্রিএ কুইররোই শিরনি হায়বনিদা মরমদু ননাইদা অমুক্তা তাকপিয়ু।

মুনিনা হায়, রন্না গঙ্গা কুরুক্ষেত্রাদা স্বর্গগী ঐরাবোৎ। শামুগী মচা মমিংনা সুপ্রাশিকা কৌবা মাগী মচা ৮ অদুগা, অতোপ্পা শামু লিশিং নিপালগা পুন্না শামু লিশিং নিপালগা শুপ্না মাপলদুনা নচা ভীম্ব পুমকোই কোইশিল্লহৌরে পল্লোন পল্লোন কোইশিলহৌরে। অদুগী পাউ তমগে লাকপনি হায়রম্লগা নারদা মুনি লেংখরে। নুংশিৎ নিংথৌনা (উন্না পনচাশবায়ু) নুংশিৎ নিফু মপান শুনবা কৌশিল্লে বারয়া তেরয়া অন্ধি শুরবদা নুংশিৎ নিংথৌনা হায়রকই। (মেরিবাৎ শুন্নো রনাগাঙ্গা কুরুক্ষেত্র অভিজাও) নুংশিৎ ৪৯ দু ঙুং ঙুং ঙংদুনা পাইরকই নোংলৈ নুংশিৎ নিংথৌদুনা কুরুক্ষেত্রা য়ৌরবদা কৌরকই হা: ইপাগী ইবুংঙো বৃকোদোর, ভীম ইপা লাকএ। কীরুনু চিংনারুনু, ঐ লাকএ কন্না লাওরকই মপা ইবুংঙো নুংশিৎ নিংথৌগী বাক্যদু তাবদা ভীমদু অকিবা লৈতরে গাদাদু খুৎপাই চেৎনা পায়রগা উরুরুরু লৈরদুনা য়েত্তা ওইদা মাংদা তুংদা ফন ফন চোংদুনা গদাদু উরুরুরু লৈ মুনিনা হায় মহারাজা জন্মেজয় সত্য যুক্তা বড়হা দেবনা পায়রম্বা মমিংনা কৌমুদকী সোম গাদানি ভীম্না অকিবা লৈতনা মোমোন মোমোন নোক্লুনা গাদা ধাতু মাপন্না তিল্লবা শরিক মাপল য়াল্লি। স্নাগী ককচেংনা চিললোক চিললোক্লনা য়েকই মচুনা থরো অশংবগী মচুগুম্মী মঙান নাইবা শক্তিনি, ভীম্না তিন্না চক্রবাক পনচা চক্রাবাক ফন ফন চোংদুনা উরু উরু উরু লৈ। গাদানা মশা পুম্বা পুময়োম য়োমমি নুংশা মপি ফুইনা ফুইনা হোল্লি। হুমাংনা জিরি জিরি শিল্পে, শামু ময়ামদু চংবা ঙমখিদ্রে। য়েত্তা ওইদা মাংদা তুংদা ফন ফন চোংদুনা গদাদু উরুরুরু লৈ মতাংদুদা নুংশিৎ নিংথৌনা মচা ভীমগী গাদাগী পুংমাইদা থক্তা তোংখরে। শামু ময়ামদু নুংশিনা হুম্বা হৌরক্লে লেপ্পাই লেপ্পাই পাইখৎলে বারোয়া, তেরোয়া, অন্ধি, নুংশিৎ নিফুগা মপান পুল্লগা নোংলৈ নুংশিৎনা হুরু হুরু ঙুং ঙুং নোংলৈনা শামু ময়ামদু পাইখৎলক্লে। মথং মথং মরী মরী পাইরকপনা আ: সমুদ্রদা জবং জবং তাখরে সমুদ্রদা লৈবা ঙা শিংদুনা অমমম গুৎ গুৎ য়োৎখি পাণ্ডুগী মচা ভীমনা পিবিরকপনি হায়নৈ।

ঙা ময়ামদুনা ভীমদা বর পিখি শামু খরনা অসাম লৈপাক্তা তাখরে, লেমহৌবা শামু নিপান্না শ্বর্গরোমদা পাইখৎখরে শিলা কন্ধা নুংশিৎ অনংবদা লৈখরে, লাইগী শা ওইনা লৈখরে। মতাং অসিদা নুংশিৎ নিংথৌনা লাওরকই, হা ইবুংঙো বৃকোদোর ভীম লাল লেপ্লো শামু সুপ্রাশিকাদা ঙাইরে মপাবুং নুংশিৎ নিংথৌগী বাক্যা তারবদা ভীম ঙাইহাক লেপ্লি তাঞ্জা অদুদা সুপ্রাশিকা শামুনা শৎ চংশিল্লকুনা ভীমগী মথবাক্তা ময়াদু থং থিল্লি ময়া মরি য়াতোন্দা থেগাক থেগাক তেকই, ৱারী তারিবা ধৃতরাষ্ট্রানা হায় সঞ্জয় নঙগী ৱারীদুবু তাবা য়াদ্রেদা করি তৌরবগে মহারাজা অরান অশোই করি য়াওরবগে। মহারাজা তাকপিয়ু ধৃতরাষ্ট্রানা হায় য়োৎতগী হেন্না কনবা শামুগী ময়াবু ভীমগী থবাক্কুনা কয়া হেন্না কনবনো করিগী তেকপনো সঞ্জয়না হায় মহারাজা, ভীমগী থবাক্কু ফাওদ্রিৎ ফাওই হায়বা নত্তে। ময়া য়াতোন্দা তেকপনি। নচা য়াইমা ভীমগী থবাকসে অঙকপনী মমাংঙৈদা দন্দীময় নিংথৌ ৱারিদা খূৎলাই মপান ভীমগী থবাক্তা থাথখি। অদুদা তুরিক অমা ফাওবা তৎখিদে ভীমগী থবাকসে তোঙান তোঙানবা ৱারী খরা লৈখরে ভীম্ন া গদা থনল্লগা চোংশিনখিদুনা মখুৎ অনীনা ময়া মরিমক অনী অনী পাইরগা গৃ গৃ ইল্লি শামুনা অমুক ইল্লি ভীম্না অমুক ইল্লি, মখোংনা খাংবদা লৈপাক লৌখোং লৌখোং তৌই নুংশা মপি ফুইনা ফুইনা হোল্লি নুংশিৎ নোংলৈগুম্না হুমাংনা মতুম মতুম তাই। পুমচোৎ চোৎলি কুরুক্ষেত্রা ভুম্মী কম্পা তৌরে, খাগা ৱাংগা ফেৎ ফেৎ হাইখরে ভীম্না লৌশিং খজিক হেনবা মরম্না তানজা য়েংলগা নাকোইননা শৎ চংলগা শামুগী মথাদা য়েৎকী খূৎনা লেংজুম্না শামুগী মথাদা কোল্লগা জয় কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লল্লগা সুপ্রাশিকা শামুদুদা থোক লংথোকখি। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা লম চাম্মগী লমদা তাখি। শামুসু ভীমসু অনীমক চপ মান্ননা ৱানথৈ, মতাং অদুদা দুর্যোধন্না মনাও তরা থাজিল্লকই, নয়াম্বা ভীম্না ৱাথারিঙৈদা হাৎলুরো মনাওশিং প্রপ প্রপ মখুত্তা খূৎলাই পায়দুনা ভীম ৱানথরিঙৈদা হাৎকদবগী কোইশিল্লী ভীম গ্যান লাক্কুনা ফুক হৌগৎলকই, মনাও তরাদু কিমনখ্রদুনা অমম্বদা ভূৎ থেংনবদুমঙাই ফুং হৌদুনা চেল্লি। ঙাইখো ইনাওশা অচেনবা মীদি হাৎকনি, চেন্দবা মীদি হাৎলোইএ, মনাওশিংদু চেনদ্রে চপ লেপ্লগা খন্নরিঙৈদা ভীম্না গাদাদু পাইরগা মনাও তরাদু পোপ পোপ দম দম থাদুনা তারামক হাৎতোক্লে।

মতাং অদুদা শ্রীকৃষ্ণ লেংশিনবিরক্লে মনাই ভীমগী মনাক্তা দাদা য়াইমা ৱারনল্লগনি ননাও অমুক্তা কোনজগে হায়রল্লগা মনাই ভীম্মু শ্রীহস্তা তিংথোক্কুনা চেৎনা কোনবিখ্রে। শামু লংবা ঙম্বা পাঙ্গলদু ইবুংঙোনা অমুক লৌশিবিখরে। (এথাতে) অসোমদা শামু ৱানথরুবদগী গ্যান লাক্কুনা হৌগৎলকএ। মউৎশিংনা লাংসোই কাতিনা শামুগী নাখোংদা দক দক থিল্লি শামুনা শাওরক্কুনা মনাতোন্না হাইগৎলগা নিপা মাউৎ ৫০ দু কোৎলগা মখোং খুমাংদা থাদরগা ফুগাইদুনা হাৎলে ঐবু ঙম্বা মীদা নখোয়না থৌজিনবদি নখোয় শিরেদো শামু শাওখিদুনা

চেনখিদুনা মরৈবাক য়ৌখি। ভগদত্তা নিংথৌদু মাগী ব্বাশক অহুমগী মনুংদা অনীদি থুংখিদরে ব্বাশক অমদি থুংখি মরৈবাক্তা মহারানিনা থোংবা চাক চারুগে, হায়বা ব্বাশক অদুমদি থুংখিয়ে: মহারাজ মহাভারতকী ব্বারীবু পুক্লিং চংনা থাজবগা লোয়ননা তাবা অমসুং পামজবদা / কলিগী হৃগী মশক ওইবা পাপ খিবিকপু চংদবা ঙাকথোকপিবা ঙম্বা মহাভারত পুরাননি, পুক্লীংগী অমম্বা অমসুং পাপ পুম্না কোক্তুনা, (দিব গ্যানং) থম্মোয়দা লৌশিংগী থাংমৈ ওই। অমসুং অন্তগী অরোইবা মতমদা নরদিহা থনল্লগা দেব দিহা ওইদুনা স্বর্গগী ধামবু লেপ্পা ফংঙি। শ্রীদৈপ্যায়ন ব্যাসগী বাক্যনি। ইতি হরি হরি হরিবোলো।

## নুংথিলগী লাল

আর্জ্জুনগা ভীষ্মগা বিদ্যাগী খুমুক য়েংনবদা হেনঞ্জিনবা য়াদে চপ মানৈ ভীষ্মনা হাই আর্জ্জুন হৌজিক নংগা ঐগা খূৎকাপ য়াংবা অমুক য়েংনসি হায়দুনা তেন্দোং থারি কোমগোম থাদন্দুনা লিরুং চেৎনা পায়নদুনা তেনগী জাৎ অখাকপা লৈতনা অমর্থ সমর্থ সিচিমুখ ঝিলি মুখ সিবাবান দুর্গাবান অখাকপা লৈতনা থাজিন্নৈ মরক্তা থারো পালো হাইবা সিংহ নাদনা পুমনিন নিল্লি। দোলাই আলাতোন চক্র লৈবগুম লৈনৈ য়েৎত লৈরে য়েকি সন্ধান ওইদা লৈরে ওইগী সন্ধান থাজিন্নৈ দোলাইদা পানগদবা ফিরান্দা অম্বারিদা থাগদবা থবৎ থবৎ ককথৎলি তেন্না অকাস পুংকুপ কুপ্পি নুংশিৎ নাকোইননা শিৎলি শোর ফুইনা ফুইনা হোন্নৈ মিৎচি ফেৎ লৈনদে নুংশা মপি ফুইনা হোন্নৈ দেহে অনীদু হুমাংনা পুংলুপ লুপনৈ ভীষ্মনা দোলাই তোংবা লীশীংতরা কক্লগে খন্দুনা আর্জ্জুন লাম্বা পানা পানা তেংঙ্গোন অকুংবা দোলাই তোংবা য়েংলক্লে মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইতাউ চেকশিল্লু নবুধৌ মিৎয়েং অমা তৌখ্রে নুমিৎ তাগদবা ঙাইহাক্তা ঙাইরে নবুধৌগী ব্বাশক থুগাইরো হায়না তোইনা তোইনা হাইরক্লে মতম অদুদা নুমিৎ তাগদবা তংখাই অমত্তা ঙাইরে আর্জ্জুন ব্বামনখ্রদুনা লিরি চিংবদা নোংচুপ লোমদা মিৎচিনা খজিক্তুং লৈদুনা য়েংবদা খজিক্তুং অহাংবদুদা তেন খুৎকাপ নোংচুপ লোমদা ফরং থাবদা দোলাই তোংবা লীশীং তরা কোক্ক মান্ননা মঙক থবৎ ককপদা ঈনা পুংঙাং ঙাংই নুমিৎ তাবগা চপ মান্নৈ। বিজোই সঙ্খ পাইদুনা মোইবুং খোংবদা তেঙ্গোন অনীগী মীয়াম শগোন তোংবা কুমথনৈ শামুতোংবা দোলাই তোংবা দোলাইদগী কুমথনৈ থাং পাইবা থাংখুমদা তা পাইবা তাখুমদা হাপচিন্নৈ মকোক নোম্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি কৎপা চপ মন্নৈ মাগী মাগী লানশঙ তম্না হৃঞ্জিন্নৈ। সঞ্জয়না হাই, মহারাজ মতাংসিদা ভীষ্মগী হুম্নিগী লান লোইরে। অহিং পোথানরে নোংঙানবদা

মরিনীগী লান হৌরে লাম্মী কয়া তুনরে নুংদাব্রাইরম মশু মপু লান পান্নে দোলাই তোংবা লীশীং তরা ককতুনা থাদে ব্রাশক থুংখ্রে। অমুক লানশঙদা চংনৈ নোংঙালে মঙানিগী লান থেংনৈ মরিনী মঙানিগী লানসি মশক মমি নাইবা রথি কনা শিনদে শগোন শামু মীখিক মীচোই খর থব্রাই থানৈ মঙানিগী লান লোইরে। লানশঙদা হনজিন্দুনা মাগী মাগী নীতিগী সেবা চাবা থকপা লোইদুনা হয়েং লানগী দরবার তিন্নে অফ-ফত্তা তানৈ। ইতি॥

## অধ্যায় ঃ- ২৫
## ইলাবন্ত লাকপা

বৈশমপায়ন মুণি দেবনা হায় তারো মহারাজ, ইলাবন্তনা নুমিদাংদা চঙলক্নুনা মঙাগী তেংঙ্গোন কদোমদনো অমুক্তা তাকপিয়ু হায়দুনা দ্বারিদা হংই। মদু তাবদা দ্বারিনা হাই অসোমদনি করিগীনো? ঐ অমুক্তা চংজগে থোং থাদোকপীয়ু। মঙাগী মাইকৈদা লান য়াউজগে লাকপনি অমুক্তা হংগৎপিয়ু। দ্বারিনা, থোংদা লৈরমখো হায়রগা দ্ব্যারি চংখ্রে দরবারদা চংলক্নুনা যুধিষ্ঠিরদা খুরুমী করিনো দ্বারি করি হাইনিংবগে হায়য়ু। থোংদা নুপা অমা থুংলরে চংজগে হায়রি চংবা য়ানি য়ারোই ঐজ্ঞ্যা পিবিয়ু । থুনা য়াংনা চংহল্লকউ, মহাশয় চংবা য়ারনি হায়দুনা থোংদা থাজনখ্রে। দরবার তম্মা চংলকপদা ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণ ষনাগী তাংবন্দা পুর্ণিমা থাবু ঙমজম্না লেংশিল্লন্মী। নিংথৌ ময়াম্না থব্রানমিচাকুম কোইনা থৌগন তৌরন্মী। মদু উবদা দর্বারদা লাইবক কৎতুনা চংজরগা অষ্টাঙ্গ প্রনাম তৌদুনা খুরুমজৈ মতুংদা অমুক ধর্ম্মরাজদা ইপন মাহারাজা ননাই খুরুমজরি ধর্ম্মনা কনানো মহশয় নংনদি ঐবু ইপন হাইনা কৌরি ঐনদি নংবু খংদে ব্রারৌনু। ইরাইবক থিবা ঐনি মতম পূম্নমক্তা বোন চৎতুনা আয়ু হৌখ্রে, য়ুমদা লৈদুনা ইচা ইশু কোন্দুনা লৈজবা ফংখিদ্রে অদুনা খংদবনা নংবু পোকপা পিতানা কনানো অমুক্তা হাইয়ু।

মপনগী ব্রাদু তাবদা মিৎতা পিল্লাং চেন্থদুনা হাইজৈ ননাই ঐনা ইরাইবক থিবনা ইপা ইপ্পগী সেবা ফংখিদ্রে অদুনা খংবিদবনী ঐবু পোকপি ইমানা উলুপি কৌই। ইপা শ্রীকৃষ্ণ শখা আর্জ্জুননা মমাংঙৈদা নারদা নিয়ম কাইদুনা চহী তরানিথোই প্রাইচিৎ কোক্লনবা তীর্থ চৎপদা হরিদ্বারদা অস্নান তৌরিঙৈদা ইমানা চংজদুনা পিতাগী মফমদা প্রান কৎচদুনা ঐ জন্ম ওইরে ইমিংনা ইলাবন্তা কৌজৈ হৌজিক লাক্লিবসিনা

মণিপুরদগী লাকচবনি মতম খরা লাইরৈবাক্তা বিদ্যা তমজরুই হলকপদা চাম মঙা কুরুক্ষেত্রদা পৃথিবিগী লানজাউ থোক্লে হায়বা পাউ তাবদা ইপা ইপনগী থৌগন তৌজগে লান য়াউজগে লাকচবনি লানহৌ নংদে হাইবগী দোস তৌবিনু। ননাইবু লৌশিনবীরবদি হয়েংগী নুমিত্তা মাহাভারত লানসি শিং নাম্না লোইরগা ইপন নিংথৌদা লানঙম ফিরান কচ্চগে হায়জে। ৱাদু হেক তাবদা ময়াম্না খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা মতিক ওইরোইদবা ৱা ঙাংই হায়দুনা খোখোপ্পা মচুক পৈনৈ। ভীম্না দুর্য্যোধনগী তেংঙ্গোন্দা ভগদত্তনা নাপন তৌবদা নত্তনা ঐখোয়রোমদসু অমা লাকএদনা অঙাংদুগী ৱা তাবদা ময়াম শাউনৈ। শ্রীকৃষ্ণদি অর্ন্তজামি ওইবনা অঙাংগী মগুণ খঙই। মানা হায়রিবসি চুম্মিসে হয়েংগী নুমিত্তা লান লোইখ্রবদি ঐগী ইশা কাইবা তারে মাগী শক্তি লৌথোক্লে খনখ্রে শ্রীহরিনা ইবুংঙো মানা শানরিবা ঙাক্তনি। শ্রীকৃষ্ণনা ইলাবন্তা প্রভু নুংঙাইদা নপাবুং আর্জ্জুনগী দোলাই মাম্না থৌই ৱাখ্রেদা লানসি ঙসি মঙানি শুরবনি।

লান লোইবা ঙমদে হায়েংদি নংনা লান লোইনি হায়বসি নুংঙাইদা লোইনি লোইরোই শাখি অমতা য়েংগে করিগুম্বা শাক্ষি অমতা থম্মু কুরুক্ষেত্রদা লৈরিবা ময়ামসি দাক অমতা থম্মু মদুবু ঙম্লবদি হয়েং লান লোইরনি হায়বা লেপ্পা খংঙগে। দাকথম্মু ননাইবু দাক থমজৌ তাকপীরিবসি খুৎলাইনা মশাদা দাক থম্লবদি অতুম্বা য়াওরমলবদি দোস ফংগনি শিন্দুর ওইনা নমজগে ননাই ৱাদু তবদা গোবিন্দনা মদু য়াই। মবুংঙোগী ৱা তারগা ইলাবন্তনা লিরুং পায়দুনা সভা ময়াইদা থোক্লক্লে। ময়াম্না হায়নৈ অসুক য়াম্বা ময়াম অসিবু শিন্দুর নমগনি হায়বসিবু মণিপুরদুবু সিন্দুর কয়াম হোংবনো মাবু সিন্দুর কয়া য়াম্না পুরকই হায়বগে। শ্রীকৃষ্ণনা হাই মতম কয়া কুইনা চংগনি হায়য়ু। ইলাবন্তনা পুং ফারোই মিকুপ মরিদা খোখোপ্পা নমজগে হায়রগা লিরুং পায়দুনা তেন্দোংদগী তেন শৎতুনা তেঞ্জিন্দা মন্ত্র শোন্দুনা তেন ফ্রং কাপখ্রে। তেং দু মশক উনা উনা খংহৌদনা মাংখ্রে। ময়াম ঙকনৈ, গোবিন্দনা মিকুপ মশীং থিরি অমা অনী অহুম মরি শুরে নমলব্রা ইলাবন্তনা নম্বা লোইজরে। ময়াম্না ইলাবন্তা য়েংলিঙৈদা অমনা অমনা উনদে গোবিন্দনা দাদ য়াইমা ঐগী লাইবক্তা সিন্দুর নমব্রা য়েংউ ভীম্না য়েংবদা অশংবা অতিয়াদা থোকপা থাবু ঙমজবা মাইথোংদা সিন্দুর নম্বদুনা ফজবদি পুরবদিগে নোংপোক্তা থোকপা নুমিৎকী মঙানবু ঙমজবা সিন্দুর হেক উবদা ভীম্না নম্মে নম্মে ইবুংঙো ঐগী নমব্রা অমুক্তা য়েংবিয়ু গোবিন্দনা দাদ য়াইমগী ঙৌরবা লাইবক্তা নমলিবা সিন্দুরদু উবদি ঐগী ওইজনিংঙিদা, ওহ্লোক্লা ফজনা নমলেদা। ময়ামদু অমগা অমগা য়েংনৈ নম্মে নম্মে হায়বা খোঞ্জেন তাবদু পুমনি নিনখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণনা ইলাবন্ত প্রভু মীদরা শিন্দুর নম্মীবসে নতে প্রভু কুরু ক্ষেত্রগী মনুংদা লৈবা জীব পাম্বা পূম্নমক খোখোপ্পা শিন্দুর নমজরে। ৱাসি তাবদা শ্রীগোবিন্দনা সহদেব চৎলু শগোলশঙ শামুশঙদা শিন্দুর

নমব্রা য়েংউচৎলো সহদেবনা চৎখিদুনা য়েংবদা শগোন শামুগী মরাইবক্তা খোখোপ্পা শিন্দুর নমলে প্রভু খোখোপ্পা নমহৌরে শগোলশঙ শমুশঙদু পুমঙাঙ ঙাঙখ্রে বসন্ত ওইরে শোমদদি ইলাবন্তনা নম্বনি খংনৈ।

এ থা অসোমদদি নিংথৌ ময়ামদু ইঙক ঙক্লরে। অমগা অমগা মায়োক্লবদা লাইবকী শিন্দুর উবদা ঙসিসিবু করি নুমিৎনো নোংমাইজিং নুমিৎ থোক্কুনা ত্রিনাৎ পুজাকা য়াউবিরুব্রা হিদাক গঞ্জাকা থকপীরকপ্রা শিন্দুরবু ফজনা নমকখ্রেনে উফমবু য়াওব্রা অসুম্না ব্রা ব্রা লাউনরে। মঙাগী তেঙ্গোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা হাই ঙসি মতা চারুদুনা খংহাই হাইদোকপদা হয়িং অমা খুবাক মনুংদা লৈ সিদ্রি মসিবু সিন্দুর নম্মগদ্রা ইলাবন্তা ঙসাই ঐনা তেন কাপ মতমদা ফাবিহৌবা ওইরবদি শোইদনা নম্মগনি প্রভু দাদ য়াইমা অমুক্তা চংবিরকউ ভীষ্মা করি তাকপীদৌরিবা ঐ খুৎ তিংথোকে খুবাক মনুংদা লৈরিবা হয়িংগী লাইবক্তা সিন্দুর নমব্রা অমুক্তা য়েংবিয়ু করি ব্রানো, ইচানা শিন্দুর নমলবসু খুৎতা তৈরম্লনি। নমমদ্রগা অদোমদা পাউথোং ওইদুনা হয়েং ভারত লান ঙমোই হায়বিগে তৌরিব্রা মদু তৌবিনু। অসুম্না ঙশাই শাউরমলিবদু মচা মশুনা ফগৎলকপদা মমা মপানা মগুণ ময়েং তাহননিংদ্রে। প্রভুনা করিব্রানোমিগী মন্ত্রনা নমলীবসিবু খুৎনা মুথৎপা য়াব্রা য়েংঙো লাও খুৎ হাংদোকলগে ভীম থোগোং মানা লেপগা মৈঙান্দুদা শঙত্রিক য়েংদুনা অসিমতা নম্মলবদি, নুংঙাইখ্রনিদা শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা খুৎশাদু খজিকখজিক তপ্পা হায়দোরকই হয়িংদু খুৎকী হুমাংনা মশা অনীদু চোৎলদুনা পাইবা ঙমদদুনা মশা অনীদু ফ্রিং ফ্রিং কন্দুনা খুদোন লোমদা জিরি জিরি চেম্পোকলকই ভীষ্মা নম্মেনসে কয়া ফজনা নম্মী হয়িংগী মরাইবক্তা শিন্দুর খুবাম অমা শাংনা নম্মে। তানিংদে হয়িংগী লাইবক্তা খুবাম অমা শাংনা নম্বা য়াবা হৌনদে, ভীষ্মা য়াম্না ফজনা নম্বগী প্রমানি প্রমান্দদি হৈদকো দাদ য়াইমা শ্রীকৃষ্ণনা হাই ঐগী ইচন সুভদ্রাগী মচা অভিমন্যু ইমাক্লা হেন্দে লাকইবা ইলাবন্তনা ব্রাৎতে মাম্মগী পুক্লিংদা চপ মান্না নুংশি মাম্মগী পুক্লিং পেল্লে হয়েংদগী ঐগী অব্রাবা কোক্লনি অমুক্তা কোনগেলাউ হায়দুনা শ্রীভুজ পাম্বোম অনীদু হাইদোক্কুনা ঙাইরে ইলাবন্তা হরাউজদুনা ফুক হৌগৎতুনা খোংফম অমা অনী চংশিনলি মদু উবদা ভীষ্মা থৌদেল্লদুনা অহহম হায়না ইলাবন্তনা মপন লোমদা য়েংই ভীষ্মা চংঙুনু হায়না মিৎনা ইংঙ্গৎ তৌই চংবা ঙমদদুনা লেপ্পি গোবিন্দনা লাউনে নংবু অমুক চংঙি ভীষ্মা থৌদেমী ইলাবন্তনা লেপ্লগা মপন লোমদা য়েংলকই মিৎখত্তুনা খা চিক্কুনা ঙক মফৈ হায়দুনা চংঙুনু হায়। শ্রীকৃষ্ণনা দাদ য়াইমা ঐ উরোই হায়না নচাদা ইঙ্গৎ তৌরিব্রা ঐবু কোলহননিংদরা ভীষ্মা কোলহননিংদবা তশেংবনি। ননাইনা পংঙবদি খংদ্রে ঐ ওইরবদি কোলহল্লরোই। গোবিন্দনা লাউ ইলাবন্তা নপন য়াইমাগী ব্রাসি পংলৌসু লৌরনু হায়দুনা শ্রীভুজন চেজেৎ কোনখ্রে ইলাবন্তগী শক্তী মপাঙ্গন হয়েংগী নুমিৎ য়ুংবা মতম ফাউবদং থম্বীরগা অহেনবদু চিংথোকখ্রে। থোক্লো ইলাবন্তা অদুক য়াম্বা নিংথৌ ময়াম্না

লাইবক ফৈদা হাইনৈ।

ভীষ্ম ইলাবন্তা ইপন য়াইমবু ঐ ৱা হংগে শেংনা খুম্মু নংনা গুসাই নয়ুমদগী লাকপা অদুদা ওইরকপা দেহেদুগা হৌজিক কৃষ্ণনা কোনবীবা অসিদা ওইবা হকচাংদুগা কমদৌই শেংনা হায়য়ু ইপন য়াইমা অহানবদা ঐগী দেহেসি পাপ য়াম্না লৈরম্মালে লুমলুম লাউরমী ইবুংঙোনা কোনবীবদা পাপ ময়ামদু, কোকখ্র মালে পাইগদৌগুম ইয়াং য়াংখ্রে। ঐনা চংঙুনু য়াদদুনা থবক তৌখ্রেদো। ইবুংঙো থমজনবীয়ু হয়েং কান্নরমদাইদা হেক পুথোকপিরকউ করিনো হায়রিবদুবু মীনা তারগা করি করি ওইনা খল্লনি। খঙজরে ইবুংঙো নহান শামুগী লান্দা য়াম্না মুন্না খঙহৌরে। গোবিন্দনা ঐনা মনুংদা অথুপ্পা লিলা শানরিবসি মাদি উজবা ফংলিবোরে। মসিদগী দরবার কাইনরে লানশঙদা নুংঙাইনা পোখানরে। নোংঙাল্লে তরুক্লীগী লানফম য়ৌরে। সঞ্জয়না হায়জে তাবিয়ু মহারাজ অম্বিকা নন্দন চাম্মা মঙাগী তেঙ্গোন অনীদু মাগী মাগী সাজন লোইনদুনা অয়ুক্কী পুং নিপান তাবা মতমদা খো-খোপ্পা থোক্লরে মাগী মাগী লাম্বা য়েংনদুনা মায়োক্লৈ। অর্থরথিগা অর্থরথিগা, থাং পায়বগা থাং পায়বগা, তা পায়বগা তা পায়বগা, গদা পায়বগা গদা পায়বগা মায়োক্লৈ। লিরুং পায়বগা, লিরুং পায়বগা পান্নৈ, ফিরান পায়বা মায়োকনৈ, পুংয়ৈবগা পুংয়ৈবগা পানৈ। কুরুক্ষেত্রদু পুমনিল নিল্লে। নবুধৌ ভীষ্ম দোলাই তোংদুনা লান লোয়রগে মতাগুম দোলাই থৌজিনলে। মঙাগী তেঙ্গোন্দা সেনাপতি ধৃষ্টদুম্নাসু দোলাই তোংদুনা লাম্বা পাগে থোরক্লে, অনীদু মায়োক্লৈ দ্রোনগা দুরুপদগা পানৈ, কৃতব্রহ্মাগা বিরাৎকা পানৈ, ভীমদি চংলকপা রথিশিংগা পানৈ অসুম্না লান হৌরবদা ইলাবন্তনা মপন নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা ভক্তী কৎলম্লগা দোলাই তোংদুনা লান চংখ্রে জয় সিংহনার্দ্দ লাওই। জয়-জয় শ্রীকৃষ্ণগী কৃপান মঙাগী তেঙ্গোন জয় ওইরে হায়না সিংহনার্দ্দ ফোং লাউই চাম্মগী তেঙ্গোন তম্না দোলাই থৌজিল্লি। অসোমদা ঘটোৎকচগা আলমবুসগা য়োৎসুক, পায়দুনা মহাপ্রলয়গুম্না মিৎচি নামা লৈদনা অকনবা লাম্বা পানরি। ইলাবন্তা চংলকপা উবদা কৌরবকী তেঙ্গোন্দু শাউনৈ অঙাং ওইরিবা মানা ঐখোয় খ্বাইবু থওইদনা কুরুরাজগী মাং তম্লকই মাবু হাৎপদা দোষ লৈরোই হায়না ময়ামদু কাতো মারো হায়বা খোঞ্জেন্না পুমনিন নিল্লি চংলকপা রথি তেঙ্গোনশিং মখেদু ইলাবন্তগা লাম্বা পানৈ, মহাপ্রলয় ওইনরে। ইলবন্তগী তেন্না মঙক কক্তুনা থাদৈ রথি কয়া খোঙমী লান্মী কয়া তুরে শগোল শামু কয়া মরুম য়াউখ্রে দুর্য্যোধনগী পনমাঙদু ঈগী লৌখোং চেল্লরে মীগী কোক্তা য়েৎপা কোয়েৎনা অঙৌবনা ঙানু কাংঙ তাউবদু মঙাইরে মকোক্কী শম্না লুফেৎ লুফেৎ তাউবদু ইশং চরাং তাউবগুমলে তেন, তা অতেকপনা কৌশিং কৌরা তাউবগুমলে দোলাই অতেকপা শামু শগোল অশিবনা উঙাম পোং তাউবগুমলে ফিরান লৈনানা নিক্তুনা তাউরকপদা লাইরেন, গুমভির মরৈ তম্বগুম উনরে দুর্য্যোধন্না হায়-হায় ঐগী তেঙ্গোন তাকতক তৌরে করম্বা লাইগী শক্তি অঙাংনো

দুসাসন লান চঙউ মথ্বাই লৌথোকউ দুসাসন লান থোরক্লে সারথি দোলাই থৌজিল্লো নুংশিৎ মাংওইননা দোলাই থৌরক্লে।

হায়-হায় অঙাং নঙ কনানো হায়য়ু দুসাসন্না ঐ লৈরিঙৈদা নঙগুম্বনা তেঙ্গোন হাৎপা নতিক করি লৈ নথ্বায় মাঙনীংদ্রবদি নমাই ওন্দুনা চেনখ্রো নথ্বায় কনবীগে। ব্রাসি তাবদা ইলাবন্তা হায় ব্রাঙাংদদি থৌইদকো খুরা ইবুংঙো ঐসে আর্জ্জুনগী মচানি। ইম্মিংনা ইলাবন্তনি লানফমদা চেন্দদি চেন্নগুমসি চন্দ্রবংশগী মগুণ ঙাক্লসি হায়রম্লগা লিরুং পায়দুনা জয়, লাউনরে তেন পায়দুনা তেঙ্গা থোংবা মান্নে জয় কৃষ্ণ হায়দুনা তেন থাজিননৈ, তেনগা তেনগা ককথৎনৈ তেন মতেক্লা পৃথি য়োম্লা থাদনৈ ইলাবন্তগী থামচেৎ সাব তেন্না লিরুং ককখ্রে, দোলাই কাপখাইরে গদা পায়দুনা চঙলকপদা গদা ককখ্রে থাং পায়দুনা অমুক চঙলকপদা ক্ষেত্রি মচাদি লানফমদা খৃৎলাই থানা শিরবদি নোরোক্তা তারগে হায়দুনা খুরবান কাপ্তুনা থাং চুংঙ্গোই ককখ্রে মথবাক্তা তেন্না থাবদা মমায় ওন্দুনা চেনখ্রে দুর্য্যোধনগী পম্মাংদা ব্রাম্বদুনা, শিবা য়াবা অপমান তাখ্রে। হায়-হায় ইনাও শিরেদনা কনা কনা লৈ ইনাও লাইকন্নৌ হায়দুনা দুসাসনবু লাইকন্নৈ। ইলাবন্তনা অমুক্তা লেংথোকও তেঙ্গোন লোয়খিবা তারে। আশ্বথামা দোলাই তোংদুনা চঙই লাম্বা পানৈ তেন্না নোং চুবগুম থাজিন্নৈ মচিন পারবা থৌরবা মৈহৌবা তেন মশীং লাকঙমদবা তেন কয়া থাজিনবদা ইলাবন্তগী তেন্না থাদুনা ওমর তুরে তেঙ্গোন কাইনরে। শল্যা চঙই লাম্বা পানবদা বিদ্যা হৈবা মাইকৈ ঙাক্লা পানবা শল্যাসু তুরে নুমিৎতু ইলাবন্তনা তকখাইরকপদু শামুনা লফুবোন তখাইবগুম, নোংশানা শামুগী ষলুপ তানখাইবগুম্মে নুমিৎ য়ুংবা মতমদা নুংশাগী মৈচাক্লা কনবদা জিবনা খাঙবা ঙমদবগুম তেঙ্গোন ময়াম কাইনরে অসোমদা আলমবুসনা ঘটোৎকচগা পাবা লানফমদু অলুমবুসগী য়োসুক্লা ফুবদা ব্রাম্বরে। অলুমবুসন জয় লাউদুনা লান লোইরগে তৌবদা দুর্য্যোধন ইতাও তেঙ্গোন কনলোলাও হায়না কৌরক্লে য়োৎসুক পায়দুনা চোংসিল্লি ইলাবন্তগী তেনা ককথৎলি থাং পায়দুনা চঙলকই থাং কককে তৌবদা অলুমবুস থাংগী বিদ্যা য়েংনসি হায়বদা থাংসু অদুমঙাই য়েংনসি হায়দুনা থাং পায়দুনা দোলাইদগী কুম্মকপা মতমদু নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইরে থাং লৈনবদা হিচাংবগী মায়া হৌরক্লে অমুক ব্রাংখৎলি অমুক নেমথৈ মদু উবদা ঙক্তক তৌবদা মশম পাইখ্রে থাং থাঙ্গৎতুনা জয় লাউখ্রে নঙবু হাৎলগে হায়না লেন্নবগী মতাগুম শম পায়দুনা কোইচিং চিংবদা শমখোং ফদ ঈনকামে মঙক কল্লগে হায়না থাং থাঙ্গৎপদা ভীম্না উরক্তুনা মচা কনগে হায়দুনা চেলকপা উবদা থাং হায়থরকপদা ইলাবন্তনা খোংপাক্লা থজিন্দা কাওবদা থাংন ককপগা মানখ্রে হিচাংবা ব্রাম্বে ইলাবন্ত নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মৃতু ওইরে। মাগী অত্মানা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজৈ (যদিকৃষ্ণ পদের ভক্তো ভক্তী রষ্টু পদ পংঙ্কজ চিন্তা মরোনে হা কৃষ্ণ) মবুংঙো ভৃক্তি কৎচরম্লগা

মাগী প্রান্দু লৈগি দোলাইদা তোংদুনা বৈকুন্থদা কাখ্রে।

ভীষ্মা চেলক্কুনা মচাগী অককপা কোক্কু চেৎনা কোন্দুনা মচা কৌদুনা কপক্লকই হা ইবুংঙো ইলাবক্তা ইপানা নঙবু কলহৌবা ঙমখিদ্রে ইচাদি মাঙলেদো অসুম্না কপ্পল্লগা মচাগী লমন শিঙগে হায়না গদা পায়দুনা চামগী তেঙ্গোন তম্না চঙলকপদা দুর্য্যোধন মনাও কুন য়েংদুনা ভীম হাৎলু হায়দুনা দোলাই তোংদুনা কুন্দু চঙলক্লে ভীমদা তেন কাপকই তা হুল্লকই ভীম শাওদুনা চরাম্নবা নোংশাগুম গদানা দোলাইদা ফুধবদা দোলাইদগী চোংথরকপদা মকোক্তা গদানা ফুবদা নিপা কুন্দু শিরে মচাগী লমন শিঙলে হায়না সিংহনাদ লাউরগা পূম্নমক থোকহনলিবসি দুর্য্যোধন নঙনা থোকহল্লিবনিকো ফৎতেদা। নঙদা হাৎলগা ঐগী নিংবা থুংলগে হায়দুনা গদা পায়দুনা পনমাং তম্না চোংসিলি দুর্য্যোধনসু গদা পায়দুনা শামু থক্তগী কুমদুনা ভীমগা গদা হায়নৈ য়েংতা ওইদা চোংবা মানৈ গদানা ফুধনৈ গদা অনীদু মৈহৌনৈ নাক য়েৎ চোংনৈ গদা হাইজন্নৈ অসুম্না অনীগী লানফমদু প্রলয়গুম থেংনরে।

অসোমদা অল্মবুস হিঙ্গৎতুনা মঙাগী তেঙ্গোন লোইরগে হায়দুনা খূৎলাই পায়দুনা চংলকপদা ঘটোৎকচ হিংলক্কুনা মখুত্তা য়োৎসুক পায়দুনা অনীদু মহাপ্রলয় ওইনরে। অসোমদা ভীষ্ম সেনাপতিগা ধৃষ্টদুম্না অনীসু অকনবা লানথেংনরি ভীষ্মগী তেন্না দোলাই শগোল শারথি কক্কুনা থাদৈ গদা পায়দুনা চঙবদা ভীষ্মগী তেন্না মথবাক্তা য়ৈদুনা থাবদা ৱাষ্থে ভীষ্মগী লালোং উবদা তেঙ্গোন ময়াম কাইনৈ। এথা অসোমদা আর্জ্জুনগা নারায়নি তেঙ্গোলগা লাম্বা পানৈ নরায়নিনা হায় আর্জ্জুন ঙসিদি, নপু ননাই স্বর্গারোন পীগে হায় মদু তাবদা আর্জ্জুন শাওবনা ঙমখৈ লৈতনা হায়রকই নারায়নী নাপন তৌজনু ঐসু উত্তম রথিনী হায়রল্লগা লিরুং পায়দুনা তেন তুনা নারায়নি লাম্বা পানৈ। শ্রীকৃষ্ণনা লাইরেক্কনু ইতাও হায়না মনাইগী শুক্লিং চাননবা দোলাই থৌরি নারায়নীগী থবাক্তা তেন কোতি তরেৎনা য়ৈদুনা থাবদা ৱাস্থখ্রে আর্জ্জুন জয় লাউদুনা ইবুংঙো ঙসি লান লোইরগে চামগী তেঙ্গোন লোমদা দোলাই অমুক্তা থৌবিয়ু গোবিন্দনা কাংমাই ওলগা দোলাই থৌরক্লে নিপাখোংনা চৎপদা নোংমা চাকচমাংদগী থৌরকপনি।

অসোমদা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরর ফাগে হায়দুনা দোলাই থৌজিলকপদা গোবিন্দনা উরদুনা মাঙলে ইতাও নবুধৌনা, দাদ মহারাজ ফাখিদৌরে হায়দুনা নুংশিৎ মাওইননা থৌরক্কুনা ভীষ্মগী মাঙদা দোলাই ফৈগাক থৎলি ভীষ্মা দোলাই থক্তগী কুমদুনা ঙক্তা ফি য়েৎলগা কৃষ্ণদা খুরুমজৈ গোবিন্দনা হৌগৎলো বড় সেনাপতি অসুম্না তাকপি ভীষ্ম হরাউজৈ আর্জ্জুনসু কুল্লক্কুনা মবুধৌদা খুরুমজৈ হৌগৎলো আর্জ্জুন পংঙিদা লান্দী নিংথৌ ফাবা ঙম্বা তানবনী নিংথৌ ফাথ্রবদি লান লোইরে নয়াম্বুং ঙাক শেন্দুনা লৈয়ুদনা ইবুধৌ ননাই ঐসু লেম্না লৈজবা নতে হৌজিক, নারায়নীগী মাঙদগী লাকচবনি পৃথিদা লাম্বা থিংদ্রবা

অমম্না পাম্বোম মরি পান্নবা খূৎলাই মরি শুনা পায়বা মখোয়গী মাঙদা রথি কনা চংবা ঙমদদুনা ননাই ঐগা লাম্বা পানজরুই অসুম্না মবুধৌদা হঙ্গৎচৈ। ফরে অদুদি নঙ লাক্লবনিনা ইশু ইপু ঙাইহাক পানসি ক্ষেত্রিগী লানফম্নী দোষ লৈতে। দোলাই তোংঙুরো আৰ্জ্জুন দোলাইদা কাখ্রে, ভীষ্মসু দোলাই কারে।




মশু মপু অনীনা নুংদাংব্রাইরম থেংনবা লাফমসি অঙকপনি শ্রীকৃষ্ণনা লাইরেক্কনু ইতাও তরুক্লিগী নুমিৎসিদা নবুধৌগী ব্রাশক থুগাইরো হয়েং মখৈ লান থোকহল্লনু মানা লান থোক্ত্রবদি ঐখোয়না জই ওইরনি অসুম্না থেংনবদা নুমিৎ তাগদবা ঙাইহাক্ত মঙাইরে লাইরেক্কনু অসুম্না গোবিন্দনা ইনশিলি আৰ্জ্জুনসু ঙমজবা মখৈ কাপশিলি অদুমক্তদা ভীষ্মনা নুমিৎ তাখিদৌরে হায়দুনা প্রলয়গী খূৎকাপ থাজিল্লি আৰ্জ্জুন খাঙবা ঙমদ্রে নুমিৎ তাগদবা কয়া ব্রাৎলিবগে য়েংগে হায়দুনা লিরি চিংবদা নুমিৎ তাবরোমদা মিচিনা খজিক্তং য়েংবগী অবকাসদ ভীষ্মনা দোলই তোংবা লিশিং তরা মঙক থবৎ ককপগা নুমিৎ তাবগা চপ মানৈ ঈনা পুমাঙাং ঙাংই। ভীষ্মনা মোইবুং খোংই মোইবুং খোঞ্জেন তাবদা দোলাই তোংবা শগোল

তোংবা শমু তোংবা রথি খোখোপা, কুমথনৈ শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি কৎপা চপ মানৈ মাগী মাগী লানশঙ তম্না চংনৈ মতাংসিদা তরুক্লিগী লান লোইরে। হৌজিক্তি তরেৎনিগী লানগীদমক দরবারদা খনবা ৱারী তাবিরিবা মহারাজ লিরো সঞ্জয় ঙসিগী ৱারীসি তাবদি ৱাখ্রেদা ইচা কুন শিরে হায়বা তাবদা ঐ হিংনিংদ্রে লানহৌদা তরা অমা তরুক্লীদা কুন অমা শি হায়বসি তাবা জগৎনা মচা অমা কাইনবগী মৈচাক পুবা ঙমদ্রীবনি ঐগীদি কুম্ব্রা কাইনবগী মৈনা চাক্লে ঐ লৈফম খঙদ্রে। সঞ্জয়না হাইজে ৱাবিরনু গোবিন্দনা শান্নবা লীলা ঙাক্তনি খনবিয়ু বাজা।

মখা অমুক তাবিরো, নুংদাংসি দরবারদা নিংথৌ ময়াম তিন্দুনা মঙা অমসুং চামগী হয়েং লানগী ৱা তানৈ নুমিৎসি চামগী তেঙ্গোন ৱা খন্নবা য়াদ্রে দুর্য্যোধননা মনাওশিং নিংশিংলুবদা মনাও কুম্ব্রা কৌদুনা কপন্নগা হৌগৎতুনা মপান্দা থোকখ্রে। মদু উবদা ময়াম্না মনাও কাইনবনা ঙাওরেদো হায়নৈ। অসুম চৎখিদুনা কর্নগী লানশঙদা চঙখ্রে। ইতাও কর্ন তুম্নব্রা থোং হাংদোকউ থুন য়াংনা হৌগৎতুনা থোং হাংলগা রাজা মনুংদা লেংশিনসি অসোন থাই ফমু য়াদে, ইতাও কর্ন ধর্ম্ম লৈতেদা করি পুকচেন্নো মমাংঙৈদা করি হায়নখি তৌবিমন খঙদেদা জাতি অতোম্বা ওইদুনা তৌবরা। ঐনা হন্দক লানফম লেপ্পসি ইতাও লৈ হায়দুনা কনা কিদনা লেপ্পনি অসুম লৈথোক্লি খঙলন্নবদি তৌরমলোইদবনি ঐনা লৈপাক পীদুনা নিংথৌ হাপ্পসু ঐনি ময়াম মরক্তা পুখৎপসু ঐনি করিগী তৌবিমন খংদবগে হৌজিক মদুগী লমন চপ চাবা শীংবিয়ু সেনাপতি ওইদুনা লান জয় পিরো নঙ ঐ হল্লগা নিংথৌ ওইমিন্নরুসি। মসি তাবদা কর্ননা হায় হৌজিক নবুধৌগী নুমিৎ শুদ্রি। নুমিৎ শুবা নুমিত্তা শোইদনা লান লোইগদবনি। করম্না লোইদৌরি লানহৌদগীনি ঙসি তরুক্লী শুরবদা মঙাদি অসুম লৈরি ঐগীদি ইনাও কুম্ব্রা শিরে অমতসু হাৎপিদে লান লোয়বা ঙমলরোই ইতাও নঙনা সেনাপতি ওইরো। কর্ননা হায় নবুধৌনবু লোয়গে হায়বা নুমিত্তা লোইগদবনি নুমিৎ শুদ্রিদনা খাংবনি দুর্য্যোধননা করম্না, নবুধৌসি তেন্দোংদা জীব মঙা কোন্দনিংঙাই লৈত্রবা মমিংনদি কাল মার কৌবা তেন মঙা লৈ। মদু হেক থাবদা মঙা মৃতু ওইগদবনি ৱাবিনু মাহারাজ, থাজদেদা, ঐ চৎলগা হংঙুগে, হংবিরু কনানা তাক্লকই হায়রবদি ঐননি হায়রুনু, দুর্য্যোধন চেনখ্রে লানশঙ য়ৌরে ইবুধৌ নয়ন য়াউনা চেপীরব্রা থোং অমুক্তা হাংদোকপিয়ু খুরুমজগে লাকচবনি। ৱাসি তাবদা হৌগৎতুনা থোং হাংদোক্লে মবুধৌদা খুরুম্মী। হৌগৎলু করি তৌবা লাকপনো হায়য়ু, ইবুধৌগী তরেৎনীশুবা, লানফমদা লান লোইবিগে হায়না অমুক্তা ৱাশকপিয়ু হায় মসি তাবদা করি ৱানো ইবুংঙো লানবু ঐনা লোয়গে য়াব্রা লোয়রোই য়াবা নত্তে নোংমদি শোয়দনা লোয়গদবনি নোংজুথাদা তুরেন ইহৌরকপদা তাউরকপা কোঙ্গোন কৌশিং ময়ামদু তুম্মরোই খলম্বদু ইকং লাক্লগা তুমখিবগুম নোংমদি অসুক য়াম্বা ময়ামসি তুমখিনি ইকং খোংনুং তারগা

অরুবা ঈশিং ফংবগুম নোংমদি খোংনুং তারগনি অরুবা ঈশিংনা লৈহৌনি অনৈবা ঈশিংনা মাঙখিনি ঐনা ঙম্বা নতে।

শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরিবনি, মদু তাবদা ইবুধৌদু লোয়গে হায়বদি লানহৌ নুমিত্তসু ঙম্মি লোয়বা য়ারে লোয়রোই হায়না খংবা নৎত্রদো। ইবুধৌগী তেন্দোংদা জীব মঙা কোন্দনিংঙাই লৈত্রবা তেন মঙা লৈ হায়না করিগী থুপপীরিবনো। মদু তাবদা কনানা হায়রকই, কর্ননা হায়রকই ভীষ্মনা মাদি ঐগী তেন মঙাসি খংলিবোরে দুর্য্যোধন নঙদি নহানমখৈ খংলমদ্রিবোরে নঙনা কর্ন খঞ্জরুবদগী খংলক্লবদি ঐনা থুপ্পা য়াদ্রে ঐ হায়গে, মুন্না তাউ লানহৌ নুমিত্তা ৱামনখ্রদুনা শ্বরহোনবা য়াদে নাম শোনবা মপুং ফাবা ঙমদে হয়েংদি লান লোইবীগে হায়না তেন মঙা পুদুনা থোকপদা মঙাবু হেক উবদা তেন কাপ্পা ঙমদে। মরাইবক থিবা ইশু মঙানি মপানা নৌনা লংসেকপা মপা মশক খঙদ্রবা ঐগী ইনমদা ইথাদা চাউখ্রবা চাবা থকপদা মনিং থুংজরক্ত্রবনি মদুগী খল্লুবদা ইখূৎনা তেন কাপ্পা ঙমদে। হৌজিক্তি নঙনা খংলক্লবনিনা নঙোন্দা তেন মঙাসি পীবিরগে, নঙনা হয়েং লান লোয়জরো হাই। মদু তাবদা নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউরে দুর্য্যোধন। ইবুধৌ, হৌজিক তেন্দু পায়জখ্রগে পীবিরো। হয়েং অয়ুক লাকউ ঐদি নুংদাং খূৎলাই পায়দে হল্লো, দুর্য্যোধন হনখিদুনা কর্নদা পাউদু তম্মুরে হয়েং লান লোয়বা তারে, তেন মঙাদু ঐঙোন্দা পীবিরে। ৱাদু তাবদা কর্ননা তেন্দু মশক অমুক্তা য়েংজগে ইতাও হৌজিক্তি পিরক্ত্রি হয়েং লৌরো হায়রকই মদুদি কয়া নোংদম নাইদেদনা সোইররোই ইতাও হায়রমলগা হয়েং লান লোয়বা তারে নুংঙাইনা পোথারুরো হায়রল্লগা লানশঙদা চঙদুনা মৈঙান থান্দুনা ভাবনা কীর্ত্তন হৌখ্রে, নুংদাংদু নুংঙাইমনবদগী তুম্বা য়াদ্রে অসুম লৈখিসনু।

অসোমদা পাণ্ডবকী দরবার কন্না তিল্লি চামগী লানশঙ মৈ মুৎখ্রে মাইকৈদু পুম্মম মমলে মদু উবদা দ্বারি লান চংঙক্তুনা মবুংঙোদা হঙ্গৎলি ঙসিগী দরবারসি হৌরকপদা মঙাইরি অসোমগীদি লোয়খ্রে লানশঙ ফাউবা মমলে করম্বা লাম্হোং শিনখ্রবনো সহদেব পাঞ্জি য়েংলো মবুংঙোগী ৱাদু তাবদা নুংদাং পাঞ্জি য়েংহৈদে মুনিগী সাপ লৈ হায়নৈ ইবুংঙো লালকসিদি ইয়াম্বগী বরদগী দোষ লৈতবা ওইসনু। সহদেবনা য়েংবদা অসোমদা ঙাংনখ্রিবা লাম্হোংদু খোখোৎনা উখ্রে। মখুত্তা পায়রিবা খোর্জৈ থাদোক্তুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পগা মাঙলে মাঙলে করম্লো গোবিন্দনা কৈদৌরে পাঞ্জিনা খোর্জৈ থাদদুনা কপ্পা হৌনদে কৈদৌরে হায়য়ু ইবুংঙো হয়েং লান লোইখিবা তারে কমদৌনা লোইদৌরি হায়য়ু। দাদা দুর্য্যোধনদা কনাগুম্বনা তাক্তুনা ইবুধৌদগী মী মঙা শিনিংঙাই ওইবা তেন মঙা নিখ্রে মমিংনা কাল স্বর কৌবনি মসি থারক্তুনা ইচিন ইনাও মঙা শিবা তারে। মগুণ লৈৱা তেনগী মিং তাবদা ইবুংঙোনা করম্লো হয়েং মঙা শিবা তারব্রা হায়দুনা বদন

লাংশিনখ্রে। মবুংঙোগী মায়থোং উবদা ময়ামদু লৈবা ঙমদদুনা চেলসি চেলসি হায়বা খোঞ্জেন্না পুমনিন নিনলে। ময়াম নিন্নবা তাবদা ভীম লানশঙদগী থোরকই কৈদৌরবনো নহানসু অসুম লাংলগা শামুগী লান চঙই। ভীম কোয়য়েৎ হাপকৎলে গদা পায়দুনা দরবার কারকই। গোবিন্দ খুরুম্মী, ইবুংঙো কৈদৌবিরবনো অশুক য়াম্না নিনলিবসিবু কৈদৌরবনো ননাইদা অমুক্তা তাকপীয়ু। শ্রীকৃষ্ণনা হায়, কদাইদগী লাকইবনো হৌজিক্তা হংলিবসিবু? ননাইদি লানশঙদগীনি। য়াম্না তুমগন চাগনবা মীদি অরুবা পাউ তাবা হৌনদে। হয়েং মহাভারত লোয়বা তারে। কনাগুম্বা লাঞ্জদবা ননাইশিংনা চোরোন্দা হংগৎপনো ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীয়ু অতৈনা হায়বা নতে সহদেবনা পাঞ্জি য়েংবদা ফাউবনি। হয়েং মঙা শিবা তারে। য়েক্লবনা লান জয় তৌখ্রনি।

মসি তাবদা সহদেব কৌই - দাদ য়াইমা, নঙনা হয়েং লান লোইরনি মঙা শিরনি হায়বসি চুন্নব্রা? চুন্নে শিরনি। নুংঙাইদা ইনাও পাঞ্জি অচুম্বা লৈবদগী শিগদবা নুমিৎ খঙলে নুংঙাইরেদা মীওইবনা শিগদবা নুমিৎ খঙদদুনা ৱান খাংনরি নঙদি পাঞ্জি অচুম্বনি হয়েং অয়ুক পুং কয়া তাবা মতমদা শিনি হায়য়ু খুৎহোৎ খরয়াম্মে য়েংবগী কান্নদ্রে, শিরনি অতৈগী য়েংদ্রবসু ঐগীদি য়েংদবা য়াদে তেনগী পানফমদু মুন্না তাকউ, পানগদবা মফমদু তেন তা চংদনবা নুংলা য়োৎলা হিদাক থোমহৌরগে, হিদাক মন্ত্র য়াররোই, হায়নুদা সহদেব হিদাক মন্ত্র খোখোৎপা লৈ মীনা খংদবননি ঐখোয়গী দরবার ময়াইদা মৃতু সঞ্চরনী, জীব সঞ্চরনী হিদাক পাম্বী মপান মউ চাউনা হৌরি মখোংদা চঙদুনা হিদাক নিজগে। মচিন্দদি অসুম হায়রি মমিত্তদি গোবিন্দ চরোন্দা চিংনা য়েংজরি। কৃষ্ণনা মানা হাইরিবসি ঐবুনি মিতালুইদা মসে অমুক য়েংবদা হরাউনা নোকই। শিদৌরবা নঙনা নোকইবা করিগীনো দাদায়াইমা হয়েংনি মঙা শিররোই ৱাবিরনু হে পাঞ্জি হৌজিক্তা শিরনি হায়রম্লগা অমুক শিরোই হাইরেনে, ইবুংঙো পাঞ্জিগী ৱাসি অসুক হাক্লসু পংচান চানবিনুদা। মীবু শিনি হায়না ফাউবা ঙম্বা পাঞ্জি ওইরম্মগা অমুক শিরোই হাইরেনে ইবুংঙো মসি তাবদা ভীমনা সহদেব হৌজিক্তা শিনী হায়দুনা মীয়াম কপন লাউনহলগা অসুক থুনা শিররোই হায়রিবসি করিগীনো হায়য়ু তোম্বা। ননাই মঙা মতুংগী নুমিত্তা শিবদি ওমর নতে শিনি, হয়েংদি শুকসি শিরোই ইন্দ্রগী বজ্র থাদরকপদা ময়া থৈদুনা চৎকনি। কুরু ক্ষেত্রদা হয়েং মোংফম লৈতে। মঙা শিগদবা তেন্দু হৌজিক নুংদাং ঐখোয়রোমদা লাক্লুনা উৎ ওইয়ু হায়বদুম লৈরে মসিমদি শোইররোই হায়না অমুক ফাউরে ময়ামদু নুংঙাইনরে? শ্রীকৃষ্ণনা হায় উপাই অমা লৈরে নোংঙান্দ্রিবৈদা প্রতিকার অমা থুনা পাঙথোক্তবা য়াদ্রে তেন্দু মখোং পান্দুনা লাকদবা নত্তে লৌরুরগা মৈ থাবা নৎত্রদি য়াররোই। ঙসি দরবারদা ফম্লিবা মীয়াম তাবিয়ু নতিক নগুণ লৈবা অমা চৎতুনা তেন মঙাদু ভীষ্মগী মফমদগী লৌরুগদৌরিবা মীওইদুদগী ভীষ্মগী

মগুণনা ৱাংমানখিদুনা তোক্লী খংদুনা খুমদে, ভীমনা য়াররোই হংবিরুরনু ইচিন ইনাও মঙাবু নুংশিদদুনা খুমদবা নত্তে গোবিন্দবুসু থওইদদুনা খুমদবা নতে। ইবুদৌগী হায়খিবা ৱা হোংদবা অদুদা ময়াম্না খংদুনা খুমদবনি।

লৌরুবা ঙমগদবা অমদি য়াউরি, মা নৎতনদি ময়াম চৎতুনসু লৌরুবা ঙমলোই। কৃষ্ণনা কনানো দাদা য়াইমা ঐঙোন্দা মীশকক্তু অমুক্তা হায়য়ু ইবুংঙো মীশক্কা পান্ননা হায়বা য়াবা মী নতে মানবু লৌরুগে হায়রবদি ঙমদনিংঙাই লৈতে। অঙাং ওইরিবৈঁদগী চোর ধর্মদা হৈ-শিংবা নিপানি, চাগে-থকেদা নিংবা পোৎতু মীগী ইমুংদগী লৌদুনা হুরানবদা হৈথোই শিংথোইরবা মীশকনি কনানোনে ঐদি নহানমখৈ খঙদ্রি। খঙবিদ্রিবোইরে ইবুংঙো, জগৎসে মশাবু মশানা খংবা হৌনদে। ঙাংনরিবা ইপু ইনাইগী মনুংদা অমা য়াওরে হায়দুনা খুদোম্বীনা মবুংঙোদা থিল্লি। ঐবু কনাগী মপোৎ হুবগে হায়য়ু তাজেনে প্রভু অঙাং ওইরিবৈঁদা বৃন্দাবন্দা লৈরিবৈঁ ব্রজগী য়ুমথোং খুদিং চঙদুনা মীগী থমজবা লদু বেরা, মাখোন, লোয়না চাথোক্লগা চফু ফাউবা থুগাই হায়বসি তাজে। কৃষ্ণনা হায়, মখোয় ময়াম্না ঐঙোন্দা পীজনি হায়দুনা হায়রম্লগা পীদি সুকপি পীজদে ষণ শেনবা কারক্লে হয়েংদি শঙ্গোম পীজনি হায় অদুগা খোখোপ্লা য়োম্হোকখি অদুদা ঐনা চঙদুনা ঐগী ইপোৎপু ঐনা লৌই অদুবু হুরানবা শকইব্রা, মতুংদা অমুক হায়গনু মনাইনা খংবোই খংদবোই নুংশিববা বাইল লীলাগী ৱা হায়বা তারগা কৃষ্ণদি পেল্লদুনা প্রেম তৌরি। ভীম্না হায়জে, ইবুংঙোগী কৃপা নত্তনা ননাই ইচিন ইনাও মঙাগী উপাই লৈজদে ঐখোয় মঙামকপু কনবিয়ু। ৱাদু তাবদা পেল্লদুনা হায় কৃষ্ণ ঐনা লৌরুবা য়ারোই ভীষ্মনা হেক পিরকদবা দুর্য্যোধন শাদুনা লৌরুবা নত্তনা অতৈ অমনা লৌবা য়াররোই। মনাই ঘটোৎকচ কৌদুনা হায় নঙনা নপন নিংথৌ শারগা নবুধৌদগী তেন মঙাদু লৌরুবা ঙমলোইদ্রা। মবুংঙোগী ৱা তাবদা ননাই ঐবু ইপন দুর্য্যোধন শাজৌ হায়বসি মান্নবা শাবা ঙমগনি। মণিগী লুহুপ অদুদি মায়ানা শাবদা মাল্লু য়াররোই লুহুপ্তু পীবিরবদি লৌরুবা ঙমগনি।

গোবিন্দানা চুম্মী ময়ানা শাবদা মালু য়ারোই দুর্য্যোধনগী লুহুপ লৌরুবা ঙমগদবা মী য়াওরবদি অমুক্তা লৌরু হায়বদা কনা খুমলক্তুবদা অর্জ্জুন্না হঙ্গৎচৈ ননাই চৎলগা লুহুপ্তু লৌজরুগে হঙ্গৎলি ৱাদু তাবদা কৃষ্ণনা চৎলুনু ৱামাংনবনি ক্ষেত্রি মচানা অনীরক শিবা হৌনদে য়ারোইদবা মফমদা হায়জবদা কাপুরুস কৌবনী চৎখিনু পৃথি লৈরিক অমা পীরোই হায়দুনা মখুত্তা খৃৎলাই পায়দুনা লান থেংনরি। মীগী মমল য়াম্লবা পদ্ম মনিনা য়ৈদুনা শাবা রোতোনগী অথোইবা ইন্দ্রনি মহারানীনা লিক পরেং অনিংদ ওন্দুনা শিগে হায়বদা মপুং ফাবা ঙমদবা পদ্মরাতন মনি দেশ অমগী মমলগা কনানা য়াম্মিদগে খন্নরিবা অদুবু তরাইনা লৌরুবা য়াগদ্রা। ননাইনা চৎলবদি পীবিরক্কদ্রা নীংই করম্না অমুক্তা হায়য়ু। মমাংৈঁদা দাদাগা

ঐগা ৱাশক্লবা অমা লৈ সোইদনা পীরক্লি। কয়া লুবা ৱাশকনো হায়য়ু ময়াম তানবা লিয়ু তাসি। আর্জ্জুন্না মমাংঙৈদা ওইখ্রবা বন পর্ব্বদা গন্ধর্বগী মখুৎতগী ননাই ঐনা কনবদা পেলদুনা ঐঙোন্দা অপাম্বা বর নিয়ু ঐনা পিদ্রবদি পুরোন তরেৎ নোরোক্তা তাগে হায়না ৱাশকই। ৱাশক্তু কোক্লসি লুহুপ পিয়ু হায়বদা শোইদনা পীরক্লনি শ্রীকৃষ্ণনা ৱাদুনা অশেংবা ওইরবদি মথ্বাই শিবা য়াবা ৱানি চৎলসি নংগা ঐগা লোয়নদুনা চৎসি হৌজিক নুংদাংদা য়েক্লবগী তেঙ্গোন্দা নঙনা চৎখ্রগা ঐ লৈহৌবা ঙম্মরোই ময়াম লৈরমখো হায়দুনা মপু মনাই লেংখ্রে। কুরু ক্ষেত্রি শমদুনা দুর্য্যোধনগী লানশঙ মাঙদা থুংঙরে। ইতাও আদগী লানশঙ মৈ থালিবসি দুর্য্যোধনগী লানশঙনি নঙ চঙদুনা নিরুরো ঐদি লৈহৌরগে হৈজবা ৱাহৈনা পীরক্লবা নিরকউ থৱাই হিংনবা ঙাংবদি ওইদবা অনী মঙা ঙাংবদা দোস লৈতবনি। নঙ থোরক্ত্রিবা ফাওবা লৈরমগে।

আর্জ্জুন মবুংঙোদা খুরুমজরগা চঙখ্রে ময়াম্বুংগী লানশঙ তম্না ময়ামগী মৈ মমখ্রে দুর্য্যোধনগী লানশঙদি মৈঙান্না থাল্লি। দুর্য্যোধন ভাবনা কৃটন শাদুনা হয়েং লান লোইরনি হাযদুনা নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউরে তুম্বা য়াদ্রে মমাংঙৈদা ওইখিবা কয়া নিংশিংলক্লে ঐবু চিত্ররথ গন্ধর্বনা ফাদুনা ফিবানয়োৎকী য়ুম্বীদা পুন্দুনা পুরবদা শিবা তারবদা আর্জ্জুন লাক্তুনা ঐবু কনবদা পেনখ্রদুনা অপাম্বা নিয়ু পীগে হায়না ৱাশকপদা মানা হয়েং মতম চাবদা নিজগে হায়খি। মাদি হয়েং সিরনি ঐদি মাগী চাউরবা লমন তোন্দুনা লৈহৌবা তারে, লাইথুং মখাক থমগনু লমন মখাক তোনগনু হায়বদু ঐঙোন্দা থোক্লে করম্লো হৌজিকসিদা মাসু ঐগুম্না নীংশিংদুনা অমুক্তং লাক্তুনা মমাংঙৈগী লমনদু কোক্লরবদি পেনখ্রনিদা কনাগী লমন তোন্দনা পাল্লবদি নুংঙাইখ্রনি অসুম খলিঙৈদা আর্জ্জুন থুংলরে। থোং পায়দুনা দাদ মহারাজ নয়ন য়াউনা চেপ্লিরব্রা থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু আর্জ্জুনগী খোঞ্জেন তাবদা শ্বাই লাউই লাই লৈদনা ঐসে কনাগী লমন তোন্দনা পাল্লু তম্লিবোইরে। ইয়াম্বা তুমদ্রি থোং হাংদোকে লাউ লাউ চংলকউ তরাম তরাম তৌরম্মী। ময়াম্বদা খুরম্মী হৌগৎলু হায়না কোনখৎপি ফিদাসিদা ফম্মু ঙমজরোই য়াম্বুংগী মাংদা আসন ফমজরোই ফজৈদা আর্জ্জুন নুমিদাং অথেংবদা কৈদৌবা লাকপগে হায়য়ু পোকমিন্নদবনি খনগনু ইরাইবক্লা নরাইবক্তা শুম থোকউ তমখিবনা ক্ষেত্রিগী লানফমদা মায়োক্লরে লাকথোক্তনা লাকপবু করি ৱাৎপগে লানগী খোংমি লাম্নী অমসুং শগোল শামু চানবা রসন, পায়নবা খুৎলাই শেৎনবা ফি রোন ৱাৎপ্রা হায়য়ু ইয়াম্বনা খোখোৎপা পীনি হায়য়ু ইকাইনু মচিন মনাওদি অৱাৎ অপা খাইনবা হৌনৈ। অসুম্না ৱামাং য়াল্লদুনা মমাংঙৈগী লমন্দু কোক্লগে হায়দুনা য়াম্না পুকচেন ফজবা শানা তোইনা হংই। আর্জ্জুন্না দাদবু হৌজিক লানগী মতমনি অহিং লানশঙদা লাকচবগী চিংনবিনু মমাংঙৈদা লমন অমা তোনখিবদু নিজগে লাকচবনি। পাওরোন থাজবা নতে নীংশিংজবনি। ৱারৌবিনু গন্ধর্বগী লানফমগী ৱানি। দুর্য্যোধন্না মখা তারনু কাউবা য়াবা ৱা নতে ঐসু

হৌজিক্তা খলম্লিবনি হায়য়ু তাশি, লমনদু কোক্লরসি অপাম্বা অমা নিজরগে, পিবিয়ু। আৰ্জ্জুন অমুক্তা হাইখো ইয়াম্বনা পীবা ঙমগদবসু হায়গে, ঙমলোইদবসু হায়গে ৱামাং য়াম্থোকই হায়দুনা নীদবসু তৌনু রিন কোক্লসি। মমাংঙৈদা নীরবদি ৱামাং য়াল্লোই অপাম্বা মখৈ পীগদবনি।

আৰ্জ্জুন নঙঙোন্দা পীবা ঙমোইদবনা হান্না হাইগে, তাও হৌজিক লান তোক্লসি হায়না নিরক্কনু পীবা ঙম্লরোই মদুবু পীবা থোক্লবদি লৈখা তাবা তারে ঐদা নত্তনা পুরোন পুরোন চহী মশিং খঙদনা নোরোক তাখিবা তারে। লৈপাক পীবা ঙম্লরোই লান তোকপসু য়াদ্রে য়েত্তুম চিন্দোদা পকপা লৈরিক অমা পাণ্ডবতা পিখ্ররোই হায়না ইয়াম্বা ৱাশকখ্রে প্রান কনবদা মিহুন অমা লৈরিঙৈদা লৈপাক পীগে হেক হাইবদা নুমিৎ থা পালিবা অদুকী মখৈ পুরোন লোয়নদুনা নরক তাগে হায়দুনা ক্ষেত্রিগী অরোইবা নুংদা লেপ্পা ইয়াদা থাং চিক্তুনা শাখি থমদুনা ৱাশকখ্রে অদুনা ইয়াম্বদা লৈপাক পীরো, লান তোক্লসি হায়না নিরনু ইয়াম্বনা নংঙোন্দা পীবা ঙমলরোই। পিবা ঙমগদবসু হাইগে ঐগী পুক্লিং পেনখ্রে নুমিৎ অদুদা শিরন্নবদি চহী অমতং ওইবদা ওকলবা ভুমাপতি, মেদনী পতি হায়বা ফমথোনসি চহী তরামরি ওইরকপসি ফংদনা তোক্লগদবনি। নংগী নপান্দগী মথক্তা ইন্দ্র মখাদা বলি নিংথৌ মর্তদা দুৰ্য্যোধন ঐগা লাম্বা ওইনা পানবসি নংগী নপান্দগী ইয়াম্বনা পাঞ্জবনি ঐ কাউদে। ঐগী কোক অসি ইথন্ত কক্লগা পিয়ু হায়না নিয়ু মদুদা থৱায় মাংবা কিদুনা পীদবা থোক্লবদি হে সত্য পুরোন অহুম লোইনদুনা নোরোক্তা তাখ্রগে, ৱাশক্লে নিয়ু পীগে আৰ্জ্জুন বিষ্ণু বিষ্ণু করিৱানো ৱাশক লৈনৈ হায়দনবু বরদু নিবা ঙমজরোই। অদুদি করি পাম্বগে নিদনদি তোক্কনু লমন কোক্লসি। দাদা মহারাজগী কোক্তা উপ্লা পদ্ম রাগ মণিগী লুহুপ্তু পীবিয়ু ৱাশক কোক্লসি। লুহুপসি করি কান্নদৌরি হাই আৰ্জ্জুন মবুংঙোনা তাকপিরকপা জিবরৈক্ষাগী মরমদা ওইদবা ৱা ঙাঙহৈবদা দোস লৈতে হায়বা ৱাদু হেক নীংশিংলকই। ঐখোয়গী দরবারদা অঙাং অমা কপ্পি ৱাখন্নবা য়াদদুনা কনানো য়েংনবদা নোকুন ওইরল্লে করিগী কপ্লিবনো হংবদা ঐগী লুহুপ য়েক্লবনা ককখ্রে হায় ঐদি লুহুপ মরোন লৈজদে লুহুপ য়াউদনা করম্লা লান থোক্লি। গোবিন্দনা ঐগী কিরিতি লৌজৌ হায় ইবুংঙোগী লুহুপ্তু মগুণ হেনল্লি ঐনা উপদা মক্তি চাদে কনাগী লুপুপতি পাম্বগে নকুন য়াম্পুংগী লুহুপসি পামজে মদুবু অমুক্তং হেক উপ্লা ফংজবদা শিরবসু ওকলে হায় লানফম্নী শিখিবা থোক্লবদি তুংদা য়াম্লা নিংঙম্মরোই ৱাশকসু কোক্লগে ইনাওগী নিংবসু থুংজসনু হায়দুনা য়াম্পুংগী লুহুপ নিজবনি ৱারৌবিনু লুহুপ পীবিরো দুৰ্য্যোধন্না প্ৰপ প্ৰপ চংখিদুনা লুহুপ পায়দুনা থোক্লক্লে সেসে নংনা নিংবা থুংজরো ঐসু ৱাশক কোক্লগে লৌজরো। ফিগাউ শানা লৌরে, হল্লো হায়দুনা লানশঙ থোং থিংখ্রে আৰ্জ্জুন লাকপদা থা শিরমদাইগী থা থোক্লে হিয়াঙ্গৈ পোইনু লোন্নবা থানি লিক্লা উন্না লৈচিন মমায় গোবিন্দনা নিংথমদুনা সনাফিগে গুঞ্জা

ঙক্তা থোংদুনা মনাইবু ঙাইরম্মী।

আর্জ্জুন মবুংঙোনা শ্রীঅঙ্গ নিক্তুনা লৈবদু উরগা মাঙলে ইবুংঙো তোল্লবা ননাই ঐগীদমক ৱাবিরম্লে মপোকসিদা চরন ফংজরে হয়েংমুক্কী মপোক্তা ফংলরোই। ইতাউ অদুগীদমক ৱারুগনু ঐদি মঙাগীদমক ৱাখিবনা নিংথম্না চঙদ্রে। করম তৌরে হায়য়ু শ্রীচরনগী কৃপানা লুহুপ পুজরক্লে কদাই য়েংগে মবুংঙোদা লুহুপ কৎলি হেক উবদা মোমোন নোকই শোইদ্রে ইতাও অয়ুক্তা উপ্পদা নুমিৎকী মঙান নুংদাং উপ্পদা থাগী মঙানগুম্না ময়ানা শাবা য়াদবনি আদগী নবুধৌ ভীষ্মগী, লানশঙসিদা থবক অনীরক থোক্তনবা লুহুপসি উপ্পগা দুর্য্যোধন শাদুনা মপান্দা লেপলগা তেন নিরুরো আর্জ্জুননা তেন নিদুনা পুরকপা ৱারিসি কাশিরম ভারতকী প্রয়োক্তি শ্রীকৃষ্ণনা তেন পুদুনা চৎখ্রবদি ফগদববু ঐনা নঙনা নয়াম্না দুর্য্যোধন শাবা মালোয় নয়াম্বুংদি ঙৌই ঐখোয়নিদি মুই। অম্ববনা অঙৌবা শাবা য়াররোই হায়দুনা ঘটোৎকচগী মায়ানা শাদুনা তেন লৌবসি সঞ্জয় ভারত প্রয়োক্তা লেংজরে। মপু মনাই অনী লেংশিলক্লে দরবার মীয়াম্না খুরুমজৈ গোবিন্দনা ৱারুরনু লুহুপ পুরক্লে। ঘটোৎকচ লুহুপসি লৌরোলাউ নপন নিংথৌ শাদুনা চংলকউ ময়াম মাল্লি মানদে য়েংগে মপান্দ থোকখ্রগা মায়ানা শাদুনা চংলক্লে মানখ্রেদা সাজৎ, খুৎহাই, ঙকপু, মিৎয়েং, সুক্কাই কাইদে মাল্লে মানবা নত্তে থাঙ্গৈশেংনা ওইরে। শ্রীকৃষ্ণনা ঘটোৎকচ খুমদে কৈদৌরে খুমদ্রবদি খোনথোক্তা মাল্লবদি থাংঙৈশেংনা ওইরে। ঘটোৎকচনা ননাই ৱারী অমতং হঙ্গৎচগে কনাগুম্না নিপা অমনা য়াম্না লাইরখ্রে করিননো ঐনা অসুক তোল্লিবসি করিগীনো, হাইনা কনাগুম্না মীদা হংবদা নংদি করি সুক, লাইদ মীদা দান ধর্ম্ম তৌদে হায়। নুমিৎ অদুদগী মানা ঙমজবা মপাঙ্গল ওইরবসু দান তৌরে।

মানশিরগা মপোক অমদা নুংঙাই য়াইফনা, শাগৈ জাৎ অফবদা পোকহনবিরে ঐগী ইবুংঙোগুম্না জাতীশ্বর মপোক খংবিবনা মীগী দান তৌজদুনা মপোক ওলবদুবু নহান লাইরৈ হায়দুনা লাইরবা হায়খিদ্র। নহামুক্কী মপোক্তা শাগৈ জাৎ তোল্লি তাবদা কৃষ্ণনা ঐদি ঙশাইমখৈ ৱারী ওইরবোই খল্লি মাদি ঐঙোন্দা প্রমান তৌরিবোরে। গোবিন্দনা ইমাক নিংথৌ খুমদে মমাই হুৎ লৈথোকই ইবুংঙোনা খুরু খুদক লৈতারগা খূৎ অনী লোন্দুনা ইমাকনিংথৌ সর্ব্বভুমা পতি খুমদে মমায় হুৎ লৈথোকই গোবিন্দনা ইমাকনিংথৌ মেদীনি পতি দুর্য্যোধন কনানো মাল্লে মাল্লে ময়াম ৱাৱা লাউনরে কৃষ্ণনা ঐনি ইমাক নিংথৌ কৈদৌবা লাকই হায়য়ু লৈপাক মঙাদং নিজরি কৃষ্ণগী থৌ লৈতে হল্লো হল্লো মাল্লে হায়দুনা ময়াম নিনবদু অসোমদা যুধিষ্ঠিরনা তাবদা মবুংঙো লেংলক্লে হায়দুনা নামশোল্লুবদগী খুৎতা মালা পায়দুনা খংহৌদনা হেক চঙলকই দুর্য্যোধন উবদা ইনাও ইবুংঙো দুর্য্যোধন লাকইব্রা হায়না কৌই মায়াদি ওনবা নংহৌদ্রে কৃষ্ণ শাদুনা গান্ধী অদুম সরো দাদা ঐ লাকচরি মপান্দা দাদা হায়খ্রে ময়াম নোকই কৈদৌবা লাকপগে। ইনাও ভীম উনগে লাকপনি

ময়াম্না মপাদা ইনাও হায়খ্রে হায়দুনা ময়াম্না খুবাক খুই, ননাও উনরো ইয়াম্বা নাম শোল্লুখিগে চঙখ্রে ভীম্না ঘটোৎকচ পিতাজি, পিতা হায়নু ইনাও য়াইমা হায়য়ু গোবিন্দনা খিৎ তোকলোদা ভীম্না থৰাই নুংঙাইতে পিতাজি ৱারৌবগিনু গোবিন্দনা শাদুনা শারবদি মাননবা শারো হায়দুনা শাবনি অদুবু নপা ঐঙোন্দা শাদ্রবদি শানিংঙাই লৈত্রবরা আর্জ্জুন হোয়দু মশাউদনা/অসুম্না কৃষ্ণনা ময়ামগী অৱাবা কোকহলি ইবুংঙোনা চৎলো য়ারে। তম হেনখিদৌরে মবুংঙো খুরুম্লগা ময়াম বিদাই, তৌদুনা কুরুক্ষেত্র শমদুনা চৎখ্রে ভীষ্মগী লানশঙ য়ৌরে।

গোবিন্দনা, মতমদি ঙসি তেনবিয়ু হায়বা য়াররোই হায়দুনা মায়াগী চিংখৈ অমা, শেমখ্রে। মতম চারে হায়দুনা মবুধৌবু হৌদোক্লে ইবুধৌ লেংখৎপিরো নোংঙাল্লে ভীষ্মনা দুর্য্যোধন নোং ঙালব্রা থাংঐঙেশেংনদি ঙানদ্রি চিংখৈ হুলে লেংখৎপা য়ারনি। ভীষ্মনা করিনো ঙসিসিবু ইতুম তুমদ্রি মালে খল্লিদা ঐগী মিকপসি কাইরবোরে অসুম খল্লি ভীষ্ম হৌগৎলে বৃন্দা খুরুমলে মবুধৌদা খুরুমজৈ তেন মঙা পীবিরো ঙাইখো হকচাং শেংদোক্ত্রি আসনসিদা ফম্মু ইবুধৌগী লানশঙদা ফিদা ফমজরোই, হাই ইশুদি অদুগুম্বা ব্যবহারকসু মখংজরবোইরে নিংথৌদি লৈপাক্তা ফমহৈদবনি অসনদা ফম্মু ঐ ইরুজরুগে খুজাই ফিদক পায়দুনা অয়ুক্কী সেবা দাতোন লোইরে অসুম্না পূজা লোইদুনা কারকই বৃন্দা শেবা লোইরে মতমদু মায়াগী চিংখৈদু অসুম ঙানখৎলকপনা ইমুং ফাউবা মঙান চংলক্লে। মদু উবদা ঘটোৎকচনা শারিবা দুর্য্যোধনদু লৈবা ঙম্লক্রে ঐগী মায়াসি কদাইদা থুংদবা য়াউরিবংগে মতোমদা চেপ্পা চেপ্পা য়েংলকলে অদুক ঙানথোক্লক্লে ফিদাদু ময়াইদা ফম্বা ঙমদদুনা মচি মরুম য়েংদুনা থোং মরুমগুম্বা ফক্লাং মনাক্তা ফমলে ভীষ্মনা হাই করিগীনো মতাই ফম্বদি ইবুধৌ লাশঙনা পীকপনিনা ঐনা শোকউ তারুরগা দোস ফংগদ্রা কিদুনা মতাইদা থৈদোকচবনি। ইশুদি য়াম্না নিতি চুম্লে হায়দুনা থাগৎলি তেন্দু ফংজবা য়াদ্রিবরা ঙাইখোদা পীগদবা মরৈরে ঙাইঙমদবা তৌনু নাম অমুক্তা শোনখিগে লাইপোৎ পুথোক্কুনা বৃন্দা মখোংদা তিলক ধারন লোইদুনা কোক্তা নামাবলী কুপ্পুনা খৃৎতা নাম মালা পায়দুনা মিৎ উইশিন্দুনা লাইনিংখ্রে ? মদু উবদা ঘটোৎকচনা মায়ানা য়ারিঙৈদা থাংঐঙেশেংবদু লাক্কুনা লানশঙসিদা দুর্য্যোধন অনী ফাংনদুনা চোপ্পুনা তোক্করনি লাইনিংলিঙৈসিদা তেনন্দোং সিলাক্কুনা চেল্লসিরা খল্লে অদুক য়াম্না ঙাম্বোক্লক্লে। উচিন নাচিন্না নামশোনবা লোইরে লাপাৎ থাংজিনখ্রে তেন ফংজরগে হাইরে তেন্দোং পুথোক্লক্লে তেন মঙা পুথোরক্লে পীগদবোই নিংদুনা লৌজরগে হায় ঙাইখো পীবা য়াদ্রি। পরিক্ষা অমা তৌখিনি লাক্লিবা নং অশেংবরা মায়ার য়েংখিনি নঙবু দুর্য্যোধনলা শেংনা খুম্মু করিগীনো ইবুধৌ তশেংবা নশুনি নঙবুদি ওইরিনি যত্র তৌদবা য়াদে অসোমদা মায়া ঙম্বা য়াউরি ঐসু, ৱাশক কাইনিংদে নংগিসু কান্নবনি লেপ্পু মিৎয়েং অহুম য়েংদুনা ফাগনি মায়া ঙম্বা

ঘটোৎকচ থাংঙৈশেংবা দুর্য্যোধনলা য়েংখিনি হায়বিদে হায়নি মায়া ওইরবদি হাইজহৌ তুমদুনা তোকচনি অহুলক য়েংবদা সোইদনা উৎওইনা তুমগনি মসি তাবদা ঘটোৎকচনা সোইদ্রে তুম্বা তারে মসিদা চেল্লবদি ইপা ইতোন শিবা তারে করম্লো হে ইবুংঙো দিনবন্ধু ননাইনা শিরবদি তেন মঙা কনানা চরন্দা কৎকনি ননাইগী প্রানতদি কনবীয়ু অগতের গতি অনাথের নাথো হা কৃষ্ণ অসুম্না বৃদ্দি মবুংঙো কৌদুনা কপ্লক্লে মবুংঙোগী শ্রীচরন থম্বান, অনীদু থমোইদা চেৎনা কোল্লগা ভীষ্মগী মাংদা লেপখ্রে অন্তর্জামি কৃষ্ণনা মনাই কনগে হায়দুনা অর্বেভাব ওইনা লেঙলক্তুনা মনাইগী মাংদা কনা উহন্দনা বিরাজ মান ওইখ্রে। মখোং লোমদগী য়েংলকই ঘটোৎকচনা খোং মতোন খজিক্তং তুম্বদা চোংথোকে খল্লি তুম্মেদা খোংগীলম ওইদুনা, মন্ত্রচংদ্রী মাল্লে খ্বাং য়ৌবদা তুমদৌরি মাল্লে খল্লি তুমদে লাইবক য়ৌই তুমদ্রে, অহুমলক য়েংবদা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা তুমদ্রে/তুমদে খংঙদুনা মিৎয়েং অহুম নত্তবা করি করি লৈরিবগে য়েংবিবা য়াখিনি।

ভীষ্মনা হাই ঐগী মিৎয়েং অহুমগী মন্ত্রসি কুইমন্দুনা সিদ্ধ ৱাৎলমলবসু হৌজিক খুদক্তা হেক ফংবা জল চাইবি হায়বা অমা লৈরি চাইখিনি হাইরে। ঘটোৎকচনা অরেম্বদগী হাইরুরেদা মিৎয়েং অহুমদু তুমদ্রদুনা জল চাইবিদা চৎলু তমখ্রবোইরে শিবা তারেদনা মবুংঙোগী নাম কাউজদ্রে হন্দক্তা অরোইবা ওইরেদনা হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ ভীষ্মনা খুবাক্ত হাপ্লগা মন্ত্র শোল্লগা মমাই তম্না চাইবদা কৃষ্ণনা সনা ফীগে কুঞ্জানা নোংথাংকুপ্লগুম হাইবদা ঈশিংদু মরিক অমতা চোংদ্রে মনাই কলম্লগা গোবিন্দা লেংখ্রে। দুর্য্যোধন শোইদ্রে হায়দুনা তেন মঙা লৌরো তেন মঙাসি লোইনা কাপকনু অমা অনী খাকউ করিগীনো ইবুধৌ হয়েং মমা কুন্তিনা শিরগা চেং থোইদিং খরদং হরি কৎনবা অমনিদং কল্লু। নুংশিদা ইশু মঙা শিবা তারেদনা ভীষ্ম কপলকলে। ইবুধৌ নসু মঙাদু নুংশিবিব্রা নুংশিদা মরাইবক থিবা মঙানি ঐগী ইনঙ্গন্দা চাউখিবা মঙানি হায় অদু ওইরবদি অমত্তসু হাৎচররোই হায় তেন মঙাদু লাকপোই মুনবোই তৌদুনা লানশঙ মরুমগুম্বদা পাকথ পাকথ চেনখ্রে মদু উবদা ভীষ্ম ঙক্তুনা লৈহৌই ঘটোৎকচনা তেন মঙাদু মবুংঙোদা কৎলি শ্রীকৃষ্ণনা সহদেবা মৈ হৌগৎলু হায়দুনা তেন মঙাদু মৈ থাখ্রে হৌজিক্তি মঙাগী প্রতিকার লোইরে ঙাইহাক পোত্থানরসি হায়দুনা লাংশঙদা খোখোৎপা তুম্লখ্রে।

গোবিন্দনা মায়াগী চিংখৈদু লৌথোকপদা থাংঙৈশেংবা চিঙ্খোগা তাইনখ্রে ভীষ্মনা ঙসিগী চিংখৈসি কুইন হুনখ্রেদা ঙাইহাক্তং নাম শোনখিগে হায়দুনা বৃন্দা মখোংদা নাম মালা পায়দুনা নাম শোন্দুনা লৈ। মতমদুদা দুর্য্যোধন ফিশেং শেৎতুনা তেন লৌগদবগী লাকই মবুধৌনা লৈরম্বদু উবদা হায়নবদি শোইদেদনা ঐবু ঙাইদুনা লৈবিরম্লে ইবুধৌদা খুরুমজরি করিগীনো নঙনা লাকপবো ঙারাংগিদুগীনিমা ঙরাংগী হায়বদি তেন মঙাগীনি খঙলে হায়রম্লগা তুমিন নাম শোন্দুনা লৈ। ঙায়হাক ঙায়খো হাইরি মাল্লে খন্দুনা লৈ

ইবুধৌ ফংজবা য়াখিরোইদ্র করিবো তেন মঙা পিবিনি হায়বদু লৌজরগে। অসুম্না অমুক অনীরক শুরবদা ভীষ্ম শাউদুনা হায়রকই নঙোন্দা পিগে হায়বা তেন কয়ানো মঙাদনি, অদুদি অমুকসু লৌগে লাকইব্রা ঐবু অহল ওইরে কাউরম্লনি খনব্রা হৌজিক্তা নখুত্তা পীদুনা চৎখ্রবদু পেন্দ্রীবরা নঙোন্দা পীবদু তেন নৎত্র গদারা থাংলা তানিংদে হল্লো। মদু তাবদা করি ৱানো ঐদি লৌজদ্রি হায়নু লৌদ্রি, ফৈ ফৈ মায়া নঙ খংগনিদো ঘটোৎকচ নঙগুম্বনা ঐঙোন্দা মায়া তৌদুনা লাকচবা শাই নথ্বাই মাংনিংদ্রবদি চেনহৌরো করি ৱানোনে ঐদি দুর্য্যোধননি হায় মাংদা লেপ্লু মায়ানি নত্তে য়েংবতারি মিৎয়েং অহুম য়েংগনি, য়েংবিয়ু থৌনহাই য়েংই তুমদে জল চাই তুমদে করিনোনে। ঙশাইসু য়েংঙি তুমদে হৌজিকসু য়েংঙি তুমদে করিননো মন্ত্রসি মগুণ মাংলবরা ঙাইখো দুর্য্যোধন নঙগী লুহুপ উপতবদা মায়া ওইরবোই নিংই নিংথৌনা রাজবেস সুদবা করিননো ইবুদৌ ঙরাং নুংদাং আর্জ্জুন্দা পিখ্রে ৱাশক অমা লৈনদুনা লুহুপ পিথোকখ্রে অদুননি করিৱানো লানফমদা করিগী, নকোক্তা উপা লুহুপতি য়েক্লবদা করিগী পীবগে অচৌবা দোষ অমা লৈরে য়েক্লবদা মরনাই নকোক পিবগী দোষতু নঙনা ফংবা তারে তৌহৈদে ঐ অমুক্তং য়েংখিগে হায়দুনা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মায়াবু কনবিখিবদু হেক উবদা ভীষ্মা পুক্লীং নুংশিদুনা হায় দুর্য্যোধন লৌখ্রেহে কনানা ইবুধৌ ঘটোৎকচনা মনুংসিদা ভীষ্মনা ইকাই নুংশি য়ানদুনা হায়রকই দুর্য্যোধন ঙসিদি লান লোইরগে হল্লো চাবা থকপা লোইয়ু ইপুগী নারায়ন অষ্ট্রা থাদুনা লান লোইরগে হায়দুনা লানগী উজোম লোইরে নিতিগী লাম্থোক্তগী হেন্না ঙন্না জয় লাউদুনা থোরক্লে লানগী ধনি তাবদা মঙাগী তেঙ্গোন হৌগৎতুনা থৌরাং খোখোৎপা লোয়দুনা লান থোরকই মতমদুদা অৱাংগী গঙ্গা মপান্দা য়োৎকী সগাই মথক্তা লৈরিবা একলব্যগী আত্মা ব্রম্না ভীষ্মগী তেন্দোংদা, নারান অষ্ট্রা হাপ্তুনা থোরকপদু উরে। মতাংসিদা ঐনা মঙাগী উপাই তৌরমগে খন্দুনা অকাসবানিগুম্না লাউরক্লে।

মঙাগী তেঙ্গোন তারো ভীষ্মনা নারান অষ্ট্রা কাপ্তুনা লান লোইখিদৌরে জীব হিংনবা উপাই য়েংহৌরো হায়দুনা তোইনা তোইনা লাউরক্লে। মদু হেক তাবদা কৃষ্ণনা হায় ময়াম চেল্লসি নৎত্রবদি শিবা তারে আর্জ্জুন্না হায়জৈ চেনবা হায়বসি তাকপীগনু ননাই ঙমজরোই লান্দা চেল্লবদি ঐদি শোইদনা নরক তানি চেল্লরোই হায়দুনা থাং পায়দুনা আর্জ্জুন হেক চেনবদা পুরোন তরামরী লোইনদুনা চহী মশিং খঙদনা নুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ নরক তাগে নুমিৎ থানা শাক্তি ওইসনু ক্ষেত্রিগী অরোইবা থাং চিক্তুনা ৱাশকখ্রে। ভীম্না মনাউগী ৱাশক তাবদা পেল্লদুনা অদুনিদনা পোক্লবদি শিবা হৌনৈ ননাই ঐশু ৱাশকচগে শ্রীচরন্না মীতিল্লিবা ময়াম্না শাখি ওইবিয়ু চেনখ্ররোই হায়দুনা গদা পায়দুনা ৱাশকলগা মবুংঙোগী চরন য়েংদুনা করি লৈত্রবা ঐনা প্রলোয় ঙম্বা তেনগী মাংদা চেল্লোই ৱাশকপদি ইবুংঙোগী শ্রীচরন লৈরি হায়দুনা ৱাশকপনি

কনবিগে কনবিরোই তব-ইশানি হায়দুনা চরন কোন্দুনা কপখ্রে হরিনা পেল্লদুনা হৌগৎলো ময়াম য়েংদুনা হায় লানগী থৌবু ওইবা অনীনা ৱাশকলি ময়াম ঙাইখো ৱা হায়গে, ঐদি মীগী সারথি ওইরুরবনিনা দোলাই থৌরুখিগে ঐগী মোইবুং অনীশুবা মখোন্দা তা গদা খৃৎশু খৃৎলাই লোইনা থারো পালো হায়না তেনগী মাইকৈদা লংশিল্লু অহুম শুবা মোইবুং মখোন হেক তাবদদা নমাই ওন্দুনা চেল্লো খৃৎলাই থাদুনা মমাই ওন্দুনা চেল্লবা জীবদি হাৎতবনি। অসুম তাকপীরম্লগা শারথি ফমফমদা লেংশিন্দুনা চুপলি খুর্জি পায়দুনা দোলাই থৌখ্রে। নোংচুপ্তগী গোবিন্দনা কপধজ দোলাই থৌদোকই নোংপোকগী গঙ্গা য়েকপা দোলাই থৌজিল্লি দোলাই অনী মায়োক্লে তেঙ্গোন অনী কাগুপ মায়োক্লে জয় ধনি লাউনৈ পুং য়ৈনৈ মোইবুং খোংনৈ ফিরাল থাঙ্গৎনৈ কুরুক্ষেত্র থক থক নিকই লান্মীনা শাওদুনা কনানো হায় আর্জ্জুন ননাই ঐনী ননাই হায়বদি আর্জ্জুনি পাণ্ডবকী আর্জ্জুন ওইরবদি ঐঙোন্দা খুরুমফম থোক্তে মতিক মগুণ চাওবা বিজয় পত্র ফংবা নঙনা সঙ্গ ফবা নঙনা খুরুমফম থোক্তে ঙরাংদু কনাগুম্বগী মচিন্দগী তেন মঙা পিখিদৌরে তাবদা ঐগী লানশঙদা ঙাইহাক্তং লাক্তুনা তেন্দু পিথোকে অদুদি নত্তনা মায়া ঙম্মী হায়দুনা ঘটোৎকচ থারক্তুনা লৌখি।

ঐবু ইকাইবা পীরগা হৌজিক্তি খুরুম্বা শাই শঙ্গ ফবা মীনা শঙ্গ লৈজদবা মীদা খুরুমফম থোক্তে ঙসিদি ঐগী নরান অষ্ট্রা থাদুনা লান লোইগে নংগী সঙ্গন কনবা ঙমত্র য়েংগে, হনতোকখ্রো য়েংনিংদে। মবুধৌগী অশাউবা ৱাদু তাবদা কিবনা দিহে নিক্তুনা তুমিন লৈখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা ইতাউ নঙবু ক্ষেত্রি মচা নৎত্রা করিগী নরু লুক্তুনা লৈরি দোলাইদা কাখৎলগা ক্ষেত্রিগী নগুণ ঙাক্লিবদি। কাপুরুস চিংবনি মবুংঙোগী ৱা তাবদা দোলাইদা কাখ্রে কৃষ্ণ ৱারৌদুনা নহান মখৈদি চামমঙাগী মবুধৌ অসুম্না তাকপী নুমিৎ অদুদি ভীষ্ম নঙনা ঐবু ৱারকপা নতিক করি লৈ ঐনা ঙশাই মখৈ তাগে হায়না তাবনি নশু ৱারকপদা মীসু য়াওনা ৱারক্কনু নঙগী তেন্দোংদা নারান অষ্ট্র তেন মচা অমা য়াওরগা ঐঙোন্দা নাপন তৌজসাই, ঐসে নারান কয়াগী মপুনো খংদ্রে, ঐনা মঙাগী তেঙ্গোন্দা য়াওরি খংদ্র, ঐগী থৱাইনা লৈরিঙে পাণ্ডব মঙাবু ইতম্পাক্তা কোন্দুনা থমিঙৈদা শম পায়দুনা চিংথোকলগা ইমাংদা কক্কদবা মরোন তরামরিদা কনা পোকই মঙাদি থমখো ঐগী ইরুম থুপ্পা লৈরিবা তেঙ্গোল অমা ফাওবা কৈদৌজবা ঙমগনি নংগী মগুণ লৈবা নরান অষ্ট্রগী মমাংদগী মঙামক তেঙ্গোল লোয়ননা, কনবা হেক ঙমদ্রবদি কৃষ্ণ ঐসু ৱাশক্কে তারো অয়াম্বা দেবা দেবী লেংলিবা, জীব পূম্নমক্লা শাক্ষি ওইরো যদুবংস ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ ইমা রোমদগী পুরোন তরেৎ অনী তরামরিগা লোয়ননা নুমিৎ থানা পাল্লিবা অদুক্কী মখৈ নরক্তা তাখ্রগে হে সত্যানা শাক্ষি অসুম ৱাশক্লগা ভীষ্মনা তাজৌ হায়বিগে নঙগী একে নরান অষ্ট্ররহুক সর্সেক নারান অষ্ট্র কিংকরি সতি নারা অষ্ট্র

লীশীং অমনা কৈদৌজনি থাজরকউ মবুংঙোগী ৱাদু হেক তাবদা দোলাইদগী কুমদুনা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা খুরুমজে ননাই ঐনা থৌগল্লোন কাইবদি ইবুংঙোগী ৱাহৈদুদা তাকপিরক্লবা হঙ্গপনি শোইদনা কনবিয়ু হায়দুনা খুরম্নগা দোলাইদা কাদুনা লিরুং পায়রে আর্জ্জুনসু লিরুং পায়রে লিরিশিৎপা মানৈ ধনু তঙ্কার মানৈ শরিক খোঞ্জেন তাবদা অকাসদা লৈরিবা লাইয়াম্না করম্নো মাহাপ্রলয় ওইবা তারে হায়না লাইগী মখৈ চিম্বান থকখা কংনরে। ভীষ্মনা চয়োন খুদিং পুজা কত্তুনা থমখ্রবা পৃথিপ্রলয়, পিব ঙম্বা নারান অষ্ট্র লৌথোক্লে তেঞ্জীদা য়েৎপ কব্রং অঙৌবগী ফি লৌথোকপদা তেঞ্জিন্দা মৈন ফ্রি ফ্রি কাম্মী। ৱাহোং মত্তুনা তেন্না চল্লিবদু য়েংবদা অঙকপনি, মদু উবদা গোবিন্দনা উরেদনা ইতাউ কাপত্রিঙৈদা মৈহৌবা হেক কাপদা মহাপ্রলয় ওইরনি ঙসি করি থোক্লগদবা তম্বা ঙমদ্রে আর্জ্জুন নপুগী তেনসি হেক কাপ্পদা মাইওন্দুনা চেন্দ্রবদি মীদুদি মৈনা চাক্তুনা শোইদনা শিরনি নং ঐ হেক চেনসি? মতু তাবদা আর্জ্জুন ননাই ঐদি চেঞ্জবা ঙমলরোই হেক চেনবদা পুরোন পেরোন নরক তাখ্রনি ঐনা নরক্তগী কলম্নগে পোক্লবদি শিবা হৌনৈ ঐদি অমর নতে। ঙমলে তেন ককলগা ইমাগী শেবা ফংগে ঙমদ্রে শিরবসু থৱাই মঙাসিনা ইমাগী লমন শিংলম্নগে মায়দদি ওল্লরোই।

ভীষ্মনা লিংরুং তংঙ্কার তৌদুনা তেঞ্জিন্দা নারান মন্ত্র সোল্লগা তেঙ্গা থোংনদুনা জয় কৃষ্ণ সুন্দা তেনফরং কাপ্পি সৎ তোকপদা তেন্নী তেঙ্গাদা তেন্নী পাইথোরকপদা মৈগী মশক ওইনা তেঞ্জিন্দা মৈনা ফ্ ফ্ কাম্মী স্বৰ্গ খেৎ খেৎনা পাইরকপদা লৈচিন পূম্নমক মৈনা চাকখ্রে লাইগী মখৈ মীপাইনরে, স্বৰ্গ মৈচাকপা তারে করমনো কুরুক্ষেত্রদা লৈরিবা তেঙ্গোন, পূম্নমক খুৎলাই লেপ্লদুনা য়েংদুনা লৈনরে তেনগী তেঞ্জিন্দা নারান পাম্বোম মরি পান্দুনা খুৎলাই মরি পাইদুনা লেপখ্রে। মদু উবদা কৃষ্ণনা হায় উরব্রা ইতাউ মসিদবু কনানা লেপা ঙমগনি চেল্লসি। আর্জ্জুন্না হায়জে ঐ মায়োক্লগে হায়দুনা লিরুং পায়দুনা তেন শত্তুনা কাপ্পি মতিক মগুণ লৈবা ময়াদা মৈ হৌবা ঙাক্তনি অদুবু নারান অষ্ট্রগী মৈনা প্রোক প্রোক চাকথেক্তুনা অরেম্বদা মাংই আর্জ্জুন নারান অষ্ট্রগী লম্বী থিংলগে হায়দুনা তেনগী জাৎ অখাকপা লৈতনা থাজিনলক্লে অমর্থ সমর্থ ইন্দ্রজান ব্রহ্ম জান্নচিংবা তেনগী মপৈনা স্বাৰ্গ কুপখ্রে নুমিৎকী মঙান পৃথিবীদা তাদে। আর্জ্জুনগী তেনয়ামদু মৈন চাকথেকলবুদি থৌবোনগী অংকবা বোনবু লাম্মৈনা চাকপগুম্মী তঙ্গোই ওইদুনা থাদৈ তেনকুংবা ৱাৎপননী অমুক সিবাবান দুর্গা কৃপাদা অচৌবা চিংমাই উহনদবগুম নারান অষ্ট্রগী মশক উখিদ্রে নুমিৎনা লৈচিন চাকথেক্তুনা থোরকপগুম নৌ চাকপদা তেনয়ামদু উৎ ওইখ্রে। কৃষ্ণনা মোইবুং খোংলক্লে তেংঙ্গোন ময়াম খুৎলাই পায়নরে থাং তানচিংবা ইতাউ চেনসি আর্জ্জুন্না চেনবা তাকপীগনু মোইবুং অনীরক খোংলে তেঙ্গোন্না খুৎলাই তেন্দা উৎলি নরান অষ্ট্রন সাওদুনা তেঙ্গোন চাক্লে হায়দুনা মৈকাপ্লকলে

গোবিন্দনা চাকখিবনা হানবা তারে মোইবুং অহুম লক শুবা মখোন হেক তাবদা অদুক য়াম্বা খূৎলাই ময়ামদু থারো পাল্লো হায়দুনা খোখোপ্পা লংশিল্লগা মাইওন্দুনা মথ্বাই পুদুনা মাইওন্দুনা চেল্লে অদুক য়াম্বা খূৎলাই মশিং লাওমদবদু মৈন আমুক্তদা প্রোক প্রোক চাকথেকই মদু উবদা কৃষ্ণনা য়াররোই খংদুনা দোলাই কাংমাই লৈদুনা নোংচুপ লোমদা দোলাই থৌখ্রে? আর্জ্জুন দোলাই তুংওইননা চোংথদুনা পৃথিদা লেপ্তুনা লাম্বা পানৈ দলাই খরা থৌদোক্লগা মনাই য়াওদ্রে খংলদুনা শগোল মরিদা দোলাই সিনরে নখোয় মরিনা দোলাই পুরল্লো নমাই ওলক্লনু নবুংঙোসি ঐ পুরক্লগে হায়দুনা মনাইগী নাক তম্না চেনশিল্লগা শ্রীভুজন মনাইবু ফৈবম্নুনা চেৎনা থবাক পকনা কোল্লগা মাই ওন্দুনা নৌরবা চরন্ন কুরু ক্ষেত্রগী লৈকন্দা থাং তান থলবা মরক্তা পদগতি চরনৌ মনি নোপুর রুনু ঝুনু বাজত প্রেমহি তরংঙ্গো। মনাই পুদুনা লেংখ্রে কুরু ক্ষেত্রদা মনাই কোল্লগা পৃথিদা ফমদুনা লৈখ্রে নরান অষ্ট্রনা কনা খূৎলাই পায়দুনা লেপিবগে হায়না সুন্দা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈখ্রে। অসোমদা চেল্লকইবা তেঙ্গোন ময়ামদু ভীম্না মাংওইননা গাদা পায়দুনা মাংওইননা থৎতুনা খামখ্রে চেনগনু ঐ শিদ্রিফাওবা ময়াম চেনবিখিনু হায়দুনা ময়াম তানবা লাউদুনা খামখ্রে। ভীম্না অসুম্না তেঙ্গোন খাম্মগা গদা পায়দুনা তেঙ্গোন পম্বান লান্না চরাম্নবা নোংশাগুম ফন চোংদুনা নোংপোক ওন্না চপ লেপ্পি। অসোমদা নরান অষ্ট্রন মমাংদা কনা লেপা উদ্রবদা কনা লৈত্রে হায়না মমাই থোক ওন্দুনা তেন্দোংদা হনঞ্জিনখ্রে ভীষ্মনা নিংবা থুংলে হায়দুনা মমাই ওনবদু হেক উবদা ভীম্না কৌরকই ওহে ইবুধৌগী নরান অষ্ট্র ভীম চেন্দ্রিয়ে হলকখো ভীম্না কৌরকপা খোঞ্জেনসি হাইফেৎতং তাবদা তেনজিন হূৎলৈশিন্দুনা ভীষ্ম মায়োক্নে শাওদুনা মৈহৌই নবুংঙো কৃষ্ণ ফাওবা ইমাংদা চেল্লবদা নংগুম্বনা ইমাংদা লেপ্লদি হাৎলগে, হায়দুনা মৈহৌবা তেন অৱাংবদগী পাইশিল্লক্নে, ভীমসু গদা অহুম লক কোকতোন খেৎনা লৈবদা গদাগী পুমংমাইদা মৈহৌরে গদানা ভীম পংঙিদা নরান অষ্ট্রসি পারু হায়না অমুক্তং লংলবদি লাম্বা পাদুনা নংগী লমনশিংগে হায়ববু ঐবু থাদোক্রেদা ঐনা মীরোন ঙাংবা য়াদবনিনা তেনগী মৈ ভীমদা চাক্লদবসি ঐনা ঙাক্লগে খন্দুনা গদাগী পূংমাইদা চিরা নিপান্দ মৈনা অতৎ অখম লৈতনা কামলক্নে ভীম্না গদা খুদুম চেৎনা পায়দুনা তেনঞ্জিন ফুদেক্নে হায়দুনা পৃথিদা মৈতান অরাবদা নেৎপগুম চেনশিনলি তেনসু মথবাক কাপখাইগে হায়দুনা পাইশিল্লি তেনগা ভীমগা থেংনগদবা লম কুন্দা মঙায়রে। তেনগী মৈনা ভীম চাক্নে তৌবদা গদাগী মৈনা থক ঙাকই মৈগা মৈগা থেংনৈ ভীম্না তেঞ্জিন ফুদেক্নে হায়দুনা য়েৎকী বাক্তা থোঙ্খোংসান লেপ্লগা গদা চিংবদু উবদা মগুণ লৈবা তেন্না গদাগী মগুণ উবদা চংবা য়াদদুনা তুংলোমদা লিরুং তরা হুহল্লি ভীমসু য়েৎকী বাক্ত গদা য়ংয়ং লৈ গদাগী হুংকারনা পুম্লিল নিল্লী তেন্না অমুক পাইশিল্লিকপদা ভীমগা থেংনগদবা লিরুং মঙাদা মঙাইরে ভীমগী মশাদু মৈনা পুময়োম য়োম্মী লাইমী পূম্নমক ভীম শিরে হায়বা চপ মান্নরে

ভীমসু তেন ফুদেক্কে হায়দুনা ওইগী বাক্তা চপ লেপ্লি তেনচংবা য়াদদুনা তুংলোমদা লিরুং কুন হনদোকই ভীমসু ওইগী বাক্তা অরাবা মৈতান্দা নেৎপগুম গদা লৈ। তেনসু অমুক পাইশিল্লি শ্রীকৃষ্ণনা মনাইবু কনগে হায়না আৰ্জ্জুনবু থনন্নগা হা দাদ য়াইমা কৃষ্ণ ননাও লাকচরে মিৎকুপ অমতং খাংবিরম্মো হায়না লাউরকপদুদা ভীমনা লানফম্না কনখিবনা মবুংঙোগী মাইকৈদা মিৎচি নামতং লৈদুনা খুরুমজবা ঙমখিদ্রে। হা ইবুংঙো বনমারি নারান অষ্ট্রগী কল্লবা মৈরক্তা নৌরবা চরন করিগী লেংশিনবিরকই নৌরবা অঙ্গদা মৈনা খনখিবা তারে মাংলে ইবুংঙো লেংথোকপিখ্রো। করি ৱানো দাদা য়াইমা কৃষ্ণ ননাউননা জুক খুদিং অবতার তৌববু কনাগী মরমগীনো ঐবু নুংশিবা ইনাইগী নৎত্রা মনাইগী নাক্তা লেংশিলকপা অদু উবদা নরান অষ্ট্রনা ঙসাইসু আৰ্জ্জুন পুদুনা লেংখি হৌজিক অমুক ভীম পুখিদৌরে মথবাক তম্না পাইশিলকপদা য়ৌগদবা থগাই মুক্তা ঙাইরবদা গোবিন্দনা মনাইগী সয়েং পায়দুনা তুংদা চিংথোক্লগা তেনঞ্জিন মাংদা চপ লেপ্পদা থৌরবা মৈগা লোয়ননা তেন শ্রীঅঙ্গদা খনখ্রে মৈমুৎখ্রে প্রেম পরিজাৎ পরেং ওইনা শ্রীগলদা থোনখ্রে। ওহে রাজ সভা তারো ঐগী দাদা য়াইমগী গদানা তেঞ্জিন ফুদেকখ্রে হায়না মীয়াম তানবা লাউখ্রে মনাইগী মগুণ হাপখ্রে ।

দাদা য়াইমা নারান অষ্ট্র পাবদা ৱাখ্রবোইদ কৃষ্ণ ননাও কোনখৎচগে মনাইবু চেৎনা কোন্দুনা হৌগৎপিরে ইবুংঙোনা হেক কোনবদা ভীম মপাঙ্গল হংঙ্গৎখ্রে। মবুংঙো চিংনা য়েংদুনা ইবুংঙো হৌজিক্কী নারান অষ্ট্রদু কদাইদা চৎখ্রবগে। দাদা য়াইমগী গদানা তেন্দু, ফুদেকখ্রে ননাই ঐদি ফুদেক্ত মাল্লে ইবুংঙোগী নৌরবা অংঙ্গদা খনখ্রমালে নুংতিগী য়েংজবদা ঙকশমদা থোনবা লৈপরেংদু ঙসিদি অমা হেলে নৌরবা জাতি পুস্প পরেংসি লাক্লক্তা ননাই কনানা কৎলম্বগে তাকপীয়ু কৃষ্ণনা ঐহাক্লা মঙাগীদমক ৱাজবসি উবদা নবুধৌ ভীষ্মনা ঐঙোন্দা কৎলকপনি চিংননু অসুম্না মনাইদা তাকপী। মসিদগী অমুক থেংনবা লানসি আৰ্জ্জুনগা ভীষ্মগা নুংদাংৱাই থেংনবদা প্রলয়গী খূৎকাপ থানৈ ভীষ্মগী তেনা আৰ্জ্জুন্দা শগোল মরিদা তেন্না থাই খাঙবা ঙমদদুনা আৰ্জ্জুন ৱাম্বুরে কৃষ্ণনা ইতাউ হায়না কৌবদা খুমদ্রে মনাই শিরে হায়দুনা গোবিন্দা দোলাই থক্তগী কুমলগা গুঞ্জা তুংদা থোংদুনা সনা খুজি সিখৎতুনা কাংগী চাকা পায়দুনা মনাইগী লমন শিংগে হায়না লেংশিল্লকপদা ভীষ্মসু দোলাইদগী কুমদুনা ঙক্তা ফি য়েৎতুনা মবুংঙোদা ভক্তি কৎচৈ কাংগি চাকাদু লংবিদুনা ননাইগী থৱাই লৌরিরো অসুম্না মখূৎ লোন্দুনা ভক্তি কৎচৈ।

আৰ্জ্জুন হিংঙ্গৎলক্কুনা মবুংঙোগী মতৌদু উবদা দোলাইদগী কুমদুনা মবুংঙোগী খূৎলাই পায়রোই ৱাশকপদু ননাইগী তরেৎনি শুবা লানফমদা অমুক খূৎলাই পায়রে দেবা দেবী মীয়াম্না শক্তি ওইবিরো ঐনা খূৎলাই পায়হনগে অহুমলক হায়না ৱাশকপদু অনীরক্তা মঙাইরেকো কৃষ্ণনা ইতাউ অমুক্তি পায়খ্রে অনীরক

ব্রাৎলি বাঁসিদি পায়হল্লনু হায় অমুক নুংদাংব্রাই লাম্বা পানবদা নুমিৎ তাগদবা খজিক্তা ঙাইরবদা আর্জ্জুনগী লাইবক্তগী হুমাং মতুম অমা তারক্তুনা মিৎলুদা তুংবদা নুংঙাইতদুনা লিরি চিংবদা খূৎপি মরুনা নাম্থোকপদা ঙাইহাক্তুদা খূৎ লোনশিন্নখিদুনা দোলাই তোংবা রথি লিশিং তরা মকোক কপগা নুমিৎ তাবগা মান্নে।



মোইবুং খোংবদা লান লেপনরে শ্রীকৃষ্ণদা খুরুম্নগা মাগী মাগী লানশঙ তম্না হঞ্জিন্নৈ তরেৎনিগী লান

লোইরে। নোংঙালে নিপানিগী লানশুরে গোবিন্দা খুৎলাই থোল্লি। মাপননিদা, খুৎলাই পায়বা শুরে ভীষ্মগী ৱাশক কাইদে দোলাই তোংবা লিশিং তরা কক্তুনা থাদৈ মোইবুং খোংদুনা, লানশঙদা চংখ্রে মাপন্নিগী লান লোইরে ভীষ্মগী শক্তিসি উবদা কৃষ্ণ পুকনিং ৱারে করম্লো মঙাবু পুরক্তুনা মমা কুন্তিদা পিরগে হায়রম্মী। করম তৌরগা মঙাবু লান জয় ফংহনসিগে ইবুংঙো ৱাখল তৌখ্রে। হয়েংদি ভীষ্মগী লালোইনি মসিদা মান তুদ্রবদি মহাভারত লানসি লোইররোই করম্লো। নুমিদাং দরবারদা মনাই মঙা য়েংদুনা হায়রকই দাদা মহারাজ নবুধৌ লৈরিবা মখৈ লান লোইবা য়াররোই হৌজিক নুংদাংগী মতমদা ভীষ্মগী লানশঙদ চত্তুনা হয়েং লালোই তরানি শুবা নুমিৎসিদা তুবিরো হায়না হায়জরুরো নৎত্রবদি লান লোয়বা য়াররোই হৌজিক চৎলো। করিৱানো ইবুংঙো লান ঙমনি হায়দুনসু ইপা পোকপা ইপুবু শিবিরো হায়বসি ঙমজরোই ইবুধৌ শাওরমগনি হায়। শ্রীকৃষ্ণনা দাদা মহারাজ চিংনবিনু অতৈ অমা ওইরবদি শাওগনি ভীষ্মদি হরাওরমগনি ৱারুনু মাদি ইশা মরোন্নী হায়জবা নৎত্রবদি তুবিয়ু হায়বা য়ারোই ঐগা লোয়ননা চৎলসি হায়দুনা গোবিন্দা মাংওইননা লেংখ্রে। মঙাসু মবুংঙোগী থৌগন তৌখ্রে।

অসোমদা ভীষ্মনা হয়েংদি ঐগী লাল্লোই ওইরে ঐবু নরক্তা তারগদ্রা হায়বগী ৱাবনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌদুনা হা ইবুংঙো দয়া নিধি থৌজান হৈবা ইবুংঙোনি ননাই ঐবু নোরোক্তগী অমুক্তা লানথোকপিয়ু ননাই আর্জ্জুনগা মায়োক্লে কৃষ্ণদা খুৎলাই অহুমলক পায়হলি হায়দুনা ননাইবু য়েক্লবনি খনবীগনু অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু কৌদুনা কপ্পদা মনাই ভীষ্মগী অৱাবা কোকপিগে হায়দুনা পাণ্ডব মঙা থারক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা মঙাদা হায়রকই ঐদি লৈহৌরগে ঐ য়াউবদি নবুধৌনা চিংনরনি অতৈগী লানশঙনা মৈ মল্লগা মৈথাল্লিবসি বর সেনাপতিগী লানশঙনি চংঙো ঐ লৈহৌরগে। মঙা চংলক্তুনা ইবুধৌ নয়ন য়াউনা চেপীরব্রা থোং অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। ইপু তুমদ্রি থোং হাংগে চংলকউ মঙাদু ভীষ্মদা খুরুমজৈ হৌগৎলু ইপু পেল্লে ফম্মু নহান মখৈ নোংমতা লাক্তগা হয়েং ঐগী লাল্লোই নুমিৎকী নুংদাংদা লাকপদি করি হায়নিংবগে নখোয়না হায়নিংবদু চিংনদনা হায়য়ু। মবুধৌ তুবিরো হাইগে লাকপা মঙাদু মপুবু নুংশিবা প্রেম্না হাইদোকপা ঙম্নদ্রে। ভীষ্মনা হাইয়ু তোইনা হংলক্লবদা ধর্ম্মনা হাই ঐখোয় মঙাদা লানসি জয় পীবিয়ু অসি হায়জগে লাকপনি মঙাসু চামসু ইশু ঙাক্তনি মিচং মিখাই নাইরম্লরোই ধর্ম্ম কাইদবা মীনা লানফম লেপনা মঙ্গল ওইসনু। অদু নত্তবা করিৱাৎলি হায়য়ু ননাই ঐগীদি লোইজরে। ভীমগী অমদি ৱাৎলি মাল্লে, হায়য়ু য়াইমা করি ৱাৎলি ভীম্না ইবুধৌ হয়েংসি শিবিরো হায়না খুরুম্লে। শাউবদি হায়রুনু পেনখ্রদুনা নুংঙাইরেদা শিরগা নোরোক তাররোই তুবিরো হায়রোইদ্রা, হায়বগী ইপুদি ৱারুরেদা নঙনা নোরোক্তগী ঐবু লাম্থোক্তুনা হয়েং ইপু তুরগে ঐনা তুগদবা মীশক্তি আর্জ্জুনগী খুবাক্তা তুরগে।

# ভীষ্মগী ১০ নিগী সেনাপতি লোইবা
## শর শয্যাদা পোত্থাখিবা

ভীষ্মগী ৱাসি তাবদা আর্জ্জুন্ন হায়, ইবুধৌ ঐঙোন্দদি হায়বিনু ইবুধৌনা নুংদাংৱাইরম দলাইতোংবা লিশিং তরা চপ মান্ননা মকোক কক্কনি হায়বদা ঐনা ইবুধৌগী মাংদা লেপি হায়দুনা নঙবু য়েক্লবনি খনবীগনু ইথক্তা ইয়াম্বা অনী লৈরি। ঐঙোন্দা হায়বিনু ভীষ্মনা হায় হে আর্জ্জুন নঙবু য়েক্লবনি নিংদে ক্ষেত্রিগী ধর্ম্মনি নয়াম্বা অনীনা মপাঙ্গল শোল্লি ঐবু তুহনবা ঙমলোই হায়বা নত্তে। হয়েংদি ঐগী লাল্লোই ওইরগে মতুংদা অমুক খূৎলাই পায়দুনা লান থোক্লরোই বিররোস চুপলিবা নবুংঙোদা ইপুগী লৈজবা বিদ্যা পুম্বা খোখোৎপা শ্রীচরন্দা কৎলম্লগে মতম অদুদা লান্দা ৱাবনা হরেকৃষ্ণ হাইবা নামদু ইচিন্না শোনবা ঙমদ্রবসু নঙগা লাম্বা মায়োক্লরবদি আর্জ্জুন নঙনা নহানমুক্কী মপোক্তা হন্দক মুক্কী মপোক্তা করম্বা হোম জোপ তৌজদুনা নবুংঙোনা মতম পূম্নমক্তা আর্জ্জুনবু থাদোক্তে হয়েংসু নবুংঙোনা ইশুগী দোলাই থৌরিবনি ইপুগী শিরমদাইদা ইচিন্না শোনবা ঙম্লক্লবদা পাপ চেলবা ইমিৎনা ইশুগী দোলাই মাংওইননা বিরাজ ওইবিরিবা শ্রীচরন তঙাং তঙাংলবা খোংচেপ খুয়া থম্বান মানবা অনিদো পুর্ণিমাবু ঙমজবা মাইথোং থম্বান ইপুবু অমুক্তা দর্শন ফংহল্লু ইপুনা নঙবু য়েক্লবনি হায়দুনা নখুবাক্তা তুগে হায়বা নত্তে আর্জ্জুন। মঙাবু চাউননবা পোদুনা পমদুনা য়োক্লপগী লমনদু হয়েং লাল্লোই নুমিৎতা শিংলো মবুধৌগী ৱাশি তাবদা লেংবা য়াদ্রদুনা আর্জ্জুন ইবুধৌগী নিংবা থুংবিরো। ভীষ্মনা হায় হয়েং নপু ঐগী লানফমদা ৱারক্লবদা নবাই অতোম্বা রথি শিখণ্ডী কৌদুনা লানহেক পাংহল্লু মদুদা ইশুনা হেক পোত্থাও ইপুগী শিরমদাইদা মাগী মশক উহনগনু অসুম্না তাকই।

আর্জ্জুন ইপুদি অতোপ্পা তেন্দা তুবা য়ারোই ঐনা তুগদবা তেন ইপু পীবিগে মমিংদি বৈষ্ণব অষ্ট্র কৌবনি মতম কুইরে ইপুনা মাবু চয়োন খুদিং পুজা কৎতুনা থমজবনি। ইখুৎমক্তা পীবদি পীনিংদ্রে নপুদি নুংদাং খূৎলাই পায়ররোই ৱাশকখ্রে নখুৎনা ফংনা লৌজৌ লুখুমদা য়াল্লিবা তেন্দোং পুথোরকউ তেন মশক তাকে য়েংউ আর্জ্জুন কত্রং অঙৌবনা তেঞ্জিন্দা য়েৎলিবা তেনগী তেনাদা ৱাহোং মতুনা তেনা চনবা চয়োনগী পুজা কৎপগী শিন্দুরনা ঈ গুম্না ঙাংলিবসি বৈষ্ণব অষ্ট্রনী লৌজরো তেন পিখ্রে হয়েংদি নুংত্তিগা মান্ননা নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা নারায়নিগী লানফমদগী হলকউ কাউনু নঙগী তেঙ্গোল মাংলগা ইপুগী ময়েং

তাবনি ঐগী নিংলিবা মতম কাইহনগনু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা ইপু তুগে মতমদুদা ইপুনা পীবা তেন্দু কাপ্পকউ ইপু শিরনি হায়দুনা ইশুনা তেন্দু কাপত্রবদি নপু হাৎপগী পাপ পুরো হায়বা ব্রাদু হেক তাবদা অর্জ্জুন্না মবুধৌগী চরন শোক্লা খুরুমজরে মতম থেংলে হল্লো হায়না, মচিন মনাও মঙানা মবুধৌ খুরুম্লগা থোরকপদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা মনাই মঙাবু ঙাইবীরম্মী। পুর্ণিমা তমলকপা থানা মঙান চাউনা পুমলং লংই হিয়াঙ্গে থা ওইবনা লিক্লা উন্না কুরুক্ষেত্রদা পুংঙৌ ঙৌনা তাবদা কৃষ্ণগী অঙ্গদা লিক্লা উন্না শ্রীঅঙ্গদা পুমচোৎ চোৎলে নিংথম্বনা সনাফিগে গুঞ্জা ঙক্তা থোন্দুনা শ্রীঅঙ্গ থক থক নিকপদু লাপলপ মঙানা উবদা যুধিষ্ঠিরনা মাঙলে ইবুংঙো ননাই মঙাগীদমক ব্রাবীরম্লেদা গোবিন্দনা ঐগীদমক ব্রারুনু দাদা ঐদি ভক্তগী মখা পোনবা কৃষ্ণনি থবক কমদৌরে। হয়েং ইবুধৌ তুবিনি হায়রে অদুদি শোইদনা তুরনি ব্রারুরনু চংঙসি ঙাইহাক পোথানরসি তেঙ্গোল ময়াম লানশঙদা তুম্লখ্রে। নোংঙালে ভীষ্মগী তরানি লাল্লোই নুমিৎনি ভীষ্মনা হৌগৎলে বৃন্দা খুরুম্লে।

ভাগীরথি গঙ্গদা কুমদুনা স্নান লোইরে জগৎকী অরোইবা মতমদা মিৎতগী পি থিংবা ঙম্লক্রে হো ইমা গঙ্গা ননাই ঐনা নুংতিগী স্নান ফংজরগা তর্পন কচ্চবদু ঙসিনা অরোইবা ওইরে। মতুংগী নুমিত্তা অমুক ফংগনি নিংদ্রে, অসুম্না ভক্তি কচ্চরগা কারক্লে বৃন্দা শেবা লোয়দুনা ভোজন চাবা থকপা লোইদুনা মঙ্গল তৌদুনা পুং শেন য়ৈদুনা দোলাই তোংদুনা থোরক্লে। দুর্য্যোধন ইবুধৌ ঙসি তরানি শুবা লাল্লোই নুমিৎসিদা লান লোইবিগে হায়না অমুক্তা ব্রাশকপিরম্মু। ভীষ্মনা হায় ঐবু লান লোয়গে হায়না ব্রাশকউ হায়বসি ঙসিগা অহুমলক শুরে ঙসিদি ব্রাশক্লে ঙসি ঐগী তরানি শুবা নুমিৎসিদা লান লোয়বসি হেক ঙমদ্রবদি হে সৈত্য সৈত্য সেবা নুমিৎ থানা শাক্ষি ওইয়ু মতুংগী নুমিত্তা অমুক খৃৎলাই অমতং পায়দুনা লানফমদা হেক থোখ্রবদি ইপা রোমদগী পুরোন তরেৎ ইমারোমদগী পুরোন তরেৎ পুরোন তরামরি অপামান চষ্ঠী মশীং খংদনা ফংগে। ইখুত্তা পায়বা খৃৎলাই থারগে হায়না ব্রাশকই, ভীষ্মনা মনুংদা বিদাই তৌরম্লে। দুর্য্যোধনদি মবুধৌনা ব্রাশকলে হায়দুনা হরাউনা তেঙ্গোন অনী মায়োক্লরে। রথিগা রথিগা, শগোল তোংবগা শগোল তোংবগা, থাং পায়বগা থাং পায়বগা, ফিরান পায়বগা ফিরান পায়বগা, পুং য়ৈবগা পুং য়ৈবগা মায়োক্লে। থক্তা লাই ময়াম ব্রহ্মা আদি দেবগনো সিলা কম্বুদা কুম্মৈ য়েংখ্রে।

মঙাগী তেঙ্গোন্দা ধৃষ্টদুমনা সেনাপতি অনী মায়োক্লরে শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুনগী দোলাই থৌদোক্লে নারায়নীগা মায়োক্লরে মহা প্রলয় ওইনরে তেঙ্গোল অনীদু মাগী মাগী লানফম্না কনবনা মপা মচা য়েংবা ঙমদে ময়াম্বনা মনাওয়েংবা ঙমদে নুমিত্তুগী লানফমসি মহাপ্রলয়নি। ভীষ্মগী খুবাক্তা ধৃষ্টদুম্না তুরে মীচমগী চংলুবা রথিমখৈ মাইথিবা ফংলে কনাগী মঙক ককই কনাগী মখ্বাং কনাগী মখুৎ ককই তেঙ্গোন হা কার

লাওনরে ভীষ্মনা লান লোইরে হায়না ৱা ৱা কাইনরে ঈগী লৌখোং চেল্লে শ্রীকৃষ্ণবু কৌদুনা কপনরে। অসোমদা আর্জ্জুনগা নারায়নিগা প্রলয় ওইনরে ইতাউ লাইরিক্কনু আর্জ্জুননা তেন কোতি তরেৎ নারায়নি মুর্ষা পিরল্লগা নুমিৎ য়ুংগদবা পুং অমা ৱাৎলিঙৈদা মবুধৌগী মাংদা থুংলরে মবুধৌদা খুরুমজে ভীষ্মনা গোবিন্দদা খুরুমজে। ভীষ্মনা হায় পংইদা আর্জ্জুন ঐনা মসি থোক্লরে খন্দুনা হায়বা য়াদবদগী করিথোক্লে কয়া য়ামখ্রবা তেঙ্গোলনো মাংখ্রিবসে পামুইদা ঐনা হায়বা য়ারবদি মসি থোক্লোইদবনি। হৌজিক্তি নঙগা ঐগা লান্বা পানসি নখুত্তা লিরুং পাইরো ঙসিগী লানফম অসিদি অঙম অঙম য়েংনবদা দোস লৈনদবা নঙনা ঙমলে নপু হাৎপা পাপ লৈত্রবা ঐনা ঙমলে ইশু হাৎপা দোস লৈত্রবা নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী চরন্না শাক্ষিনি হায়রল্লগা খুত্তা লিরুং পায়খ্রে। আর্জ্জুনসু লিরুং পায়রে ধনু তঙ্কর লোইদুনা লম্বা পানরে মচিন পারবা থৌরবা তেন্তনা খুবাম্না খুজিং ওইদুনা থাজিন্নে অতিয়া মন্দোন লৈচিন থাবগুম পুমকুপ কুপখ্রে। নুমিৎকী মঙান তাদে নুংশিৎ নাকোইনরে তেনগা তেনগা থবৎ থবৎ ককথনৈ মৈগা লোয়নবা তেন মতেক্লা পৃথিদা তাবদু বরিসাগী নোংখোং কুংনা তাবগুম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতম য়ৌরক্লে নুমিৎকীনা কাবা মতমনি নুংশাগী মৈনে লান কনবনে দেহে অনীদা হুমাংনা, পুমচোৎ চোৎলি মদু ফাওবদা মিৎচি নামা লৈনদে মতমদু ভীষ্মনা খল্লকই নুংতিগী নুমিৎ তাবদা দোলাই তোংবা লিশিং তরা মঙক ককপদু ঙসিদি নুমিৎয়ুংবা তঙ্খাই লৈথবদা ঐগী ৱাশক থুংলগে, হায়না দোলাই তোংবা রথি ময়াম য়েংক্লক্লে কৃষ্ণনা হায় য়েংউ ইতাউ নুংতিগী নুংদাংৱাইরম থাবা খুকাপ্তু নুমিৎ য়ুংবা মতমদা থারক্লে করম্লো নুংদাং ৱাইরম ময়েংবা মিৎয়েংদু হৌজিক্তগী য়েংবা হৌরে করম্লো লাইরিক্কনুকো নুমিৎনা তংখাই অমা হেক লৈথবদা দোলাই তোংবা লিশিং তরা কোক চপ মান্না ককখ্রে ভীষ্মনা বিজয় শঙ্ক খোংখ্রে তুংদা খোংবা মোইবুং মখোন তাবদা খোখোপ্লা খুলাই থাখ্রে।

অসিদা ভীষ্মগী ৱাশক থুংখ্রে। মসিদগী অমুক মশু মপু থেংনবা লানসি মবুধৌগী মাংদা আর্জ্জুন খাংবা ৱারে শ্রীকৃষ্ণনা মোইবুং খোংদুনা শিখন্দি কৌরক্লে ও হে শিখন্দি আর্জ্জুন নশেনগী প্রান কল্লো লাউ হায়বা মরোন অসি তশেংনা তাহল্লি ময়াম্না তাবদা লানগী মোইবুং খোংবগী মরোন ওইনা তাহল্লি। কৃষ্ণগী কৃপা ফংবদা দোলাই থৌজিলক্তুনা ভীষ্মগী মাংদা হা ভীষ্মা লৈরমমু রথি মশেন্দা থেংনবা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণদা তেন্না থাবসিগী লমনদি ঐনা খুন্বা তারে খঙউ হায়দুনা লিরুং পায়দুনা তেন কাপ্লদা ভীষ্ম খুলাই থাই লিরুং থাদা কোন্দুনা চৈনা খাংদুনা মমিৎ চেৎনা উইশিল্লি মমাংঙৈগী অম্বাগী লমন শিংখ্রে ভীষ্মনা উবদা শিখন্দিদু অম্বা ওইনা উরে। অদুননি মহারাজ মনাই ভীষ্মগী অৱাবা য়েংবা ঙমদ্রদুনা গোবীন্দনা দোলাই অমুক থৌজিল্লক্তুনা মশু মপু অমুক লান থেংনৈ লাম্বা ভীষ্মগী মাংদা খাংবা ঙমদ্রদুনা শ্রীগোবিন্দনা মনাই

শিখন্দি কৌবীদুনা ভীষ্মদা অমুক অৱাবা পিরে মতৌ অসুম তৌনা অহুমলক চংলবা মতুংদা ভীষ্মনা শ্রীকৃষ্ণদা মশু আর্জুন্দা মিৎনা ঈঙ্গিৎ পিরক্লে ঙরাং ইপুনা তাকখিবা তেন অদু থারকউ হায়না ঈঙ্গিৎ পিরক্লে। মপুগী ঈঙ্গিৎ ফংবদা আর্জ্জুন তেন কাপ্লা ঙমদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইতাও তেল থারো অদু নৎত্রবদি নবুধৌ হাৎপগী পাপ শোইদনা পুগনি। মবুংঙোগী বাক্য অদু তাবদা আর্জ্জুন তেন থাদ্রবা য়াদ্রদুনা বৈষ্ণব অষ্ট্র তেনদো লৌথোক্তুনা মবুংঙোদা কৎলে লিরিদা তেঙ্গা থোং মচিন্দা মন্ত্র পিদুনা আষ্ট্রনা জয় শ্রীকৃষ্ণ শোল্লগা তেন অদু শৎ হেক থাদোরকপদা তেন অদুনা স্বর্গ খেৎনা ময়াদা মৈহৌদুনা পাইখৎপদা, কুরু ক্ষেত্র পুংঙান ঙানখ্রে।

ভীষ্মনা ককপা ঙমলরোইদবা তেননী অদুবু ঐগী অরোইবা মতম অসিদা ঐগী বিদ্ব্য পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা পুল্লপ কৎলম্লগে হায়না তেন্দোংদগী তেন ময়াম শৎতুনা কাপ্লি তেনয়াম অদুনা স্বর্গ পুমকুপ কুপ্লি বৈষ্ণব আষ্ট্র বানগী মৈনা অদুক য়াম্বা তেন ময়ামদু মৈনা চাকথেকই থৌবোনগী অকংবা বোন্দা লাংমৈনা চাপগুম্মী মদু উবদা ভীষ্মনা মবুংঙোগী শ্রীপাদ চিংনা দর্শন তৌজে মিৎলুদা প্রেমধারা শিন্থরকপনা দেহে চোৎলে মুখদ কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লে। তেন্না পাইশিল্লক্তুনা থবাক্তা তেন্না য়ৈনা থাবদা তেন্না থিনপেক চংই হা কৃষ্ণ হাইরমলগা দোলাইদগী লোংনা পৃথিদা তাই। মুর্শা ওইনা ৱান্থখ্রে মদু উবদা তেঙ্গোন ময়াম চেনশিন্নরক্লে যুধিষ্ঠিরনা চংলক্তুনা মবুধৌগী চরন কোন্দুনা কপ্লরে মশু মঙা দুর্য্যোধন্নচিংবা ময়াম্না কৌশিল্লি মপুবু কৌদুনা কপনৈ ময়াম্না ভীষ্মবু কৌদুনা প্রেম তৌনৈ। ঙাইহাক ৱান্থরুরগা জ্ঞান তারক্লে কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোলক্লে প্রলয়গী মৈনা চাকপনা মিৎ অনীদু মমখ্রে খোঙ পায়দুনা লাইকন্নরিবসি কনানো হায়না য়েংলকপদা তেনগী হুনা কুপখিদুনা য়েংবদা মশক উদ্রে ঙমদা ঙমদনা হংলকই কনানো ঐগী খোং পায়দুনা সেবা তৌরিবা নঙবু কনানো ঐনা য়েংবদা উবা ফংদ্রে কনানো নমিং অমুক্তা হাইরকউ মপুগী ৱা তাবদা ননাই যুধিষ্ঠিরনি, ভীষ্মনা হাইরকই ঐদি কনানো হায়না নিংবদি ধৰ্ম্ম নঙ ওইরে। নপুগী খোঙ পায়গনু থুনা থাদোক্লো হায়না, মদু তাবদা তৌবিনু ইবুধৌ ঐবু য়েক্লবনি হায়দুনা ঐবু খন্দোন তৌবিনু ইপা পোকপা ইপুনা ইম্বোকপিরবদি ঐবু কনানা তিন্নবিনি গুরু মানা লৈরবদি শ্রীচরন ফংলরোই ঐবু লৌখৎপিরম্মু মশুগী ৱা তাবদা হায়রকই, ধৰ্ম্মবু ইপুনা ইম্বোকপা নতে ঐগী খোঙ পায়বদা মতিক চাদ্রে ইশুগী পাপ লৈত্রবা খুৎ অদুদি নবুংঙোগী চরন শেবা ফংলবা খুৎ অদুনা পাপ চেনবা নপুগী খোঙ পায়দুনা লাইকন্নবা অদুগী মহুত্তা লাইবক্তা তারকপা হুমাংসি অমুক্তা নাম্বোকপিয়ু। শ্রীপাদ ফংবা শক্লগে ধৰ্ম্মনা য়েংখিবদা মপুগী লাইবক্তু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্লে যুধিষ্ঠিরগী খুৎনা তপ্না নান্থবদা থমোই য়ৌনা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা অহুম লক হন্না নানবদা মৈচাক মুৎখ্রে তেনগী হু মাংখ্রে মিৎ উরক্লে। নামগী মগুণবু করি হায়নি।

বৈষ্ণবকী গুনবু করি অমুক হায়নি ভীষ্মগী মৈচাক নেমথপ্রবদা মশুশিং য়েংদুনা হায়রকই ঐদি ঙসিমক প্রান থানিংদ্রে ঐনা মফমসিদা অসুম লৈরবদি নবুংঙোগী ইশা কাইরনি। ঐবু পুথোকউ মফমদি লানশঙদা পুশল্লনু নোংপোক্কা মখাগা লোনবা মরক্তা অমুক্তা থম্মু ইপুগী নিংবা থুংগে। মবুধৌগী দেহেদু লেংথোক্লক্লে হায়রিবা মফমদুদা তপনা থমলে ভীষ্মনা হায় দুর্য্যোধন চংলকউ ইপু ব্রা হায়গে তাকপীয়ু ইবুধৌ নপু ঐবু ব্রারৌগনু মতমদা মাংহল্লী লান্দি লোইরমদে হায়না নপুনা লোয়বা ঙম্বা লানফম নৎত্রে ঐগী দেহেসি পৃথিদা লৈবসি ব্রাখ্রেদা সজা অমতা পিয়ু হায়, লৌজরুগে হায়দুনা ষনাগী কাংথোন মোমপাক মোনদুম পুরকই ইবুধৌ লেংখৎলসি হায়, ভীষ্মনা য়েংলকপদা রাজ বৈভবতু উবদা মিৎ উইশিল্লি দুর্য্যোধন মতম খঙদেদা পংইদা কান্নদ্রে, মতম হেল্লে পুথোকখ্রো, আর্জ্জুন ইপুগী দেহেদা তেন্না লৈপাক্তা খাংদোন্না লৈবসি ব্রাখ্রেদা নপুবু য়েক্লাবনি খল্লনু সজা অমতা পিয়ু হায়, আর্জ্জুননা তেনগী সজা শেম্মগা ইবুধৌ মিৎয়েং তাবিরো য়েংলকপদা মশুনা শেল্লিবা অশেংবা সজা উবদা নীংবা থুংলে মঙানা ঐবু থাঙ্গৎলো মবুধৌ লেংখৎলো কোক ঙাকখৎনবা তেনগী মোন শেম্মে ভীষ্মা পোখারে।

ঙাইহাক লৈরগা থম্মোইগী মৈচাক্তু অমুক হৌরক্লে দুর্য্যোধন ইপুদা জল খজিক্তং ইল্লো লাউ মৈচাকসি খাংবা ঙমদ্রে, লানশঙদা চংখিদুনা ঈশিং লৌরুরে ইবুধৌ মুখ কাখৎপিরো জল ইঞ্জরগে। ভীষ্মনা য়েংলকপদা সনাগী খুজাইদা হাপ্পা ঈশিং উবদা মতম হেলে পুথোকখ্রো ইপুদি সনাগী পাত্রদা হাপ্পা পোৎ মতম হেনখ্রে পুথোকখ্রো হায়দুনা দুর্য্যোধনগী জলদু লৌদ্রে, আর্জ্জুন ঐবু ব্রারেদা জল খজিক্তা পিয়ু ঐবু নুংশিদ্রবরা ইবুধৌ শুধ জল লৌজরুগে আর্জ্জুননা তেন শৎতুনা নিয়ম পিদুনা পৃথিদা কাপ্পদা পাতান্দা কুমখিদুনা ভোগবতি গঙ্গা মপান্দা লেপ্লুরে গঙ্গা ইমা অমুক্তা লেংখৎপিরকউ কৌজরিবা ঐসে পাণ্ডবকী আর্জ্জুনি অমুক্তা কৃপা পীনবিয়ু, হৈদা আর্জ্জুন তেন্না মীরোন লোলহল্লি। মদু তাবদা গঙ্গা লেংখৎলক্লে, ইবেম্মগী মঙান্না খোনুংদু ঈরং লংই আর্জ্জুননা খুরুম্মী ইমানা মর্ত্তদা অমুক্তা কুরুক্ষেত্রদা লেংখৎপিয়ু মহাভারত লানফমদা ইবুধৌ তুরে জল খজিক্তা কৎচগে মতমসিদা পাৎ পুখ্রিগী জলদি সেবা ওইনিংদ্রে অমুক্তা লেংখৎপিয়ু হায়রল্লগা তেন্দুনা অমুক হনখ্রে তেন্দোংদা চংখ্রে। মচা তুরে তাবদা মিৎতগী প্রেম খঙহৌদনা তাখি মচাগী প্রেম্না ঙাওদুনা তেনখুন্দা গঙ্গা লেংখৎলক্লে ময়াম্না উবদদি ঈশিং ফাউগৎলকপা ওইনা উখি পেরে অদুদা গঙ্গা য়াউই মচানা তেনগী সজা মথক্তা মশা পুম্বা তেন্না তুখোং খুদিং য়োমদুনা শবৌগী মতৌগুম্না লৈরম্বদু উবদা হা ইবুংঙো দেবব্রতা ইমাদি মাঙজরেদনা করিনো তৌরিবা মতৌদুদি মমাংঙৈদা ইমানা নঙোন্দা রৈক্ষা মন্ত্র তন্ত্রীরম্বদু কাউরব্রা ইমা লাক্লে নমিৎ পাংলো হায়না কৌরকপা খোঞ্জেন্দু হেক তাবদা মতম কুইনা কাইনখ্রবা মমাগী নুংশিরবা খোঞ্জেন হেক তাবদা ভীষ্মা পাঙ্গল হেক

কনখৎলবোই নিংই ঙমদা ঙমদা মিৎ হঙ্গৎনা পাংদুনা য়েংবদা চষী শাংনা কাইনগ্রবী মমাবু হেক উবদা ভীষ্মা কপলক্লে ইমা লেংলকপদা হৌগৎতুনা ভক্তি ঙমদ্রে দোস ঙাকপীয়ু হায়না মিৎতা প্রেম মতুম মতুম শিনথদুনা ভক্তি তৌজরি গঙ্গানা হায়, ইমানা অমৃত মপুং ফানা য়োক্লমদে অদুনা নপাঙ্গন ময়েং তাদুনা নশুগী খুবাক্তা তুরন্নবোই ইমা অমৃত ইলমগে মুখ কাখৎলু অমৃত থাখুম হাইদোক্লে অমৃতদু জলগী পেরে ওইনা হাইথদুনা লৈদুনা ভীষ্মগী মখুদা তাখি তাংলবা মমাগী অমৃতদু গৰ্ভ য়ৌবা য়াদ্রে ধৰ্ম্ম। যুধিষ্ঠিরর নংগী পাপ চেনদবা নখুৎ অদুনা ইপুগী তেনখুল অসি অমুক্তা মেল্ল লাউ ফংঙমদ্রবা ইমাগী অমৃত অসি ইপু অমুক্তং ফংগে অসুম হায়না কৃপা পীবিরক্লে।

মবুধৌগী বাইক্য অদু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা চংশিন্দুনা কৃষ্ণগী নাম শোল্লগা কন্ঠাদা হেক মেনবদা ফংঙমদ্রবা মমাগী অমৃতবু মপুং ফানা ফংজরে প্রলয়গী মৈনা চাক্লম্বা তেলগী হু পূম্নমক অদু হেক মুৎপদা ভীষ্মা গঙ্গা দেবী চিংনা য়েংলগা ইমা ইমাগী ফংঙমদ্রবা অমৃতবু ফংজবদা ভীষ্মা নচা ঙসিমক শিবা ঙল্লরোই ফংঙমদ্রবা ইমাগী অমৃতগী লমনবু ভীষ্মা নচানা শিংবা ঙমগনি নিংদ্রে মদু তাবদা গঙ্গা ইবেস্মনা মচাবু চিংনা য়েংলগা ইমাগী ইবুংঙো দেবব্রতা নংঙোন্দা ইমা অমৃতগী লমন অদু কোকপীরগে। মচাগী লমনদি মমানা কোকপা ঙমই। ইমানা নংবু কাইনবা ইমানা চৎলমদাইদা ইনখিবা নুমিৎ অদুদগী ঙসি ইচাগী অরোইবা মতমদা ইমা ইচা উন্নবসি মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈত্রে দেবব্রতা হৌজিক ইমানা নঙগী লমন শিংবীরন্নগে। পাণ্ডব মঙাগী তেঙ্গোল লোইরগে হায়দুনা গঙ্গানা কৃপা পীবিরবদা ভীষ্মনা মাঙলে ইমা মদুদদি কৃপা তৌবীয়ু ইমা ঙসি ভীষ্মা নচাগী অরোইবা মতমদা ইমাগী ফংঙমদ্রবা অমৃতবু ফংজরিবসি মাংদা লৈরিবা মমা কাইনবগী মৈনা অব্রাবা তারবা মপী লৈত্রবা ষণনাওগী মতৌগুম মতু মমান ইপোন পোন্না নচাগী মাংদা লৈরিবা ইশু মঙাসে মহা বৈষ্ণব ঙাক্তনি মখোয় ৫ গী মপান্দগী ইমাবু নচানা ভক্তি কৎচবা ফংজরিবনি। ইমানা লমন শিংবিগে হায়বা লৈরবসু হয়েং লাল লোইরগা ৱাজরবী মমাবু উজরগা নুংঙাইনা লৈরবা মতমদা শোইদনা মতম অদুদা লৈরিবা নশু মঙাশু শোইদনা মতম অদুদা ফংগনি আৰ্জ্জুনসু ইমা কনবিরমউ ইশু মঙাসে হায়না ভীষ্মনা গঙ্গাগী মফমদা ভক্তি কচৈ মচাগী ভক্তিদা গঙ্গা পেল্লদুনা পাণ্ডব ৫ বু য়েংলগা গঙ্গানা তকপিখি আৰ্জ্জুন নংনা ঙসি নংগী নখুবাক্তা তুরিবা নবুধৌ ভীষ্মা অসিমক্লা নংগী বিজয় হায়বা নমিং অদু নোংমদি শোইদনা মাংউ হায়না গঙ্গানা সাপ পীখ্ররে মহারাজ জন্মমেজয়।

গঙ্গা দেবীনা হায় ইমাদগী করিবোর পাম্বগে হায়য়ু ইমা পীরম্মগে ইমা নচাগী অরোইবা মতমদা ৱাজবদি ইমাগী কোকঙমদ্রবা অমৃত্তগী লমন শিঙমদনা শিবা তারে অদুগীদমক ৱাখ্রেদা, গঙ্গা মাতানা হায়, ৱাগনু মচাগী লমনদি মমা ওইবী ঐনা লাইনা কোকপিনি, নরভোক কুইনা চাদুনা কাউরব্রা ইচাদি বসু

শক্তীনা ওইবনি। ইমাদা নখোয় নিপাননা লানথোক পিয়ু হায়না চংক্রপদা নংগী দোসনা খল্লা হেন্দুনা মতম শাংনা মীগী মপোক্তা লৈবনি, ইমানা লানবিবা ঙল্লমদ্রে নয়াম্বা বসু তরেৎনা লৈচিন্দা লেপ্তুনা কারকও হায়না কৌরিবসি তাদ্রবরা নঙগী দেহেদু থাদোক্তুনা অম্মান বসু শক্তি ওইবগা নচিন ননাও নিপান হেক পুনবা নুমিৎ অদুদা অমৃতগী লমন্দু কোকচরো ইমা হল্লগে বিদাই তৌদুনা লেংখ্রে সন্ধ্যা মতম য়ৌরক্লে। ময়াম হল্লো ঐদি অসুম লৈহৌরগে হায়না ময়াম্না বিদাই লৌদুনা হন্নখ্রে। মঙাদি মপুগী নুংশিবগী প্রেম্না থাদোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। ইবুধৌ নুমিৎ তারে লানশঙদা লেংশিল্লসি নশু মঙানা শেবা ফংজরগে মদু তাবদা ভীষ্মনা হায়রকই, ইশুশা ঐগীদমক ব্রারুরনু ইপুদি উটরায়ন ঙাইহৌরগে। হৌজিক দক্ষিনা য়নদা প্রান থারবদি নোরোক য়েংবা তারে গুরুকৃপা য়েংহৌরগে মপুগী ব্রা তাবদা যুধিষ্ঠিরনা হংজৈ উত্রায়ন্দা মৃত্যু ওইরগা করি ফংই দক্ষিনা য়ন্দা শিরগা করি দোস ফংবগে ঐঙোন্দা খংনবা তাকপীয়ু খংবদা কানবা হংবদা মতিক চাবা ব্রানি হায়দোকপদা পামুইদা ব্রান ফংজরকইদা, নুংশিবা ইশুনি শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি লৈজবা ইশুনি নংঙোন্দা তাকপদা মতিক চাই।

শ্রীগুরু দেবা গাল্বা মুনিদগী ফংজবা অতাংবা ব্রানি পুক্লিং চংনা তারো, হৌজিক নিংথম থানি নুমিৎনা মখা রোমদা রোতলেংঙি কালেন্দা অব্রাংপাংনা সনজিং কোই অদুবুনি, ইবুধৌ নিংথমথাদা মীয়াম্না শিখ্রে নোরোক্তা তারল্লগদ্রা শিবগী মতম অরেপা লৈতে ব্রারুনু ঐ হাইগে থা অমদা অনী থোক্লা খাইদোকপা য়াই পনখৎলকপা উর্ট্রয়ন ওইরগা থাসি শিথরকপা অসিনা দক্ষিনায়ন ওইনি, থাসিরমদাইদা শিবা তারবদি নোংমদা খাইরনি নোংঙানবা নুমিৎ তাদ্রিঙৈ উর্ট্রয়ন, নুংদাং দক্ষিনায়ন নোংঙানবা, হোন্দোক হোঞ্জি স্বরদা খাইরনি। হোন্দোপা, অঙানবা হোঞ্জিনবা অমমবা মসিদা খাইরনি নামগী ময়েক অনিদং লৌরনি খংঙো মমন য়াল্লবা তাকপগী লমন অমতং শিংলম্মু। ইবুধৌ করিনা লমন শিংগনি ষনা লুপাসু য়াউজরক্তে করিনা লমন শিংগনি। ইবুধৌনা অপাম্বদু অমুক্তং তাকপিয়ু ঐনা ঙমজবা লমন শিংজরমগে। ভীষ্মনা হায়রকই ইবুংঙো ইপুনা পাম্বদি মতমসিদা ষনা লুপা হেরা মনি কৈদৌরুরনি ইপুনা পামজবদি নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী রাঙা চরনতবু পামজৈ। নবুংঙোগী শ্রীপাদ তঙাং তঙাংবদু পুর্নিমাবু ঙমজবা য়েংজবগী অপেনবা লৈতবা মাইথোংদু পাপ চেনবা নপুদা অমুক্তা দর্শন ফংহল্লু। ইপুনা শিরমদাইদা নংবু ইশু ওইনা ফংজবদগী নবুংঙোগী চরন ফংহনবদুনা ঐগী লমন শিংবা ওইরসনু। ইবুধৌ শ্রীকৃষ্ণ লেংশিনজরক্লে ভক্তি কৎপিয়ু। লাউ ইনাওশা শ্রীপাদদা লেংশিনলুরসি মঙামক মবুংঙোগী মাং তম্না চংজরকই। শ্রীকৃষ্ণদি মনাই মঙা থোরক্তি হায়দুনা দোলাই থক্তা মনাই মঙাবু ঙাইবিরম্লি মঙাবু হেক উবদা গোবিন্দনা দাদা মহারাজ করিগীনো অসুক থিল্লকইবসিবু করি তৌরকপগীনো ময়ামদি ঙশাইনা হন্দোকখ্রে

মঙাবু ঙাইরল্লিবনি। মবুংঙোগী ব্বা তাবদা যুধিষ্ঠিরনা মবুংঙোদা হঙ্গৎচৈ। ইবুধৌনা তাকপিরকই ঙসিমক্তি মৃত্তু ওইররোই হৌজিক শিবদি নরক তারুরনি উত্রায়ন ঙাইরগে দক্ষিনায়ন্দা শিরবদি নরক তানি হায় দক্ষিনায়ন উত্তরায়ন অনী খাইদোকপা খংননবা হংজবদা মতম কুইরকপনি। শ্রীকৃষ্ণনা হায় মদুদি খংননবা তাকপীরকপ্রা। তাকপিরকই ফংবদা ব্বারবা মণিগী মশক ওইবা পোৎশক্তি নবুধৌনা পীবিরল্লেদনা মখা করি অমুক হায়রকই। ইবুধৌনা লমন অমতং শিংলম্মু নবুংঙোগী চেরোন অমুক্তা উহল্লু অসুম্না তাকপিরকই অমুক্তা লেংশিনবীদুনা ইবুধৌগী নিংবা অমুক্তা থুংহনবীরম্মু। মবুংঙোদা অসুম মঙানা হঙ্গৎচৈ শ্রীকৃষ্ণনা হায় ঐবু উনিংঙি হায়হৌব্রা ইবুংঙোগী শ্রীচরন্দু ননাই ইবুধৌ ব্বানা খৌরাংনা ঙাইজহৌরে অমুক্তা লেংশিনবীরো হে কৃষ্ণ মনাই ঐবু উনিংঙি হায়বদি ঐ চংগনি।

দোলাইথক্তগী লেংথদুনা মনাইগী প্রেমদগী নৌরবা পাদনা থাং তানা থল্লবা কুরুক্ষেত্রগী লৈকন্দা মনাইবু দর্শন পীগে হায়না লেংশিলক্লে, মতমদি সন্ধ্যাগী মতমনি শরশয্যা মথক্তা লোংনা তাদুনা মশাদা তেন্না তুখোং খুদিং য়ৈদুনা সবৌ শাগী প্রমানগুম ঙমদা ঙমদা মচিন্দা হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে হায়না কাং খোঞ্জেনগুম শোন্দুনা লৈরম্মী মদু হেক উবদা শ্রীকৃষ্ণনা ফজরবা ব্বাহৈনা কৌবিরকই, চাম্মা মঙাগী মবুধৌ গঙ্গানন্দন ব্বারমলবোইদা কৃষ্ণ ঐ লাক্লে মিৎ অমুক্তা পাংউ। মবুংঙোগী ফজরবা মধুর বাইক্য হেক তাজবদা ভীষ্ম পাঙ্গন হেক কনখৎচরবোই নিংই, ওম্বোকপা কৃষ্ণগী কৃপানি মবুংঙোনা মাংদা বিরাজমান ওইবিরে। ভীষ্মনা ভক্তি কচ্চরিং ইবুংঙো জগৎকী মবুংঙোনা তোল্লবা ননাইগী মাংদা লেংশিনবীরকপবু হৌগৎতুনা ভক্তি কৎচদবগী দোস পূম্নমক শ্রীচরন্না ঙাকপিয়ু হায়না হঙ্গৎচৈ। শ্রীগোবিন্দনা করিশু দোস লৈতে দেহৈনা নরম ওইরবদি কোঙ্গাই ঙাক্লি হায়রি। ঐবু ব্বারৌগনু গঙ্গানন্দন ঐসে ঙসাইনা লাকনিংলবনি নমাংদা চংলক্কদবা ইকাইমনখ্রদুনা কৌনবা ঙাইবনি। ঐবু কৌনবা ঙাইবনি হন্দক ভারত লানফমদা নংঙোন্দা ঐনা কোপোৎ খরা তৌখ্রে ব্বারৌনু হন্দক ঐনা লৈবাক নিবা লাকপদা ইনেমতোন কুন্তিনা ঐঙোন্দা মচা মঙাবু লানফমদগী পুবিরক্লুনা ইখুবাক্তা পিয়ু হায়না বর ওইনা নিখি মতমদুদা ঐনা লানফমদা শিরক্লবদি হে সৈত্য ইয়াম্বা ইনাও মঙাদু অমমম ওইনা শিন্নবা ঙমদ্রবদি, যাদব শাগৈগা লোয়ননা অপমান ফংজগে হায়না ব্বাশকলল্লে অদুনা নংঙোন্দা কোপোৎ তৌখিবনি। মবুংঙোগী ব্বা তাবদা ভীষ্মা পুক্লিংদা হরাওজৈ মদুদা শোইদনা থুংহনবীয়ু মচা মঙাগীদমক ব্বাজরিবী ইমৌনি। মমা মচা তরুক হেক উনবদা নুংঙাইজবদু ঐগী অপেনবা ওইজরগে। মঙামক ইপুগী নাক্তা চংলকউ ইপুনা নবুংঙোগী শ্রীচরন্দা ইশুমঙা শিনজরল্লগে ভীষ্মনা মবুংঙোগী চরন্দা মশু মঙা কৎচখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লদুনা মতম থেংজিলক্লে অপাম্বা বর অমা নিয়ু পুক্লিং পেনবিরল্লগে। ননাই ঐনা

নিজবা বর পিনবিগদ্রা। ইবুংঙোগী নাম শোঞ্জরগা উত্তরায়ন ঙাইজগে বর ওইনা পীবিয়ু পাঙ্গনা শোল্লবনিনা শেবা ঙম্লরোই ননাইনা কৎচগদবা নিতি সেবাদা জল খরগা অঙৌবা লৈ মঙাতনা সেবা ওইজরগে ননাইগী অরোইবা মতমদা মসিদি লৌশিনবীয়ু হে হরি। মনাইগী ৱাসি তাবদা শ্রীগোবিন্দনা মদুদগী হেনবা পোৎ অমত্তা লৈত্রে ঐনা পাম্বা মদুতনি। কৃষ্ণ ঐনা পান্লিবসি হৌজিক্তি উত্তরায়ন ঙাইনি হাইরিবনিনা হয়েং মতম চানা কৌনবা নাইদনা ইখোং থোংনা লাক্কুনা শোইদনা লৌরগে ভীষ্মা নঙনসু কাউরমগনু, ঐনসু । অদু নতবা অমতগা নিখো ঐগী পুক্লিং পেন্দ্রি নংগী নফমদা কোপোৎ লৌনম্বনা হেনমনম্ব্রে।



মবুংঙোগী য়াথং তাবদা ননাই ঐনা কিরবা অমা লৈরি মসিমদি কোকপা ঙমগনি নিংদ্রে ভগবন শ্রীগোবিন্দনা করিনো হায়য়ু ঐনা কোকপা ঙমগদবা লৈরবদি ঐ শোইদনা কোল্লম্লগে। ভীষ্মনা ইবুংঙো

ননাইনা কিবদি অতৈ নতে মীনা শিরবদা যমগী লমদা জিবনা চৎলি হায়নরি চংলি হিংলিঙৈদা গৃহস্থগী মরীদা ইচা ধারা লৈত্রবদি যমগী নরক হায়বা পুং কৌবা মফমদা চহী মশিং খঙদনা তাই লানবা ঙমদে হায়না ননাই ঐনা তাজে। গৃহস্থগী লম্বীদা খোঙদাজরুদবনিনা ইচা লৈজদে অদুনা নরক্তগী লানবা ঙম্লরোই মসিগীদমক ৱাজখ্রে। মনাইগী ৱা তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, মদুগীদমক্তি ৱারুরনু ঐ লৈ। হয়েং মৃতু ওইরবদা যম্না নরক্তা তারো নচা লৈত্রবনিনা হায়রবদা ইচা লৈহৌই হায়না অমুক্তা খুম্লকউ। ভীষ্মনা করি ৱানো হিংলিঙৈদা ইচা লৈতবা ঐনা ইচা লৈহৌই হায়রুরগা যম্না নচা কনানো মমিং করি কৌই মফম কদাইদা লৈহৌই হায়না হংবদা করি খুমগনি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়, যম্না নচা কনানো হংলবদা কংসগী কারাগরদা থৱানগী কৃষ্ণ অষ্টমী নিপাননি পানবা অহিং নোংয়াইদা বশুদেবগী মচা দেবকিগী গর্ভদা জর্ম্ম ওইবা, চাউখিবনা গোকুল বৃন্দাবনদা চাউখিবা, নন্দা যশোদাগী গৃহদা (কোনুংদা) চাউখিবা ব্রজগী কাহ্নাই হায়বদু ঐগী ইচানি হায়না অমুক্তা খুম্লকউ মতম অদুদা ঐ লাক্লগা নরক্তগী লৌখৎতুনা নংবু সোইদনা লানবীগে, হে সত্য অরেপ্পনি কিগনু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা প্রান কৎলবা মী অদুগী নরক কুন্দা লৈররোই অসুম্না তাকপীবদা ভীষ্মা নরক অকিবা লৈত্রে। ননাইনা হয়েং শিরগা ইচা কনানা পিন্দ তর্পন কৎপিগনি। লাইরৈবাক্তা করিমতা ফংলররোই কৃষ্ণনা মদুগীসু ৱারুনু জগৎনা মাগী মাগী পুরোন পেরোনগী, তর্পন অহানবদা বৈষ্ণব ভীষ্ম তর্পন কৎনবা ওইরসনু ।

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ভীষ্মগী নিংবা থুংননবা ইবুংঙোনা কৃপা পীনবীখ্রে, অদুগী মতুংদা মবুধৌ ভীষ্মনা মশু ৫ দা বিদায় পীরক্লে। পাণ্ডব ৫সু মবুধৌ ভক্তি কৎলগা ইবুধৌ কমদৌনা অসিদা লৈহৌরগা ননাই ৫ না করম্না হনগনি লেংলসি ননাই যুধিষ্ঠিরর সেবা ফংজগে। মশুগী ৱাহে তাবদা ভীষ্মনা ইশুশা নবুংঙোগী সেবা মতম কাইখরনি ইপুদি শুম লৈহৌরগে শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ৫ লোয়নদুনা সিবিকাদা ইবুংঙো লেংশনল্লে। ভীষ্ম তুবা নুমিৎ অদুদা তেঙ্গোন অনীদু স্নান তৌনরে সন্ধা তর্পন লোয়রগা মবুধৌ ভীষ্মগী নুংঙাইতবনা অৱাবা ফোঙদোক্তুনা বর্ত কৎলি দর্বার লেপ্পি দ্রোনাচার্য্য গুরুনা সন্ধ্যাগী বৃনা খুরম্বা থোরকপদা ভীষ্মগী লানশংদু মৈম্মলে মদু উবদা দ্রোন খংহৌদনা মিৎতগী পি শিষ্টে। ইতাও নঙগা ঐগা নুংতিগী ৱারী শানবদু ঙসিমখৈ লোইরেদো হায়রল্লগা মরুপকী প্রেম্না ঙাউদুনা ভীষ্মগী নাক তম্না চেল্লক্লে, ইতাউ ভীষ্মা কৈদৌরম্মী লিক্লা উন মরকসিদা নথম্তা লৈববু নুংঙাইরিব্রা লাউ ঐগী লানশঙদা চংলসি নঙবু লৌগে লাকপনি হৌগৎলু ঐগী লেংবান্দা কোলু পোদুনা পুরগে। গুরুগী ৱা তাবদা ভীষ্মা কপলকই। গুরু ঐগীনাক্তা অমুক্তা লেংশিনবীরকউ ননাই ঐগী হকচাংদা গুরুগী খৃৎনা নানবিদুনা ননাই ঐগী পাপ কোকপিরম্মু ৱাসি তাবদা দ্রোন চংলক্তুনা ভীষ্মগী কোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা হন্না হন্না নান্দুনা মরুপকা প্রেম তৌনৈ/ভীষ্মনা

ননাই ঐদি উত্তরায়ন ঙাইরগে ঙমজবা কৃপা পীবিয়ু দ্রোন্না ইতাউ ঐনা ব্রাহ্মন মচা অশেংবা মক্তা ওইরবদি নিতিগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লৈ পত্র অমতং কাইদনা সেবা তৌজরকপামক্তা ওইরবদি ইতাউ নঙনা নিংলিবদু লেপনা থুংহৌরো অদুগা ঐনা হায়গদবদি ইতাউগা ঐগা অচিকপা মফমদা ফমদুনা অথুপ্পা ৱারী শানবদু মতমসি য়ৌরবদি কাউরনু ইতাউ। অসুম্না মরুপ অনী নুংশিনা ৱারী শানরে। দ্রোন্না হায় ননিং থুংদবা করি লৈরিবগে হায়য়ু তাগে, ননাই ঐবু নিংঙমদনা শিদৌরিদা ঐনা উননিংবা মীশক অমবু উন্নবা ফংদনা শিদৌরিমালে। দ্রোন্না কনাবু উন্ননিংবগে হায়য়ু ঐনা ঙস্বা উপাই তৌগে। ৱাদু তাবদা ভীষ্মনা ননাই ঐদি কর্নাবু অমুক্তং উননিংই অদুবু চৎতুনা উনবদি ঙম্লরোই। ৱাদু তাবদা দ্রোননা হায় ঐনা পাউ হায়রমগে ৱারুনু। ইতাউ নঙ লৈত্রবদা ঐদি কনাগা তিন্নদুনা লৈহৌনি ঐসু কুইররোই নঙগী নতুং শোইদনা ইল্লনি। মহাভারতের কথা অমৃত সমান কাশিরাম দাস কহে শুনে পুইন্যবান। হরি হরি হিরবোলো।

## অধ্যায় ঃ- ২৬
## দ্রোন্না ভীষ্মগী মনাক্তগী হল্লকপা

চংশি য়াদ্রবনিনা মতম থেংজিনলক্লে ঐ হলগে মপু মনাই বিদাই লৌনরে। দ্রোন হলকপদা কর্নগী লানশঙ লোমদা হলকই মীয়াম পুম্নমক লানশঙ মৈ মুৎখ্রে খোখোৎপা তুম্নখ্রে। কর্নদি তুম্লমদ্রি লানশঙ মনুংদগী থোক্তুনা মমায় মখা ওন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা লৈরম্মী মদু উবদা দ্রোন গুরুনা হায় কৈদৌরি কর্না? কর্ননা গুরুবু খুরুমজে গুরুদেব ননাইদি লাইবক থিখ্রেদা ভারতকী সেনাপতি তুবদা ময়ামদি চংনদুনা সেবা তৌনৈ ভক্তি কৎনৈ ননাই ঐদি মপোক পাংদবা জাতি অতোনবা মপোক ওইবনিনা চংদি চংজনিংই চংবদি ঙমজদে মদুগী অনুতাপনা তুম্বা চাবা চংদ্রে গুরু অদুনা কপলিবনি। ৱাদু তাবদা দ্রোন্না পেলদুনা হায়রকই। ঐসু হৌজিক্তা ইতাউগী নাক্তগী হল্লকইবনি অশোমদসু ইতাউনা কর্নবু উননিংই হায়হৌই অমুক্তা চৎতুনা উনরু হায়রম্লগা সিবিকাদা লেংশিন্দুনা দ্রোন পোত্থাখ্রে। মতমদু থেংখিবনা কুরু ক্ষেত্রদা, মিচিক মীরাউ খোন তাখিদ্রে মতমদুদা কর্ন মবুধৌগী নাক তম্না চেল্লকই। থেংলবা অহিংদা তেনগী সজ্যা মথক্তা লোংনা চেপ্পদগী য়াওনবা য়াদনা হকচাংদা থৌরবা তেন্না য়োমদুনা লৈবদু হেক উবদা কর্ননা চেনশিল্লক্তুনা নমনম চাম মঙাগী মবুধৌদা তোল্লবা ননাই কর্ননা খুরুমজরি হায়দুনা দন্দবৎ তাই, কর্নগী ভক্তি উবদা হৌগৎলো হাইরকই, ভীষ্মনা কর্ন লাকইব্রা চাম মঙাগী মবুধৌ ননাই লাকচরি কর্ননা চাম

মঙাগী মবুধৌ ভীষ্মনা হায়, ঐনা অমুক্ত নতনা অহুমলক কৌববু চাম মঙাগী মবুধৌ হায়দুনা খুমগনু ইবুধৌ হায়না অমুক্তা খুম্মু ইপু পেল্লগে ৱাদু, তাবদা তোল্লবা ননাই ঐনবু ইবুধৌ হায়না খুমজবা যাগদ্রা ইরাইবক থীবনা কর্নানা ঐদি সুদ্রগী ময়ুমদা আয়ু হৌখ্রে ইবুধৌ হায়না খুমজবা ঙমখিদ্রে ৱারৌবিনু। কনগী ৱা তাবদা ভীষ্মনা হায়রকই ইপুনা নঙবু কৌবদি ৱাফমদু অমুক্তং ঐনা শেংদোকলমগে হায়দুনা ঐনা কৌবনি। কর্ন নঙগী পিতা মাতা মশক খঙলব্রা মদু শেংনা হায়য়ু। মপুগী ৱা তাবদা কর্ননা হিক হিক কপ্পুনা হঙ্গৎচৈ ননাই ঐদি নহান মখৈদি খঙজদে হন্দক শ্রীকৃষ্ণনা লৈবাক নিবা লেঙলকপদা ইবুংঙোগী কৃপাদগী পিতা মাতা খংজরক্লে নহান মখৈদি খঙহনবিদে মসিগীদমক নিংঙমখিদ্রেদা সুদ্রনি হায়দুনা আয়ু হৌখ্রেদা ঐদি সুদ্র ওইরমদ্রে সূর্য্য বংশ ওইরম্লে ইপানা নুমিৎ কৌবা লাই ইমানা কুন্তি ওইরম্লে। পাণ্ডব মঙাদি পোকমিন্নবা ইনাও ওইরম্লে অসুম্না ইমা ইপা মশক খঙজবে ইবুধৌ। ভীষ্মনা চুম্মে ইপুনা নহান মখৈ খঙলগা তাক্কে হাযনা ঐবু দোস তৌগনু। শ্রীকৃষ্ণগী লিলা কায়বনি হায়দুনা নঙবুদি থুপ্না থমখ্রে অদুনা ইপুনা তাক্তবনি নপুবু দোষ তৌনু ইপুনা কৌবদি কর্নদাতা হায়না জগৎ ফাওখ্রবনি ইপুনা অপাম্বা পোৎ অমতং নফমদগী নিগে তৌবনি পিগে পিরোই সেংনা হায়য়ু। ইবুধৌনা তাকপিবা পোৎশক্তু ঐগী লৈজবা ওইববদি হে সত্যা সত্যানা শাখি ওইসনু শোইদনা কৎচবমগে তাকপিয়ু ৱাশক্লবনিনা। ইপুনিরগে ননাও মঙাগী প্রান অসি হন্দক্কী লানফমসিদা অমুক্তা কল্লু অসিনি ইপুনা নিগদবদি, ইবুধৌ ইনাও মঙাগী প্রান্দি ইমাগী কোঙমদ্রবা অমৃতগী লমন শিংজবল্লগে। হন্দকী লানফমদা মঙাবু শোইদনা কঞ্জগে হাযনা ৱাশক্লে। মশুগী বাইক্য অদু তাবদা কর্ন মঙ্গোল ওইয়ু হায়না কৃপা পীবিরে। অদুগী তুংদা কর্নসু কপ্পা কপ্পদুনা ইবুধৌ ননাই কর্নসু বর অমতা নিজগে। ভীষ্মনা কর্ন করি পামই ইপু পিগে ননাও ৫ কনবগী লমন শিংগে হায়য়ু। কর্ননা ইবুধৌ ননাই ঐনা নিজগদবদি ঐ অসে মপোক থিনা পোকপনা জগৎকী মীদগী চিংবা জিবশিংনা ঐবু সুদ্রা মচা হাযনা খংনখ্রে। হন্দক্কী লানফম অসিদা কৃষ্ণ আৰ্জ্জুন মপু মনাই অনীগী মখুত্তা লেপ্পা প্রান থাজরগা হয়েংমুক্কী মপোক অমদা চন্দ্রবংসগী মনুংদা চংদুনা পোকচরগা ইমাগী অহল লমন ময়ামগীদমকতা ইখুৎনা লৈ-মনা অমা চেং থোইদিং মরু অমা ঈশিং খুয়া অমতং গঙ্গাদা কুমদুনা ইখুৎনা দান কচ্চবা ঙস্বা মপোক ননাই কর্নদা পীনবিয়ু ইবুধৌ মসিদদি ইবুধৌনা কৃপা তৌবীয়ু। কর্নগী ৱাঙাং তারগা গঙ্গাগী মচা বড় সেনাপতি ভীষ্মনা হায়রকই, কর্ন নঙনা নিংজরিবা অদুমক নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী কৃপানা লেপ্পা ফংবা ওইজৌ হায়না বর পীনবিরে। চৎলো চৎলো কর্ন মতম চাদ্রে কনাগুম্বা মীনা উখ্রগা দুর্য্যোধন্না নঙবু থাজখ্ররোই চৎলো হায়না বিদায় তৌরে। কর্নসু মবুধৌবু ভক্তি কৎলম্লগা মাগী লানশঙদা চঙখি। মহারাজা জন্মেজয়, কর্নসি নহাক্কী পিতা পরিক্ষিত ওইনা পোক্লরিবনি। মতাং অসিদা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী

মনুংদা ভীষ্ম পর্ব্ব লোইরে। ইতি হরি হরি হরিবোলো।

শ্রীযুক্তা সাং চিংখুদা লৈবা পাঙ্গৈজম সেলুং সিংহ অধ্যাপক্না তাকপিরকপা য়াথং মতুং ইন্না শ্রীঙাংবম ইবোবি সিংহ, কথা বাচক ৱারী লীবা তোল্লবা ননাইনা লেংজবা শ্রীমহাভারত ভীষ্ম পর্ব্ব কৌবা তরুক শুবা পর্ব্ব লোইজরে। ভীষ্ম পর্ব্ববু পুন্নীং চংনা থাজবগা লোয়ননা রস: খণ্ডনা তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা চানবী অস্তগী মতমদা শ্রীধাম বৈকুন্ঠাবু ফংজৈ শ্রীব্যাসগী বাক্যনি শ্রীমহাভারত ভীষ্ম পর্ব্ব সমপুর্ন সমাপ্তং। ইতি হরি হরি হরিবোলো।।

চহীগী ওইবা চেফোং।।

Approved as a prize and a library book for all the schools of Bengal Presidency. Also recommended as a Bengali Text-Book for female candidates appearing in the Matriculation of Examination Vide Calcutta Gazette, Dec. 5, 1917

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউবু খুরুমজরী

## "মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত"

## উদ্‌যোগ পর্ব্ব মখা তরুক শুবা ভীষ্ম পর্ব্বা,

### প্রথম অধ্যায়ঃ

নরায় নং নমস্কৃত্য নরশ্চৈব নরোত্তমং,
দেবীং সরস্বতী ব্যাসং ততো জয় মুদি রয়েৎ

### ভগবানগী শায়োন

শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিদেবনা হায় মহারাজা পরিক্ষিত নন্দোন জন্মেজয় নিংথৌ, মহাভারতকী ৱারী লীরগে পুক্নীং চংনা তাবিরো সর্দ্ধা ভক্তিদা ব্রহ্মা বোদ্ধা, অমসুং ব্রহ্মা সাপ অনীমকপু কোক্ননবা, আদি পুরুস কৈবুন্ঠ নাথ, ভাগাবান্না জগৎ সংসারবু শেম্মগে খনবীরদুনা গর্ভ সাই নরান ওইবিরক্লে। শ্রীনরানগী পদ্ম নাভিদগী স্নাগী থম্বাল অমা পুথোকপিরে। থম্বালদগী ব্রহ্মা পুথোকপিদুনা শ্রীহরিনা ব্রহ্মা নহাক্না জগৎ সংসারসি শেম্মো ইবুংঙোনা তাকপিরে। লাই হিংচাবা মী জিবা লক্ষা মরিফু মরি শেম্মো। মথংদা অমুক জগৎকী মপুনা, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর পুথোকপিদুনা শ্রীবিষ্ণুনা হায়রে মহাদেব নহাক্না মৎ, কারবা হিংচাবা ধর্ম্ম লৈত্রবশিংবু মাংহল্লু তাকপিখরে। শ্রীবিষ্ণুনা নরান ওইররে; চত্তুরভূজা শঙ্খা চক্র, গদা পদ্ম থোনবিদুনা। খিরদা সাই সমুদ্রগী মথক্তা শেশ রাজা লিনগী নিংথৌনা মমৈনা কোল্লগা সজাগী মশক ওইনা লক্ষ্মী নরান অনীনা ঙানথোইবীরিবনি মহারাজ জন্মেজয়।

নোংমগী নুমিত্তা হিরন্য কশিপ নিংথৌনা মহারানি লিলাপতিদা হায়রকই ঐগী ইয়াম্বা হাৎখিবা হরিদু হাৎলুখিগে থেংনবা, মফমদা। ব্রাশক্কুনা মখুত্তা গাদা পাইদুনা কোনুংদগী চৎখ্রে। হরিবু শুম শুম মথং মথং থিরকপ্পা হরি কহা হে: হরি মফম কদাইদা লৈবনো থিরকপ্পা থেংনররে খিরদা সাই য়ৌরক্লে লক্ষ্মী নরানগী মনি মন্দির য়ৌরক্লে। হিরন্য কৌশিপ নিংথৌনা অশাওবগা লোয়ননা খংলাও লাওরকই; দ্বারি, কনা কনা লৈ। থোং হাংঙু হায়রগা অপনবা লৈতনা হেক্তা প্রপ প্রপ চংঙকই হে: হরি নহাক্লা ইয়াম্বা হাৎখিবগী লমন শিংগে হায়না ঐনা ব্রাশকখ্রবনি। থোরকও লাও, অঙম অঙম প্রান লৌনসি, হিরন্য কশিপকী অশাওবা, ব্রাহে তাবদা। শ্রীহরিনা মোমোন নোক্লাগা হায়রকই। হে: হিরন্য কশিপ নিংথৌ নহাক্লা হাৎকে থিরিবদুদি ঐ নত্তে। ঐদি নরাননি চর্ত্তুর ভুজা পাম্বোম মরি পানবনি শঙ্ক চক্রা গদা পদ্ম; খুৎলাই মরি পাইবা নরাননি ঐদি উরেদনা, শেশরাজানা মতোক লিশিং, পানবা মরৈ লিশিং অনি, মমিৎ লিশিং অনীদুনা, শাওরপ্পা হিরন্য কশিপ নিংথৌরোমদা লৈদুনা য়েংঙকপদা কিরদুনা ঐ চৎলে হায়রম্লগা চৎখরে। ইতি হরি হির হরিবোলো।

মতাং অসিদা ব্রারী তারিবা শ্রীজন্মেজয় নিংথৌনা শ্রীবৈশমপায়ন মুনিগী মফমদা হংগৎলি মহামুনি শ্রীলক্ষ্মী নারানগী সেবা থৌগল ফংজদুনা লৈরিবা শেশরাজা লিন অসিবু কনাগী মচানো মরৈ লিশিং অনি পানবা মতোক, অমসুং মকোক লিশিং অমা পানবা অসি অমুক্তা খংজনিংঙি ব্রাদো তাবদা মুনিনা, হায় পুক্লিং চংনা তাবিরো মহারাজা জন্মেজয়। লিন্না পোকপগী ব্রারী লিরগে (এক্কচিত্তমন) পুক্লিং অনী লোংদনা শ্রাধা ভক্তিদা তারোকো মহারাজা সত্য যুক্তা ওইখ্রবা ব্রারীনিকো কশ্যপ মুনিগীবোরাদগী কদ্রু বিনতা অনিদু কদ্রুনা মচা লিন লিশিং অমা ফংজখি বিনতানা মচা অনী ফংজখি ওরুন, গরুরা কৌই। গরুন্না ময়াম্বা ওরুনবু নুমিৎকী সারথি ওইখি। ব্রারীদি য়াম্না শাংনা লৈখরে, শল্লপ্পা লিজরে গরুরনা জগৎকী ইবুংঙো ভগাবানগী বাহোল ওইবিখি। কদ্রুগী মচা লিন লিশিংনি ময়াম্বা অহল শেশরাজা কৌই। মতোক অমসুং মকোক লিশিং অমা পাল্লি য়াম্না ধর্ম্ম লৈ। মরক অসিদা লিন গরুরগী য়াম্না চাওনা ব্রারী লৈখরে, অসম্বা ব্রারী ওইনা খজিক্তং লিজরবনি অমৃতা কুশা মনা মথক্তা থম্বা গরুরনা পুরক্কুনা শর্গদগী ইন্দ্রা, রাজানা লিন্দা অমৃত গপিথকপা য়াদে হায়বদগী গরুরনা, হায় মিনাই কোনরসি অমৃত লৌরুরে। তাবদা লিন ময়ামদু হরাওই অমৃত থক্কদৌবগী হরাওদুনা প্রপ প্রপ চংঙকই। গরুনা হায় ঙাইখো। লিন নখোয় পুম্ন মক গঙ্গাদা স্না তৌরুখো, অদুগা থক্কদৌবনি, অমৃত পুরক্লবনি ঙসিদগী মীনাই কোকনরসি। হোই য়ারে। মীনাই ব্রাশক কোক্লখরে। মরক অদুদা ইন্দ্রারাজানা অমৃত, ভান্দা, পাত্রাদু শর্গদা পুখৎখরে; গরুরসু মিনাই কোক্লরদুনা চৎখরে লিন ময়ামদু। হরাওনদুনা স্নান লোইদুনা প্রপ প্রপ পাইখৎনরকই। কুশা মনা

মথক্তা লৈহৌবা অমৃতদুদি লৈরমদরে শেশা রাজনা চিংবা কুশা মনাদা থন্নম্বা কুশাদুদা অমৃতা খরা পকহৌই মদু মরৈদুনা শর শর লেকউবদা কুশাগী মনা অথৌবা অদুনা লিন পূম্নমক্কী মরেশিংদু ময়াইদা তংখাই তংখাই খাইদোকখ্রে। মরম অদুদগী লীনা মরৈ অনি থোকখ্রিবনি। মহারাজা জন্মেজয় নোংমগী নুমিত্তা শেশরাজ লিনগী নিংথৌনা মনাও ময়াম কৌশিল্লগা হায়খি।ইনাওশা জীববু হিংশা তৌগুমসি লাইনিং ধর্ম্ম চৎশি হায়খি ময়াম্বা লিন নিংথৌগী ব্রাদু লৌখিদ্রে। অমত্তা য়ারক্তুবদা শেশরাজনা হায় ঐখোয় পূম্নমক্কী মথক্তা ইমা কদ্রুনা মাতৃ শাপ চৈখরে জগত্তা ইমাগী শাপ্না মহেল্লাবনিকো, শোইদনা থুংঙরনি। শাপতু কোক্লনবা হায়বনি ইনাওশা নখোয়না য়াদ্রবদি নখোয় পূম্নমকপু থাদোক্তু (সংসর্গ) লোইনররোই; ঐ চৎলে হায়রম্লগা চৎখরে বোন্দা। নিংথৌ চৎখ্রবনিনা মনাও থংনবা বাসুকীনা নিংথৌ ওইহৌরে। শেশরাজনা বোন্দা ব্রহ্মাবু নিংদুনা শোন্দুনা লৈখি চহী কয়া মরুম লৈখ্রবদা ব্রাহ্মা লেংবিরক্লে ঙানু কাংঙা তোংদুনা শেশরাজগী মাংদা লেপ্লি শেশরাজ লিনগী নিংথৌ, অপাম্বা বর নিরো। শেশরাজ লীনগী নিংথৌনা হায়রকই, খুরুমজরগা ইবুধৌ ননাইনা পামজবা বরদি শ্রীলক্ষ্মীনরানগী সেবাদা তত্তনা ফংহনবীয়ু। ব্রাহ্মানা হায়, মহাক্না নিংজবীবদুমক লেপ্না ফংজরো বর পিবিরম্লগা ব্রাহ্মা লেংখরে; অদুগী তুংদা শেশরাজনা শ্রীনরানবু চাদা থক্তা (কন্ঠিনা তপ্যাসা) অকনবা লাইনিং চেৎনা নিংজরবদা। শ্রীহরিনা লেংবীরক্তুনা শেশরাজ নিংথৌ নংনা অপাম্বদু নিরো ঐনা বোরসু পীবিরগে শেশরাজনা শ্রীরাঙাচন্দা খুরুমজরগা হে: প্রভু জগৎ পতি ইবুংঙোগী চরনগী সেবাদা পুন্সিচুপ্পদা ফংজগে পিনবীয়ু নিজরবদা মনাই ভক্তুবু চানবীদুনা ফরে লক্ষ্মীনরান ঐখোয় অনী নহাক্কী নরন ওইজরো, শ্রীহরিগী কৃপাদগী খিরদা সই সমুদ্রদা শেশরাজগী মমৈনা ঈশিংগী মথক্তা কোল্লগা অদুনা ইবুংঙোগী শৈজাগী মশক ওইরগা লক্ষ্মীনরান অনীনা ঙানথোইরি শেশরাজগী মতোক অমসুং মকোক লিশিংদুনা শেকপিনা অমদি পে গী মশক ওইনা খল্লীবনি হে: মহারাজা জন্মেজয়। ব্রহ্মাগী মশু কশ্যপ, কশ্যপ মূনিগী মচা জয় বিজয় অনী সাপ্তগী হিরন্য ক্ষ, হিরন্যকশিপকী মচা প্রহ্লহাদা চরিত। ইতি হরি হরি হরিবোলো।

